# বৈজ্ঞানিক ওইবা মওংদা
# [illegible] হৌবা




অইবাঃ
আইঃ এসঃ থৌনা

# বৈজ্ঞানিক ওইবা মওংদা কুঠি [কোষ্ঠী] ইবা

# [CASTING THE HOROSCOPE SCIENTIFICALLY]

অইবা ঃ

আই ঃ এসঃ থৌনা

**BEIGYANIC OIBA MAONGDA KUTHI IBA**

[Casting the Horoscope Scientifically]

An Astrological book based on the latest
Scientific Calculation.






*By :*

**I. S. Thouna**

Kwakeithel Laishram Leikai, Manipur

*অহানবা ফোঙবা* : অগষ্ট, ২০০৮

*কপি মশীং* : ৫০০



*ফোঙজবী* : থৌনাওজম ওংবী অপাবী দেবী

*মমল* : ১৫০/-

*টাইপ সেত্তিং অমদি নম্ফম* :

**কেঃ কেঃ আর্টস প্রিন্টর্স**

সেগা রোড, থৌদা ভাবোক লৈকাই।

ইম্ফাল (মণিপুর)



পংলবা, পাংদ্রবা ঐঙোন্দা
জ্যোতিষ শাস্ত্রগী জ্ঞানবু পীবিরম্বা
নুংশিজরবা ওঝা ইবুংঙো
চাঁনম বীরচন্দ্র সিংহগী
খুয়াখাদা নচাগী
"বৈজ্ঞানিক ওইবা মওংদা কুঠি ইবা"
হায়বা লাইরিকসি কচ্চরি।

আই. এস. থৌনা

# য়াওফম তাকপা

| *তাঙ্কক* | | *লামায়* |
|---|---|---|
| ১। | জোডিএক—সায়ন অমদি নিরয়ণ ........... | ১-৫ |
| ২। | অয়নাংশকী মরমদা নৈনবা ................ | ৬-১০ |
| ৩। | গ্রহশিংগী মরমদা নৈনবা .................. | ১১-১৫ |
| ৪। | অতিয়াদা গ্রহশিংগী লৈফম পুথোক্লবা পার্শ্বেশিং ........................ | ১৫-১৯ |
| ৫। | নুমিৎ থোকপা অমদি নুমিৎ তাবগী মতম পুথোকপা ........................... | ১৯-২৮ |
| ৬। | রাশিশিংগী মখল, তোঙান তোঙানবা রাশি চক্রশিংগী মওং অমদি রাশিশিংনা থোরকপদা চংবা মতম ................................ | ২৯-৩৬ |
| ৭। | লগ্ন পুথোকপা ............................. | ৩৬-৫১ |
| ৮। | অঙাং পোকপা মতমগী গ্রহশিংগী স্ফুট পুথোকপা ................................ | ৫২-৫৭ |
| ৯। | পঞ্চাঙ্গ করিনো অমদি করম্না পুথোক্কনি .... | ৫৮-৭৩ |
| ১০। | পঞ্চাঙ্গ-নক্ষত্র, যোগ অমদি করণ .......... | ৭৪-৮৩ |
| ১১। | দশাগী মরমদা নৈনবা ...................... | ৮৪-১১৩ |
| ১২। | মধ্য লগ্ন অমদি ভাবশিং পুথোকপা ........ | ১১৪-১২৪ |
| ১৩। | পঞ্চাঙ্গগী মতেংনা চন্দ্রস্ফুট পুথোকপা ...... | ১২৫-১৩৮ |
| ১৪। | ষণ্নাড়ী চক্র, যামার্দ্ধ, বর্ণ, গণ, ত্রিপাপ অমদি নবতরা চক্রনচিংবগী মরমদা নৈনবা ....... | ১৩৯-১৫০ |
| ১৫। | সপ্তবগগী মরমদা নৈনবা .................. | ১৫১-১৬৪ |
| ১৬। | কুঠি ইবগী মতাংদা খুদম অনিখক লৌখৎলগা য়েংবা ........................ | ১৬৫-২০১ |

# অইবগী মায়কৈদগী



লাইরিক অসি ঐগী ওঝা ইবুংঙো (মণিপুরগী শকনাইরবা ৱারী লিবা) ৺চানম বীরচন্দ্র সিংহ কবো-ৱাকচিংদা লৈবনা তম্বীরম্বা কুঠি ইবগী মওংদা য়ুমফম ওইরগা পাংদ্রবা অইবনা থেংনজরকপা খরা হাপতোক-হাপচিন তৌদুনা ইজবনি। পৃথিবীদা অহোংবা কয়া লাকপগা লোয়ননা মণিপুরগীসু শরুক থুংলকই। শেনদান লম্বীগীদমক্তা মণিপুরগী মপান্দা মণিপুরী কয়া থবক তৌদুনা লৈবগা লোয়ননা মখোয়গী মচা-মশু কয়া মণিপুরগী মপান্দা পোকপা য়াওরি। মপান্দা পোকপা অঙাংশিং অসিগী কুঠি ইদবা য়ারক্তে। মণিপুরগী লগ্নমান অমা পায়রগা হেক্তা কুঠি ইবা য়ারম্বদু ঙসিদি য়ারক্তে। অঙাং পোক্লিবা মফম অদুগী নুমিৎ অদুগী পঞ্চাঙ্গ অমদি লগ্ন পুথোকপনাচিংবা খঙদবা য়ারক্তে। হীরম অসিদা খরদং মতেং ওইগদরা খনজবদগী লাইরিক অসি পুথোকচবনি। মীওইবা ঐখোয়সি য়াম্না লানগনলি। অরানবা কুঠি অমদগী অচুম্বা ফল ফংবা ঙমলোয়। মরম অসিনা য়ারিবমখৈ অরানবা য়াওদনবা নীয়ম কয়ামুক লাইরিক অসিদা হাপ্লবা হোৎনজে। বৈজ্ঞানিক ওইবা মওংগী কুঠি ইবা তারবদি তিথি, করণ, যোগ অমদি নক্ষত্রনচিংবগী মমিং চুম্না চিনফা পুবনা য়াদে। করিনো, করম্না পুথোক্কনি হায়বনচিংবা মমুৎ তানা খঙদবা য়াদে। মওং অসিগী কুঠি ইবদা বেঙ্গলী পঞ্জিকা নৎত্রবসু থাজবা য়াবা ইফেমিরিস অমদগী হেক্তা ইবা য়াই।

সংস্কৃত ৱাহৈশিংগী অরানবা বনান চুমথোকপীবগা লোয়ননা অৱাৎপা, অহেনবা কয়া চেকশিন্না য়েংশিনবিদুনা শেমদোক শেমজিন তৌবিদুনা লাইরিক অসিবু মীয়াম মাঙদা পুথোক্লবা হোৎনবদা অচৌবা মতেং পীবিখিবগীদমক্তা দব্লিউ হোমেন্দ্রো সিংহ জ্যোতিষাচার্য্য, ফলিতসিদ্ধান্তৌগী শিংবা ঙম্লরোইদবা লমন তোনশিঞ্জরে। মথংদা

মোইরাংথেম সুরজিৎ সিংহ জ্যোতিষ শাস্ত্রী, এন: সি: লাহড়ী গোল্ড মেদালিষ্ট—উরিপোক বাচস্পাতি লৈকাই অমদি খুন্দোংবম মণি শাস্ত্রী (জ্যোতিষ), আচার্য্য (ফলিত)-খুরাই শোইবম লৈকাই অনীনা লাইরিক অসি ফোঙনবা হোৎনবদা পাঙ্গল থৌনা হাপ্লিখিবগীদমক্তা ওঝা অনী অসিবুসু থাগৎপা ফোঙদোকচরি।

অরোইবদা হায়জনিংবা অমনা লাইরিক অসিনা মীয়ামগী অৱাৎপা খরদং মেনশিনবদা মতেং পাংলবদি হোৎনজমন মহৈ য়াল্লে হায়না লৌজগনি। অরানবা, অশোয়বা কয়া য়াওরম্লোই হায়বা ঙমজদে। অরান-অহুই, অহেনবা-অৱাৎপা থেংনবিরবদি তাকপিরকউ, তুংগী পুক্লিং-লৌশিং ওইনবা তরাম্না লৌশিনজগনি।

**আইঃ এসঃ থৌনা**
ক্বাকৈথেল লাইশ্রম লৈকাই

# ব্রাহৌদোক

Dr. Jung has put, "Whatever is born or done at this moment, has the qualities of this moment".

ডাক্তর যুঙনা হায়রম্মী, "পুংজা অসিদা পোক্লিবা নত্রগা তৌরিবা থবক খুদিংমক পুংজা অসিগী গুণ চেল্লি।" ফোটো নম্বা মতমদা ফোটোগ্রাফিক ফিলমদা মঙাল অমনা য়াম্না থুনা য়ৈরগা মমি তাহনবগুম মীওই অমনা মমাগী গর্ভদগী হেক থোরকপগা মফম অদুগী মতম অদুগী cosmic influence না অঙাং অদুগী মশাদা য়ৈদুনা ওইরক্কদৌরিবা গুণ পূন্নমক হাপখ্রবনি।

মীওই অমা হেক পোকপা মতমদা ওইখিবা মফম অদুগী প্রকৃতিগী মখল-মখা কয়াগী গুণশিং অদু খঙবা ঙম্লবদি মীওই অদুগী ওইরক্কদবা লিচৎ-শাজৎ, অফ-ফত্ত পুম্বা খঙবা ঙমগনি। প্রকৃতিগী অদুগুম্বা গুণশিং অদু খঙগে হায়রবদি অঙাং পোক্লিবা মফম অদুগী মতম অদুগী অতিয়াদা ওইখিবা গ্রহশিং, রাশিশিং, নক্ষত্রশিং অমদি ভাবশিংগী মওং অমদি ফিভমশিং খঙদবা য়াদে। "As above, so below" অতিয়াদা ওইখ্রিবা মওংগী মতুংইন্না পৃথিবীদা পোক্লিবা নৎত্রগা থোক্লিবা থৌদোক-ব্রাথোক পূন্নমক ওইরিবনি হায়বসি মুনি-ঋষি অমদি জ্যোতিষী পুন্নমক্না য়ানরবা ব্রাফমনি। মীওই অমা পোকপা মতমদা জোডিএক্তা লৈখিবা গ্রহশিং, রাশিশিং, নক্ষত্রশিং অমদি ভাবনচিংবশিংগী লৈফম, মওং অমদি ফিভম্ন চিংবা য়েক্তুনা অমদি ইশিন্দুনা থম্ববু জন্ম কুঠি ইবা হায়না খঙনৈ। কুঠি অমা ইবা মতমদা মরুওইবা মচাক অহুমখক চংই। মচাক অহুম অদুদি (১) পোকপগী নুমিৎ, থা অমদি চহী (২) পোকপগী মতম (৩) পোক্লিবা মফম অদুগী অশেংবা লোঙ্গিচ্যুড অমদি লেটিচ্যুড নি। কুঠি অমা চুম্না ইবা মতমদা খ্বাইদগী মরু ওইরিবসি অঙাং অদু পোকপগী অচুম্বা মতম অদুনি। মণিপুরগী কাচিন-কোয়া কয়াদা অঙাং পোকপগী মতম চুম্না খঙবা ঙমলমদে। মতম অমদা চৎনরম্মী ষনগারকপা মতমদা পোকপনি, নুমিৎনা উখোং য়ৌরকপা কান্দা, অহানবগী মিকপ অমা ফজনা তূমলুরবা মতুংদা

অসিনচিংবা। অদুবু হৌজিক্তি অঙাং পোকপগী অশেঙবা মতম খঙনবগীদমক্তা ঐখোয়না থোইদোক্লা ৱাৰুনিংঙাই ওইদ্রে। অঙাং অমনা মমাগী হকচাংদগী হেক থোরক্তুনা পৃথিদা তাবগী মতমদু চুম্না খঙজিনবিবা ফৈ। অঙাংনা অহানবা কপ্পা হৌববু অঙাং পোকপগী মতমনি হায়না মীওই খরনা লৌই। চুমই, অঙাংনা লৈমায়দা হেক তাবগা কপ্পা হৌই। অদুবু করিগুম্বা মতমদা অঙাং পোকপা মতুং মিনিট ৩/৪ গী মতুংদা কপ্লকপা অঙাং য়াওদবা নত্তে।

মীওই খরনা অমুক হায়রি মমাগা অঙাংগা শম্নরিবা খোইরিন (Umbilical cord) কক্তুনা মনিং তম্না মশাগী স্বর হোনজবা ঙমদ্রিবা ফাওবা অঙাং পোকপা ওইদ্রি। মরম অদুনা অঙাং অদুগী খোইরিন ককপা হেক লোইবগা অঙাং পোকপগী মতম লৌগনি। অদুবু অঙাং অদুনা মমাগী হকচাংদগী তোঙান্না হেক থোরকপা লোইবা মতমদা মফম অদুগী cosmic influence না য়ৈবা লোয়গদৌরিবনিনা মতম অদুবু অঙাং পোকপগী মতম ওইনা লৌবা চুমগনি হায়বসি অইবগী অচেৎপা থাজবনি।

মীওইবা হায়বসি য়াম্না লানগল্লি অমদি লান্নিংগনলি। লানবা হায়বসিদি খঙহৌদনা শোয়খিবনি, থোইদোকপা দোষ লৈতে। অদুবু কুঠি অমদা অসিগুম্বা অশোয়বা অসি য়াওরবদি কুঠি অদু য়েংবা মতমদা অচুম্বা ফল পীদে। মরম অসিনা অসিগুম্বা অশোয়বা অসি য়ারিবমখৈ য়াওদনবা কুঠি অদু ইবদা চংগদবা মচাক খুদিংমক মীৎয়েং অনী নৎত্রগা অনীদগী হেনবদগী য়েংদুনা ফংলিবা ফলশিং অদু চুনরবরা হায়না য়েংগনি। অসুম্না এঙ্গল অনি নত্রগা অনিদগী হেনবদগী য়েংনবা মচাকশিং লাইরিক অসিদা পীরি। মসিনি লাইরিক অসিগী মরুওইবা পান্দম।

অমরোমদা লান্নিংগনবা (deliberate or intentional lies) অসি মীওইবদা য়াওবনা শিনফম অসিদা থবক তৌরিবা মীওইশিংদসু লান্নিংগনবা হায়বা গুণ অসি য়াওবা থেংনৈ। খুদম ওইনা নোংমাইজিং নুমিৎকী নোংয়াই মতুংদা পোকপা অঙাং অমগী মপোক নুমিৎ নিংথৌকাবা ওইহনবিয়ু হায়না মীওই অদুগী অহল-লমন্না হায়বগী মতুংইন্না কুঠি ইবিরিবা ওঝা অদুনা পোকপগী মতম শেমদোক্লগা নিংথৌকাবগী নুমিৎ থোক্লবা মতুংদা পোকপগী মতম লৌদুনা কুঠি ই। কুঠি মাংখ্রবা মীওইশিংগীদমক্তা ভাবনা শারগা কুঠি ইবা চৎনৈ। মঙ্গল দোষ (ভৌম

দোষ) লৈবা নুপী মচাগী মমা-মপানা হায়জবদগী ভৌম দোষ য়াওদনবা পোকপগী মতম শেমদোক্কুনা, অনৌবা লগ্ন লেপ্লগা কুঠি ইবসু চৎনদবা নত্তে। বর কন্য অনিগী রাশি অমদি নক্ষত্রগী strength লৈবা নুমিৎ থিবিদনা, লুহোংবগী কন্যদান পীগদৌরিবা মতম অদুগী নিপালশুবা ভাবতা ফত্তবা গ্রহগী influence লৈবরা হায়বনচিংবা য়েংবিবা তৌদনা বর-কন্যগী অহল-লমন্না পাম্বা নুমিৎ অমদা হেক্তা লুহোংবা ফরে হায়না পীবা—অসুম্না শিনফম অসিবু য়াম্না commercial ওইহল্লিবা মওং অসিগী লান্নিংগনবা হায়বা দোষ লৈবা হৈনবি অসিবু কোকহন্নবা উপাইদি লাইরিক অসিনা পীবা ঙমদে। শিনফম অসিবু য়োকখৎপা পাম্বা মীওই খুদিংনা পুকচেল শেংনা “লান্নিংগনবা” হায়বা দোষ য়াওবা হৈনবী অসিবু থাদোক্কবা হোৎনবিয়ু।

লাইরিক অসিদা এনঃ সিঃ লহড়ীগী অয়নাংশ শীজিন্নবা মরম্না লাইরিক অসিবু নৈনবদা হেন্না খুদোং চানবা এনঃ সিঃ লহড়ীগী টেবলস অফ অসেন্দেন্ট অমদি এফিমিরিসকী কোপি অমমম যুমদা থম্বিবা কাওবিগনু।

N.B. “কোষ্ঠী” হায়বা ৱাহৈ অসি মণিপুরগী মীওই অয়াম্বনা কুঠি হায়নবনা অইবনসু “কুঠি” হায়না অদুম শীজিন্নরে।

আইঃ এসঃ থৌনা

30th April 2008

# ৱাহৈ খরদং

বৈজ্ঞানিক ওইবা মওংদা কুঠি ইবা হায়বা লাইরিক অসিগী পান্দমদি মীৎয়েং অনী নৎত্রগা অনীদগী হেনবদগী য়েংলগা পোৎশক অদু চুম্না পুথোক্লবা হোৎনবনি হায়বা অইবগী ৱাখল্লোন অসিদা য়ুম্ফম ওইরগা ইবা লামায় ২০১ পানবা ইবিরিবা ওজা আই. এস. থৌনানা পুথোকপিরকপা অসিমক্তি মণিপুরী জ্যোতিষকী সাহিত্যদা অচৌবা, শিংথানিংঙাই ওইরবা দান অমনি হায়জনিংই।

কালিতি এস্ত্রোলোজি হায়বসি মগুণ লৈবা পাঞ্জি বিদ্যাগী লমদা, চুম্না ইবা কুঠিদগী কুঠি য়েংবা নৎত্রবদি ফল পীবদা চুমদে অমদি চুম্নদবনি। চহী খরগী মমাংদা পিক্লবসু পিক্লা, য়াম্না কান্নখ্রবা লাইরিক, "মণিপুরদা নুমিৎ থোকপা অমদি তাবগী মতম পুথোকপা" মীয়ামদা লাম্থোর্কপিখ্রবা ওজা থৌনানি।

অচুম্বা কুঠি অমা ইনবগী অহানবা য়ুম্ফম ওইরিবা অঙাং পোকপগী মতম লেপ্পগী মতাংদা অইবা ওজাগী মশাগী ওইবা মোৎ লাইরিক অসিদা ময়েক শেংনা পীরি ঃ-

"অঙাং অদুনা মমাগী হকচাংদগী তোঙান্না হেক থোরকপা লোইবা মতমদা Cosmic influence না য়ৈবা লোইগদৌরিবনা মতম অদুবু অঙাং পোকপগী মতম ওইনা লৌবা চুমগনি।"

অইবনা লাইরিক অসিদা কুঠি ইবদা শোয়দুনা লান্না ইবিদনবা অমদি খঙনা খঙনা কনাগুম্বা মীওইগী ঈথিল/থৌইনশিন্দগী লান্না কুঠি ইবিদনবা ওজা পাঞ্জিশিংদা থম্মোয় শেংনা আপিল তৌরি।

লাইরিক অসিদা পুন্না টেবল ৩২ উৎপীদুনা কুঠি ইবগী হীরম অসিদা চুম্না ইনবা হোৎনবদা অচৌবা মতেং পাংনবা মচাক ময়াম ওইরি। লাইরিক অসিদা মরু ওইবা চেপ্তুর/তাঙ্কক ১৬ ওইদুনা কান্ন-কান্নরবা হীরম কয়ানা লাইরিক অসিগী শক্তম ওইরি।

কুঠি ইবদা খঙদবা শুকয়া য়াদ্রবা মচাকশিং হায়বদি লগ্ন পুথোকপা, অঙাং পোকপা মতমগী গ্রহশিংগী স্ফুট পুথোকপা, পঞ্চাঙ্গ পুথোকপা, চন্দ্রস্ফুট পুথোকপা, ষন্নাড়ী চক্র, যামার্দ্ধ, বর্ণ, গণ, ত্রিপাপ অমদি নবতারা পুথোকপা অমদি করম্না পুথোক্কদগে হায়বগী মতাংদা লাইরিক অসিদা শুগায়না ইরি।

লাইরিক অসিদা, মমাংদা কুঠি ইনবা লাইরিক খরা ওজা-পণ্ডিতশিংনা ফোঙখিবদা য়াওবিখিদবা সপ্তবর্গগী মরমদা মচা খায়না ইবিরকপা অসিনি। 'গ্রহশিংগী পাঙ্গল (গ্রহ বল) পুথোক্লবগীদমক্তা সপ্তবর্গ (বর্গ তরেৎ) শীজিন্নরি। সপ্তবর্গ হায়রগা ঐখোয়না (১) রাশি (২) হোরা (৩) দ্রেক্কান (৪) সপ্তাংশ (৫) নবাংশ (৬) দ্বাদশংশ অমদি (৭) ত্রিশাংশবু খঙনৈ।'

হায়রিবা মরম ৭ অসিবু খঙনবু অমদি মচল ৭ অসিবু য়াওনা কুঠি ইবিরবদি মপূং ফাবা কুঠি হায়দুদি মওইরে। লাইরিক অসিদা বৈজ্ঞানিক ওইনা কুঠি ইনবা তাকপীবতা নত্তনা, পাঞ্জি অমদা ওহ্নোক্লা কান্নরবা ৱারম কয়াসু টেবলগা কোন্ননা উৎপীরি। অমহিক্তি কুঠি ইনবা নিয়মগা অঙ্ক খুৎহোৎ কয়াগসু শাগোন্ননা তাকপীরি।

শম্না হায়রবদা জ্যোতিষকী মরমদা মরুওইনা গণিত জ্যোতিষতা হেন্না খোয়দারিবা অমদি হৈনবীবা ওজা আই. এস. থৌনানা কখোকপগা লোয়ননা লামায় ২০১ পানবা, মণিপুরদা ইহান হানবা ওইনা বৈজ্ঞানিক ওইবা কুঠি ইবগী মরমদা নিয়ম কয়া শুগায়না ইবিরবা লাইরিক অমা পুথোকপীরকপা অসিনা মণিপুরগী পাঞ্জিগী সমাজনা ওজাবু থম্মোয় শেংনা থাগৎনরক্কনি হায়বা ইশাগী মোৎ থমজরি।

লাইরিক অসিনা পাঞ্জি বিদ্যা অসিবু পাম্বীবা, পূক্লিং চঙবীবা, মরুওইনা নৌনা পাঞ্জি তমজরক্লিবা ছাত্র-ছাত্রীশিংগীদমক্তি ওহ্নোক্লা কান্নরবা লাইরিক অমা ওইরগনি। হৌজিক হৌজিক পাঞ্জি ওইবিদুনা কুঠি য়েংবিরিবা ওজাশিংদসু লাইরিক অসিনা অনৌবা মীৎয়েং খরা পীরগনি। অসিগুম্বা জ্যোতিষ শাস্ত্রগী মগুণ য়াওরবা লাইরিক খরগা মচা তানা পুথোকপীরক্লবা ইকাইখুম্নজরিবা ওজা আই. এস. থৌনাদগী আশা থমজরি।

অরোইবদা ওজাগীদমক্তা ঈশ্বরদা জ্যোতিষ শাস্ত্রগী মরমদা হেন্না অচৌবা থৌদাং লৌবিরক্লবা, পুক্সি-নুংশাংবা, নাদ-য়েক্তনা মীয়ামগী সেবা তৌবা ঙমহনবীয়ু হায়না থম্মোয় শেংনা প্রার্থনা তৌজরি।

**মোইরাংথেম সুরজিৎ সিংহ**
জ্যোতিষ শাস্ত্রী
এন. সি. লাহিড়ী গোল্ড মেদালিষ্ট
উরিপোক বাচস্পতি লৈকাই।

ইম্ফাল,
তাং ২৭/০৬/'০৮ ইং
ইরাই

# ব্রাহৈ খরদং

"বৈজ্ঞানিক ওইবা মওংদা কুঠি ইবা" কৌবা লাইরিকসি পারগা মণিপুরদা ইনরিবা কুঠিশিংদা লৈরিবা অৱাংপা খরদি শোয়দনা মেনখৎপা ঙম্লগনি। ১৬ শুবা শতাব্দীগী হৌগৎলকপদা গণেশ দৈবজ্ঞনা ইরম্বা গ্রহ লাঘবগী ত্রিপ্রশ্নাধিকারদা য়াওরিবা পলভাদগী অক্ষাংশ (Latitude) পুথোক্ল বা য়াওরিবা নিয়ম অদুমক্লা ইম্ফালগী 24.8$^0$N Latitude তগী ফংবা পলভাগী ভেল্যু (অঙ্গুল ৫.৬) শীজিন্নদুনা লঙ্কোদয় খণ্ড অমদি ইম্ফালগী পলভাদগী ফংবা চর খণ্ড শীজিন্নদুনা রাশি ১২ গী লগ্নমান শাদোক্লগা সায়ন রবিস্ফুটকী মতুংইন্না ইম্ফালগী নিরয়ণ লগ্নস্ফুট (Sidereal Longitude of Ascendant) পুথোক্লি। মথংশিংনা ১৫ শুবা অমদি ১৬ শুবা শতাব্দীগী লোইরমদাইদা ইবা তাজিক নিলকন্ঠী অমদি কেশবীয়জাতক পদ্ধতিনচিংবদা য়াওবা নিয়ম শীজিন্নদুনা, মধ্যাহ্নগী মমাঙ নৎত্রগা মতুংদা অঙাং পোকপগী মতুং ইন্না পূর্ব্বনত নৎত্রগা পশ্চান্নত পুথোকপা অমদি মধ্য (দশম) লগ্ন (Mid-Heaven) পুথোকপগী নিয়মসু লাইরিক অসিদা নৈনরি। নতকালনচিংবগী মতুং ইন্না দশম লগ্ন পুথোকপা অসিমক সংস্কৃত লোন্দা নৎত্রগা English Medium দা ইবা জ্যোতিষকী লাইরিকশিংদা য়াওরবসু লাইরিক অসিদা পুথোরক্লিবসি তশেংনমক অইবগী হোৎনজমন্নি হায়জনিংই। মখা তানা উদয়লগ্ন, পাতাল লগ্ন, অস্তলগ্ন, দশমলগ্ননচিংবদগী ভাব ১২ গী আরম্ভ সন্ধি, বিরাম সন্ধিনচিংবা পুথোক্লুনা গ্রহশিংগী ভাব চলিত চক্র পুথোক্লি। অমরোমদা নোংচুপ বেঙ্গলগী গণিতাচার্য্য নির্মলচন্দ্র লাহিড়িনা লেংবা Tables of Ascendants কী মতুং ইন্নসু লগ্ন (Ascendant) অমদি দশম লগ্ন (Tenth House) পুথোক্লুনা মথক্কী পান্বে অনিমক্তা ফংখিবা ফল অদুগা নক্‌শিন্নবদুমক উৎলি।

অঙাং পোকপা মতমদা রাশি চক্রদা লৈখিবা গ্রহশিং অমদি লগ্নগী স্ফুটশিং Unitary Method অমদি Proportional Logarithm গী পান্বেনা তোঙান-তোঙান্না পুথোক্লুনা য়াম্না নক্লবা ফল উৎলি। মহৌশানা Proportional Logarithm Table শীজিন্নবসিমক্তি Unitary Method কী অশম্বা পান্বেনি। হৌজিক্কী মতমদদি মথক্কী পান্বে অনিমক্তগী হেন্না কুপথবা ফল Calculator শীজিন্নরগা হেন্না থুনা

ফংনরে। অদুবু মীপুম খুদিংমক্তি Calculator/Computer শীজিন্নবগী Knowledge লৈনদবনা লাইরিক অসিগী কান্নবদি শোয়দনা লৈগনি হায়জনিংই।

অতোপ্পা পঞ্জনিংবা রাফম অমনা গ্রহস্ফুটকী কলা/বিকলা ফাওবগী ভেল্যু খরা হেন্না Accurate ওইনা ফংননবা Bessel/Everett function গী Co-efficient শিং নৎত্রগা Intertpolation formulae শিং শীজিন্নবগী পান্বেশিং মথংগী খুৎনমদা হাপচিনহঞ্জনিংই। মরমদি গ্রহশিংগী খোঙচৎকী মতাংদা Astronomer John Kepler গী অনিশুবা নিয়মগী মতুং ইন্না গ্রহশিংগী খোঙজেলসি চাং নাইদে হায়বা খঙনরে।

মবম অসিদগী Ephemeris নৎত্রগা বিশুদ্ধ সিদ্ধান্ত পঞ্জিকানচিংবদা পীরিবা গ্রহস্ফুটকা Proportional Logarithm শীজিন্নদুনা ফংলকপা গ্রহস্ফুটকা বিকলাগী ভেল্যুদা মতম পূম্নমক্তা খেন্নে। অদুগা গ্রহশিংনা রাশি নৎত্রগা নক্ষত্র হোংলমদাইদা পোকপা অঙাংশিংগী গ্রহস্ফুট হোৎপদা অমদি মশানা কলা মচেৎ তাবা সপ্তমাংশগী বর্গ পুথোকপদা করিগুম্বা মতাংদা রাশি/নক্ষত্র মান্নদবা নৎত্রগা বর্গ খেন্নবা য়াওরকই।

কোলকতাগী অক্ষাংশ অমদি দ্রাঘিমাংশগী মতু্ং ইন্না ফোংবা বেঙ্গলগী পঞ্জিকাদা য়াওরিবা কোলকতাগী পঞ্চাঙ্গ অদুমক ইম্ফালগী পঞ্চাঙ্গ ওইনা লৌনদুনা কনাগুম্বনা মণিপুরদা পোকপগী কুঠি ইবদা কোলকতাগী পঞ্চাঙ্গদুমক সংস্কার তৌনদ্রিবসি লাইরিক অসি পারগদি শোয়দনা পঞ্চাঙ্গ সংস্কার তৌনরক্তুনা কুঠি ইবদা অহোংবা অমা লাক্লগনি।

অইবনা লাইরিক অসিদা Logarithmic Table নচিংবা শীজিন্নদুনা সূর্য্যোদয়/সূর্য্যাস্তগী মতম পুথোকপা, N.C. Lahiri গী মোত মতুং ইন্না অয়নাংশ পুথোকপা, লোয়ননা ইম্ফাল অমদি পোর্ট ব্লেয়রদা পোকপা জন্ম কুঠি অনিগী খুদম পীবসিমক নৌনা পাঞ্জি তমখৎলকপা ছাত্রশিং অমদি হান্নগা শিনফম অসি পায়বীরিবশিংদসু কান্নবা খরদি শোয়দনা পীরগনি হায়বসি ঐগী অচেৎপা থাজবনি।

ইম্ফাল　　　　　　　　　　(দব্লিউ হোমেন্দ্রো সিংহ)

তাং ১/৭/২০০৮　　　　　　　　জ্যোতিষাচার্য্য, ফলিতসিদ্ধান্তৌ

# ৱাহৈ খরদং

শ্রী আই, এস, থৌনানা ইবা লাইরিক "বৈজ্ঞানিক ওইবা মওংদা কুঠি ইবা" অসিগী মরমদা ইশাগী ওইবা মত খরা ফোঙদোকপা ফংবগী তাঞ্জা অমা পীবিবগীদমক অইববু থাগৎচরি। অইবা অসি জ্যোতিষপু বৈজ্ঞানিক ওইবা মিৎয়েংদা য়েংদুনা পরিং চুম্না জন্ম কোষ্ঠীনচিংবা ইনবা হোৎনরিবা অমনি।

লাইরিক অসিগী মমাঙদা কোষ্ঠী ইবগী লাইরিক খরা ফোঙনখ্রে। অদুবু মখোয়শিং অদুদা কোষ্ঠী ইবদা তঙাই ফদনা চংবা ৱাফমশিং খুদম ওইনা নুমিৎ থোকপগী মতম পুথোকপা, লগ্নমান পুথোকপনচিংবা অসি মচা খাইনা ইদে ; পঞ্জিকাদা পীরিবা পঞ্চাঙ্গশিং অদু করম্না শীজিন্নগদগে হায়বগী মতাংদসু শুগাইনা তাক্তে/অদুনা মপুং ফাদে। অসিগুম্বা অৱাৎপশিং অদু হৌজিক পুথোক্লিবা লাইরিক অসিদদি মচা খাইনা উৎলে।

মী অমনা পোকপা মতমদা, অতিয়া মকোই অসিদা গ্রহশিংনা কদায় কদায়দা লৈবগে হায়বনচিংবা অকুপ্পা মরোলশিং ইশিন্দুনা থম্বা অদুবু জন্ম কুণ্ডলি, জন্ম পত্রিকা, জন্ম কোষ্ঠীনচিংবা মমিং কয়া হায়দুনা খংনৈ। পোৎ অমা শাগে হায়রবদি মদু শাবদা চংগদবা মচাকশিং অদু শুনবা লাংশিল্লগা শানৈ। শুরবা ফাওবদা মচাকশিং অদু ফৎত্রবদি অফবা পোৎ ওইদে। অদুম্না জন্ম কোষ্ঠী অমা ইবা মতমদসু মদু ইবদা চংগদবা পোৎলমশিং অদু ফৎত্রবদি অফবা কোষ্ঠী ওইদে। কোষ্ঠী অমা ইবদা চংগদবা পোৎলম খুদিংমক পঞ্জিকাদগী ফংই।

মণিপুরদা মতম খরগী মমাঙদা ইশাগী ওইবা খুৎপাই ফোংলম্লবসু হৌজিক্তি লৈতবদগী কোলকতাদা ফোংব পঞ্জিকাশিং শীজিন্নরি। অদুবু খ্বাইদগী লাইবক থিবদি পঞ্জিকা অদু ঐখোয়গী ইরম অসিগী ওইনা ফোঙবিরকপা নত্তবনা মী অদুনা পোক্লিবা মফম অদুগী ওইনা চুমথোক্লগা শীজিন্নগদবনি। মণিপুরদা অসুম হায়না চুমথোক্কুনা ইবা খরা য়াওরবসু অয়াম্বনদি কোলকাতাগী পঞ্জিকাদা য়াওবা অদুমক লৌরগা শীজিন্নবনা অচুম্বা কোষ্ঠী ওইদে। অচুম্বা কোষ্ঠী ওইদ্রবনিনা মদুদগী থোক্লকপা ফল অদুসু চুমদবা তাবনি। চুমদবা নৎত্রগা মপুং ফাদবা কোষ্ঠীদগী অচুম্বা ফল পুথোকপা ওইথোক্তে।

অসুম্না পাঞ্জিকাদা য়াওরিবা পোৎলমশিং অদু মফম মফম অদুগা চাননা করম্না শেমদোক্কদগে হায়বদু খংনবা-নুমিৎ থোকপগী মতম পুথোকপা, লগ্নমান চুম্না পুথোকপা অমদি অতৈ অতৈ কোষ্ঠী অমা ইবদা চংগদবা মচাক পূম্নমক মচা খাইনা অরাইবা মওংদা লাইরিক অসিদা য়াওরে।

অসিগী মথক্তা মণিপুরদা ইনরিবা কোষ্ঠীশিং অসিদা য়াওনদবা, ফল য়েংবদদি য়াম্নমক দরকার ওইবা পোৎলমশিং- নবাংশ, ভাব চক্র, দশম লগ্ন অসিনচিংবা কয়া অমসু অরাইবা মওংদা ইথোকপা অসিনা মণিপুরদা ইনরিবা কোষ্ঠীশিং অসিদগী মশক নাইবা অওনবা খরদি শোইদনমক পুরকপা ঙমগনি।

শম্না লাইরিক অসিনা ইরম অসিদা হান্না জ্যোতিষকী মরমদা মতম শাংনা অৱাৎপা অমা ওইদুনা লৈরকপা অদু ফনা য়াম্না মেনখৎপা ঙম্লগনি খঞ্জে। লাইরিক অসিগী মতেং লৌরগা কোষ্ঠী চুম্না ইবা য়ারগনি হায়বগী থাজবা অমা থমজবগা লোয়ননা জ্যোতিষকী লমদা অতোপ্পা মশাশিংদসু য়াম্না বৈজ্ঞানিক ওইবা মওংদা পুথোক্লকখিগনি হায়বা অচৌবা আশা অমসু থমজরি। মদু ঙম্নবা পাঙ্গল থৌনাসু তেঙবানবা মপুনা অইবা অসিদা পিবিবা ওইরসনু।

ইম্ফাল
তাং ৮/৭/২০০৮

**Khundongbam Mani**
Shastri (Jyotish), Acharya (Phalit)
Khurai Soibam Leikai, Imphal East, Manipur

# বৈজ্ঞানিক ওইবা মওংদা কুঠি ইবা

*অইবা: আই: এস: থৌনা*

## অহানবা তাঙ্কক
## জোডিএক—সায়ন অমদি নিরয়ণ

পৃথিবীনা নুমিৎকী অকোয়বদা কোয়না চৎলবসু পৃথিবীদা লৈবা ঐখোয়নদি নুমিৎনা পৃথিবীগী অকোয়বদা চৎপা ওইনা উই। অসুন্না ঐখোয়না নুমিৎনা চৎপোই নিংলিবা অতিয়াগী লম্বী অসিবু ইক্লিপ্টিক (Ecliptic) কৌই। ইক্লিপ্টিক্তা ময়াযদা লৈরগা নাকল অমমমদা ডিগ্রী মাপল মাপললোম হাইদোক্তুনা লৈরিবা অতিয়াগী শরুকপু জোডিএক (Zodiac) কৌই। মসিবু সংস্কৃততা "ভচক্র" হায়না খঙনৈ।

গ্রহশিংনা নুমিৎকী অকোয়বদা কোয়না চৎপা মতমদা ইক্লিপ্টিক্তা নৎত্রেগা মসিগী অরাং অমদি খাদা খরা হায়দোক হায়জিন তৌদুনা চৎলবসু মখোয়না জোডিএক্কী ঙমখৈগী রাংমদা হায়বদি ইক্লিপ্টিক্কী অরাংদা নৎত্রেগা মখাদা ডিগ্রী (৯°) মাপলদগী হেন্দোক্তুনা খক চৎতে। গ্রহশিংনা ইক্লিপ্টিক্কী অরাংদা হায়দোক্তুনা চৎখিবা ডিগ্রীবু গ্রহশিংগী অরাংগী লেটিচ্যুড (Latitude) অদুগা খারোমদা হায়দোক্তুনা চৎখিবা ডিগ্রীবুনা গ্রহশিং অদুগী খাগী লেটিচ্যুড কৌই। নুমিৎনা মতম চুপ্পদা ইক্লিপ্টিক্তা চৎপনা নুমিৎকী লেটিচ্যুড মতম চুপ্পদা জিরো ওই হায়বদি নুমিৎকী লেটিচ্যুড লৈতে।

সার্কল অমগী ৩৬০° লৈবনা জোডিএক্কীসু ডিগ্রী ৩৬০ লৈ। মমাংঙৈগী অতিয়াগী মরমদা নৈনবা মীওইশিংনা জোডিএক অসি শরুক ১২ থোক্লা খায়দোক্লম্মী। ৩৬০°÷১২=৩০° ওইবনা শরুক অমমমদা ৩০° য়াওই হায়না লৌদুনা শরুক অমমমবু হিন্দুশিংনা রাশি অমা অদুগা

নোংচুপলোমগী মীওইশিংনা সাইন (Sign) অমা হায়না কৌবস্মী। অসিগুম্না বাশি ১২ গী সংস্কৃত অমদি ইংবেজীগী মিং, মওং, শন্দোকপগী ডিগ্রী অমদি সিম্বোলনচিংবা মখাগী টেবলদা পীবি।

**টেবল নম্বর — ১ (রাশিশিংগী মমিং)**

| মশীং | সংস্কৃতকী মিং | ইংবেজীগী মিং | মওং | শন্দোকপা | সিম্বোল |
|---|---|---|---|---|---|
| ০ | মেষ | Aries | যাও | ০ — ৩০ | ♈ |
| ১ | বৃষ | Taurus | ষণলাবা | ৩০ — ৬০ | ♉ |
| ২ | মিথুন | Gemini | ফাইবোক | ৬০ - ৯০ | ♊ |
| ৩ | কর্কট | Cancer | বাইশু | ৯০ - ১২০ | ♋ |
| ৪ | সিংহ | Leo | নোংশা | ১২০ — ১৫০ | ♌ |
| ৫ | কন্যা | Virgo | কুমাবি | ১৫০ ১৮০ | ♍ |
| ৬ | তুলা | Libra | সেবফলা | ১৮০ — ২১০ | ♎ |
| ৭ | বৃশ্চিক | Scorpio | বৃশ্চিক | ২১০ — ২৪০ | ♏ |
| ৮ | ধনু | Sagittarius | লিকং | ২৪০ — ২৭০ | ♐ |
| ৯ | মকব | Capricorn | ঙা কোঁবযান | ২৭০ — ৩০০ | ♑ |
| ১০ | কুম্ভ | Aquarius | চফু | ৩০০ — ৩৩০ | ♒ |
| ১১ | মীন | Pisces | ঙা | ৩৩০ -- ৩৬০ | ♓ |

মথক্তা পীবিবা বাশিশিংগী মশীং অসি যাম্না মুন্না খঙ্জিনবা ফৈ। ০ (শুন্য) হায়বগা মেষ বাশি খঙনগনি, ১ হায়বগা বৃষ বাশিনি হায়না খঙনগনি। অসুম্না ৫ লৈবম্লবদি কন্যা বাশিনি হায়বা খঙগনি। বাশিশিংগী সংস্কৃত অমদি ইংবেজিগী মিং, শন্দোক্তুনা লৈবগী শরুক অমদি সিম্বোলনচিংবা মমুং তানা খঙজীনবা অমদি চিনফা পুবা ফৈ। মবমদি মসিনা মখাদ' লাক্কদবা শরুকশিং নৈনবদা যাম্নমক দবকাব ওইবক্কনি।

বাশি অমগী শরুক ৩০ থোকপগী শরুক অমবু হিন্দুশিংনা অংশ অমা কৌই। অংশ অমগী শরুক ৬০ থোকপগী শরুক অমবুনা কলা অমা অদুগা কলা অমগী শরুক ৬০ থোকপগী শরুক অমবুনা বিকলা অমা কৌই। ইংবেজীদা মখোযবু Sign, Degree, Minute অমদি Second হায়না খঙনৈ।

৬০ বিকলা (Second)= কলা (Minute)

৬০ কলা (Minute)= অংশ (Degree)

৩০ অংশ (Degree)= রাশি (Sign)

গ্রহ অমনা জোডিএক্কী করম্বা মফমদা লৈবগে হায়বা অসি গ্রহ অদুগী স্ফুট (Longitude) য়েংলগা খঙবা ঙমই। খুদম ওইনা মঙ্গল (Mars) গ্রহগী স্ফুট অসি ৪।০৮।২৭।১২ নি হায়না পীরবদি অহানবগী ৪ না রাশি ৪ হায়বদি সিংহ রাশিনি (মথক্কী টেবল নম্বর ১) হায়বা খঙলে। মরম অদুনা অঙাং অদু পোকপা মতমদা মঙ্গল গ্রহনা সিংহ রাশিগী অহৌবদগী ডিগ্রী ৮ (৮°) মিনিট ২৭ (২৭') সেকেন্দ ১২ (১২") নৎত্রগা অংশ ৮ কলা ২৭ বিকলা ১২ চৎথোক্লগা লৈখি হায়বা তাকই।

সার্কলগী মওংদা লৈবা পোৎকী অহৌবা অর্মদি অরোয়বা লৈতে। অদুবু জোডিএক্কী অহৌবা অমদি অরোয়বা হায়বা লৈত্রবদি জ্যোতিষ শাস্ত্র (Astrology) নৈনবা য়াদবনা থাইনগী হিন্দুগী জ্ঞান লৈরবা মুণি-ঋষিশিংনা জোডিএক্তা লৈবা লেংদবা থৱানমিচাক চবুন খরগী মশক খঙবা তারম্মী। অসিগুম্বা থৱানমিচাক চবুনশিং অসিবু মখোয়না নক্ষত্র (Constellation) শিং হায়না কৌরম্মী। মখোয়না জোডিএক্তা নক্ষত্র ২৭ লৈ হায়না পুথোক্নুনা মখোয়গী মমিংশিং থোল্লম্মী। মীওই খরনা অমুক উত্তরাষাঢ়া অমদি শ্রবণাগী মরক্তা অভিজিৎ হায়বা অমা লৈ হায়না পুথোক্নুনা নক্ষত্র ২৮ না জ্যোডিএক্কী ঙমখৈ লেপ্লম্মী। অদুবু তুংদা লাকপা হীরম অসিদা কুপ্না থিজিল্লিবা মীওইশিংনা অভিজিৎ লৌথোক্নুনা নক্ষত্র ২৭ খক্তনা জোডিএক্কী ঙমখৈ লেপ্লদা হেন্না খুৎলোয়বা অমদি অচুম্বা ফল পীবা ঙমই হায়বা খঙনরকখি। ৩৬০÷২৭=১৩°২০' ওইবনা নক্ষত্র অমমম্না শন্দোক্লিবা অসি ডিগ্রী ১৩ মিনিট ২০ গী আর্কনি হায়না লৌদুনা জোডিএক্কী মরমদা ঙসি ফাওবা নৈনদুনা লাক্লি। হৌজিক নক্ষত্র ২৭ কী মমিং অমদি জোডিএক্তা শন্দোক্নুনা লৈবগী শরুক মথংগী লামায় ৪ দা পীরি।

টেবলদা পীরিবা নক্ষত্রশিংগী অপাকপা অসি সাইন (S), ডিগ্রী (D) অমদি মিনিট (M) দা পীবনি। সংস্কৃত্তা রাশি, অংশ অমদি কলাদা পীবনি হায়না লৌরবসু কায়দে। নক্ষত্রশিংগী মশীং অমদি মমিং চিনদা পুবা ফৈ। ১ হায়রগা অশ্বিনী, ২ হায়রগা ভরণী অসুম্না মথং মথং খঙনগনি। অশ্বিনী নক্ষত্র অসি মেষ রাশিগী অহৌবা ০° দগী হৌরগা ১৩° ২০' ফাওবা শন্দোক্নুনা লৈ হায়বনি। মতৌ অসুম্না নক্ষত্র ২২ হায়বদি শ্রবণা নক্ষত্রনা রাশি ৯ হায়বদি মকর রাশি (মথক্কী টেবল নম্বব ১ দগী) গী ডিগ্রী ১০ দগী হৌরগা মকর রাশি অসিমক্কী ২৩ ডিগ্রী ২০

**টেবল নম্বর — ২ (নক্ষত্রশিংগী মমিং)**

| নক্ষত্র | অপাকপা S D M | | নক্ষত্র | অপাকপা S D M |
|---|---|---|---|---|
| ১ অশ্বিনী | ০।১৩।২০ | | ১৫ স্বাতী | ৬।২০।০০ |
| ২ ভরণী | ০।২৬।৪০ | | ১৬ বিশাখা | ৭।০৩।২০ |
| ৩ কৃত্তিকা | ১।১০।০০ | | ১৭ অনুরাধা | ৭।১৬।৪০ |
| ৪ রোহিণী | ১।২৩।২০ | | ১৮ জ্যেষ্ঠা | ৮।০০।০০ |
| ৫ মৃগশিরা | ২।০৬।৪০ | | ১৯ মূলা | ৮।১৩।২০ |
| ৬ আর্দ্রা | ২।২০।০০ | | ২০ পুর্ব্বাষাঢ়া | ৮।২৬।৪০ |
| ৭ পুনর্ব্বসু | ৩।০৩।২০ | | ২১ উত্তরাষাঢ়া | ৯।১০।০০ |
| ৮ পুষ্যা | ৩।১৬।৪০ | | ২২ শ্রবণা | ৯।২৩।২০ |
| ৯ অশ্লেষা | ৪।০০।০০ | | ২৩ ধনিষ্ঠা | ১০।০৬।৪০ |
| ১০ মঘা | ৪।১৩।২০ | | ২৪ শতভিষা | ১০।২০।০০ |
| ১১ পুর্ব্বফল্গুনী | ৪।২৬।৪০ | | ২৫ পুর্ব্বভাদ্রপদ | ১১।০৩।২০ |
| ১২ উত্তরফল্গুনী | ৫।১০।০০ | | ২৬ উত্তরভাদ্রপদ | ১১।১৬।৪০ |
| ১৩ হস্তা | ৫।২৩।২০ | | ২৭ রেবতী | ১২।০০।০০ |
| ১৪ চিত্রা | ৬।০৬।৪০ | | | |

মিনিট ফাওবা শন্দোক্তুনা লৈ হায়রিবনি। তুংদা লাক্কদবা শরুকশিংদা তোয়না থেংনরক্কদবা ওইবনা টেবল অসিদা পীরিবা নক্ষত্রশিংনা শন্দোক্তুনা লৈরিবা আর্কশিংগী অপাকপা অসিসু চিনফা পুবা য়াম্নমক দরকার ওই।

অসুম্না হিন্দুশিংনা জোডিএক্কী অহৌবা অসি অশ্বিনী নক্ষত্রগী অহৌবা ০° দগী হৌই অদুগা রেবতী নক্ষত্রগী অরোইবদা লোয় হায়না লৌরম্মী। মরম অদুনা মেষ রাশিগী অহৌবা অসি অশ্বিনী নক্ষত্রগী অহৌবগা মান্নে হায়না লৌদুনা জোডিএক্কী মরমদা নৈনবা হৌরকখি। মখোয়না লেংদবা নক্ষত্রশিংগা মরি লৈনবা মরম্না জোডিএক অসিসু লেংদে হায়না লৌরম্মী। অসুম্না হিন্দুশিংনা লৌরিবা জোডিএক অসিবু সাইদিরিএল (Sidereal) হায়বদি থৱানমিচাক্কা মরি লৈনহন্দুনা লৌবা লেঙদবা নৎত্রগা নিরয়ণ হায়বদি অয়নাংশ য়াওদবা হিন্দুগী জোডিএক হায়রগা খঙনৈ। অয়নাংশকী মরমদা মখাদা নৈনরকখিগনি।

বিষুবরেখা (Equator) না পৃথিবীবু মান্নবা শরুক অনী থোক্লা খায়দোকপগুম ঐখোয়না উরিবা পাক-চাউরবা অতিয়া অসিবু তঙ্খায় তানা খায়দোকপা অচৌবা বিষুবরেখা অমা লৈ। মসিবু ইংলিস্তা Celestial Equator হায়না খঙনৈ। নুমিৎনা অসিগুম্বা অতিয়াগী বিষুবরেখাদা লৈবা মতমদা পৃথিবীগী বিষুবরেখাগী মপাদা চপ চানা থোক্তুনা লৈবা মরম্না নুমিৎ অসিদা পৃথিবীদা অহিং-নুংথিন শাংবা মান্নে। অসিগুম্বা অহিং-নুংথিল শাংবা মান্নবা অসি চহী অমদা অনীরক ওই। নুমিৎনা অৱাংলোমদা চৎপা মতমদা হায়বদি মার্চকী তাং ২১ দা নুমিৎনা অতিয়াগী বিষুবরেখাদা লৈবা মতমদা পৃথিবীদা অহিং-নুংথিল শাংবা মান্নবা ওইরিবা অসিবু Vernal Equinox হায়বদি বসন্তগী অহিং-নুংথিল শাংবা মান্নবা নুমিৎ হায়রগা খঙনৈ। অমুকহন্না নুমিৎনা অৱাংলোমদগী খারোমদা লাকপা মতমদা সেপ্টেম্বরগী তাং ২২ দা নুমিৎনা অতিয়াগী বিষুবরেখাদা লৈবা নুমিৎপু হেমন্তগী অহিং-নুংথিল শাংবা মান্নবা নুমিৎ (Autumnal Equinox) হায়রগা খঙনৈ। ঐখোয়না মথক্তা পল্লিবা Equinox অনী অসি অমরোমদা হায়বা তারবদি নুমিৎকী লম্বী ইক্লিপ্টিক্কা অতিয়াগী বিষুবরেখগা কক্লবা বিন্দু অনী অদুনি হায়বা মখাগী খুয়েক্তগী খঙবা ঙমগনি। মখাগী খুয়েক্তা নুমিৎনা অৱাংলোমদা চৎপদা অতিয়াগী বিষুবরেখাবু ককলিবা মফম '♈'না Vernal Equinox নি অদুগা নুমিৎনা খারোমদা লাকপদা ককলিবা মফম ♎বুনা Autumnal Equinox নি। $PP_1$ না বিষুবরেখাগী Pole অনীনি অদুগা $KK_1$ না ইক্লিপ্টিক্কী Pole শিংনি।




মথক্কী ♈ অমদি ♎ হায়বা বিন্দু অনী অসিবু নোংচুপলোমগী অতিয়াবু নৈনবা মীওইশিংনা কুপ্পা থিজিল্লবা মতুংদা Vernal Equinox তগী Aries হায়বা Sign অদু হৌই অদুগা Autumnal Equinox তগী Libra হায়বা Sign অদু হৌই হায়না লৌদুনা জোডিএক্কী মরমদা নৈনরম্মী। অদুবু হায়রিবা Equinox অনী অসি লেংদনা লৈবা তৌদে। চহী খুদিংগী ৫০.২৯" গী চাংদা তুংলোমদা (নোংচুপলোমদা) চৎথোকই। অসিগুম্বা নোংচুপলোমগী মীওইশিংনা নৈনরিবা জোডিএক অসিবু (Tropical Zodiac) অচৎপা জোডিএক নৎত্রগা সায়ন (স+অয়ন) অয়নাংশ য়াওবা জোডিএক হায়রগা খঙনৈ। জোডিএক্কী মরমদা হেন্না কুপথনা লেখক্কী ফোঙখ্রবা লাইরিক "মণিপুরদা নুমিৎ থোকপা অমদি তাবগী মতম পুথোকপা" হায়বদুদা নৈনবা থেংনগনি।

## অনীশুবা তাঙ্কক
# অয়নাংশকী মরমদা নৈনবা

ঐখোয়না মথক্তা হিন্দুগী লেংদবা অমদি নোংচুপলোমগী অচৎপা জোডিএক্কী মরমদা নৈনখরে। হিন্দুশিংনা লৌরিবা লেংদবা অশ্বিনী নক্ষত্রগী অহৌবদগী লৌরিবা মেষ রাশিগী অহৌবগা নোংচুপলোমগী মীওইশিংনা Aries হায়বা Sign গী অহৌবনি হায়না লৌরিবা Vernal Equinox কা অনী অসি মতম চুপ্পদা বিন্দু অমদা পুন্দুনা লৈরম্লবদি জোডিএক অনী অসি খেন্নরমলোয়দবনি। অদুবু মমাংগী তাঙ্কক্তা ঐখোয়না Equinotical point অনী অসি চহী খুদিংগী তুংলোমদা ৫০.২৯" গী চাংদা হন্দোকখি হায়বা খঙখরে। অদুনা চাউরাক্লা চহী ৭২ রোমগী মতুংদা ডিগ্রী অমরোম তুংলোমদা চৎথোকই। মসিবু Precession of Equinoxes হায়রগা খঙনৈ। মসিদসু নত্তনা পৃথিবীনা মশাগী Axis তা খুংনা উংবগী মতৌগুম্না নিক্তুনা চৎপনা Equator গী Pole দা খরা খরা থৈথোকহল্লি। মসিবু Nutation হায়রগা খঙনৈ। Precession of Equinoxes অমদি Nutation না মরম ওইদুনা নোংচুপকী মীওইশিংনা লৌরিবা Aries কী অহৌবা অসি হিন্দুশিংগী মেষ রাশিগী অহৌবদগী অসুম অসুম লাপথোকখি। অসুম্না লাপথোক্লিবা শরুক অসি ডিগ্রী, মিনিট অমদি সেকেণ্ড দা পীববু হিন্দুশিংনা অয়নাংশ হায়না খঙনৈ। নোংচুপকী সায়ন জোডিএক্কী স্ফুটতকী অয়নাংশ খায়দোক্লবদি হিন্দুগী নিরয়ণ জোডিএক্কী স্ফুট ফংই অমরোমদা নিরয়ণ স্ফুটতা অয়নাংশ তিনশিন্দুনা সায়ন স্ফুট পুথোক্কনি। মখাগী খুয়েক্তা ♈না সায়ন অমদি নিরয়ণ হায়বা নোংচুপলোমগী অমদি হিন্দুগী জোডিএক অনী পূন্না লৈরম্বা বিন্দুনি। চহী খরগী মতুংদা Ecliptic অমদি Equator অনীগী কক্লফম বিন্দু অসি চহী খুদিংগী চাংচৎতা ৫০.২৯" দা তুংলোমদা হন্দোকখিদুনা ♈, মফমদা লাকই। হৌজিক ♈ অমদি ♈, গী মরক্কী অরাপ্পা অসি ডিগ্রী, মিনিট অমদি সেকেণ্ডদা পীববু অয়নাংশনি হায়না লৌগনি।

হিন্দুগী নিরয়ণ জোডিএক্কী অহৌবগা নোংচুপক্কী সায়ন জোডিএক্কী অহৌবগা পুন্না বিন্দু অমদা লৈমিন্নরম্বা মতম অসি হীরম অসিদা থিজিল্লিবা মীওইশিংগী মরক্তা মত খেন্নবা উবা ফংই।




জ্যোতিষ শাস্ত্রদা থোইদোক্লা মমিং লৈরবা ডাক্তর বি: ভি: রমণগী মতুংইন্না ৩৯৭A.D. দা বিন্দু অনী অসি পুল্লম্মী হায়না লৌদুনা অয়নাংশ পুথোকই। বি: ভি: রমণগী মতুংইন্না অয়নাংশ পুথোকপগী খোঙচৎশিং মখাদা পীরি।

**অহানবা খোঙচৎ** ঃ- অয়নাংশ পুথোক্কদৌরিবা চহী (খৃষ্টাব্দ) অদুদগী ৩৯৭ খাইদোক্কনি।

**অনীশুবা খোঙচৎ** ঃ- মথক্কী খাইথোক্লুনা ফংলিবা ফলদা ৫০⅓ না পুরিগনি অমসুং ফংলিবা ফল অদু সেকেণ্ড (") নি হায়না লৌগনি।

**অহুমশুবা খোঙচৎ** ঃ- অনীশুবা খোঙচৎতা ফংলিবা ফল অদু ডিগ্রী, মিনিট অমদি সেকেণ্ডদা থম্লগা চহী অদুগী অয়নাংশনি হায়না লৌরগনি।

**খুদম** ঃ- ২০০৭ কী অয়নাংশ পুথোকসি।

$$\begin{array}{r} ২০০৭ \\ -\quad ৩৯৭ \\ \hline ১৬১০ \end{array}$$ -অহানবা খোঙচৎ

$১৬১০ \times ৫০\frac{১}{৩} = ১৬১০ \times \frac{১৫১}{৩} = \frac{২৪৩১১০}{৩}$

$= ৮১০৩৬.৬৬ = ৮১০৩৭''$ লৌরে - অনিশুবা খোঙচৎ

$(\frac{৮১০৩৭}{৬০})' = ১৩৫০'৩৭'' = (\frac{১৩৫০}{৬০})^\circ + ৩৭''$

$= ২২^\circ ৩০' ৩৭''$ -অহুমশুবা খোঙচৎ

Dr. বি: ভি: রমণগী মতুংইন্না ২০০৭ কী অয়নাংশ ২২° ৩০'৩৭" নি। কুঠি ইবা অমদি য়েংবগী শিনফমদা খোঙদারিবা মণিপুরগী অহল্লোন

অয়াম্বনা শীজিন্নরিবা ডাইরেক্টরী পঞ্জিকা ফোঙলিবা পি: এম: বাক্‌চিগী মতুংইন্না শকাব্দ ৪২১ দা জোডিএক অনী অসি পুনখি হায়না লৌদুনা অয়নাংশ পুথোকই। মত অসিগী মতুংইন্না অয়নাংশ পুথোক্লবগী খোঙচৎশিং মখাদা পীরি।

**অহানবা খোঙচৎ** ঃ- অপীবা শকাব্দ অদুদগী ৪২১ খাইদোক্তুনা ফংবা ফল অদু মিনিট (')নি হায়না লৌগনি।

**অনীশুবা খোঙচৎ** ঃ- মথক্কী ফল অদু মফম অনী থোক্লা ইথোক্কনি। অনীশুবা মফমদা লৈবা মিনিট মশীং অদুদা ১০ য়েল্লগা ফংবা অরেম্বা অদু সেকেণ্ডদা (") থমগনি। অথুংবনা মিনিট অদুম ওইগনি।

**অহুমশুবা খোঙচৎ** ঃ- অহানবা মফমদা লৈরিবা মিনিটকী মশীং অদুদগী অনীশুবা মফমগী ১০ না য়েন্দুনা ফংবা মিনিট অমদি সেকেণ্ড খাইদোক্কনি।

**মরিশুবা খোঙচৎ** ঃ- অহুমশুবা খোঙচৎতা ফংলিবা অরেম্বা অদু ডিগ্রী, মিনিট অমদি সেকেণ্ড ওইনা থমদুনা শকাব্দ অদুগী অয়নাংশ পুথোক্কনি।

**খুদম** ঃ- শকাব্দ ১৯২৯ (খৃষ্টাব্দ ২০০৭) কী অয়নাংশ পুথোকসি।

অহানবা খোঙচৎ ১৯২৯

$$\begin{array}{r} 1929 \\ -\ 421 \\ \hline 1508' \end{array}$$

অনীশুবা খোঙচৎ

১৫০৮'  ১০ ) ১ ৫ ০ ৮' ( ১৫০'

$$\begin{array}{r} 10 \\ \hline 50 \\ 50 \\ \hline 8 \\ (\times)\ 60 \\ \hline \end{array}$$

$$10)\,480\,(48''$$

$$\begin{array}{r} 40 \\ \hline 80 \\ 80 \\ \hline \end{array}$$

অহুমশুবা খোঙচৎ ঃ-

$$\begin{array}{r} 1508' \\ -\ 150'\ \ 48'' \\ \hline 1357'\ \ 12'' \end{array}$$

মরিশুবা খোঙচৎ ঃ-

$$\left(\frac{1357}{60}\right)^{\circ} + 12'' = 22^{\circ}37'12''$$

পি: এম: বাক্‌চিগী মতুংইন্না ২০০৭ গী অয়নাংশ ২২°৩৭'১২" নি। মথক্কী বি: ভি: রমণগী অয়নাংশ গা ৭' রোম খেন্নে।

নির্মল চন্দ্র লহড়ী মীয়াম্না এন: সি: লহড়ী হায়না খঙনবা Mathematical Astrology দা মমিং লৈরবা মীওই অসিগী মতুংইন্না সায়ন অমদি নিরয়ণ জোডিএক অনী অসি তাং ২২ মার্চ ২৮৫ A.D. দা পুল্লক্মী হায়না লৌদুনা অয়নাংশ পুথোকই।

Indian Astronomical Ephemeris published by the Government of India গী "Chitra Paksha Ketaki Ayanamsa" সু লহড়ীগী অয়নাংশকা মান্নে। A, Krishen Kaul গী Ephemeris তসু অয়নাংশ অসি শীজিন্নবা থেংনৈ। Modern Astrologer অয়াম্বনা অয়নাংশ অসি শীজিন্নদুনা কুঠি ইবা অমদি য়েংবগী থবক পাঙথোকই।

**এন: সি: লহড়ীগী মতুংইন্না অয়নাংশ পুথোকপা ঃ-**

১৯০০A.D. গী অহৌবদা ওইখিবা অয়নাংশ ২২°২৭'৪৩" নি। Precession গী চাংনা চহী অমদা ৫০.২৬৬৪" নি অদুগা চহী খুদিংগী খেন্নবনা ০.০০০২" নি হায়না নোংচুপলোমগী পণ্ডিতশিংনা লৌই। করিগুম্বা ১৯০০ গী মতুংদা ওইবা চহী অমগী অহৌবদা ওইবা অয়নাংশ পুথোক্কে হায়রবদি মখাগী খোঙচৎশিংগী মতুংইন্না পুথোকপা য়াই।

**অহানবা খোঙচৎ ঃ-** পুথোক্কদৌরিবা চহী অদু ১৯০০ গী মতুংদা মপুম ওইবা চহী কয়া হৌখ্রবগে হায়বা থিগনি। ফংলিবা মপুম ওইবা চহী অদুদা চহী অমদা খেন্নরিবা ০.০০০২" না পুরিদুনা ফংবা ফলবু A নি হায়না লৌগনি।

**অনীশুবা খোঙচৎ ঃ-** Precession গী চাং, ৫০.২৬৬৪" দা ২ না পুরিদুনা ফংবা ফলবু B নি হায়না লৌগনি।

**অহুমশুবা খোঙচৎ ঃ-** মথংদা অপীবা চহী অদুদগী ১৯০০ খাইদোকপগী ফলবু C নি হায়না লৌগনি।

**মরিশুবা খোঙচৎ ঃ-** $^1/_2$ (A+B)×C হায়বদি ১৯০০ গী অয়নাংশতগী অপীবা চহী ফাওবগী হেক্লৎলিবা অয়নাংশকী শরুক পুথোক্কনি।

**মঙাশুবা খোঙচৎ ঃ-** ১৯০০ গী অয়নাংশদা মথক্কী মরিশুবা খোঙচকী ফল তিনশিন্দুনা পান্নিবা চহী অদুগী অয়নাংশ পুথোক্কনি।

**খুদম ঃ** ২০০৭ কী অহৌবদা ওইবা অয়নাংশ পুথোকসি।

**পাউখুম ঃ-** ২০০৭ অসি হৌগংলকপা ওইবনা ২০০৬ ফাওবদি মপূং ফনা হৌখরে হায়বা খঙলে। ২০০৬-১৯০০=১০৬ ওইবনা চহী ১০৬ মপূং ফানা হৌখরে।

১বা খোঙচৎ ঃ- ১০৬ x ০.০০০২" = ০.০২১২" ...... A

২বা খোঙচৎ ঃ- ২ x ৫০.২৬৬৪" = ১০০.৫৩২৮" ...... B

৩শুবা খোঙচৎ ঃ- ২০০৭ – ১৯০০ = ১০৭ ...... C

৪শুবা খোঙচৎ ঃ- $\frac{A+B}{2} \times C$

$= \left(\frac{০.০২১২'' + ১০০.৫৩২৮''}{২}\right) \times ১০৭ = \frac{১০০.৫৫৪''}{২} \times ১০৭$

$= \frac{১০৭৫৯.২৭৮''}{২} = ৫৩৭৯.৬৩৯''$

$= \left(\frac{৫৩৭৯.৬৩৯}{৬০}\right)' = ৮৯.৬৬' = ৮৯'৩৯.৬'' = ১^\circ২৯'৩৯.৬''$

৫শুবা খোঙচৎ ঃ-

১৯০০ গী অয়নাংশ = ২২°২৭'৪৩"

(+) ১°২৯'৩৯.৬"

২০০৭ গী অয়নাংশ = ২৩°৫৭'২২.৬"

মরম অদুনা নির্মল চন্দ্র লহড়ীগী মতুংইন্না ২০০৭ A.D. গী হৌগংলকপদা ওইবা অয়নাংশ ২৩°৫৭'২৩" নি হায়না লৌরগনি।

(পিঃ এমঃ বাক্‌চিগী মতুংইন্না অয়নাংশ পুথোকপা মতমদা পীরম্লিবা খৃষ্টাব্দা অদুদগী ৭৮ খায়দোক্কুনা শকাব্দদা হন্না ওন্থোক্কদবনি হায়বা নিংশিংবা ফৈ।)

অহুমশুবা তাঙ্কক

# গ্রহশিংগী মরমদা নৈনবা

অহানবা তাঙ্কক্তা ঐখোয়না গ্রহশিংগী লেটিচ্যুডকী মরমদা থেংনখরে। গ্রহশিংনা ইক্লিপ্টিক্কী অৱাংদা ডিগ্রী মাপল্লোম অদুগা খারোমদসু ডিগ্রী মাপল্লোম হায়দোক্তুনা চৎলি হায়ববসু খঙখরে। চন্দ্র (থা) না পৃথিবীগী অকোয়বদা চৎপা মতমদা অৱাং পাংনা চৎপদা ইক্লিপ্টিকপু ককলিবা মফম অদুবু হিন্দুশিংনা রাহু অদুগা নোংচুপলোমগী মীওইশিংনা Dragon's Head কৌই। অমুকহন্না থানা অৱাংলোমদগী মখারোমদা কুমথরকপদা ইক্লিপ্টিকপু ককলিবা বিন্দু অদুবু হিন্দুশিংনা কেতু অদুগা নোংচুপলোমগী মীওইশিংনা Dragon's Tail হায়রগা খঙনৈ। রাহু অমদি কেতু অনী অসি ১৮০° লাপ্পবনা মায়োক্নলা লৈ। অমগী লৈফম খঙলবদি অতোপ্পা অমদু পুথোকপদা রাশি ৬ নৎত্রগা ১৮০° তিনশিন্দুনা হেক্তা পুথোকপা য়াই।




রাহু অমদি কেতু অনী অসি গ্রহ অতৈগী মতৌগুম্না পোৎচাক য়াওবা (Material Body) ওইদবনা হিন্দুশিংনা মখোয়বু ছায়া গ্রহ (Shadowy Planet) হায়না খঙনৈ। মফম অনী অসি পৃথিবীদা লৈবা পোৎশিংদা ফল

পীগনবা ওইবনা হিন্দুশিংনা মখোয়বুসু গ্রহনি হায়না লৌরম্মী। নোংচুপকী কাংবুনা মখোয় অনী অসিবু থোইদোক্লা মতিক-মগুণ লৈবনি হায়না লৌরমদে। মদুগী মহুৎতা মখোয়না নৌনা পুথোকপা গ্রহশিং হায়বদিUranus, Neptune অমদি Pluto বু হেন্না মরু ওইবনি হায়না লৌদুনা মখোয়গী মরমদা থিজিল্লি অমদি গ্রহশিংগী মনুং চনহল্লি। হিন্দুশিংনসু গ্রহ অহুম অসিবু মশক খঙদবদি তৌরমদে। মখোয়বু মথংশিংনা ইন্দ্র, বরুণ অমদি রুদ্র হায়না মমিং থোল্লম্মী। মখোয় অহুম অসি পৃথিবীদগী য়াম্না লাপ্না লৈবা অমদি য়াম্না তপ্না চৎপা গ্রহশিং ওইবনা মখোয়গী মরমদা থিজিল্লুবা কান্নদে হায়না হিন্দুশিংনা লৌরম্মী।

হিন্দুশিংনা গ্রহ মাপল লৈ হায়না লৌরম্মী। গ্রহশিং অসিগী সংস্কৃতকী অমদি ইংলিসকী মিং অমদি সিম্বোলনচিংবা মখাদা পীরি।

**টেবল নম্বর — ৩ (গ্রহশিংগী মমিং)**

| মশীং | ইংরাজীগী মিং | সংস্কৃতকী মমিং | সিম্বোল |
|---|---|---|---|
| ১ | Sun | রবি নৎত্রগা সূর্য্য | ☉ |
| ২ | Moon | চন্দ্র নৎত্রগা সোম | ◡ |
| ৩ | Mars | মঙ্গল নৎত্রগা কুজ | ♂ |
| ৪ | Mercury | বুধ নৎত্রগা সৌম্য | ☿ |
| ৫ | Jupiter | গুরু নৎত্রগা বৃহস্পতি | ♃ |
| ৬ | Venus | শুক্র নৎত্রগা ভৃগু | ♀ |
| ৭ | Saturn | শনি নৎত্রগা মন্দ | ♄ |
| ৮ | Dragon's Head | রাহু | ☊ |
| ৯ | Dragon's Tail | কেতু | ☋ |

গ্রহশিং অসিনা পৃথিবীদগী নকপগী মতুংইন্না মথং মনাও নাইনা অসুম্না লৈ মদুদি ঃ- চন্দ্র, বুধ, শুক্র, রবি, মঙ্গল, বৃহস্পতি অমদি শনি। চন্দ্রনা পৃথিবীদগী খ্বাইদগী নকপা গ্রহনি অদুগা শনিনা খ্বাইদগী লাপ্পা গ্রহনি। রাহু অমদি কেতু নত্তনা গ্রহ ৭ না মশাগী axis তা লৈনা লৈনা পৃথিবীগী অকোয়বদা কোয়না চৎপোই নিংই। গ্রহশিংনা পৃথিবীদগী লাপ্পা হেনবগী মতিক মখোয়গী য়াংনা চৎপগী চাং হম্বুরকই । হৌজিক গ্রহশিংগী চাংচৎতা অয়াংবা (Average Velocity) গী মরমদা য়েংসি। মসিনা তুংদা লাক্কদবা শরুকশিংদা য়াম্না কান্নবা পীগনি।

**টেবল নম্বর — ৪ (গ্রহশিংগী মমিং)**

| গ্রহগী মশিং | মমিং | খঙনগদবা অহৌবা ময়েক | পুং ২৪ দা চৎপগী চাং |
|---|---|---|---|
| ১ | রবি | রং | ১°০′ |
| ২ | চন্দ্র | চং | ১২°০′ |
| ৩ | মঙ্গল | মং | ০°৩৮′ |
| ৪ | বুধ | বুং | ১°৪৩′ |
| ৫ | বৃহস্পতি | বৃং | ০°১২′ |
| ৬ | শুক্র | শুং | ১°১২′ |
| ৭ | শনি | শং | ০°২′ |
| ৮ | রাহু | রাং | ০°৩′ |
| ৯ | কেতু | কেং | ০°৩′ |

মথক্কী টেবলদা পীরিবা গ্রহশিংগী নোংমগী খোঙচৎ অসি চাংচৎতা পীবনি, হেন্দোক-হেঞ্জিন তৌবা তত্তনা থেংনরক্কনি। মতাং অসিদা নিংশিংনিংবা অমনা গ্রহশিং অসি মমিং ইদুনা লৈবগী মহুৎতা মশীংনা ইবনা খুৎলোয়বা হেল্লি। খুদম ওইনা ১ ইরগা রবি, ২ ইরগা চন্দ্র, ৪ ইরগা বুধ, ৮ ইরগা রাহু ওইনা খঙনৈ। অমরোমদা রং, চং, মং নচিংবা ইরগসু রবি, চন্দ্র, মঙ্গলনা চিংবা খঙনগনি। রাহু অমদি কেতুদি মতম চুপ্পদা তুং হন্না চৎলি। রবি অমদি চন্দ্র নত্তনা লেমহৌরিবা গ্রহ মঙা হায়বদি মঙ্গল, বুধ, বৃহস্পতি, শুক্র অমদি শনিদি মাংওইনা চৎপা (Direct motion) অমদি তুংহন্না চৎপা (Retrograde motion) অনিমক মতম মতমগী মতুংইন্না পাংথোকই। গ্রহশিংগী স্ফুটকী মপাদা 'R' থারবদি গ্রহ অদু মতম অদুদা তুংহন্না চৎলি হায়বনি। গ্রহশিংনা তুং হন্না চৎপবু সংস্কৃত্তা "বক্রী" হায়রগা খঙনৈ। শম্না "ব" ইরগা খঙনৈ। গ্রহশিংনা করিগী তুং হন্না চৎলিবনো অদুগা মতম অদুদা পীবা ফলগা মাংওইনা চৎলিঙৈদা পীবা ফলগা করি খেন্নবগে হায়বনাচিংবা নৈনরুরবদি লাইরিক অসিগী ভোলুম চাউমনখিগদরা হায়না কিবনা অমরোমদা Predictive Astrology (কুঠি য়েংবগী) দা চংগদবা মচাক ওইবনা মতাং অসিদা নৈনজররোই। অইবগী মথংদা ফোঙগদবা বৈজ্ঞানিক ওইবা মওংদা কুঠি য়েংবা (Scientific Analysis of Horoscope) হায়বা লাইরিক অদুদা মরিক চুম্না নৈনবা থেংনবিগনি। বুধ গ্রহদি নুমিৎকা য়াম্না নক্না লৈবা মরম্না মাগী খোঙচৎ অসি চাং নাইদে। করিগুম্বা মতমদা য়াম্না য়াঙনা চৎতুনা নুমিৎকী মমাং থাগৎলি। অদুগা অমুক তপ্না চৎতুনা নুমিৎকী মতুংদা লৈ। অসুম্না হায়নৈ মদুদি বুধ গ্রহনা কুম্ভ রাশিদগী বৃষ রাশি ফাওবা নুমিৎকা চৎমিন্নৈ, মিথুন

রাশিদগী কন্যা রাশি ফাওবা নুমিৎকী মমাংদা চৎলি অদুগা তুলা রাশিদগী মকর রাশি ফাওবনা নুমিৎকী মতুংদা চৎলি। মাংলোমদা অমদি তুংলোমদা চৎপা খুদিংদা বুধনা নুমিৎতগী ২৮° দগী হেন্না খক লাপথোকপা তৌদে।

কুঠিদা চন্দ্রনা লৈরিবা মফম অদুবু মীওই অদুগী রাশিনি হায়না হিন্দুশিংনা লৌই। মীওই অমদা নঙগী রাশি করিনো হায়না হংবগা মীওই অদু পোকপা মতমদা চন্দ্র গ্রহনা জোডিএক্কী করম্বা মফমদা লৈখিবগে হায়না হংবগা চপ মান্নে। মীওই অদু পোকপা মতমদা চন্দ্রনা ধনু রাশিদা লৈরবদি মীওই অদুগী রাশি ধনু ওইগনি। মসি রাশি চক্রদা "২" নৎত্রগা "চং" থারিবা রাশি অদুনি। অমরোমদা নোংচুপলোমদনা রাশি হায়রগা রবিনা লৈবা মফম অদুবু খঙনৈ। রবিনা রাশি অমা হায়বদি ৩০° চৎপদা থা অমরোম চংই হায়বা মথক্কী টেবল নম্বর ৪ দগী খঙলে। মরম অদুনা মার্চ তাং ২১ অমদি এপ্রিলগী তাং ২০ গী মরক্তা পোকপা মীওইগী রাশি Aries (মেষ) ওইগনি হায়না নোংচুপলোমগী মীওইশিংনা লৌই। মার্চকী তাং ২১ (Vernal Equinox) দগীAries গী Zero degree হৌই হায়বা মথক্কী শরুক্তা থেংনখরে।

ইন্দিয়াদা ফোঙবা চেফোঙ কয়াদসু নোংচুপলোমগী রাশিগী মওংদা পীবা ফল কয়া থেংনৈ। মণিপুরদা লৈবা মীওই অয়াম্বনা মশাগী রাশিগী মমিং চিনফা পুগল্লি। মখোয়না চিন্দা পুরিবা রাশিনা কুঠিদা য়াওবা চন্দ্রনা লৈরিবা মফম অদুনি। খুদম ওইনা মীওই অমগী রাশি কর্কটনি হায়না লৌরসি। মহাক্ন চেফোং অদুদা য়াওরিবা তাং ২১ জুন অমদি ২১ জুলাইগী মরক্তা পোকপা মীওই া ফলনি হায়না লৌদুনা য়েংবা তারবদি য়াম্না নিংবা কাইনিংঙাই ওইগনি।

নোংচুপলোমগী মত মতুংইন্না রাশি ১২ গী মতম মখাগী টেবলদা পীরি।

**টেবল নম্বর — ৫ (সায়ন রাশিগী মতম)**

| পোকপগী মতম | | | রাশি |
|---|---|---|---|
| মার্চ ২১ | — | এপ্রিল ২০ | মেষ |
| এপ্রিল ২১ | — | মে ২০ | বৃষ |
| মে ২১ | — | জুন ২০ | মিথুন |
| জুন ২১ | — | জুলাই ২১ | কর্কট |
| জুলাই ২২ | — | আগষ্ট ২১ | সিংহ |
| আগষ্ট ২২ | — | সেপ্টেম্বর ২১ | কন্যা |
| সেপ্টেম্বর ২২ | — | ওক্টোবর ২২ | তুলা |
| ওক্টোবর ২৩ | — | নভেম্বর ২১ | বৃশ্চিক |
| নভেম্বর ২২ | — | ডিসেম্বর ২০ | ধনু |
| ডিসেম্বর ২১ | — | জানুৱারি ১৯ | মকর |
| জানুৱারি ২০ | — | ফেব্রুৱারি ১৮ | কুম্ভ |
| ফেব্রুৱারি ১৯ | — | মার্চ ২০ | মীন |

চন্দ্রনা চাউরাক্লা নুমিৎ ২১/২ দা রাশি অমা চৎলি হায়বা মথক্কী টেবল নম্বর ৪ দগী খঙবা ঙমই। মরম অদুনা হিন্দুগী রাশি অমগা মথংগী রাশিগা নুমিৎ নিনি মখাইরোম খেন্নে অদুগা নোংচুপলোমগীনা থা অমরোম খেন্নে। মসি মুন্না খঙজিনবা ফে।

---

মরিশুবা তাঙ্কক

# অতিয়াদা গ্রহশিংগী লৈফম পুথোক্লবা পাম্বৈশিং

অতিয়াদা লৈবা গ্রহশিংগী লৈফম পুথোক্লবগী মরমদা তোঙান তোঙানবা কো-ওর্ডিনেট সিস্তেম কয়ামুক শীজিন্নবা থেংনৈ। মখোয়গী মনুংদগী মরুওইনা কুঠি ইবা অমদি য়েংবগী হীরমদা খোঙদারিবশিংনা খঙবদা কান্নগদবা সিস্তেম অনীখক নৈনদুনা য়েংসি।

১। লেটিচ্যুড অমদি লোঙ্গিচ্যুড পুথোক্লবা ইক্লিপ্টিক সিস্তেম (Ecliptic System)

২। রাইত অসেন্সন (Right Ascension) অমদি ক্রান্তি (Declination) পুথোক্লবা ইকাইটোরিঅল সিস্তেম Equatorial System).

অহানবদা ঐখোয়না গ্রহ অমগী লেটিচ্যুড অমদি লোঙ্গিচ্যুড হায়বদু করিনো অমদি করম্না পুথোক্কদগে হায়বদু মখাগী খুৎয়েক অসিদা য়েংসি।




মথক্কী খুয়েক্তা CL না ইক্লিপ্টিকনি, QR না ইকেটরনি, ♈ না CL অমদি QR গী কক্লফম সায়ন জোডিএক্কী মেষ রাশিগী অহৌবা ০° নি।

অতিয়াদা শুক্র গ্রহনা P বিন্দুদা লৈরে হায়না লৌসি। ইক্লিপ্টিক্কী Pole K গা P গা শমজিন্নরগা শাংদোকহন্দুনা ইক্লিপ্টিক CL বু ৯০° শেমদুনা $P_1$ বিন্দুদা উনহল্লে। হৌজিক Angular distance $PP_1$ না শুক্র গ্রহগী লেটিচ্যুড ওইগনি। লেটিচ্যুড অসি অৱাং ওইগনি করিগুম্বা শুক্র গ্রহনা ইক্লিপ্টিক্কী Pole K রোমদা লৈরবদি অদুগা শুক্রনা ইক্লিপ্টিক্কী মখাগী Pole $K_1$ রোমদা লৈরবদি লেটিচ্যুড মখা ওইগনি। অদুবু গ্রহ্ অমনা অৱাংলোমদা নৎত্রগা মখারোমদা ডিগ্রী ৯ দগী হেন্না হায়দোকপা য়াদে হায়না অহানবা তাঙ্কক্তা পনখিবা অদু নিংশিংগদবনি। করিগুম্বা P না CL দা লৈরম্বা তারবদি শুক্রগী লেটিচ্যুড ০° নি হায়না লৌগনি। Vernal Equinox ϒ দগী নোংপোকলোমদা ওম্থোকপদা ফংলিবা Angular distance $\Upsilon P_1$ না শুক্র গ্রহগী লোঙ্গিচ্যুডনি। মসি ০° দগী ৩৬০° ফাওবা শন্দোক্কুনা লৈ। $\Upsilon P_1$ গী অরাপ্পা অসি সায়ন লোঙ্গিচ্যুড (সংস্কৃত্তা সায়ন স্ফুট হায়রগা খঙনৈ) নি। মসিদগী অয়নাংশ খাইদোক্কুনা হিন্দুগী নিরয়ণ স্ফুট পুথোক্কনি। ঐখোয়না মখাগী শরুক্তা গ্রহশিংগী স্ফুট পুথোকপগী হীরমদা কুপ্না নৈনরক্কদবা লৈবনা মথক্কী খুয়েক অমদি মসিগা মরি লৈনরিবা ৱাফম খুদিংমক মমুৎ তানা খঙজিনবা ফৈ। মথংদা ঐখোয়না খঙজিনগদবা অমনা গ্রহশিংগী লেটিচ্যুড অমদি লোঙ্গিচ্যুড হায়বসি ইক্লিপ্টিক্তা মরি লৈনরগা লৌবনি হায়বসিনি। হৌজিক অমুক Right Ascension অমদি Declination গী মরমদা মখাগী খুয়েক্কগী খঙনবা হোৎনসি।




সিস্তেম অসিদা গ্রহ অমগী লৈফম অসি Equator QR গা মরি লৈনহন্দুনা থিগনি অদুগা Aries কী অহৌবা বিন্দু ϒ না origin ওইনা লৌগনি। অতিয়াদা শুক্র গ্রহনা M বিন্দুদা লৈ হায়না লৌসি। Equator গী Pole "P" গা শুক্রগী লৈফম M গা শমজিন্নরগা Perpendicular ওইনা চিংথদুনা Equator

QR বু $M_1$ দা কক্লে। হৌজিক♈$M_1$ অসি শুক্র গ্রহগী Right Ascension হায়রগা খঙনৈ। মসি ♈দগী নোংপোকলোমদা ওনগনি অদুগা $MM_1$ অসিনা শুক্র গ্রহগী Declination (ক্রান্তি) ওইগনি। M না Northern hemisphere দা লৈরবদি Declination অদু North ওইগনি অদুগা M না Southern hemisphere দা লৈরগনা Declination অদু South ওইগনি। ঐখোয়না রবি (নুমিৎ) গী Declination গী মতাংদা খরদং কুপথনা য়েংসি মরমদি নুমিৎকী Declination গী মতাংদা মথংদা নৈনগদবা নুমিৎ থোকপা অমদি নুমিৎ তাবগী মতম পুথোকপগী মতাংদা দরকার ওইরক্কদবা ওইবনা।

নুমিৎনা মার্চ তাং ২১ দা অতিয়াগী বিষুবরেখা (Celestial Equator) দা লৈদুনা ক্রান্তি (Declination) ০° ওইরম্বদগী অরাং পাংনা চৎখিদুনা জুনগী তাং ২১ দা মসিগী ক্রান্তি ২৩°২৭' শেমই। মথংগী নুমিৎতগী অমুক খা পাংনা হায়থরক্কুনা সেপ্টেম্বরগী তাং ২২ দা অতিয়াগী বিষুবরেখাদা হল্লক্কুনা ০° শেম্লবা মতুংদা মখা পাংনা অসুম চৎথদুনা ডিসেম্বরগী তাং ২১ দা ক্রান্তি ২৩°২৭' থোকহল্লি। মথংগী নুমিৎতগী অমুক অরাং পাংনা চৎপা হৌবনা মার্চকী তাং ২১ অমুক ক্রান্তি ০° শেমদুনা অতিয়াগী বিষুবরেখাদা হল্লকই। নুমিৎকী অরাংদা চৎপগী অরোইবা অসি ক্রান্তি ২৩°২৭' North নি। অসুম্না মখারোমদা চৎপগী অরোইবনা ক্রান্তি ২৩°২৭' South নি। মসি মখাগী খুয়েক্তা য়েংসি।




ডিসেম্বরগী তাং ২১ দগী জুনগী তাং ২১ ফাওববু নুমিৎকী অরাং পাংনা চৎপা খোঙচৎ (উত্তরায়ণ) অদুগা জুনগী তাং ২২ দগী ডিসেম্বরগী তাং ২০ ফাওববু নুমিৎকী মখা পাংনা চৎপা খোঙচৎ (দক্ষিণায়ন) হায়না হিন্দুশিংনা লৌই।

রবিগী ক্রান্তি পুথোক্লে হায়রবদি অহানবদা রবি অসি Vernal Equinox তগী কয়া য়াম্না চৎথোকখ্রবগে হায়না থিবা তাই। গ্রহ অমনা Vernal Equinox তগী নোংপোকলোমদা লাপথোকখ্রিবা ডিগ্রীবু গ্রহ অদুগী লোঙ্গিচ্যুড কৌই হায়না মথক্তা পনখরে। রবিগী লোঙ্গিচ্যুডকী মতুংইন্না রবিগী ক্রান্তি থিগনি।

মতাং অসিদা নিংশিংগদবা অমনা রবিগী লোঙ্গিচ্যুড অসি Vernal Equinox তগী লৌবা মরম্না সায়ন ওইগনি। হিন্দুগী পঞ্জিকাশিংদা নৎত্রগা ইফেমিরিসশিংদা পীবা গ্রহশিংগী লোঙ্গিচ্যুডনা নিরয়ণ ওইবনা অহানবদা অয়নাংশ হাপচিন্দুনা সায়নদা ওন্থোক্কনি অদুগা মখাগী টেবলগী মতুংইন্না রবিগী ক্রান্তি লেপকনি। সায়ন লোঙ্গিচ্যুডনা মেষ অমদি কন্যাগী মরক্তা লৈরবদি ফংলিবা ক্রান্তি অদু North ওইগনি অদুগা তুলা অমদি মীনগী মরক ওইরগনা ক্রান্তি অদু South ওইগনি।

টেবল নম্বর—৬

(রবিগী সায়ন স্ফুটকী মতুংইন্না ক্রান্তি পুথোকপা)

| সায়ন স্ফুট | ০ মেষ — ৬ তুলা | ১ বৃষ — ৭ বৃশ্চিক | ২ মিথুন — ৮ ধনু | সায়ন স্ফুট |
|---|---|---|---|---|
| ০° | ০°/০' | ১১°/২৯' | ২০°/১০' | ৩০° |
| ১° | ০/২৪ | ১১/৫০ | ২০/২২ | ২৯° |
| ২° | ০/৪৮ | ১২/১০ | ২০/৩৪ | ২৮° |
| ৩° | ১/১২ | ১২/৩১ | ২০/৪৬ | ২৭° |
| ৪° | ১/৩৫ | ১২/৫১ | ২০/৫৭ | ২৬° |
| ৫° | ১/৫৯ | ১৩/১২ | ২১/০৮ | ২৫° |
| ৬° | ২/২৩ | ১৩/৩২ | ২১/১৯ | ২৪° |
| ৭° | ২/৪৭ | ১৩/৫১ | ২১/৩০ | ২৩° |
| ৮° | ৩/১০ | ১৪/১১ | ২১/৪০ | ২২° |
| ৯° | ৩/৩৪ | ১৪/৩০ | ২১/৪৯ | ২১° |
| ১০° | ৩/৫৮ | ১৪/৪৯ | ২১/৫৮ | ২০° |
| ১১° | ৪/২১ | ১৫/০৮ | ২২/০৭ | ১৯° |
| ১২° | ৪/৪৫ | ১৫/২৭ | ২২/১৫ | ১৮° |
| ১৩° | ৫/০৮ | ১৫/৪৫ | ২২/২৩ | ১৭° |
| ১৪° | ৫/৩১ | ১৬/০৩ | ২২/৩০ | ১৬° |
| ১৫° | ৫/৫৫ | ১৬/২১ | ২২/৩৭ | ১৫° |
| ১৬° | ৬/১৮ | ১৬/৩৮ | ২২/৪৩ | ১৪° |
| ১৭° | ৬/৪১ | ১৬/৫৫ | ২২/৪৯ | ১৩° |

| সায়ন স্ফুট | ০ মেষ   ৬ তুলা | ১ বৃষ   ৭ বৃশ্চিক | ২ মিথুন   ৮ ধনু | সায়ন স্ফুট |
|---|---|---|---|---|
| ১৮° | ৭/০৪ | ১৭/১২ | ২২/৫৫ | ১২° |
| ১৯° | ৭/২৭ | ১৭/২৯ | ২৩/০০ | ১১° |
| ২০° | ৭/৪৯ | ১৭/৪৫ | ২৩/০৫ | ১০° |
| ২১° | ৮/১২ | ১৮/০১ | ২৩/০৯ | ৯° |
| ২২° | ৮/৩৪ | ১৮/১৭ | ২৩/১৩ | ৮° |
| ২৩° | ৮/৫৭ | ১৮/৩২ | ২৩/১৬ | ৭° |
| ২৪° | ৯/১৯ | ১৮/৪৭ | ২৩/১৯ | ৬° |
| ২৫° | ৯/৪১ | ১৯/০১ | ২৩/২২ | ৫° |
| ২৬° | ১০/০৩ | ১৯/১৬ | ২৩/২৪ | ৪° |
| ২৭° | ১০/২৫ | ১৯/৩০ | ২৩/২৫ | ৩° |
| ২৮° | ১০/৪৬ | ১৯/৪৪ | ২৩/২৬ | ২° |
| ২৯° | ১১/০৭ | ১৯/৫৭ | ২৩/২৭ | ১° |
| ৩০° | ১১/২৯ | ২০/১০ | ২৩/২৭ | ০° |
| | ৫ কন্যা   ১১ মীন | ৪ সিংহ   ১০ কুম্ভ | ৩ কর্কট   ৯ মকর | |

---

### মঙাশুবা তাক্কক

## নুমিৎ থোকপা অমদি নুমিৎ তাবগী মতম পুথোকপা

নুমিৎ থোকপা হায়রগা হিন্দুশিংনা নুমিৎকী ময়ায় থংবা শরুক্তা নোংপোক্কী হোরাইজন্দা (Eastern Horizon) লৈবা মতমবু খঙনৈ। অদুগা নুমিৎকী ময়ায়থংবা শরুক্তা মফম অমগী মেরিডিয়ন (Meridian) গী মথক্তা চপ য়ুংনা লৈবা মতমদা মফম অদুগী নুমিৎ য়ুংবা ওই। নুমিৎকী ময়ায়গী শরুক্তা নোংচুপকী হোরাইজন্দা লৈবা মতমবু নুমিৎ তাবনি হায়না হিন্দুশিংনা লৌই।

নোংচুপলোমগী মীওইশিংগী মতুংইন্নদি নুমিৎকী মথকথংবা শরুকপু হোরাইজন্দা হেক উবা মতমবু নুমিৎ থোকপা অদুগা নুমিৎকী অকোয়বা (Disc) বু হেক উখিদবা মতমবু নুমিৎ তাবনি হায়না লৌই। হিন্দুশিংনা লৌরিবা নুমিৎ থোকপা অমদি নুমিৎ তাবগী মওংগা নোংচুপলোমগী মওংগা খেন্নরিবসি খঙজিনবা ফৈ। নুমিৎ থোকপা অমদি নুমিৎ তাবগী মতম পুখোক্লবা হোৎনবদা ঐখোয়না মখাগী ৱারোল খরসি মমুৎ তানা খঙদবা য়ারক্তে।

**দিবা অমদি রাত্রি ঃ-** নুমিৎ হেক থোকপদগী নুমিৎ তাবা ফাওবগী মতমবু হিন্দুশিংনা দিবা নৎত্রগা অহস্ হায়বদি নুংথিলগী মতম হায়না খঙনৈ। নুমিৎ তাবদগী মথংগী নুমিৎ থোকপা ফাওবগী মতমবুনা রাত্রি নৎত্রগা নিশা হায়বদি অহিংগী মতম কৌই। দিবা অমদি রাত্রি পূল্লগা পুং ২৪ নৎত্রগা দণ্ড ৬০ ওই। দিবা অমদি রাত্রিবু দণ্ড, পল অমদি বিপলদা পীবগী চৎনবী অসি হীরম অসিদা খোংদারিবা মণিপুরগী মীওইশিংনা ঙাক্লা চৎপা থেংনৈ। মরম অদুনা দণ্ড, পল অমদি বিপলগী মরমদা খঙদবা য়াদবা মতাং অমা লাকই।

বিপল ৬০ = পল অমা

পল ৬০ = দণ্ড অমা

দণ্ড ৬০ = নোংমা নৎত্রগা পুং ২৪

অমুকহন্না পুং ২৪ = দণ্ড ৬০

মরম অদুনা পুং ১ = $\frac{৬০}{২৪}$ = $\frac{৫}{২}$ = দণ্ড ২$\frac{১}{২}$

মথক্কী অসিদগী ঐখোয়না খঙলে মদুদি অপীবা পুং, মিনিট অমদি সেকেণ্ডবু ৫ না পুরিরগা ২ না য়েল্লবদি দণ্ড, পল অমদি বিপল ফংগনি। অমরোমদা অমুক দণ্ড, পল অমদি বিপলদা ২ না পুরিরগা ৫ না য়েন্দুনা পুং, মিনিট অমদি সেকেণ্ডদা ওন্থোকপা য়াই।

**লোকেল টাইম অমদি ষ্টেণ্ডর টাইম ঃ-** মফম অমগী মেরিডিয়নগী মথক্তা নুমিৎনা চপ য়ুংনা থোকপা মতমদা মফম অদুগী নুমিৎ য়ুংবনি হায়না লৌদুনা চৎনবা মতমগী মওংবু মফম অদুগী লোকেল মিন টাইম (Local Mean Time) শম্না L.M.T. হায়না খঙনৈ।

লৈবাক অমগী তোঙান তোঙানবা মফমশিংগী L.M.T. খেন্নবনা Post Office, Railways, Telegraph অমদি Aeroplane পাইবনচিংবগী মতম খঙবদা খেন্নবা অপনবা কয়া পীবনা লৈপাক অদুগী গোভর্নমেন্টনা ময়ায় ওইবা লম অমগী L.M.T. বু লৈপাক অদুগী mean time নি হায়না লৌবা চৎনৈ। মসিবু লৈপাক অদুগী Standard Time হায়রগা খঙনৈ। India Government

না ৮২°৩০′ East তা লৈবা নৈনী হায়বা এলাহাবাদ ময়াগী লম অমগী L.M.T বু ভারত পুম্বগী Standard Time নি হায়না ১৯০৬ তা লাউথোকখি। ৮২°৩০′ কী L.M.T বু ঐখোয়না Indian Standard Time (I.S.T.) হায়রগা খঙনরে।

পৃথিবীনা মশাগী axis তা অমুক লৈবদা পুং ২৪ চংই। পৃথিবীনা মতুম তাবা পোৎ ওইবনা ৩৬০° লৈ।

৩৬০ চৎপদা পুং ২৪ চংই

$১^\circ$ চৎপদা পুং $\frac{২৪}{৩৬০}$ =মিঃ$\frac{২৪\times৬০}{৩৬০}$ = মিঃ ৪

I.S.T. দগী মফম অমগী L.M.T. দা ওম্থোক্কে হায়রবদি অহানবদা মফম অদুগী লোঙ্গিচ্যুডকা ৮২°৩০′ কা খেন্নবা পুথোক্কনি। ফংলিবা খেন্নবা অদুদা ৪ না পুরিদুনা মতমদা ওম্থোক্কনি। মফম অদুনা ৮২°৩০′ E তগী East তা লৈরবদি খেন্নরিবা মতম অদু I.S.T. দা তিনশিন্দুনা মফম অদুগী L.M.T. পুথোক্কনি। করিগুম্বা মফম অদুদা ৮২°৩০′ E তগী নোংচুপলোমদা লৈরবদি খেন্নরিবা মতম অদু I.S.T. দগী খায়দোক্কুনা মফম অদুগী L.M.T. পুথোক্কনি। মখাদা খুদম অমা লৌখত্তুনা য়েংসি।

**খুদম** ঃ- I.S.T. দা পুং ৯ মিঃ ১২ A.M. অসি ইম্ফাল ৯৩°৫৭E গী L.M.T. দা ওম্থোকসি।

**পাউখুম** ঃ-

| | |
|---|---|
| | ৯৩°৫৭′ |
| | (–) ৮২°৩০′ |
| মফম অনীগী লোঙ্গিচ্যুডদা খেন্নবা | ১১°২৭′ |
| | (×) ৪ |
| | মিনিট ৪৫ সেঃ ৪৮ |

ইম্ফালনা ৮২°৩০′ দগী East তা লৈবনা I.S.T. পুং ৯ মিঃ ১২ দা মিঃ ৪৫ সেঃ ৪৮ তিনশিন্দুনা ইম্ফালগী L.M.T. পুং ৯ মিঃ ৫৭ সেঃ ৪৮ ওইরগনি।

লম লমগী I.S.T. correction অসি মথক্তা ইম্ফালগী মিঃ ৪৫ সেঃ ৪৮ পুথোকপগুম পুথোকপা য়াই। অদুবু হৌজিক্তি ইন্দিয়াদা ফোঙবা পঞ্জিকা অমদি ইফেমেরিসশিংদা লম লমগী I.S.T. correction পীরবা মরম্না থোইদোক্না হোৎনুবগী দরকার লৈতবগুম তৌরে।

**চর (Assensional difference) :** লম অমগা লম অমগগী নুমিৎ থোকপা অমদি নুমিৎ তাবগী মতমদা খেন্নহল্লিবা অসিবু চর হায়রগা খঙনৈ। রবিনা অতিয়াগী বিষুবরেখাগী অৱাংদা লৈদুনা অৱাং ক্রান্তি থোকহনবা মতমদা পৃথিবীগী বিষুবরেখাগী অৱাংদা লৈবা মফম অমদা দিবানা রাত্রিদগী শাংবা হেনগনি লোয়ননা মফম অদুদা নুমিৎ থোকপা ঙনগনি অমসুং নুমিৎ তাবগী মতম্না থেংগনি। মতম অসিদা বিষুবরেখাগী খাদা লৈবা মফম অমদা রাত্রিনা দিবাদগী শাংবা হেনগনি লোয়ননা নুমিৎ থোকপা থেংগনি অদুগা ঙন্না তাগনি। মরম অদুনা নুমিৎ থোকপা অমদি তাবগী মতম অসি রবিগী ক্রান্তি অমদি মফম অদুগী লেটিচ্যুডকী মখা পোনগনি।

নুমিৎনা অতিয়াগী বিষুবরেখাদা লৈবা মতমদা রবি (নুমিৎ)গী ক্রান্তি $0^\circ$ শেমদুনা পৃথিবীগী বিষুবরেখাদা লৈবা মফমশিংদা নুমিৎনা অয়ুক্কী পুং ৬ তা থোকই অদুগা নুমিদাংৱাইরম পুং ৬ তা তাই। রবিগী ক্রান্তি অমদি মফম অদুগী লেটিচ্যুডনা মরম ওইদুনা নুমিৎ থোকপা অমদি নুমিৎ তাবগী মতম্না পুং ৬ তগী খেন্নরিবা অসিবু হিন্দুশিংনা চর হায়না খঙনৈ। মখাদা চর পুথোক্লবগী formula পীরি।

$$\log \sin C = \log \tan\alpha + \log \tan\beta$$

মথক্কী formula দা $\alpha$ না নুমিৎ থোকপগী মতম পুথোক্কদৌরিবা মফম অদুগী লেটিচ্যুড অদুগা $\beta$ না নুমিৎ অদুগী রবিগী ক্রান্তিনি। অসুম্না ফংলিবা চরগী ভ্যেলু অসি ৪ না পুরিদুনা মতমগী মিনিট অমদি সেকেণ্ড থমগনি। মফম অদুগী লেটিচ্যুড অমদি রবিগী ক্রান্তি অনীমক North ঙাক্তা নৎত্রগা South ঙাক্তা ওইমিন্নরবদি পুং ৬ তগী চর খাইদোক্লুনা নুমিৎ থোকপা অদুগা পুং ৬ তা চর তিনশিন্দুনা নুমিৎ তাবা পুথোক্কনি। মফম অদুগী লেটিচ্যুড অমদি রবিগী ক্রান্তিনা অমনা North অদুগা অমনা South ওইরবদি পুং ৬ তা চর তিনশিন্দুনা নুমিৎ থোকপা অমদি পুং ৬ তগী চর খাইদোক্লুনা নুমিৎ তাবা পুথোক্কনি। অসুম্না ফংলিবা নুমিৎ থোকপা অমদি নুমিৎ তাবগী মতম অসি মফম অদুগী L.M.T. দা পীবনি। I.S.T. correction তৌদুনা I.S.T. দা থমগনি।

**কালসমীকরণ (Equation of Time) :-** নুমিৎনা পৃথিবীগী অকোয়বদা কোয়না চৎপোই নীংলিবা লম্বী অসিনা সার্কলগী মওংদা লৈরম্লবদি কালসমীকরণ হায়বা লৈরমলোই। অদুবু লম্বী অসিনা সার্কলগী মওংদা লৈতদুনা য়েরুমগী মওংদা লৈরম্বনা নুমিৎ অমদি পৃথিবীগী মরক্কী অরাপ্পা অসি অকক্লবা অমদা লৈতে। করিগুম্বা মতমদা পৃথিবীনা নুমিৎতগী খ্বাইদগী লাপ্পা

মফম (Aphelion) দা লৈ অদুগা করিগুম্বা মতমদনা নুমিৎকা খ্বায়দগী নক্লবা মফম (Perihelion) দা লৈ। নুমিৎকা খ্বাইদগী নক্লবা বিন্দুগী ময়াদা পৃথিবীনা য়াম্না য়াংনা চৎলি অদুগা খ্বাইদগী লাপ্পবা বিন্দুগী ময়াদনা য়াম্না তপ্না চৎলি। মসিনা মরম ওইদুনা চহী খুদিংগী ফ্রেবুৱারি থাগী হৌগৎলকপা ময়াদা নুমিৎনা য়াম্না তপ্না চৎলি অদুগা ওক্টোবর থাগী লোইরমদাইদা য়াম্না য়াংনা চৎলি তশেংবদি নুমিৎনা চৎপা নত্তে, পৃথিবীনা চৎপনি। মতৌ অসুম্না Sundial অমনা তাকপা মতমগা অচুম্বা ঘড়ী অমনা তাকপা মতমগা খরদং খেন্নবা লৈ। অসুম্না খেন্নববু হিন্দুশিংনা কালসমীকরণ হায়না খঙনৈ। পুং ৬ তা চর হাপতোক-হাপচিন তৌদুনা ফংবা নুমিৎ থোকপা অমদি নুমিৎ তাবগী মতমদা অমুকহন্না কালসমীকরণ হাপতোক হাপচিন তৌদুনা অশেংবা নুমিৎ থোকপা অমদি তাবগী মতম পুথোক্কনি। লামায় ২৪ দা কালসমীকরণ পুথোক্লবগী টেবল পীরি।

হৌজিক ঐখোয়না মথক্তা নৈনখিবা ৱারোলগী মতুংইন্না নুমিৎ থোকপা অমদি নুমিৎ তাবগী মতম পুথোক্লবা মরুওইবা খোঙচৎ খরদং লৌখৎতুনা য়েংসি।

**অহানবা খোঙচৎ ঃ-** নুমিৎ থোকপা পুথোক্কদৌরিবা নুমিৎ অদুগী রবিগী নিরয়ণ স্ফুট পঞ্জিকা নৎত্রগা ইফেমিরিস অমদগী খঙদোক্লবা মতুংদা অয়নাংশ তিনশিন্দুনা সায়ন স্ফুটতা ওস্নোকপা।

**অনীশুবা খোঙচৎ ঃ-** টেবল নম্বর ৬ কী মতুংইন্না নুমিৎ অদুগী রবিগী ক্রান্তি পুথোক্কনি। সায়ন স্ফুটনা মেষ অমদি কন্যাগী মরক্তা লৈরবদি ক্রান্তি অদু অৱাংনি হায়না লৌদুনা "N" ইগনি। করিগুম্বা সায়ন রবিনা তুলা অমদি মীনগী মরক্তা লৈরবদি ক্রান্তি অদু মখানি হায়না লৌদুনা "S" ইগনি।

**অহুমশুবা খোঙচৎ ঃ-** $\log \sin C = \log \tan\alpha + \log \tan \beta$ শীজিন্নদুনা চর পুথোক্কনি। ফংলিবা চর অদু ৪ না পুরিদুনা মতমগী মিনিট অমদি সেকেণ্ডদা থমগনি।

**মরিশুবা খোঙচৎ ঃ** মফম অদুগী লেটিচ্যুড অমদি ক্রান্তিনা অৱাং নৎত্রগা মখা ঙাক্তা ওইমিন্নরবদি পুং ৬ তগী চর খাইদোক্তুনা অদুগা পুং ৬ তা চর তিনশিন্দুনা মফম অদুগী L.M.T. দা চাওরাকপা নুমিৎ থোকপা অমদি নুমিৎ তাবগী মতম পুথোক্কনি। করিগুম্বা লেটিচ্যুড অমদি ক্রান্তিনা অমনা অৱাং অদুগা অমনা মখা ওইরবদি পুং ৬ তা চর তিনশিন্দুনা নুমিৎ থোকপা অমদি পুং ৬ তবগী চর খায়দোক্তুনা নুমিৎ তাবা পুথোক্কনি।

**মঙাশুবা খোঙচৎ ঃ** মথক্তা ফংলিবা L.M.T. দা চাওরাকপা নুমিৎ থোকপা অমদি নুমিৎ তাবগী মতমদা কালসমীকরণ হাপ্তোক-হাপচিন তৌদুনা মফম অদুগী L.M.T. দা অশেংবা নুমিৎ থোকপা অমদি নুমিৎ তাবগী মতম পুথোক্কনি।

## টেবল নম্বর—৭
## (কালসমীকরণ তাকপা)

| তাং | জানুয়ারি | ফেব্রুয়ারি | মার্চ | এপ্রিল | মে | জুন | জুলাই | আগষ্ট | সেপ্টেম্বর | অক্টোবর | নভেম্বর | ডিসেম্বর | তাং |
|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|
| ১ | (+)৩ | (+)১৪ | (+)১৩ | (+)৪ | (−)৩ | (−)২ | (+)৩ | (+)৬ | ০ | (−)১০ | (−)১৬ | (−)১১ | ১ |
| ২ | ৪ | ১৪ | ১২ | ৪ | ৩ | ২ | ৪ | ৬ | ০ | ১০ | ১৬ | ১১ | ২ |
| ৩ | ৪ | ১৪ | ১২ | ৪ | ৩ | ২ | ৪ | ৬ | (−)১ | ১১ | ১৬ | ১০ | ৩ |
| ৪ | ৫ | ১৪ | ১২ | ৩ | ৩ | ২ | ৪ | ৬ | ১ | ১১ | ১৬ | ১০ | ৪ |
| ৫ | ৫ | ১৪ | ১২ | ৩ | ৩ | ২ | ৪ | ৬ | ১ | ১১ | ১৬ | ১০ | ৫ |
| ৬ | ৬ | ১৪ | ১২ | ৩ | ৩ | ২ | ৪ | ৬ | ১ | ১২ | ১৬ | ১০ | ৬ |
| ৭ | ৬ | ১৪ | ১২ | ২ | ৩ | ১ | ৫ | ৬ | ১ | ১২ | ১৬ | ৯ | ৭ |
| ৮ | ৭ | ১৪ | ১১ | ২ | ৪ | ১ | ৫ | ৬ | ২ | ১২ | ১৬ | ৯ | ৮ |
| ৯ | ৭ | ১৪ | ১১ | ২ | ৪ | ১ | ৫ | ৫ | ২ | ১৩ | ১৬ | ৮ | ৯ |
| ১০ | ৭ | ১৪ | ১১ | ২ | ৪ | ১ | ৫ | ৫ | ৩ | ১৩ | ১৬ | ৭ | ১০ |
| ১১ | ৮ | ১৪ | ১০ | ১ | ৪ | ১ | ৫ | ৫ | ৩ | ১৩ | ১৬ | ৭ | ১১ |
| ১২ | ৮ | ১৪ | ১০ | ১ | ৪ | ১ | ৫ | ৫ | ৩ | ১৩ | ১৬ | ৭ | ১২ |
| ১৩ | ৯ | ১৪ | ১০ | ১ | ৪ | ০ | ৫ | ৫ | ৪ | ১৪ | ১৬ | ৭ | ১৩ |
| ১৪ | ৯ | ১৪ | ১০ | ০ | ৪ | ০ | ৬ | ৫ | ৪ | ১৪ | ১৬ | ৬ | ১৪ |
| ১৫ | ৯ | ১৪ | ৯ | ০ | ৪ | ০ | ৬ | ৪ | [illegible] | ১৪ | ১৬ | ৫ | ১৫ |
| ১৫ | ৯ | ১৪ | ৯ | ০ | ৪ | ০ | ৬ | ৪ | ৫ | ১৪ | ১৬ | ৫ | ১৫ |
| ১৬ | ১০ | ১৪ | ৯ | ০ | ৪ | ০ | ৬ | ৪ | ৫ | ১৪ | ১৫ | ৫ | ১৬ |
| ১৭ | ১০ | ১৪ | ৯ | ০ | ৪ | ০ | ৬ | ৪ | ৫ | ১৪ | ১৫ | ৪ | ১৭ |
| ১৮ | ১০ | ১৪ | ৮ | ০ | ৪ | (+)১ | ৬ | ৪ | ৬ | ১৫ | ১৫ | ৪ | ১৮ |
| ১৯ | ১১ | ১৪ | ৮ | (−)১ | ৪ | ১ | ৬ | ৪ | ৬ | ১৫ | ১৫ | ৩ | ১৯ |
| ২০ | ১১ | ১৪ | ৮ | ১ | ৪ | ১ | ৬ | ৩ | ৬ | ১৫ | ১৫ | ৩ | ২০ |
| ২১ | ১১ | ১৪ | ৮ | ১ | ৪ | ১ | ৬ | ৩ | ৭ | ১৫ | ১৪ | ২ | ২১ |
| ২২ | ১২ | ১৪ | ৭ | ১ | ৪ | ২ | ৬ | ৩ | ৭ | ১৫ | ১৪ | ২ | ২২ |
| ২৩ | ১২ | ১৩ | ৭ | ২ | ৪ | ২ | ৬ | ৩ | ৭ | ১৬ | ১৪ | ১ | ২৩ |
| ২৪ | ১২ | ১৩ | ৭ | ২ | ৩ | ২ | ৬ | ২ | ৮ | ১৬ | ১৪ | ১ | ২৪ |
| ২৫ | ১২ | ১৩ | ৭ | ২ | ৩ | ২ | ৬ | ২ | ৮ | ১৬ | ১৩ | ০ | ২৫ |
| ২৬ | ১৩ | ১৩ | ৬ | ২ | ৩ | ২ | ৬ | ২ | ৮ | ১৬ | ১৩ | ০ | ২৬ |
| ২৭ | ১৩ | ১৩ | ৬ | ২ | ৩ | ৩ | ৬ | ২ | ৯ | ১৬ | ১৩ | (+)১ | ২৭ |
| ২৮ | ১৩ | ১৩ | ৫ | ২ | ৩ | ৩ | ৬ | ১ | ৯ | ১৬ | ১৩ | ১ | ২৮ |
| ২৯ | ১৩ | ১৩ | ৫ | ৩ | ৩ | ৩ | ৬ | ১ | ৯ | ১৬ | ১২ | ২ | ২৯ |
| ৩০ | ১৩ | | ৫ | ৩ | ৩ | ৩ | ৬ | ১ | ১০ | ১৬ | ১২ | ২ | ৩০ |
| ৩১ | ১৩ | | ৪ | | ৩ | | ৬ | ০ | | ১৬ | | ৩ | ৩১ |

**তরুকশুবা খোঙচৎ ঃ** লম লমগী I.S.T. correction তৌদুনা I.S.T. দা নুমিৎ থোকপা অমদি নুমিৎ তাবগী মতম পুথোক্কনি।

তরেৎশুবা খোঙচৎ ঃ নুমিৎ তাবগী মতমদা পুং ১২ তিনশিনগনি অদুগা নুমিৎ থোকপগী মতম থাইদোক্কনি। অসুম্না ফংলিবা ফলদা ৫ না পুরিরগা ২ না য়েন্দুনা দিবাগী দণ্ড, পল অমদি বিপল থিগনি। মথংদা দণ্ড ৬০ দগী দিবা থাইদোক্তুনা রাত্রি পুথোক্কনি।

হৌজিক মথক্কী খোঙচৎশিং শীজিন্নদুনা নুমিৎ থোকপা অমদি নুমিৎ তাবগী মতম পুথোকপা অসি খুদম অনীখক লৌখৎলগা য়েংসি।

**১বা খুদম ঃ** ১৫ এপ্রিল ২০০৭ দা গুৱাহাটি ২৬°১০'N অমদি ৯১°৪৫'E তা নুমিৎ থোকপা অমদি নুমিৎ তাবগী মতম পুথোকসি।

**পাউখুম ঃ** লহড়ীগী ইফেমিরিস ২০০৭ গী মতুংইন্না

| | | |
|---|---|---|
| নিরয়ণ রবি | ০।০০।৪১।৪৩ | |
| (+) অয়নাংশ | ০।২৩।৫৭।৩৪ | |
| সায়ন রবি | ০।২৪।৩৯।১৭ | -অহানবা খোঙচৎ |

হৌজিক টেবল নম্বর ৬ তগী

| | |
|---|---|
| মেষগী ২৫ ডিগ্রীগী ক্রান্তি | ৯°।৪১' |
| (-)মেষগী ২৪ ডিগ্রীগী ক্রান্তি | ৯°।১৯' |
| ১° খেন্নবগী ক্রান্তিদা খেন্নবা | ০°২২' |

১' খেন্নবগী ক্রান্তিদা খেন্নবা $\frac{২২}{৬০}$

৩৯' খেন্নবগী ক্রান্তিদা খেন্নবা $\frac{২২ \times ৩৯}{৬০} = ১৪'$

সায়ন রবি ২৪° গী ক্রান্তি ৯°।১৯'

সায়ন রবি ৩৯' গী ক্রান্তি ০।১৪'

সায়ন রবি ২৪°৩৯' গী ক্রান্তি ৯°।৩৩'

সায়ন রবিনা মেষ রাশিদা লৈবনা ক্রান্তি অসি অৱাং ওইরে।

মরম অদুনা ক্রন্তি ৯°৩৩' N —— অনীশুবা খোঙচৎ

হৌজিক মথক্কী formula দা

$\alpha$ = গুৱাহাটিগী লেটিচ্যুড ২৬°১০' অদুগা

$\beta$ = নুমিৎকী ক্রান্তি ৯°৩৩' থমদুনা

log sin C = log tan ২৬°১০' + log tan ৯°৩৩'

$= \bar{১}.৬৯১৪ + \bar{১}.২২৫৯ = \bar{২}.৯১৭৩$

log sin C গা $\bar{২}.৯১৭৩$ মান্নবনা

C = ৪°.৪৪′ (log table শীজিন্নদুনা)

ফংলিবা চরগী ভ্যেলুদা ৪ না পুরিদুনা মতমগী মিনিট অমদি সেকেণ্ড ওন্থোকসি।

৪°৪৪′

(×) ৪

১৮ মিঃ ৫৬ সেঃ—অহুমশুবা খোঙচৎ

গুৱাহাটিগী লেটিচ্যুডসু North ওইবা অদুগা নুমিৎ অসিগী ক্রান্তিসু North ওইবনা পুং ৬-চর = গুৱাহাটিগী L.M.T দা চাওরাকপা নুমিৎ থোকপা অদুগা পুং ৬ + চর = গুৱাহাটিগী L.M.T. দা চাওরাকপা নুমিৎ তাবগী মতম পুথোক্লে।

পুং ৬। ০। ০

(–) ০।১৮।৫৬ চর

৫।৪১।০৪ L.M.T. দা চাওরাকপা নুমিৎ থোকপা

পুং ৬।০।০

(+) ০।১৮।৫৬ চর

৬।১৮।৫৬ L.M.T. দা চাওরাপা নুমিৎ তাবা

-মরিশুবা খোঙচৎ।

এপ্রিলগী তাং ১৫ গী কালসমীকরণ (টেবল নম্বর ৭) ০ ওইবনা নুমিৎ থোকপা অমদি নুমিৎ তাবগী মতমদা হাপতোক-হাপচিন তৌদনা L.M.T. দা অশেংবা নুমিৎ থোকপা অমদি অশেংবা নুমিৎ তাবগী মতম মরিশুবা খোংচৎতা লৈরিবা অসি অশুম লৈরগনি। —মঙাশুবা খোঙচৎ

গুৱাহাটিগী I.S.T. correction ৩৭ মিঃ খায়দোক্লুনা

৫।৪১।০৪

(–) ০।৩৭।০

নুমিৎ থোকপা পুং ৫।০৪।০৪ I.S.T. দা

পুং ৬।১৮।৫৬

(-) ০।৩৭।০

নুমিৎ তাবা পুং ৫।৪১।৫৬ I.S.T. দা—তরুকশুবা খোঙচৎ

হৌজিক নুমিৎ তাবগী মতমদা পুং ১২ তিনশিন্দুনা নুমিৎ তাবা অসি পুং ১৭।৪১।৫৬ সেঃ নি হায়না লৌরে।

নুমিৎ তাবা পুং ১৭।৪১।৫৬
(–) নুমিৎ থোকপা পুং ৫।০৪।০৪

নুংথিলগী মতম পুং ১২।৩৭।৫২
(×) ৫
২|৬৩। ৯।২০
দং ৩১।৩৪।৪০ বিপল

দিবা = দং ৩১।৩৪।৪০ বিপল
রাত্রি = দং ২৮।২৫।২০ বিপল—তরেৎশুবা খোঙচৎ

(বিশুদ্ধ সিদ্ধান্ত পঞ্জিকা শকাব্দ ১৯২৯ গী লামায় খ-২০ দা এপ্রিলগী তাং ১৫ গুৱাহাটিদা নুমিৎ থোকপা পুং ৫ মিঃ ৪ নি হায়না পীরি)।

**অনীশুবা খুদম ঃ** তাং ১৮ ওক্টোবর ২০০৭ তা ইম্ফাল ২৪°৪৮′N অমদি ৯৩°৫৭′E কী নুমিৎ থোকপা অমদি নুমিৎ তাবগী মতম পুথোকসি।

শকাব্দ ১৯২৯ বিশুদ্ধ সিদ্ধান্ত পঞ্জিকাগী লামায় ১৬৭ তগী
নিরয়ণ রবি ৬।০০।১৫।৫৫
(+) অয়নাংশ০।২৩।৫৮।০২

সায়ন রবি ৬।২৪।১৩।৫৭—অহানবা খোঙচৎ

নুমিৎ অসিগী রবিগী ক্রান্তি ৯°২৪′ নি হায়না পঞ্জিকা মশাদা পীজবনা টেবল নম্বর ৬ য়েংদ্রবসু য়ারে। রবিনা তুলা রাশিদা লৈবনা ক্রান্তি ৯°২৪′ South ওইরে। —অনীশুবা খোঙচৎ

$$\log \sin C = \log \tan ২৪°৪৮' + \log \tan ৯°২৪'$$
$$= \bar{১}.৬৬৪৭ + \bar{১}.২১৮৯ = \bar{২}.৮৮৩৬$$

log sin C গী Table দগী $\bar{২}$.৮৮৩৬ গা মান্নবদি C=৪°২৩′
৪না পুরিদুনা মতমগী মিনিট অমদি সেকেণ্ডদা ওন্থোক্লে।

৪°।২৩′
× ৪

মিঃ ১৭। ৩২ সেঃ —অহুমশুবা খোঙচৎ

ইম্ফালগী লেটিচ্যুডনা অৱাং ওইবা অদুগা ক্রান্তিনা মখা ওইবনা
পুং ৬।০০।০০
(+)চর ০।১৭।৩২

পুং ৬।১৭।৩২ ইম্ফালগী L.M.T. দা চাওরাক্লা নুমিৎ থোকপা
(–)কালসমীকরণ ০।১৫। ০

পুং ৬।০২।৩২ L.M.T. দা অশেংবা নুমিৎ থোকপা

পুং ৬।০০।০০
(–) চর ০।১৭।৩২
পুং ৫।৪২।২৮ L.M.T. দা চাওরাক্লা নুমিৎ তাবা
(–)কালসমীকরণ ০।১৫।০
পুং ৫।২৭।২৮ L.M.T. দা অশেংবা নুমিৎ তাবা
মরিশুবা অমদি মগাশুবা খোঙচৎ

পুং ৬।০২।৩২ L.M.T. দা নুমিৎ থোকপা
(-)০।৪৫।৪৮ ইম্ফালগী I.S.T. correction
পুং ৫।১৬।৪৪ I.S.T. দা ইম্ফালদা নুমিৎ থোকপা
পুং ৫।২৭।২৮ L.M.T. দা নুমিৎ তাবা
(–) I.S.T. correction ০।৪৫।৪৮
৪।৪১।৪০ I.S.T. দা নুমিৎ তাবা
--তরুকশুবা খোঙচৎ

মথক্কী নিয়মগী মতুংইন্না দিবা অমদি রাত্রি পুথোকপা য়াই। অদুবু শন্না চাওরাকপা নুমিৎ তাবগী মতমদা ৫ না পুরিরবদি দিবাগী দণ্ড, পল অমদি বিপল ফংগনি।

L.M.T. দা চাওরাক্লা নুমিৎ তাবা পুং ৫।৪২।২৮
(×) ৫
দিবা দং ২৮।৩২।২০ বিপল
রাত্রি দং ৩১।২৭।৪০ বিপল

শকাব্দ ১৯২৯ গী বিশুদ্ধা সিদ্ধান্ত পঞ্জিকা অসিগী লামায় ১৬৯ দা পুং ৫ মিঃ ১৭ তা ইম্ফালদা নুমিৎ থোকই হায়না পীরি।

(N.B. অইবগী "ইম্ফালদা নুমিৎ থোকপা অমদি নুমিৎ তাবগী মতম পুথোকপা" হায়বা লাইরিক্কী অরোইবা শরুক্তা ২০০৩ গী নুমিৎ খুদিংগী ইম্ফালদা নুমিৎ থোকপা অমদি নুমিৎ তাবগী মতম পীরিবদু শীজিন্নদুনা মণিপুরদা লৈবা মফম খুদিংগী মতম পুন্নগী ওইনা কুঠি ইবদা শীজিন্নবদা থোইদোকপা অকাইবা লৈরোই।)

তরুকশুবা তাঙ্কক

# রাশিশিংগী মখল, তোঙান তোঙানবা রাশি চক্রশিংগী মওং অমদি রাশিশিংনা থোরকপদা চংবা মতম

রাশিশিংগী লিচৎ-শজৎকী মতুংইন্না মখোয়বু মখল মখা কয়ামুক থোক্লা খায়দোকই।

জোডিএক্তা লৈরিবা রাশি ১২ অসি তুমাশুবা কাদা লৈবা অমদি লৈতবগী মতুংইন্না মখল অনী থোক্লা খায়দোকই।

**(ক) যুগ্ম রাশি ঃ-** তুমাশুবা কাদা লৈবা রাশিশিং হায়বদি বৃষ, কর্কট, কন্যা, বৃশ্চিক, মকর অমদি মীনবু যুগ্ম রাশিং (Even sign) নৎত্রগা সম রাশিশিং কৌই। মখোয় অসি নুপী খঙনবা রাশিশিং ওইবনা লিচৎ-শাজৎতা অমেংবা অথোৎপা অমদি অফবা ওই।

**(খ) বিষম রাশি ঃ-** তুমাশুদবা কাদা লৈবা রাশিশিং হায়বদি মেষ, মিথুন, সিংহ, তুলা, ধনু অমদি কুম্ভবু বিষম রাশিশিং (Odd sign) নৎত্রগা ওজ রাশিশিং হায়না খঙনৈ। মখোয় অসি নুপা খঙনবা ওইবনা তমথিবা অমদি শাথিবা লিচৎ ওই।

চৎপা অমদি চৎতবগী মতুংইন্না রাশি ১২ বু মখল অহুম থোক্লা খায়দোকই।

**(ক) চর রাশি ঃ-** মেষ, কর্কট, তুলা অমদি মকরবু চর রাশিশিং (Moveable sign) হায়বদি অচৎপা রাশিশিং হায়না খঙনৈ।

**(খ) স্থির রাশি ঃ-** বৃষ, সিংহ, বৃশ্চিক অমদি কুম্ভবু স্থির রাশিশিং (Fixed sign) হায়বদি লেংদবা রাশিশিং কৌই।

**(গ) দ্ব্যাত্মক রাশি ঃ-** মিথুন, কন্যা, ধনু অমদি মীনবু দ্ব্যাত্মক রাশিশিং (Common নৎত্রগা Dual sign) হায়বদি অনীমক ওইবা রাশিশিং হায়না খঙনৈ।

প্রকৃতিগী পোৎচাকশিংগী গুণ চেনবগী মতুংইন্না রাশিশিংবু মখল মরি থোক্লা খায়দোকই।

**(ক) অগ্নি তত্ত্ব রাশি ঃ-** মেষ, সিংহ অমদি ধনুবু মৈগী গুণ চেনবা রাশিশিং অগ্নিতত্ত্ব রাশিশিং (Fiery sign) কৌই।

**(খ) পৃথিবী তত্ত্ব রাশি ঃ-** বৃষ, কন্যা অমদি মকরবু পৃথিবীগী গুণ চেল্লি হায়দুনা পৃথিবী তত্ত্ব রাশিশিং (Earthly sign) হায়রগা খঙনৈ।

**(গ) বায়ু তত্ত্ব রাশি ঃ-** মিথুন, তুলা অমদি কুম্ভবু নুংশিৎকী মগুণ চেল্লি হায়দুনা বায়ু তত্ত্ব রাশিশিং (Airy sign) কৌই।

**(ঘ) জল তত্ত্ব রাশি ঃ-** কর্কট, বৃশ্চিক অমদি মীনবু ঈশিংগী গুণ চেল্লি হায়দুনা জল তত্ত্ব (Watery sign) রাশিশিংনি হায়না লৌই।

মথক্কী রাশি ১২ গী তোঙান তোঙানবা মখলশিং অসি খঙদবা য়াদে মরমদি মখোয়শিং অসি তুংদা গ্রহশিংগী বর্গ নৈনবগী মতাংদা য়াম্না মরুওইবা মচাকশিং ওইরক্কনি।

লাইরিক অসিগী পান্দম বৈজ্ঞানিক ওইবা মওংদা কুঠি ইবা হায়বসি হিন্দুগী কুঠি ইবগী মরমদা নৈনগদবা ওইবনা ভারতকী তোঙান তোঙানবা রাশি চক্রগী মওংদমক নৈনদুনা য়েংসি। রাশি ১২ বু diagram য়েক্লুনা ফোঙদোকপবু রাশি চক্র য়েক্লুনা ফোঙদোকপা হায়না খঙনৈ। ভারত্তা হৌজিক হৌজিক রাশি চক্র মওং অহুমখক শীজিন্নবা থেংনৈ।

**(১) খা ভারতা শীজিন্নবা রাশি চক্রগী মওং ঃ**

| | | | |
|---|---|---|---|
| রা<br>মীন | মেষ | র বু<br>বৃষ | শু<br>মিথুন |
| কুম্ভ | | | কর্কট<br>চ |
| মকর | | | সিংহ<br>বৃ |
| ধনু | বৃশ্চিক | তুলা<br>ম | কন্যা<br>কে |

মথক্কী রাশি চক্র অসিদা মেষ, বৃষ, মিথুন, কর্কটনচিংবা ব্রাহৈনা থারিবা অসি থারোই। মেষকী লৈফম অসি হোংবা য়াদে। বৃষদা রবু থারিবা অসি রবি অমদি বুধ গ্রহনা বৃষ রাশিদা লৈ হায়রিবনি। মতৌ অসুম্না চন্দ্র (চ) না কর্কট রাশিদা, বৃহস্পতি (বৃ) না সিংহদা লৈ হায়রিবনি। মেষগী লৈফমদগী ঘড়ী কাটানা চৎপা মাইকৈদা রাশি মথং মথং লৈগনি। রাশিশিংগী লৈফম হোংবা তৌরোই। মরুওইনা মেষকী লৈফম অসি মুন্না খঙজিনগদবনি।

**(২) অব্রাং ভারতা শীজিন্নবা রাশি চক্রগী মওং ঃ**




অব্রাং ভারত্তা শীজিন্নরিবা রাশি চক্রদা রাশিশিংগী মমিং থারোই অদুবু I, II, III, IV, হায়না XII ফাওবা ইবা থেংনগনি। I না মেষ II না বৃষ, III না মিথুন অসুম্না রাশি মথং মথং খঙনগনি। IV থারিবা মফম অসিবু অহানবা য়ুম নৎত্রগা লগ্ন (মসিগী মরমদা মখাদা নৈনরক্কনি।) হায়রগা খঙনৈ। রাশি IV না মফম অসিদা লৈবনা কর্কট রাশিনা মীওই অসিগী লগ্ন নৎত্রগা অহানবা য়ুম ওইগনি। V হায়বদি সিংহ রাশিনা অনীশুবা য়ুম অদুগা VI হায়বদি কন্যা রাশিনা অহুমশুবা য়ুম অসুম্না মথং মথং ঘড়ী কাটাগী ওন্ন-তৈনবা মাইকৈদা থিগনি। "বৃ" না IV দা লৈবনা বৃহস্পতি গ্রহনা কর্কট রাশিদা লৈ হায়রিবনি। চন্দ্র (চ) না I দা লৈবনা মেষ রাশিদা চন্দ্র গ্রহ লৈ হায়বা খঙনগনি। অসুম্না গ্রহশিংনা লৈরিবা রাশিশিং খঙবা য়াই। রাশি IV না লৈরিবা মফম অসি কর্কট রাশিগী অকক্নবা মফম নত্তে। করিগুম্বা মীওই অমগী লগ্ন (অহানবা য়ুম) না বৃশ্চিক রাশি ওইবা তারবদি VIII থাবা রাশিনা মফম অসিদা লৈগনি মথংদা IX, X, XI, XII, I, I., III, IV, V, VI, VII হায়না ঘাড়ীগী কাটানা চৎপা মাইকৈগী ওন্নতৈনবদা মথং মথং লৈগনি। হৌজিক IV না লৈরিবা মফম অসিদা লগ্ন ওইদবা য়াদে।

## (৩) নোংপোক ভরতা শীজিন্নবা রাশি চক্রগী মওং ঃ

| | বৃষ | মেষ | মীন | |
|---|---|---|---|---|
| মিথুন | | শ | কে | কুম্ভ |
| কর্কট | চ | | লং বৃ শু | মকর |
| সিংহ | রা | ম | র বু | ধনু |
| | কন্যা | তুলা | বৃশ্চিক | |

রাশি চক্র মওং অসিদা মেষগী লৈফম হোংলোই। ঘড়ী কাটানা চৎলিবা মাইকৈগী ওন্ন-তৈনবদা রাশিশিং মথং মথং লৈগনি। "লং" থারিবা মফম মকর রাশিনা মীওই অসিগী লগ্নওই হায়রিবনি। করিগুম্না মীওই অমগী লগ্ন না তুলা ওইরবদি "লং" অসি তুলা রাশিদা লৈগনি। বৃ শুনা লগ্নদা লৈবনা মকর রাশিদা বৃহস্পতি অমদি শুক্র লৈ হায়রিবনি। অসুম্না কেতু (কে) না কুম্ভ রাশিদা শনি (শ) না মেষ রাশিদা লৈ হায়বনি। চন্দ্রনা কর্কট রাশিদা লৈবনা মীওই অসিগী রাশি কর্কট ওইগনি। গান্ধী হায়রগা ঐখোয়না গান্ধী ফেমিলিগী অতৈ মীওইবু খঙনদে, মহাত্মা গান্ধীদবু খঙনবগুম, মীওই অমগী মপোক রাশি করিনো হায়রবদি মীওই অদুগী রাশি চক্রদা চন্দ্রনা লৈরিবা রাশি অদুতবু খঙনগনি। মণিপুর অসি ভারতকী নোংপোক্তা লৈবনা রাশি চক্র অসি শীজিন্নদুনা কুঠি ইবা চৎনৈ।

**রাশিশিংনা নোংপোকথংবা হোরাইজন্দা থোরকপদা চংবা মতম (রাশিমান) পুথোকপা ঃ**

পৃথিবীনা মশাগী axis তা পুং ২৪ গী মনুংদা অমুক লৈবনা রাশি ১২ সু পুং ২৪ গী মনুংদা মথং মথং নোংপোকথংবা হোরাইজন্দা থোরক্লগা নোংচুপথংবা হোরাইজন্দা তাবগী মওং পাঙথোকই।

নোংপোক থংবা হোরাইজন্দা রাশি অমনা মশাগী ৩০° থোরকপা লোইব্দা চংবা অপূনবা মতমবু রাশি অদুগী রাশিমান হায়রগা খঙনৈ। ইক্লিপ্টিক্লা সার্কলগী মওংদা লৈতদুনা য়েরুমগী মওংদা লৈরম্বা অমদি পৃথিবীনা মাশাগী axis তা ঙমথনা চৎপা মরম্না মফম খুদিংদা মখাগী রাশি জুরাশিং অসিনা থোরকপদা চংবা অপূনবা মতম মান্নে।

| | |
|---|---|
| মেষ | মীন |
| বৃষ | কুম্ভ |
| মিথুন | মকর |
| কর্কট | ধনু |
| সিংহ | বৃশ্চিক |
| কন্যা | তুলা |

০° লেটিচ্যুড হায়বদি Equatorial region দদি মেষ, বৃষ, মিথুন, কর্কট, সিংহ অমদি কন্যা হায়বা রাশি তরুক্কী মনুংদগী মখাগী রাশি জুরাশিংগী রাশিমান মান্নে।

| | |
|---|---|
| মেষ | কন্যা |
| বৃষ | সিংহ |
| মিথুন | কর্কট |

মথক্কী মান্নবা মওং অনী অসিদগী ঐখোয়না খঙলে মদুদি ঃ ০° লেটিচ্যুডকী লমদদি মখাগী রাশি কাংলুপশিং অসিগী থোরকপদা চংবা মতমশিং মান্নগনি।

অহানবা কাংলুপ ঃ মেষ, কন্যা, তুলা, মীন

অনীশুবা কাংলুপ ঃ বৃষ, সিংহ, কুম্ভ, বৃশ্চিক

অহুমশুবা কাংলুপ ঃ মিথুন, কর্কট, মকর, ধনু।

০° লেটিচ্যুডতগী অন্নাংলোমদা অসুম অসুম চৎখৎলবদি মেষ, বৃষ, মিথুন লোয়ননা মকর, কুম্ভ, মিনগী থোরকপদা চংবা মতম অসুম অসুম হস্থরক্কনি। অমরোমদা কর্কট, সিংহ, কন্যা লোয়ননা ধনু, বৃশ্চিক, তুলাগী থোরকপদা চংবা মতম্না অসুম অসুম হেনগৎলক্কনি। ০° লেটিচ্যুডকী খারোমদা চৎলগনা ওন্ন-তৈনবা ফল ফংগনি।

০° লেটিচ্যুডদা রাশিংশিংনা নোংপোকথংবা হোরাইজন্দা থোরকপদা চংবা মতম মখাদা পীরি।

১বা কাংলুপ ঃ মেষ, কন্যা, তুলা, মীনগী পল ২৭৮

২শুবা কাংলুপ ঃ বৃষ, সিংহ, বৃশ্চিক, কুম্ভগী পল ২৯৯

৩শুবা কাংলুপ ঃ মিথুন, কর্কট, ধনু, মকরগী পল ৩২৩

০° লেটিচ্যুডতগী অন্নাংলোমদা নৎত্রগা খারোমদা চৎপদা হেনগৎলকপা নৎত্রগা হস্থরকপা রাশিশিংনা থোরকপদা চংবা মতমবু চরখণ্ড নৎত্রগা চরার্দ্ধ হায়না খঙনৈ। ০° লেটিচ্যুডতা রাশিশিংনা থোরকপদা চংবা

মতম মথক্তা পীখ্রিবা অসিদগী লম লমগী লেটিচ্যুডকী মতুংইন্না ফংবা চরখণ্ডশিং হাপতোক-হাপচিন তৌদুনা লম লমগী ওইবা রাশিশিংনা থোরকপদা চংবা মতমশিং পুথোক্কনি। মথক্তা পীখ্রিবা রাশি কাংলুপ অহুমগী খেন্নবা চরার্দ্ধ মখল অহুম/অহুম মফম খুদিংগী লৈগনি। Dr. B.V. Raman গী A Mannual of Hindu Astrology দা ০°-৬০° লেটিচ্যুড ফাওবগী চরখণ্ডশিং পীরি।

অপীবা লম অমগী চরখণ্ডশিং পুথোক্কে হায়রবদি অহিং-নুংথিল শাংবা মান্নবা নুমিৎ অমদা মফম (লম) অদুগী নুমিৎ য়ুংবা মতমদা শঙ্কু (চৈ)গী মমিনা শাংবা অদু অঙ্গুল কয়া ওইবগে হায়বা পুথোক্কনি। অসুম্না পুথোক্লিবা অঙ্গুল মশিংবু পলভা কৌই।

$50x-x^2=10y$ হায়বা ফোর্মুলা অসি শীজিন্নদুনা লম অমগী পলভা পুথোক্কনি। মথক্কী ফোর্মুলা অসিদা "$y$" না পলভা পুথোক্কদৌরিবা মফম অদুগী লেটিচ্যুডনি। ফোর্মুলা অসিনা পীবা অপীকপা $x$ গী ভ্যেলুনা লম অদুগী পলভা ওইগনি।

মথক্কী ফোর্মুলা অসি শীজিন্নদুনা ইম্ফাল ২৪°৪৮′ North কী পলভা পুথোকসি।

$$50x-x^2=10y$$
$$\Rightarrow\ 50x - x^2 = 10 \times 24.8$$
$$\Rightarrow\ x^2 - 50x + 248 = 0$$
$$\therefore\ x = \frac{50 \pm \sqrt{50^2 - 8 \times 248}}{2} = \frac{50 \pm 38.8}{2}$$

অপিকপা x কী ভ্যেলু লৌদুনা

$$x = \frac{11.2}{2} = 5.6$$

হৌজিক ইম্ফালগী পলভা ৫.৬ ওইগনি হায়না ফোর্মুলা অসিনা পীরে। ইম্ফালগী পলভা অসি পণ্ডিত খুম্বোং চন্দ্রসিদ্ধান্তনা ওন্দুনা য়েংবদা অঙ্গুল ৫.৬ ওই হায়দুনা শ্রীশ্রীগোবিন্দদা কৎলম্মী। পণ্ডিত অসিবু ইকোক নোন্না খুরুমজরি।

ফংলিবা পলভা ৫.৬ অসি মফম অহুম থোক্লা ইরগা মথংশিংনা ১০,৮ অমদি ১০/৩ না পুরিদুনা পলদা পীবা ইম্ফালগী চরখণ্ড মখল অহুম পুথোক্কনি।

```
      ৫. ৬
  (×) ১ ০
-----------
পল ৫ ৬ অহানবা চরখণ্ড
```

```
      ৫.৬
   (×)   ৮
   ─────────
   পল ৪৪.৮  অনীশুবা চরখণ্ড

   ৫.৬
(×)১ ০
────────
৩) ৫ ৬ (১৮.৬৬ = পল ১৮.৭ অহুমশুবা চরখণ্ড
   ৩
   ───
   ২ ৬
   ২ ৪
   ───
     ২ ০
     ১ ৮
     ───
       ২
```

ইম্ফালগী লেটিচ্যুডনা অৱাং ওইবনা মথক্তা পনখিবগী মতুংইন্না মেষ, বৃষ, মিথুন, মকর, কুম্ভ অমদি মীনগী থোরকপগী মতম হন্থগনি অদুগা কর্কট, সিংহ, কন্যা, তুলা, বৃশ্চিক অমদি ধনুগী রাশিমান হেনগৎকনি।

| রাশি | ০° লেটিচ্যুডগী রাশিমান | ২৪.৮° ইম্ফালগী শেমদোক্কদবা চরখণ্ড | ২৪.°৮ ইম্ফালগী রাশিমান |
|---|---|---|---|
| মেষ | ২৭৮ | (-) ৫৬ | পল ২২২ |
| বৃষ | ২৯৯ | (-) ৪৪.৮ | পল ২৫৪ |
| মিথুন | ৩২৩ | (-) ১৮.৭ | পল ৩০৪ |
| কর্কট | ৩২৩ | (+) ১৮.৭ | পল ৩৪২ |
| সিংহ | ২৯৯ | (+) ৪৪.৮ | পল ৩৪৪ |
| কন্যা | ২৭৮ | (+) ৫৬ | পল ৩৩৪ |
| তুলা | ২৭৮ | (+) ৫৬ | পল ৩৩৪ |
| বৃশ্চিক | ২৯৯ | (+) ৪৪.৮ | পল ৩৪৪ |
| ধনু | ৩২৩ | (+) ১৮.৭ | পল ৩৪২ |
| মকর | ৩২৩ | (-) ১৮.৭ | পল ৩০৪ |
| কুম্ভ | ২৯৯ | (-) ৪৪.৮ | পল ২৫৪ |
| মীন | ২৭৮ | (-) ৫৬ | পল ২২২ |

মথক্তা নৈনখ্রিবসিদগী খণ্ডলে মদুদি মখাগী রাশি জুরাশিংগী থোরকপদা চংবা মতমশিং মান্নগনি।

| | |
|---|---|
| মেষ | মীন |
| বৃষ | কুম্ভ |
| মিথুন | মকর |
| কর্কট | ধনু |
| সিংহ | বৃশ্চিক |
| কন্যা | তুলা |

ইম্ফালদা রাশিশিংনা থোরকপদা চংবা মতম পুথোকখিবগুম লম লমগী রাশিশিংনা থোরকপদা চংবা মতম পুথোক্কনি। লগ্ন পুথোকপগী মতাংদা চংগদবা মচাক অমা ওইবনা মসিবু য়াম্না নিংথিনা খঙজিনবা ফৈ।

---

## তরেৎশুবা তাঙ্কক

# লগ্ন (Ascendant) পুথোকপা

লগ্ন হায়বা সংস্কৃত ৱাহৈ অসিগা মান্নবা ৱাহৈ মণিপুরীদা লৈতে। মতাং অসিদা নিংশিংজনিংবা অমনা অইবা মশামক সংস্কৃত হৈতে অমদি বেঙ্গলী খঙদে। বিষয় অসিবু পামজরুবদগী হৌজিক মণিপুরদা ইরিবা কুঠিগী মরোলশিং অসি অর্থ হন্নবা হোৎনজে। অদুবু তম্বা ওইনা তমলুদ্রবনা লোন অমগী অর্থ হনবা অরাইবা ওইদে। অরানবা--অশোয়বা কয়া য়াওরম্বা য়াই। অইবগী পান্দমদি তঙাইফদনা অর্থ হনবা য়াদবা সংস্কৃতগী ৱাহৈশিং অদু লেংদনা থম্লগা ইমালোলদা কুঠি ইবনি। মণিপুরীদা মান্নবা ৱাহৈ থিবা ফংদবা term শিং অদু মশক মুন্না খঙলবা হায়বদি মদুনা তাক্লিবা নুংগী অর্থ মুন্না খঙলবদি ৱাহৈ নৎত্রগা টার্ম অদুমক মণিপুরীনি হায়না লৌবা য়ারে। মরমদি লোল অমগী ৱাহৈ কয়া মশক--মমিং হোংদনা অতোপ্পা লোল অমদা চংখিবা ঐখোয়না তত্তনা থেংনরি। খুদম ওইনা লগ্ন হায়বা ৱাহৈ অসিগা মান্নবা ৱাহৈ মণিপুরীদা লৈতে। অদুবু লগ্ন হায়বসি শীজিন্নরিবা মীশক অদুনা মুন্না ভাব তানা অর্থ খঙনা শীজিন্নরবদি মীশক অদুগী লোল ওইরে হায়বা য়াই। লগ্ন হায়বা ৱাহৈ অসি ঐখোয়গী লোল ওইহন্নবা হোৎনসি।

পৃথিবীনা মশাগী axis তা পুং ২৪ গী মনুংদা অমুক্তং লৈবনা রাশি ১২ সু পুং ২৪ গী মনুংদা মথং মথং থোকই অমদি তাই।

মীওই অমা পোকপা মতমদা নোংপোকথংবা হোরাইজন্দা (Eastern Horizon) দা লৈখিবা রাশিগী শরুক অদুবু লগ্ন কৌই। শম্মা "লং" হায়না ইরগা খঙনৈ। মসিবু ইংরেজীদা Ascendant কৌই। মসিবু Ascendant কৌবগী মরমদি বিন্দু অসি অতিয়াদা অসুম অসুম কাখৎলকই হায়বনি। খুদম ওইনা হায়রবদা নুমিৎ হেক থোকপা মতমদা নুমিৎনা নোংপোকথংবা হোরাইজন্দা লৈ। নুমিৎ হেক থোকপা মতমদা মীওই অমা পোকপা তারবদি লগ্ন অদুসু নোংপোকথংবা হোরাইজন্দা লৈফম থোকই। মরম অদুনা নুমিৎকী লোঙ্গিচ্যুডকা লগ্নগী লোঙ্গিচ্যুডকা বিন্দু অমদা পূনগনি। পুং খরগী মতুংদা নুমিৎনা নোংপোকথংবা অতিয়াদা ৱাংখৎলকপগা লোয়ননা লগ্ন অদুসু ৱাংখৎলক্কনি। লগ্ননা হায়গৎলকপা অদু ঐখোয়গী মিৎনা উদ্রবসু নুমিৎনা হোরাইজন্দগী হায়গৎলকপা অদুবুদি ঐখোয়না শোয়দনা উবা ফংগনি। নোংপোকথংবা হোরাইজন্দা লৈরিবা বিন্দু অদুনা মেষ রাশিদা লৈবা বিন্দু ওইরবদি লগ্ন অদু মেষ ওইগনি। অদুগা বৃষগী বিন্দুনা লৈরগনা লগ্ন অদু বৃষ ওইগনি। অসুম্না বিন্দু অদুনা য়াওরিবা রাশি অদুগী মমিং লগ্ন অদু ওইগনি।

বৈজ্ঞানিক ওইবা মওংদা লগ্ন পুথোকপা মতমদা ঐখোয়না N.C. Lahiri গী Tables of Ascendants হায়বা লাইরিক অসিগী মতেং লৌবা তারকই। মরম অদুনা হীরম অসিদা খোঙদারিবা মীপুম খুদিংনা লাইরিক অসিগী কোপি অমমম য়ুমদা থম্বিয়ু। হৌজিক ঐখোয়না লগ্ন পুথোক্নবা হোৎনবদা থেংনগদবা Sidereal Time হায়বা টার্ম অসিগী মরমদা খরদং য়েংসি।

পৃথিবীনা মশাগী axis তা অমুক লৈবদা চংবা মতমবু Sidereal time কৌই। মসি চপ চানা পুং ২৪ ওইদে। অহিং নুংথিল খেন্নবগী মতুংইন্না হেক্সৎপা অমদি হন্থবা নাই। চাংচৎতা পৃথিবীনা মশাগী axis তা অমুক লৈবদা পুং ২৩ মিঃ ৫৬ সেঃ ০৪ চংই। Sidereal time তাক্নবা অকক্নবা মখলগী ঘড়ী অমা Greenwhich কী Observatory দা লৈ। লগ্ন থোকহল্লিবসু পৃথিবীনা মশাগী axis তা লৈবদগী থোকহনবনি হায়বা মথক্তা পনগ্রে। মরম অদুনা লগ্ন পুথোক্নবা মতম অসি Sidereal time গী মখা পোনগনি। Sidereal time পুথোক্নবগীদমক্তা ঐখোয়না থোইদোক্না ৱানিঙাই ওইদে মরমদি Raphel, N.C. Lahiri অমদি B.V. Raman না চিংবগী Tables of Ascendants শিংদা Sidereal time পীরি।

ঐখোয়না মথক্তা পনখ্রিবা N.C. Lahiri গী লাইরিক্তা পীরিবা ৮২°৩০'E লোঙ্গিচ্যুড কী ১৯০০ A.D. গী নুমিৎ য়ুংবা মতমগী Sidereal time দগী হাপতোক-হাপচিন তৌদুনা তোঙান তোঙালবা মফমগী তোঙান তোঙানবা মতমগী Sidereal time পুথোকপগী মতাংদা মখাদা নৈনরকখিগনি। মতাং অসিদা ঐখোয়না মাংজৌননা খঙজিনগদবা অমনা মসি A.M. নৎত্রগা P.M. হায়বা লৈরোই। পুং ০ দগী পুং ২৪ গী মরক্তা লৈগনি।

ঐখোয়না লগ্ন করিনো হায়বসি খঙলবা মতুংদা মতৌ করম্না অঙাং অমা পোকপা মতমদা করম্বা রাশিগী শরুক্তা লগ্ন ওইনা নোংপোক থংবা হোরাইজন্দা লৈখিবগে হায়বদু পুথোক্লবা খোঙচৎশিং মখাদা পীরিবসি য়েংসি।

১। অঙাং পোকপা নুমিৎকী লহড়ীগী Tables of Ascendants কী লমাই ২ অমদি ৩ দা পীরিবা Sidereal time অদু ইসিনসি। টেবলঅসিদা পীরিবা অসি ১৯০০ A.D. চহী অমগী নুমিৎশিংগী L.M.T. দা নুমিৎ য়ুংবা মতমগী ৮২°৩০' লোঙ্গিচ্যুডকীনি।

২। মথক্কী Sidereal time অদুদা টেবল ২ গী লামায় ৩ অমদি ৪ correction অদু (+) অমদি (-) কী মতুংইন্না হাপতোক-হাপচিন তৌসি।

৩। মথংদা অমুক তোঙান তোঙানবা লমশিংগী Indian Sidereal time দা correction তৌগদবা হায়না লামায় ১০০ দগী ১১২ ফাওবদা পীরিবা অদুগী মতুংইন্না (+) অমদি (-) কী মতুংইন্না অমুক হাপতোক-হাপচিন তৌসি।

৪। মথক্কী খোঙচৎদা ফংলিবা ফল অসিনা অঙাং পোকপা চহী অমদি তারিখ অদুগী অঙাং পোক্লিবা মফম অদুগী L.M.T. দা নুমিৎ য়ুংবগী Sidereal time ওইগনি। মসিবু ঐখোয়না A হায়না থমসি।

৫। অঙাং পোকপগী I.S.T. দা পীরিবা মতম অদু পুং, মিনিট অমদি সেকেণ্ডদা থমসি (A.M. নৎত্রগা P.M. গী মওংদা নত্তে)। মথক্কী লামায় ১০০ দগী ১১২ ফাওবদা পীরিবা I.S.T. দগী L.M.T. ওনবদা হাপচিনগদবা নৎত্রগা লৌথোক্কদবা শরুক অদু (+) অমদি (-) না তাকপগী মতুংইন্না পাঙথোক্লগা মফম অদুগী L.M.T. দা ওন্থোকসি।

৬। মথক্কী অঙাং পোকপা মতমগী খোঙচৎ ৫ দা ফংলিবা L.M.T. গা নুমিৎ য়ুংবা পুং ১২ গা খেন্নবা পুথোকসি। অঙাং পোকপগী মতম্না পুং ১২ য়ৌদ্রবদি পুং ১২ —অঙাং পোকপগী L.M.T. পুথোকসি। করিগুম্বা অঙাং পোকপগী L.M.T. না পুং ১২ দগী চাউবা হেল্লবদি অঙাং পোকপগী L.M.T. —পুং ১২ পুথোকসি।

৭। মথক্কী খোঙচং ৬ তগী ফংলিবা পুং অমদি মিনিটকী মতুংইন্না লামায় ৫ দা পীরিবা correction to increase the time interval গী correction তৌসি। অসুম্না correction তৌরবা মতুং ফংবা ফলবু B নি হায়না লৌসি।

৮। অঙাং পোকপা মতমগী L.M.T. না নুমিৎ য়ুংবগী মমাং ওইরবদি B না A দগী খাইদোকসি অদুগা অঙাং পোকপগী L.M.T. না নুমিৎ য়ুংবা মতুং ওইরবদি A দা B তিনশিনসি। অসুম্না ফংলিবা অসিনা অঙাং অদু পোকপা মতমগী Sidereal time নি।

৯। মথক্তা ফংলিবা Sidereal time of birth অমদি অঙাং অদু পোক্লিবা মফম অদুগী লেটিচ্যুডকা মরি লৈনহন্দুনা Tables of Ascendants তা পীরিবা টেবলদগী লগ্ন পুথোক্কনি। করিগুম্বা মফম অদুগী লেটিচ্যুডকা চানবা লগ্ন লাইরিক্তা য়াওদ্রবদি নক্কবা লেটিচ্যুডকীদগী য়েংদুনা পুথোক্কনি।

১০। অরোইবদা লামায় ৬ অমদি ৭ কী মতুংইন্না অয়নাংশগী correction তৌগনি। অসুম্না ফংলিবা রাশি, অংশ, কলা (sign, degree অমদি minute) না অঙাং অদুগী লগ্নগী স্ফুট ওইগনি।

লগ্ন পুথোকপগী মতাংদা খুদম ৩ খক লৌখৎলগা নৈনসি।

**অহানবা খুদম ঃ** তাং ১৫ এপ্রিল ২০০৭ গী অয়ুক পুং ৯ মিঃ৩০দা গুৱাহাটিদা পোকপা অঙাং অমগী লগ্ন পুথোকসি।

Tables of Ascendants গী লামায় ১০৩ দগী গুৱাহাটিগী লেটিচ্যুড ২৬°১০′ North লোঙ্গিচ্যুড ৯১°৪৫′ E, I.S.T. correction (+) ৩৭ মিনিট অমদি Indian Sidereal Time Correction (-) ০৬ সেকেণ্ড নি হায়বা খঙলে।

Tables of Ascendants গী লামায় ২ দগী ১৫ এপ্রিল ১৯০০ গী sidereal time পুং ১।৩১।৫০ .... (১)

| | | |
|---|---|---|
| লামায় ৪ গী ২০০৭ চুমথোক্কদবা (+) | ০।০০।২১ | |
| ১৫ এপ্রিল ২০০৭ গী নুমিৎয়ুংবগী S/T | ১।৩২।১১ | .... (২) |
| Indian Sidereal Time Correction (–) | ০ ।০০।০৬ | .... (৩) |
| A = পুং | ১।৩২।০৫ | ... (৪) |

অঙাং পোকপা মতম পুং ৯।৩০

I.S.T. correction (+) ০।৩৭

L.M.T. দা অঙাং পোকপগী মতম = পুং ১০।০৭ ... (৫)

অঙাং পোকপগী L.M.T. না নুমিৎ য়ুংবদগী পীকপনা

নুমিৎ য়ুংবা পুং ১২।০০

(-) অঙাং পোকপা মতমগী L.M.T. ১০।০৭

নুমিৎ য়ুংবা অমদি অঙাং পোকপগী খেন্নবা ১।৫৩ ... (৬)

লামায় ৫ গী মতুংইন্না খেন্নবা মতমগী হেঙ্গৎকদবা

পুং ১।৫৩।০০

পুং ১ খেন্নবগী (+) ০।০০।১০

মিনিট ৫৩ খেন্নবগী (+) ০।০০।০৯ (মিঃ ৫৪ গী লৌরগা)

শেমদোক্নবা খেন্নবা মতম B= পুং ১।৫৩।১৯ ... (৭)

অঙাং পোকপগী L.M.T. না নুমিৎ য়ুংবা পুং ১২ দগী পীকপনা

A = পুং ১।৩২।০৫

(-) B = পুং ১।৫৩।১৯

অঙাং পোকপগী S/T ২৩।৩৮।৪৬

(N.B. পুং ১।৩২।০৫ দগী পুং ১।৫৩।১৯ থাইদোকপা য়াদবনা পুং ২৪ তিনশিন্দুনা পুং ২৫।৩২।০৫ হায়না লৌরগা থাইদোক্লনি।)

Tables of Ascendants কী লামায় ৪৩ দা গুৱাহাটি ২৬°১০′ গী Ascendant মখাগী অসুম্না পীরি।

পুং ২৩ মিঃ ৪০ গী লগ্ন ২।১৩°।৩২′

(-)পুং ২৩ মিঃ ৩৬ গী লগ্ন ২।১২°।৩৮′

৫৪′

মিনিট ৪ খেন্নবগী লগ্নদা ৫৪′ খেন্নে

∴ ১ খেন্নবগী লগ্নদা $\frac{৫৪}{৪}$

∴ মিঃ ২ সেঃ ৪৬ (২ $\frac{৪৬}{৬০}$)মিঃ খেন্নবগী $\frac{৫৪}{৪}\times\frac{৮৩}{৩০}$ = ৩৭′ খেন্নে

পুং ২৩ মিঃ ৩৬ গী লগ্ন ২।১২।৩৮

(+) মিঃ ২ সেঃ ৪৬ গী ০।০০।৩৭

পুং ২৩ মিঃ ৩৮ সেঃ ৪৬ গী লগ্ন ২।১৩।১৫ ... (৯)

লগ্ন রাশি ২।১৩°।১৫'

লামায় ৬ ত্তগী অয়নাংশ চুমথোক্কদবা(-)০।০০।৫৮'

---

অঙাং পোকপা মতমগী লগ্ন ২।১২।১৭'

হায়বদি মিথুনগী ১২°১৭' নি।

মীওইবা ঐখোয়সি য়াম্না লানগল্লি। অশোয়বা অরানবা হায়বসি মীওই খুদিংনা তত্তনা থেংনৈ। বৈজ্ঞানিক ওইবা মওংদা কুঠি ইবা হায়বা লাইরিক অসিগী পান্দমদি মীয়েং অনী নৎত্রগা অনীদগী হেনবদগী য়েংলগা পোৎশক অদু চুম্না পুথোক্লবা হোৎনবনি। মমাংঙৈগী মুণি-ঋষিশিংনা দিব্য দৃষ্টি (লাইগী ওইবা মিৎয়েং) গী মতেংনা গ্রহশিংগী খোঙচৎ অমদি অঙাং পোকপগী অচুম্বা মতম খঙবা ঙম্লম্মী। অদুবু হৌজিক্কী মতমসিগী মীওইনদি মদু খঙবা ঙম্বগী শক্তি লৈতে। মতাং অসিদা অহল-লমন কয়ানা হায়রকপা য়াই "ঐখোয়গী মতমদা ঘড়ী লৈরমদে অদুবু ঐখোয়না অশেংবা মতম লেপ্তুনা লগ্ন পুথোকখি।" হোয়, থাগৎনিংঙাইনি, ওঝাশিং অসিনা কুঠি ইহৌদ্রবা নৎত্রগা কুঠি মাংশ্রবা মীওইগী ফাওবা মীওই অদুগী লেঙ্গাগী য়েংলগা কুঠি ইবা চৎনৈ। মদুনা অচুম্বা ওইগনি হায়বগী থাজবা য়াদে। লান্না লেপশ্রবা লগ্ননা অচুম্বা ফল পীরোই। Nasta Jatakam (Lost Horoscopy) দা কুঠি লৈতবা মীওইগী কুঠি ইননবা মচাক কয়া পীরি। অদুবু অসুম্না ইবা কুঠিনা অশেংবা অচুম্বা ওইগনি হায়বা চিংনদবা ঙমদে। অদুগী মহুৎতা মীওই অদুগী ইমুংগী দাতা খোমগৎপা লোয়ননা মীওই অদুগী case history নৈনদুনা লগ্ন লেপ্পনা হেন্না বৈজ্ঞানিক ওইগনি। অসুম্না লগ্ন লেপ্পা অসি মতম য়াম্না চংবা অমদি হীরম অসিদা মমুৎ তানা খঙবা মীওই নৎত্রবদি পুথোকপা ঙমলোয়দবনা অসিগুম্বা মখলগী কুঠি ইদবনা হেন্না ফৈ। অমরোমদা মতমসিগী মীওইশিংনা হীরম কয়াদা হান্না লৈরম্বা মীওইশিংদগী হেন্না খুদোংচাবা ফংই।

G.B. Shaw না হায়খি, "ঐবু মীয়াম্না Shakespeare দগী হেন্না ব্রাংনা উবগী মরমদি ঐনা Shakespeare গী মরেংজুমদা তেংবননি।" মতৌ অসুম্না নৌনা হীরম অমদা থিজিল্লিবা মীওইনা মমাংগী মীওইশিংনা চিৎথরম্বা কয়াগী মেনখৎনবা খুদোংচাবা ফংই। অনৌবা মীওইশিংনা হীরম অমদা হেন্না থিজিনবা ঙম্বগী খুদোংচাবা ফংলিবা অসিমক মমাংগী মীওইশিংনা লম্বী শেমদুনা থম্বীরম্বননি। মতৌ অসুম্না ঐখোয়সু Astro-Research Bureau কয়ানা পীবা দাতাশিং শীজিন্নদুনা হেন্না মনুং হঞ্জিন্না থিজিনবা তাই। মথক্কী গুৱাহাটিগী লগ্ন পুথোকপা অসি বিশুদ্ধ সিদ্ধান্ত পঞ্জিকাগী মিৎয়েংলোমদগী য়েংদুনা চুনবরা য়েংবা য়াই।

পঞ্জিকা অসিগী লামায় ৪ দা কলিকাত্র (প্রেসিডেন্সী কলেজ) ২৩°৩৫N অমদি ৮৮°২২.৫′ E কী তাং ১৫ এপ্রিল ২০০৭ কী অয়ুক পুং ৮ মিঃ ৫৭ তগী মিথুন রাশি অদুগা অয়ুক পুং ১১ মিঃ ১০ দগী কর্কট রাশি হৌগনি হায়না পীরি। অদুগা অমুক লামায় খ-৭ তা গুৱাহাটিদা রাশি অনী অসি থোরকপগী মতম্না কলিকাতাগী মতমদগী মিনিট ২১/২১ ওনখৎকনি হায়না পীরি।

| | |
|---|---|
| কলিকাতাদা মিথুন রাশি থোকপগী মতম পুং | ৮।৫৭ |
| (-) | ০।২১ |
| গুৱাহাটিদা মিথুন রাশি থোরকপগী মতম পুং | ৮।৩৬ |
| কলিকাতাদা কর্কট রাশি থোরকপগী মতম পুং | ১১।১০ |
| (-) | ০।২১ |
| গুৱাহাটিদা কর্কট রাশি থোরকপগী মতম | ১০।৪৯ |
| গুৱাহাটিদা কর্কট রাশি থোরকপা হৌবা পুং | ১০।৪৯ |
| গুৱাহাটিদা মিথুন রাশি থোরকপা হৌবা পুং | ৮।৩৬ |
| মিথুন রাশিগী ৩০° পুরা থোরকপদা চংবা পুং | ২।১৩ |

পুং ২ মিঃ ১৩ = মিনিট ১৩৩

| | |
|---|---|
| অঙাং পোকপগী মতম | পুং ৯।৩০ |
| (-) মিথুন রাশিনা থোরকপা হৌবা | পুং ৮।৩৬ |
| | পুং ০।৫৪ |

অঙাং পোক্লিবা মতম অসি মিথুন রাশি থোরকপা হৌরবা মতুং মিঃ ৫৪ দনি।

মিনিট ১৩৩ দা মিথুন রাশিগী ৩০° থোরকই

∴ মিঃ ১ দা মিথুন রাশিগী $\frac{৩০}{১৩৩}$ থোরমই

∴ মিঃ ৫৪ দা মিথুন রাশিগী $\frac{৩০ \times ৫৪}{১৩৩}$ = ১২°১১′ থোরকই

∴ অঙাং অসি পোকপা মতমদা মিথুন রাশিগী ১২°১১′না নোংপোক্কী হোরাইজন্দা লৈখি হায়বদি অঙাং পোকপা মতমগী লগ্ন রাশি ২।১২°।১১′ নি হায়বনি।

মথক্কী এন: সি: লহড়ীগী মতুংইন্না পুথোকপগা ৬' তমক খেন্নবনা লগ্ন অসি চুমই হায়না লৌরগনি।

**অনীশুবা খুদম ঃ** ১৮ ওক্টোবর ২০০৭ কী নুংথিল পুং ৫ মিনিট ৪০ দা ইম্ফাল ২৪°৪৮'N অমদি ৯৩°৫৭' E দা পোকপা অঙাং অমগী লগ্ন পুথোকসি।

Tables of Ascendants কী লামায় ৩ দগী

১৯০০ গী ৮২°৩০' E লোঙ্গিচ্যুডকী

ওক্টোবর তাং ১৮ গী Sidereal Time (S/T) পুং ১৩।৪৫।১০

২০০৭ কী চুমথোক্কদবা লামায় ৪ দগী (+) ০।০০।২১

ইম্ফালগী S/T দা চুমথোক্কদবা লামায় ১০৩ দগী (-)০।০০।০৭

---

তাং ১৮ ওক্টোবর ২০০৭ কী ইম্ফালগী L.M.T. দা

নুমিৎ য়ুংবগী S/T পুং ১৩।৪৫।২৪......... (A)

অঙাং পোকপগী মতম I.S.T. দা পুং ১৭।৪০।০০

ইম্ফালগী L.M.T. ওষোক্লবগী corr. (+) ০।৪৫।৪৮

---

ইম্ফালগী L.M.T. দা অঙাং পোকপা পুং ১৮।২৫।৪৮

অঙাং পোকপগী মতম্না পুং ১২ দগী হেনবনা (-) ১২।০০।০০

---

পুং ৬।২৫।৪৮

লামায় ৫ দগী পুং ৬ কী হেনগৎকদবা (+) ০।০০।৫৯

মিনিট ২৫ গী হেনগৎকদবা (মিনিট ২৪ গী লৌদুনা) (+) ০।০০।০৪

---

শেমদোক্লবা অঙাং পোকপগী মতম পুং ৬।২৬।৫১......... (B)

অঙাং পোকপগী মতম্না পুং ১২ (নুমিৎ য়ুংবদগী)

দগী চাউবা হেনবনা (A+B) পুথোক্কনি।

A .................. পুং ১৩।৪৫।২৪

(+) B .................. পুং ৬।২৬।৫১

---

অঙাং পোকপগী S/T = পুং ২০।১২।১৫

লামায় ৪১ দা পীরিবা ২৫°N কী মতুংইন্না

পুং ২০ মিঃ ১৬ কী লগ্ন রাশি ০।২১°।১২′

পুং ২০ মিঃ ১২ গী লগ্ন রাশি ০।২০।০১

মিনিট ৪ খেন্নবগী লগ্নদা খেন্নবা ০।১।১১′

১°১১′ = ৭১′

∴ মিঃ ১ খেন্নবগী লগ্নদা খেন্নগদবা = $\frac{৭১}{৪}$

∴ সেকেণ্ড ১৫ খেন্নবগী লগ্নদা খেন্নগদবা = $\frac{৭১}{৪} \times \frac{১৫}{৬০}$ = ৪′

| | |
|---|---|
| পুং ২০ মিঃ ১২ গী লগ্ন রাশি | ০।২০।০১ |
| (+) সেকেণ্ড ১৫ গী হেনগৎকদবা | ০।০০।০৪ |
| পুং ২০ মিঃ ১২ সেঃ ১৫ লগ্ন | ০।২০।০৫ |
| লামায় ৬ তগী অয়নাংশদা চুমথোক্কদবা | (–)০।০০।৫৮ |
| অঙাং পোকপা মতমগী অচুম্বা লগ্ন | ০।১৯।০৭ |

হায়বদি মেষগী ১৯°০৭′ নি।

(N.B. করিগুম্বা Sidereal Time দা চুমথোক্কদবা অমদি অয়নাংশদা চুমথোক্কদবা অসি ২০০০ গী মতুংগী Tables of Ascendants দা ফংদ্রবদি অইবগা তান্নবিবা য়াগনি)

বিশুদ্ধ সিদ্ধান্ত পাঞ্জিকাগী লামায় ১৬৫ দা তাং ১৮ ওক্টোবর ২০০৭ কী পুং ৫।০৪ P.M. দগী মেষ রাশি হৌই অদুগা পুং ৬।৪৪ P.M. দগী বৃষ রাশি হৌই হায়না পীরি। লামায় খ-৭ তা ইম্ফালগী ওইনা তৌগদবা Correction না মথৎশিংনা (–) ২২ মিঃ অমদি (–) ২৭ মিঃ পীরি। মরম অদুনা ইম্ফালদা মেষ রাসি অমদি বৃষ রাশিনা নোংপোক্কী হোরাইজন্দা থোরকপা তৌগদবা মতমশিং মখাদা পুথোক্কে।

পুং ৫।০৪

(–)০।২২

পুং ৪।৪২ ইম্ফালদা মেষ রাশি থোরকপা হৌবা।

পুং ৬।৪৪
(−) ০।২৭

পুং ৬।১৭ ইম্ফালদা বৃষ রাশি থোরকপা হৌবা
(-) পুং ৪।৪২ ইম্ফালদা মেষ রাশি থোরকপা হৌবা

পুং ১।৩৫ মেষ রাশিগী ৩০° মপুং ফানা থোরকপদা চংবা মতম।

অঙাং পোকপা মতম পুং ৫।৪০
মেষ রাশি থোরকপা হৌবা পুং ৪।৪২

খেন্নবা পুং ০।৫৮

অঙাং পোকপা মতমদা মেষ রাশিগী মিনিট ৫৮ গী আর্ক থোরকপা লোইরে।

পুং ১ মিঃ ৩৫ (৯৫ মিঃ) দা মেষ রাশিগী ৩০° থোরকই

∴ ............... ১ ....................... $\frac{৩০}{৯৫}$

∴ ............... ৫৮ ....................... $\frac{৩০\times৫৮}{৯৫} = ১৮°১৯'$

অঙাং পোকপা মতমগী লগ্ন রাশি ০।১৮°।১৯' নি। মথক্কী এন: সি: লহড়ীগী মতুংইন্না পুথোকপগা ডিগ্রী অমা য়ৌনা খেন্নদবনা লগ্ন অসি চুম্না লেপ্লে হায়না লৌরগনি। বিশুদ্ধ পঞ্জিকাদা পীরিবা মতমদি চাউরাক্লা মিনিট ফাওবদমক লৌবনা এন: সি: লহড়ীগীনা অচুম্বা ফল পীফম থোকই।

**অহমশুবা খুদম ঃ** তাং ৩ মার্চ ২০০৮ গী দিল্লী ২৮°N ৩৯' অমদি ৭৭' E১৩', L.M.T. Correction (–) মিঃ২১ সেকেণ্ড ০৮, Indian S/T Correction (+) ০৩ সেকেণ্ডদা নোংয়াই মতুং পুং ১ মিঃ ৩০ দা পোকপা অঙাং অমগী লগ্ন পুথোকসি।

খঙজিনগদবা অমনা তাং ৩ গী নোংয়াই মতুং ওইবনা তাং ৪ গী S/T ওইনা য়েংগনি।

| | |
|---|---|
| মার্চ তাং ৪ গী নুমিৎয়ুংবগী L.M.T. দা S/T পুং | ২২।৪৬।১৫ |
| ২০০৮ গী Correction (+) | ০।০৩।১৯ |
| Indian S/T correction (+) | ০।০০।০৩ |
| মার্চ তাং ৪ গী নুমিৎ য়ুংবগী L.M.T. দিল্লীগী S/T | ২২।৪৯।৩৭ ..A |
| I.S.T. অঙাং পোকপা পুং | ১।৩০।০০ |
| L.M.T correction দিল্লীগী (-) পুং | ০।২১।০৮ |
| দিল্লীগী L.M.T দা অঙাং পোকপা | ১।০৮।৫২ |

| | | |
|---|---|---|
| নুমিৎ য়ুংবা পুং | | ১২।০০।০০ |
| L.M.T. দা অঙাং পোকপা | (-) | ১।০৮।৫২ |
| নুমিৎ য়ুংগদবা বাৎলিবা শরুক | | ১০।৫১।০৮ |
| পুং ১০ গী হেনগৎকদবা শরুক | (+) | ০।০১।৩৯ |
| মিনিট ৫১ গী হেনগৎকদবা শরুক | (+) | ০।০০।০৯ |
| শেমদোক্লবা খেন্নবা মতম পুং | | ১০।৫২।৫৬ |

অঙাং পোকপগী L.M.T. না নুমিৎ য়ুংবদগী পীকপ্পা

| | | |
|---|---|---|
| | A = পুং | ২২।৪৯।৩৭ |
| (-) | B = পুং | ১০।৫২।৫৬ |

S/T দা অঙাং পোকপগী মতম পুং ১১।৫৬।৪১

লামায় ৪৮ দা দিল্লীগী পীরিবা লগ্নদগী

| | |
|---|---|
| পুং ১১ মিঃ ৬০ গী | লগ্ন ৭।২৪°।৪৪' |
| পুং ১১ মিঃ ৫৬ কী | লগ্ন ৭।২৩°।৫২' |

মিনিট ৪ খেন্নবগী লগ্নদা খেন্নবা ৫২'

∴ ...১ ...................... $\frac{৫২}{৪}$

∴ সেঃ ৪১ .................. $\frac{৫২}{৪} \times \frac{৪১}{৬০} = ৯'$

∴ পুং ১১ মিঃ ৫৬ সেঃ ৪১ গী লগ্ন রাশি ৭।২৪।০১

২০০৮ গী অয়নাংশদা চুমথোক্কদবা (–) ০।০০।৫৯

অঙাং পোকপা মতমগী লগ্ন ৭।২৩।০২

বিশুদ্ধ সিদ্ধান্ত পঞ্জিকাগী লামায় ২৮০ অমদি খ—৭ তগী কলিকাতা বৃশ্চিক অমদি ধনুগী থোরকপদা হৌগদবা মতমশিং অমদি দিল্লী চুমথোক্কদবা শরুক লৌখৎলগা

| | বৃশ্চিক হৌবা | ধনু হৌবা |
|---|---|---|
| কলিকাতাদা | পুং ১০।৪৮ P.M. | পুং ১।০৪ A.M. |
| | (+) ০।৫৬ | (+) ০।৫৮ |
| দিল্লীদা | ১১।৪৪ | পুং ২।০২ |

পুং ২।০২ অসি    পুং  ১৪।০২  হায়না লৌগনি

(-)  ১১।৪৪

পুং  ২।১৮

(×)  ৬০

১২০

(+)  ১৮

বৃশ্চিক রাশি থোরকপদা চংবা ১৩৮ মিনিট

অঙাং পোকপা পুং ১।৩০ = পুং  ১৩।৩০

বৃশ্চিক্লা থোরকপা হৌবা = পুং  ১১।৪৪

অঙাং পোকপা মতমদা বৃশ্চিক্কী হৌড্রবা মতম = ১।৪৬

(×)  ৬০

৬০

(+)  ৪৬

১০৬ মিনিট

মিনিট ১৩৮ গী মনুংদা বৃশ্চিক্কী ৩০° থোরকই

∴ .....১ ....................... $\frac{৩০}{১৩৮}$

∴ ... ১০৬ ................... $\frac{৩০ \times ১০৬}{১৩৮}$ = ২৩°০২'

মরম অদুনা অঙাং পোকপা মতমদা দিল্লীগী নোংপোকথংবা হোরাইজন্দা লৈখিবা বিন্দু অদু রাশি ৭।২৩°।০২' নি। মথক্কী এনঃ সিঃ লহড়ীগী Tables of Ascendants দগী পুথোকপগা মান্নে।

মথক্তা ঐখোয়না ত্রিগোনোমিত্রিগী মতেংনা লগ্ন পুথোকপগী মতাংদা নৈনখরে। হৌজিক অমুক হিন্দুশিংনা শীজিন্নরম্বা নিয়মগী মতুংইন্না লগ্ন পুথোকপগী মতাংদা নৈনদুনা য়েংসি। হিন্দুগী নিয়ম মতুংইন্না লগ্ন পুথোক্কে হায়রবদি অহানবদা লগ্ন পুথোক্কদৌরিবা মফম অদুগী রাশিশিংনা নোংপোকথংবা হোরাইজনদা থোরকপদা চংবা মতম পুথোক্কনি। মথক্কী ৬ শুবা তাক্কত্তা ইম্ফালদা রাশিশিংনা থোরকপদা চংবা মতম পুথোকখিবদু শীজিন্নদুনা ইম্ফাল ২৪°৪৮' North কী ওইবা লগ্নমান খণ্ড অমা মখাগী অসুন্না শেম্লে।

## ২৪°৪৮' North লেটিচ্যুডকী লগ্নমান খণ্ড

| রাশি মশীং | ১ | ২ | ৩ | ৪ | ৫ | ৬ | ৭ | ৮ | ৯ | ১০ | ১১ | ১২ |
|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|
| হৌগ্রবা পল | ২২২ | ৪৭৬ | ৭৮০ | ১১২২ | ১৪৬৬ | ১৮০০ | ২১৩৪ | ২৪৭৮ | ২৮২০ | ৩১২৪ | ৩৩৭৮ | ৩৬০০ |
| ৱাংলিবা পল | ২৫৪ | ৩০৪ | ৩৪২ | ৩৪৪ | ৩৩৪ | ৩৩৪ | ৩৪৪ | ৩৪২ | ৩০৪ | ২৫৪ | ২২২ | ২২২ |

তাং ৩০।১।২০০৮ য়ুমশকৈশা নুমিৎকী নুংথিল পুং ১।৩৬।০৯ দা পোকপা অঙাং অমগী লগ্ন মথক্কী লগ্নমান খণ্ডগী মতেংনা পুথোকসি।

| | | |
|---|---|---|
| অঙাং পোকপা মতম | পুং | ১৩।৩৬।০৯ |
| (–) নুমিৎ থোকপা | পুং | ৬।০১।৪৫ |
| খেন্নবা | পুং | ৭।৩৪।২৪ |
| | | (×) ৫ |
| | | ২ \| ৩৭।৫২।০০ |
| | | ১৮।৫৬।০০ |

জন্মদণ্ড ১৮।৫৬ অসি ১৮×৬০+৫৬ হায়বদি পল ১১৩৬ ওইরে।

নুমিৎ অসিগী বিশুদ্ধ সিদ্ধান্ত পঞ্জিকাদগী

| | |
|---|---|
| নিরয়ণ রবি | ৯।১৫।২৯ |
| (+) অয়নাংশ | ০।২৩।৫৮ |
| সায়ন রবি | ১০।০৯।২৭ |

সায়ন রবিগী স্ফুট রাশি ১০ ডিগ্রী ৯ মিনিট ২৭ ফংলে। রাশি ১০ না থোরকপা হৌদ্রিঙৈদা হান্নলা পল ৩১২৪ হৌখরে অদুগা রাশি ১০ গী ৩০° থোরকপা লোয়বদা পল ২৫৪ চংগনি হায়বা মথক্কী লগ্নমান খণ্ডদগী খঙবা ঙম্লে। হৌজিক রাশি ১০ গী ৯°২৭' হায়বদি ৯.৪৫° থোরকপদা পল কয়া চংগদগে হায়বা থিসি।

৩০° থোরকপদা পল ২৫৪ চংই

$\therefore$ ১° থোরকপদা পল $\frac{২৫৪}{৩০}$ চংই

$\therefore$ ৯.৪৫° থোরকপদা পল $\frac{২৫৪ \times ৯.৪৫}{৩০} = ৮০.০১$

রাশি ১০ গী ৯.৪৫° থোরকপদা চংবা মতম =পল ৮০.০১
রাশি ১০ থোরক্লিঙৈদা হন্ননা হৌখ্রবা মতম =পল ৩১২৪.০০
নুমিৎ থোকপদগী অঙাংপোকপা ফাওবগী মতম =পল ১১৩৬.০০

অপূনবা মতম =পল ৪৩৪০.০১

অপূনবা মতম পল ৪৩৪০.০১ না রাশি ১২ না থোরকপদা চংবা অপূনবা মতম পল ৩৬০০ দগী চাউবা হেনবনা পল ৩৬০০ খাইদোক্লুনা পল ৭৪০.০১ ফংলে।

ফংলিবা পল ৭৪০.০১ অসিদগী রাশি ৩ গী হৌখ্রবা পল ৭৮০ না চাউবা হেনবনা রাশি ২ ওইনা লৌরগনি। রাশি ২ গী হৌখ্রবা পল ৪৭৬ খাইদোক্লবদি পল ২৬৪.০১ লেপ্লে। রাশি ২ গী ৩০° থোরকপা লোয়বদা চংগদবা মতম পল ৩০৪ নি। মরম অদুনা লেমহৌরিবা পল ২৬৪.০১ দা রাশি ২ গী থোরক্কদবা শরুক মখাগী অসুম্না পুথোক্লে।

পল ৩০৪ দা রাশি ২গী ৩০° থোরকই

∴ .....১ ...................... $\frac{৩০}{৩০৪}$

∴ ... ২৬৪.০১ ........... $\frac{৩০\times২৬৪.০১}{৩০৪}$ = ২৬°০৩′

অঙাং অসি পোকপা মতমদা ওইখিবা সায়ন লগ্ন স্ফুট রাশি ২।২৬।০৩ ফংলে।

| | |
|---|---|
| সায়ন লগ্ন | ২।২৬।০৩ |
| (-) অয়নাংশ | ০।২৩।৫৮ |
| নিরয়ণ লগ্ন | ২।০২।০৫ |

(N.B. মথক্কী অসি ত্রিগোনোমিত্রিগী মতেংনা পুথোকপগা ২০′ রোম খেন্নে।)

অমুকহন্না মথক্কী অনীশুবা খুদমদা ১৮ ওক্টোবর ২০০৭ গী পুং ৫.৪০ P.M. দা ইম্ফালদা পোকপা অঙাং অসিগী লগ্ন হিন্দুগী নিয়মগী মতুংইন্না পুথোকসি।

| | |
|---|---|
| অঙাং পোকপা মতম পুং | ১৭।৪০ |
| (-) ইম্ফালদা নুমিৎ থোকপা পুং | ৫।১৭ |
| খেন্নবা = পুং | ১২।২৩ |
| | (×) ৫ |
| | ২ \| ৬১।৫৫ |
| জন্মদণ্ড | ৩০।৫৭ |

জন্মদণ্ড ৩০।৫৭ = ৩০×৬০+৫৭= পল ১৮৫৭

(N.B. জন্মদণ্ডগী মতাংদা মখাদা কুপ্না নৈনরকখিগনি)

নুমিৎ অসিগী অয়ুক পুং ৫.৩০ গী নিরয়ণ রবিগী স্ফুট ৬।০০।১৫।৫৫ নি হায়না পীরি। মসিবু ৬।০০।১৬ ওইনা লৌরে।

| | |
|---|---|
| নিরয়ণ রবি | ৬।০০।১৬ |
| (+) অয়নাংশ | ০।২৩।৫৮ |
| সায়ন রবি | ৬।২৪।১৪ |

রাশি ৬ ওইবনা ৱাংলিবা পল ৩৩৪ ওইরে। রাশি ৬ অসিগী ৩০° থোরকপদা পল ৩৩৪ চংগনি। মরম অদুনা ২৪°১৪′ হায়বদি ২৪.২৩° থোরকপদা চংগদবা মতম মখাগী অসুম্না পুথোক্লে।

৩০° মপুং ফানা থোরকপদা পল ৩৩৪ চংই

∴ ১° .............................. $\frac{৩৩৪}{৩০}$

∴ ২৪.২৩° .............................. $\frac{৩৩৪ \times ২৪.২৩}{৩০}$

= ২৬৯.৭৬ পল

| | | |
|---|---|---|
| রাশি ৬ কী ২৪.২৩° থোরকপদা চংবা মতম | | ২৬৯.৭৬ |
| (+) রাশি ৬ থোরক্ত্রিঙৈদা হান্না হৌখ্রবা মতম | | ১৮০০.০০ |
| (+) জন্মদণ্ড (পলদা পীবা) | | ১৮৫৭.০০ |
| অপুনবা মতম | পল | ৩৯২৬.৭৬ |
| (−) রাশি ১২ থোরকপদা চংবা মতম | পল | ৩৬০০.০০ |
| অরেম্বা | পল | ৩২৬.৭৬ |

অরেম্বা পল ৩২৬.৭৬ না রাশি ২ গী হৌখ্রবা পল ৪৭৬ তগী পীকপনা রাশি অমা ওইরগনি। রাশি ১ গী হৌখ্রবা পল ২২২ অমুক খাইদোক্লবদি পল ১০৪.৭৬ ফংলে। রাশি ১ গী ৩০° থোরকপদা পল ২৫৪ চংবা মরম্না পল ১০৪.৭৬ তা রাশি অসিগী ডিগ্রী কয়া মিনিট কয়া থোরক্কদগে হায়বা মখাগী অসুম্না পুথোক্লে।

পল ২৫৪ দা ৩০° মপুংফানা থোরকই

∴ পল ১ দা $\frac{৩০}{২৫৪}$ মপুংফানা থোরকই

∴ পল ১০৪.৭৬ দা $\frac{৩০ \times ১০৪.৭৬}{২৫৪} = \frac{৩১৪২.৮}{২৫৪}$

= ১২.৩৭° = ১২°২২′

অঙাং অসি পোকপা মতমগী সায়ন লগ্ন স্ফুট ১।১২।২২ ফংলে।

| | |
|---|---|
| সায়ন লগ্ন স্ফুট | ১।১২।২২ |
| (−) অয়নাংশ | ০।২৩।৫৮ |
| নিরয়ণ লগ্ন স্ফুট | ০।১৮।২৪ |

N.B. মণিপুরদা কুঠি ইবগী শিনফমদা খোঙদারিবা ওঝাশিংনা লগ্ন মান হায়বা লগ্ন পুথোক্লবগী টেবল শীজিন্নদুনা কুঠি ইবা চৎনৈ। লগ্নমান অমনা চহী ৭০ রোম চৎনবনা লগ্নগী রাশি অমদগী অতোপ্পা রাশি অমদা হোংলমদাইদা পোকপা মীওইগী লগ্ন লেপ্পদা চেন্নবা অমদি অশোয়বা য়াওবা তৎতনা থেংনৈ। অদুগীসু মথক্তা লগ্নমান অসি ইম্ফালগীদমক্তা শেম্বা ওইবনা ইম্ফালগা লেটিচ্যুড মান্নদবা লমদা পোকপা অঙাংশিংগী লগ্ন পুথোকপদা শীজিন্নবা য়াদে। লাইরিক অসিদা ইম্ফালগী লগ্নমান পীদরে অদুবু লাইরিক অসিবু নৈনবিরিবশিংগী মরক্তগী ইম্ফালগী অমদি অতোপ্পা লম লমশিংগী লগ্নমান শেম্বগী মরমদা খঙবিনিংবা লৈরবদি অইবা মীওই অসিবু নিংশিংবিয়ু।

---

## নিপানশুবা তাক্কক

# অঙাং পোকপা মতমগী গ্রহশিংগী স্ফুট পুথোকপা

লগ্নগী স্ফুট পুথোকপগী মতাংদা ৭ শুবা তাক্কক্তা নৈনখ্রবা মতুংদা হৌজিক অমুক মীওই অমা পোকপা মতমদা গ্রহশিংনা করম করম্বা রাশিগী শরুক্তা লৈখিবগে হায়বা পুথোক্লবা মখাগী খোঙচৎশিং অসি য়েংসি।

১। ঐখোয়না শীজিন্নগদৌরিবা পঞ্জিকা নৎত্রগা ইফেমিরিস অদুদা নুংতিগী গ্রহশিংগী পীরিবা স্ফুটকী মতম খণ্ডদোক্কনি। মণিপুরগী ওঝা অয়াম্বনা শীজিন্নরিবা ডাইরেক্তরী পঞ্জিকাদা গ্রহশিংগী স্ফুট অসি নুমিৎ নুমিৎকী কলিকাতাদা নুমিৎ থোকপগী মতমগী ওইনা পীরি। অদুগা বিশুদ্ধ সিদ্ধান্ত পঞ্জিকা, এনঃ সিঃ লহড়ী অমদি বিঃ ভিঃ রমণনচিংবগী ইফেমিরিসশিংগীনা নুংতিগী অয়ুক পুং ৫.৩০ গী গ্রহশিংগী স্ফুট পীরি। অঙাং পোকপগী মতমদগী গ্রহশিংগী স্ফুট পীবগী মতম খাইদোক্তুনা মরক্কী মতম পুথোক্কনি। ফংলিবা মরক্কী মতম অদু মতমগী মিনিটতা থমগনি।

২। অঙাং পোকপা নুমিৎকী গ্রহশিংগী স্ফুটনা মথং নোংঙানবা নুমিৎকী গ্রহশিংগী স্ফুটতগী খাইদোক্তুনা গ্রহশিংগী নোংমগী খোঙচৎ পুথোক্কনি। করিগুম্বা মখানা চাউদুনা খাইদোকপা য়াদবা গ্রহশিংগী স্ফুট য়াওবা থেংনরবদি মখাদগী মথক খাইদোক্কনি অদুগা অরেম্বা অদু (-) ওইনা লৌগনি। মসিনা তাক্লিবদি গ্রহ নৎত্রগা গ্রহশিং অদু তুংহন্না চৎলি, বক্রী ওইরি হায়রিবনি। গ্রহশিংগী নোংমগী খোঙচৎ মিনিট (') ওইনা থমগনি।

*N.B.* : ডাইরেক্তরী পঞ্জিকাদসু শকাব্দ ১৯২৩ সন ১৪০৮ (২০০১A.D.) দগী হৌনা গ্রহশিংগী স্ফুট পীবগী মতম অয়ুক পুং ৫.৩০ I.S.T. দা ওইনা পীরে।

৩। খোঙচৎ নম্বর ২ দা ফংলিবা গ্রহশিংগী নোংমগী খোঙচৎকা নম্বর ১ দা ফংখিবা মরক্কী মতমগা পুরিনবগী ফলদা পুং ২৪ হায়বদি মিনিট ১৪৪০ না য়েন্দুনা গ্রহশিংগী স্ফুটতা হেনগৎকদবা নৎত্রগা হন্থগদবা শরুকশিং থিগনি।

৪। অঙাং পোকপা নুমিৎকী পঞ্জিকা নৎত্রগা ইফেমিরিসতা পীরিবা গ্রহশিংগী স্ফুটতা মথক্কী হেনগৎকদবা/হন্থগদবা শরুক হাপতোক-হাপচিন তৌদুনা অঙাং পোকপা মতমদা ওইগদবা গ্রহশিংগী স্ফুট পুথোক্কনি।

হৌজিক অমুক মথক্কী খোঙচৎশিং অসি শীজিন্নদুনা তরেৎশুবা তাঙ্কক্কী অহুমশুবা খুদমদা পীরিবা দিল্লীদা পোকপা অঙাং অসিগী গ্রহশিংগী স্ফুট পুথোকসি।

অঙাং পোকপা মতম নোংয়াই মতুং পুং ১ মিঃ ৩০ ওইবনা পুং ২৪+পুং ১ মিঃ ৩০ = পুং ২৫ মিঃ ৩০ নি হায়না লৌরগনি। অঙাং পোকপা নুমিৎকী বিশুদ্ধ পঞ্জিকাগী মতুংইন্না স্ফুট পীরিবা মতম্মা অয়ুক পুং ৫.৩০ নি। মরম অদুনা মরক্কী মতম = পুং ২৫ মিঃ ৩০—পুং ৫ মিঃ ৩০= পুং ২০= মিঃ ১২০০ — ১বা খোঙচৎ

বিশুদ্ধ সিদ্ধান্ত পঞ্জিকা লামায় ২৯৬।: ৯৭ দগী

| গ্রহ | মথং নোংঙানবা তাং ৪।৩।২০০৮ গী স্ফুট | অঙাং পোকপা নুমিৎ তাং ৩।৩।'০৮ গী স্ফুট | নোংমগী খোঙচৎ |
|---|---|---|---|
| রবি | ১০।১৯।৪৯ | ১০।১৮।৪৯ | ১°=৬০' |
| চন্দ্র | ৯।০৩।৪১ | ৮।২১।০৬ | ১২°৩৫'=৭৫৫' |
| মঙ্গল | ২।০৫।৫৪ | ২।০৫।৩৫ | ১৯' |
| বুধ | ৯।২২।৪১ | ৯।২১।৪০ | ১°১'=৬১' |
| বৃহস্পতি | ৮।২২।০৯ | ৮।২১।৫৮ | ১১' |
| শুক্র | ৯।২৪।৫৭ | ৯।২৩।৪৩ | ১°১৪'=৭৪' |
| শনি | ৪।১০।৩০ | ৪।১০।৩৫ | (-)৫' |
| রাহু | ১০।০৩।০২ | ১০।০৩।০৫ | (-)৩' |
| কেতু | ৪।০৩।০২ | ৪।০৩।০৫ | (-)৩' |

— ২শুবা খোঙচৎ

গ্রহশিংগী হেনগৎকদবা/হন্থগদবা শরুকশিং মখাগী অসুম্না পুথোক্লে।

রবিগী $\frac{৬০ \times ১২০০}{১৪৪০} = ৫০'$

চন্দ্রগী $\frac{৭৫৫ \times ১২০০}{১৪৪০} = ৬২৯' = ১০^{\circ}২৯'$

মঙ্গলগী $\frac{১৯ \times ১২০০}{১৪৪০} = ১৬'$

বুধগী $\frac{৬১ \times ১২০০}{১৪৪০} = ৫১'$

বৃহস্পতিগী $\frac{১১ \times ১২০০}{১৪৪০} = ৯'$

শুক্রগী $\frac{৭৪ \times ১২০০}{১৪৪০} = ৬২' = ১^{\circ}২'$

শনিগী $\frac{(-)৫ \times ১২০০}{১৪৪০} = (-)৪'$

রাহুগী $\frac{(-)৩ \times ১২০০}{১৪৪০} = (-)৩'$

কেতুগী $\frac{(-)৩ \times ১২০০}{১৪৪০} = (-)৩'$

—অহুমশুবা খোঙচৎ

হৌজিক অমুক অহুমশুবা খোঙচৎতা ফংখ্রিবা হেনগৎকদবা নৎত্রগা হন্থগদবা শরুকশিং হাপতোক-হাপচিন তৌদুনা অঙাং পোকপা মতমগী গ্রহশিংগী স্ফুট মখাগী অসুম্না পুথোক্লে।

| গ্রহ | অঙাং পোকপা নুমিৎকী পুং ৫.৩০ A.M. গী | হেনগৎকদবা/ হন্থগদবা শরুক | অঙাং পোকপা মতমগী স্ফুট |
|---|---|---|---|
| রবি | ১০।১৮।৪৯ | ৫০' | ১০।১৯°।৩৯' |
| চন্দ্র | ৮।২১।০৬ | ১০°২৯' | ৯।০১°।৩৫' |
| মঙ্গল | ২।০৫।৩৫ | ১৬' | ২।০৫°।৫১' |
| বুধ | ৯।২১।৪০ | ৫১' | ৯।২২°।৩১' |
| বৃহস্পতি | ৮।২১।৫৮ | ৯' | ৮।২২°।০৭' |
| শুক্র | ৯।২৩।৪৩ | ১°২' | ৯।২৪°।৪৫' |
| শনি | ৪।১০।৩৫ | (-)৪' | ৪।১০°।৩১' R |
| রাহু | ১০।০৩।০৫ | (-)৩' | ১০।০৩°।০২' |
| কেতু | ৪।০৩।০৫ | (-)৩' | ৪।০৩°।০২' |

খঙজিনগদবা অমনা শনি অসি তুংহন্না চৎপনা স্ফুটকী নাকন্দা R থাদুনা retrograde ওই হায়বা তাক্কনি। রাহু অমদি কেতুদি মতম চুপ্পদা বক্রী ওইবনা R থাদ্রবসু অদুম তুংহন্না চৎলি হায়বা খঙনগনি।

অঙাং পোকপগী মতমগী স্ফুট পুথোকপা অসি Proportional logarithm গী মতেংনা পুথোক্কে হায়রবদি অহানবদা ঐখোয়না মথক্কী খোঙচৎ নম্বর ১গী মতুংইন্না ফংলিবা মরক্কী মতমগী পুং অমদি মিনিট অদুগা চানবা Proportional logarithm table দগী য়েংদুনা log ইগনি। মথংদা গ্রহশিংগী নোংমগী খোঙচৎশিংগী মতুংইন্নসু log গী ভেল্যুশিং থিগনি। অসুম্না ফংলিবা নোংমগী খোঙচৎকী log শিংগা মথক্তা ফংপ্রিবা মরক্কী মতমগী log কা তিন্দুনা ফংবা log গা চান্নবা ডিগ্রী অমদি মিনিট গ্রহ খুদিংগী থিগনি। অসুম্না ফংলিবা অসিনা অঙাং পোকপা নুমিৎকী গ্রহশিংগী স্ফুটতা হাপতোক-হাপচিন তৌদুনা অঙাং পোকপা মতমগী গ্রহশিংগী স্ফুট পুথোক্কনি।

অঙাং পোকপগী মতমগা স্ফুট পীবগী মতমগা খেন্নবা পুং ২০ নি হায়বা মথক্তা থেংনখরে। Proportional logarithm table দগী পুং ২০ মিঃ ০ গী log = ০.০৭৯২ ফংলে। গ্রহশিংগী নোংমগী খোঙচৎকী log কা পুং ২০ মিঃ ০ গী log কা তিনশিন্নবা ফলগী মতুংইনা চুন্নবা Anti log থিগনি।

| গ্রহ | পুং ২০ গী log | নোংমগী খোঙচৎকী log | log অনীগী অপূনবা | Anti log |
|---|---|---|---|---|
| রবি | ০.০৭৯২ | ১.৩৮০২ | ১.৪৫৯৪ | ০°৫০′ |
| চন্দ্র | ০.০৭৯২ | ০.২৮০৪ | ০.৩৫৯৬ | ১০°২৯′ |
| মঙ্গল | ০.০৭৯২ | ১.৮৭৯৬ | ১.৯৫৮৮ | ০°১৬′ |
| বুধ | ০.০৭৯২ | ১.৩৭৩০ | ১.৪৫২২ | ০°৫১′ |
| বৃহস্পতি | ০.০৭৯২ | ২.১১৭০ | ২.১৮৬২ | ০°০৯′ |
| শুক্র | ০.০৭৯২ | ১.২৮৯১ | ১.৩৬৮৩ | ১°০২′ |
| শনি | ০.০৭৯২ | ২.৪৫৯৪ | ২.৫৩৮৬ | (-)০°০৪′ |
| রাহু | ০.০৭৯২ | ২.৬৮১২ | ২.৭৬০৪ | (-)০°০৩′ |
| কেতু | ০.০৭৯২ | ২.৬৮১২ | ২.৭৬০৪ | (-)০°০৩′ |

(N.B. Anti log থিবা মতমদা চপচাবা ডিগ্রী, মিনিট ফংদ্রবদি নক্লবা লৌগনি। Proportional logarithm গী টেবল অমা লাইরিক অসিগী অরোইবা শরুক্তা পীরি।)

মথক্কী anti log গী ভেল্যু অসি অঙাং পোকপা নুমিৎকী পুং ৫.৩০ A.M. দা লৈবা গ্রহশিংগী স্ফুটতা হাপতোক-হাপচিন তৌদুনা অঙাং পোকপা মতমদা ওইবা গ্রহশিংগী স্ফুট পুথোকপদা মথক্তা তাগ্নিবা ফলগা মান্নগনি।

গ্রহশিংগী স্ফুট পুথোকপা হায়বসি মতমসিগী কুঠি ইরিবা মীওইশিংনা মরুওইনা বৈজ্ঞানিক ওইবা মওংদা কুঠি ইবা পামবা মীওইশিংগী হন্দোকপা য়াদবা শরুক অমা ওইরকই। মরমদি মীওই অমা পোকপা মতমদা অতিয়াদা লৈখিবা গ্রহশিংগী স্ফুট খঙদনদি অঙাং অদু পোকপা মতমগী তিথি, নক্ষত্র, যোগ, করননাচিংবা পুথোকপা য়াদে। গ্রহশিংগী মপাঙ্গল পুথোকপা অমদি সপ্তবর্গ পুথোকপনচিংবদসু ঐখোয়না গ্রহশিংগী স্ফুট খঙদবা য়াদে। মরম অদুনা ঐখোয়না খুদম অমতংগা লৌখৎলগা নৈনদুনা হেন্না মমুৎ তানা খঙনবা হোৎনসি।

**খুদম ঃ** তরেৎশুবা তাঙ্কক্কী অহানবা খুদমদা য়াওরিবা গুৱাহাটিদা পোকপা অঙাংগী পোকপা মতমগী গ্রহশিংগী স্ফুট পুথোকসি।

লহড়ীগী ইন্দিয়ান ইফেমিরিস ২০০৭ লামায় ২২ অমদি ২৩ দা পীরিবা গ্রহশিংগী স্ফুটশিং মখাগী অসুন্না ইথোক্লে।

| গ্রহ | ১৬ এপ্রিল ২০০৭ কী স্ফুট | ১৫ এপ্রিল ২০০৭ গী স্ফুট | নোংমগী খোঙচৎ |
|---|---|---|---|
| রবি | ০।০১।৪০ | ০।০০।৪২ | ৫৮' |
| চন্দ্র | ১১।১০।৩৪ | ১০।২৫।৩৭ | ১৪°৫৭' |
| মঙ্গল | ১০।১৩।২৬ | ১০।১২।৪০ | ৪৬' |
| বুধ | ১১।১৪।৩২ | ১১।১২।৪৮ | ১°৪৪' |
| বৃহস্পতি | ৭।২৫।৪০ | ৭।২৫।৪২ | (-)২' |
| শুক্র | ১।১০।৩৬ | ১।৯।২৬ | ১°১০' |
| শনি | ৩।২৪।১৩ | ৩।২৪।১৩ | ০' |
| রাহু | ১০।২০।০৯ | ১০।২০।১২ | (-)৩' |
| কেতু | ৪।২০।০৯ | ৪।২০।১২ | (-)৩' |

অঙাং পোকপা মতম অয়ুক পুং ৯।৩০
ইফেমিরিসকী স্ফুট পীবগী মতম পুং ৫।৩০

মরক্কী মতম পুং ৪।০০

পুং ৪ গী log = ০.৭৭৮১

| গ্রহ | মরক্কী মতম পুং ৪ গী log | নোংমগী খোঙচৎকী log | log অনীগী অপুনবা | Anti log |
|---|---|---|---|---|
| রবি | ০.৭৭৮১ | ১.৩৯৪৯ | ২.১৭৩০ | ১০′ |
| চন্দ্র | ০.৭৭৮১ | ০.২০৫৬ | ০.৯৮৩৭ | ২°৩০′ |
| মঙ্গল | ০.৭৭৮১ | ১.৪৯৫৬ | ২.২৭৩৭ | ৮′ |
| বুধ | ০.৭৭৮১ | ১.১৪১৩ | ১.৯১৯৪ | ১৭′ |
| বৃহস্পতি | ০.৭৭৮১ | ২.৮৫৭৩ | ৩.৬৩৫৩ | ০′ |
| শুক্র | ০.৭৭৮১ | ১.৩১৩৩ | ২.০৯১৪ | ১২′ |
| শনি | ০.৭৭৮১ | -- | -- | ০′ |
| রাহু | ০.৭৭৮১ | ২.৬৮১২ | ৩.৪৫৯৩ | ০′ |
| কেতু | ০.৭৭৮১ | ২.৬৮১২ | ৩.৪৫৯৩ | ০′ |

হৌজিক মথক্তা ফংলিবা antilog কী ভেল্যুশিংনা গ্রহশিংগী তাং ১৫ এপ্রিল ২০০৭ গী অয়ুক পুং ৫.৩০ গী গ্রহশিংগী পীরিবা স্ফুটশিংদা হাপ্তোক-হাপচিন তৌদুনা অঙাং পোকপা মতমদা ওইখিবা গ্রহশিংগী স্ফুট মখাগী অসুম্না পুথোক্লে।

| গ্রহ | ১৫ এপ্রিল ২০০৭ কী অয়ুক পুং ৫.৩০ গী স্ফুট | হেনগৎকদবা/ হন্থগদবা শরুক | অঙাং পোকপা মতমগী স্ফুট |
|---|---|---|---|
| রবি | ০।০০।৪২ | ১০′ | ০।০০।৫২ |
| চন্দ্র | ১০।২৫।৩৭ | ২°৩০′ | ১০।২৮।০৭ |
| মঙ্গল | ১০।১২।৪০ | ৮′ | ১০।১২।৪৮ |
| বুধ | ১১।১২।৪৮ | ১৭′ | ১১।১৩।০৫ |
| বৃহস্পতি | ৭।২৫।৪২ R | ০′ | ৭।২৫।৪২R |
| শুক্র | ১।৯।২৬ | ১২′ | ১।০৯।৩৮ |
| শনি | ৩।২৪।১৩ R | ০′ | ৩।২৪।১৩ R |
| রাহু | ১০।২০।১২ | ০′ | ১০।২০।১২ |
| কেতু | ৪।২০।১২ | ০′ | ৪।২০।১২ |

(খঙজিনগদবা শনিগী নোংমগী খোঙচৎ ০ ওইবনা শনিগী স্ফুটতা অহোংবা লৈরোই। শনি অসি বক্রী ওইরি হায়না ইফেমিরিসতা পীবনা R থারিবনি।)

হৌজিক পুথোক্লিবা স্ফুট অসি Proportional logarithm গী Table শীজিন্নদনা মথক্তা পুথোক্কুনা উৎপ্রিবা মওংদা পুথোক্কুনা তারিবা ফল অনী চূনবরা য়েংবা ফৈ।

## মাপলশুবা তাঙ্কক

# পঞ্চাঙ্গ করিনো অমদি করম্না পুথোক্কনি

হিন্দুশিংগী পঞ্জিকাদা নুমিৎ খুদিংগী কলম অহুম অদুগা পরেং মরি নৎত্রগা মঙা য়াওবা পঞ্চাঙ্গ অমমম পীবা চৎনৈ। পঞ্চাঙ্গ হায়বদি পঞ্চ = মঙা, অঙ্গ=কয়াৎ হায়বনি। কয়াৎ মঙা অসি কুপ্না নৈনদুনা হিন্দুশিংনা অফবা থবক থৌরম পাঙথোকপগী অফবা মতম লেপ্লী। কয়াৎ মঙা অদুদি বার (নুমিৎ), তিথি (থবান), নক্ষত্র (থৱানমিচাক), যোগ অমদি করণ নি। মখাদা তাং ১৬ এপ্রিল ১৯৯০ গী ডাইরেক্টরী পঞ্জিকাদা পীবা পঞ্চাঙ্গ অসি য়েংসি।

| অহানবা কলম | অনীশুবা কলম | অহুমশুবা কলম | |
|---|---|---|---|
| ২ | ১৯ | ১৯ | অহানবা পরেং |
| ২১ | ২৭ | ১৬ | অনীশুবা পরেং |
| ৩২ | ১৩ | ২২ | অহুমশুবা পরেং |
| ৫৭ | ১৫ | ১২ | মরিশুবা পরেং |
| ২ | ৫ | ২ | মঙাশুবা পরেং |

অহানবা কলমগী অহানবা পরেংনা বার তাকই। ২ লৈবনা সোমবারনি হায়বা তাকই। অহানবা কলমগী অনীশুবা পরেংনা তিথি তাকই। ২১ লৈবনা (২১-১৫=৬) কৃষ্ণ পক্ষগী ষষ্ঠী হায়বদি শিথরকপগী তরুকনি পানবনি হায়বা তাকই। অহানবা কলমগী অহুমশুবা, মরিশুবা অমদি মঙাশুবা পরেংনা

মথংশিংনা দণ্ড, পল অমদি বিপলনি হায়বা তাকই। ২১ নি পানবা নৎত্রগা কৃষ্ণ পক্ষগী ষষ্ঠী অসি নুমিৎ থোকপা মতুং দণ্ড ৩২ পল ৫৭ বিপল ২ ফাওবা লৈগনি। অদুগী মতুংদা ২২ পানবা চংশ্লগনি হায়বা তাকই।

অনীশুবা কলমগী অহানবা পরেংনা নক্ষত্র (থৱানমিচাক) তাকই। ১৯ ওইবনা মূলা নক্ষত্র (অহানবা তাঙ্কক টেবল নম্বর ২) নি হায়রিবনি। ১৯ গী মখাদা ২৭।১৩।১৫ লৈবনা মূলা নক্ষত্র অসি নুমিৎ থোক্লবা মতুং দণ্ড ২৭ পল ১৩ বিপল ১৫ ফাওবা লৈগনি, মথংদা নক্ষত্র ২০ পূর্ব্বাষাঢ়া লাক্কনি হায়রিবনি। অহুমশুবা কলমগী অহানবা পরেংদা ১৯ লৈবনা পরিঘ যোগনি হায়বা তাকই। ১৯ গী মখাদা ১৬।২২।১২ লৈবনা যোগ ১৯ অসি নুমিৎ থোকপা মতুং দণ্ড ১৬ পল ২২ বিপল ১২ দা লোইগনি হায়বনি। অহুমশুবা কলমগী মণ্ডাশুবা পরেংনা বেঙ্গলী তারিখ তাকই। ২ লৈবনা তারিখ ২ নি হায়বা তাকই। বেঙ্গলী তারিখপু সংক্রান্তি হায়না খঙনৈ। অনীশুবা কলমগী মণ্ডাশুবা পরেংদা লৈরিবা মশীংনা করণ তাকই। ৫ লৈবনা গর করণ ওই। বিশুদ্ধ সিদ্ধান্ত পঞ্জিকাদদি তিথি, নক্ষত্র অমদি যোগগী অরোইবা মতম অসি পল ফাওবদমক পীবনা পরেং মরিগী পঞ্চাঙ্গদমক উৎলি। লাইরিক অসিগী তুংদা লাক্কদবা শরুকশিংদা বিশুদ্ধগী পরেং মরিগী পঞ্চাঙ্গশিং দমক শীজিন্নবা থেংনগনি।

## বারগী মরমদা নৈনবা

ঐখোয়না মথক্তা বার হায়বসি পঞ্চাঙ্গ অমগী মরুওইবা কয়াৎ অমনি হায়বা পনম্রে। হৌজিক বার করিনো হায়বদু য়েংসি। চয়োল অমগী নুমিৎ তরেৎনিবু সংস্কৃত্তা বার হায়রগা খঙনৈ। মখোয় তরেৎ অদুদি রবিবার (নোংমাইজিং), সোমবার (নিংথৌকাবা), মঙ্গলবার (লৈবাকপোকপা), বুধবার (য়ুমশকৈশা), বৃহস্পতিবার নৎত্রগা গুরুবার (শগোলশেন), শুক্রবার (ইরাই), শনিবার (থাংজ) নি। ঐখোয়না অপীবা তারিখ অমা করি নুমিৎ ওইগদগে হায়বা পুথোক্লবা পাম্নে কয়ামুক লৈ। মখোয়গী মরক্তগী অরায়বা পাম্নে অমখক্কী মরমদা নৈনদুনা য়েংসি।

চহী অমদা চাওরাক্লা নুমিৎ ৩৬৫.২৫ য়াওই। চহী মরি/মরি লৈরগা নুমিৎ ৩৬৬ না চহী অমা ওই। অসুম্না নুমিৎ ৩৬৬ না শাবা চহীবু ঐখোয়না লিপ-ইয়ার ওইবা চহী হায়না খঙনৈ। অপীবা চহী অদুদা ৪ না য়েনবদা লেমদ্রবদি লিপ-ইয়ার ওইবা চহী ওইরে। অদুবু শুন্য অনী (০০) না লোম্না চহীশিংদি ৪ না য়েনবগী মহুৎতা ৪০০ য়েন্দুনা লেম্না-লেমদবা থিগনি। খুদম

ওইনা ১৯৩৬, ১৯৪০ হায়বা চহীশিং, ৪ না য়েনবা য়াবনা লিপ-ইয়ার ওইবা চহীশিং ওইগনি। অদুবু ১৭০০ অমদি ১৯০০ হায়বা চহীশিং অসি ৪ না য়েনবদা লেমদ্রবসু ৪০০ না য়েনবদা লেম্বনা লিপ ইয়ার ওইদে।

তাং ১ জানুৱারি ইং ১ অসি সোমবার (নিংথৌকাবা) ওইখি। নুমিৎ ৩৬৫ না শাবা চহী অমা হায়বসি ঐখোয়না নুমিৎ ৭ নিনা শাবা চয়োল ৫২ মপূং ফানা লৌথোক্লবা মতুংদা নোংমা হেন্দুনা লৈ। মরমদি ৩৬৫=৭×৫২+১ ওইবনা। লিপ-ইয়ার ওইবা চহী অমদা নুমিৎ (৭×৫২+২) ওইবনা, অহেনবা নুমিৎ ২ য়াওই। মতৌ অসুম্না চহী ১০০ গী মনুংদা অহেনবা নুমিৎ ৫ য়াওই। মরমদি চহী ১০০ দা লিপ-ইয়ার ওইবা চহী ২৪ য়াওবনা পূন্না নুমিৎ মশীং ৩৬৫×১০০+২৪=নুমিৎ ৩৬৫২৪ লৈগনি। ৩৬৫২৪=৫২১৭×৭+৫ ওইবনা অহেনবা নুমিৎ ৫ নি।

মতৌ অসুম্না ঐখোয়না চহী ৩০০ গী অহেনবা নুমিৎ =৫×৩÷৭=১ ওইগনি।

চহী ৪০০ গী অহেনবা নুমিৎ ০ ওইগনি।

চহী ১৬০০ গী অহেনবা নুমিৎ ০ নি।

চহী ২০০০ গী অহেনবা নুমিৎ ০ নি।

ঐখোয়না মথক্কী অহেনবা নুমিৎশিং শীজিন্নদুনা করি নুমিৎ ওইগদগে হায়বা পুথোক্লবা খুদম অনীখক লৌখৎলগা য়েংসি।

**অহানবা খুদম ঃ-** তং ২১ জনুৱারি ১৯৯৫ অসি করি নুমিৎ ওইখিবগে ?

**পাউখুম ঃ-** ২১ জনুৱারি ১৯৯৫ হায়বসি চহী ১৯৯৪ লোয়রবা মতুংদা নুমিৎ ২১ খকতং হেনবনা মপুম ওইনা হৌখিবা চহী ১৯৯৪ নি হায়না লৌগনি।

| | | |
|---|---|---|
| চহী ১৬০০ গী অহেনবা নুমিৎ | | = ০ |
| চহী ৩০০ গী অহেনবা নুমিৎ | | = ১ |
| চহী ৯৪ গী অহেনবা নুমিৎ | = ১৩×৭+৩ | = ৩ |
| লিপ-ইয়ার ২৩ গী অহেনবা নুমিৎ | ৩×৭+২ | = ২ |
| জনুৱারি ২১ ফাওবগী অহেনবা নুমিৎ | ৩×৭+০ | = ০ |
| অপূনবা অহেনবা নুমিৎ | | = ৬ |

নিংথৌকাবা নুমিৎতগী থিরবদি ৬ শুবা নুমিৎতি থাংজ ওইরে।

(*চহী ৯৪+৪ = অথুংবা ২৩ ওইবনা চহী ৯৪ দা লিপ-ইয়ার ওইবা চহী ২৩ য়াওই।)

**অনীশুবা খুদম ঃ-** তাং ১৫ এপ্রিল ২০০৭ করি নুমিৎ ওইখিবগে ?

| | | |
|---|---|---|
| চহী ২০০০ গী অহেনবা নুমিৎ | = | ০ |
| চহী ৬ গী অহেনবা নুমিৎ | = | ৬ |
| লিপ ইয়ার ওইবা চহীগী অহেনবা নুমিৎ | = | ১ |
| জনুৱারি থাগী অহেনবা নুমিৎ ৪×৭+৩ | = | ৩ |
| ফেব্রুৱারি থাগী অহেনবা নুমিৎ ৪×৭+০ | = | ০ |
| মার্চ থাগী অহেনবা নুমিৎ ৪×৭+৩ | = | ৩ |
| এপ্রিলগী নুমিৎ ১৫ নিগী অহেনবা নুমিৎ ২×৭+১ | = | ১ |
| অপূনবা অহেনবা নুমিৎ | = | ১৪ |

১৪÷৭ = ২ থুংলগা ০ লেমই অদুবু ঐখোয়না মতাং অসিদদি ১ থুংলগা ৭ লেমই হায়না লৌগনি। নুমিৎ পুথোকপগী মতাংদদি শুন্য (০) লেম্বা খুদিংমক ৭ লেম্বনি হায়না লৌগনি। নিংথৌকাবা নুমিৎতগী ৭ শুবা নুমিত্তি নোংমাইজিং তারে। মরম অদুনা তাং ১৫ এপ্রিল ২০০৭ নোংমাইজিং ওইখি।

মীওইবা ঐখোয়সি য়াম্না লানগল্লি হায়বা মথক্তসু পনখরে। বৈজ্ঞানিক ওইবা মওংদা কুঠি ইবা মতমদা ঐখোয়না থল্লিবা মরুওইবা পান্দমদি অরানবগী শরুক অসি য়ারিবমখৈ পীকশিনহন্নবা হোৎনবনি। কুঠি ইবদা চংগদবা মচাক খুদিংমক মুন্না মমুৎতানা খঙনবা হোৎনবা অমদি পুথোক্লিবা ফল খুদিংমক চুম্নবনি হায়বা উৎপনি। মরম অদুনা ঐখোয়না মথক্তা ফংলিবা নুমিৎ অনী অসি অতোপ্পা পান্থে অমনা পুথোকপগা চানবরা হায়না য়েংবা ফৈ। অপীবা তারিখ অমা করি নুমিৎ ওইবগে হায়বা পুথোক্লবা টেবল অমা মথংগী লামায় ৬২ দা পীরি।

হৌজিক টেবল অসি য়েংদুনা ২১ জানুৱারি ১৯৯৫ করি নুমিৎ ওইখিবগে হায়বা পুথোকসি।

| | | |
|---|---|---|
| Century ১৯০০ গী Key digit | = | ২ |
| Odd year ৯৫ গী Key digit | = | ৬ |
| Ordinary year গী জানুৱারি থাগী | = | ৬ |
| অপীবা তারখি | = | ২১ |
| | = | ৩৫ |

## টেবল নম্বর — ৮

### (অপীবা তারিখ অমা করি নুমিৎ ওইগদগে য়েংনবা)

| Key degit | ১ | ২ | ৩ | ৪ | ৫ | ৬ | ০ |
|---|---|---|---|---|---|---|---|
| Centuries | | ১৯০০ | | ১৮০০ | | | |
| | ২০০০ | | | | | ২১০০ | |
| odd years in a Century. | ১ | ২ | ৩ | × | ৪ | ৫ | ৬ |
| | ৭ | × | ৮ | ৯ | ১০ | ১১ | × |
| | ১২ | ১৩ | ১৪ | ১৫ | × | ১৬ | ১৭ |
| | ১৮ | ১৯ | × | ২০ | ২১ | ২২ | ২৩ |
| | × | ২৪ | ২৫ | ২৬ | ২৭ | × | ২৮ |
| | ২৯ | ৩০ | ৩১ | × | ৩২ | ৩৩ | ৩৪ |
| | ৩৫ | × | ৩৬ | ৩৭ | ৩৮ | ৩৯ | × |
| | ৪০ | ৪১ | ৪২ | ৪৩ | × | ৪৪ | ৪৫ |
| | ৪৬ | ৪৭ | × | ৪৮ | ৪৯ | ৫০ | ৫১ |
| | × | ৫২ | ৫৩ | ৫৪ | ৫৫ | × | ৫৬ |
| | ৫৭ | ৫৮ | ৫৯ | × | ৬০ | ৬১ | ৬২ |
| | ৬৩ | × | ৬৪ | ৬৫ | ৬৬ | ৬৭ | × |
| | ৬৮ | ৬৯ | ৭০ | ৭১ | × | ৭২ | ৭৩ |
| | ৭৪ | ৭৫ | × | ৭৬ | ৭৭ | ৭৮ | ৭৯ |
| | × | ৮০ | ৮১ | ৮২ | ৮৩ | × | ৮৪ |
| | ৮৫ | ৮৬ | ৮৭ | × | ৮৮ | ৮৯ | ৯০ |
| | ৯১ | × | ৯২ | ৯৩ | ৯৪ | ৯৫ | × |
| | ৯৬ | ৯৭ | ৯৮ | ৯৯ | | | |
| Ordinary year | অগষ্ট | ফেব্রুবারি মার্চ নভেম্বর | জুন | সেপ্টেম্বর ডিসেম্বর | এপ্রিল জুলাই | জনুবারি ওক্টোবর | মে |
| Leap year | ফেব্রুবারি | | | | জনুবারি | | |

৩৫ বু ৭ না য়েল্লবদি ০ লেম্বনা ৭ লেমই হায়না লৌগনি। নোংমাইজিংদগী থিরবদি ৭ শুবা নুমিৎ থাংজ ওইবনা মথক্তা ফংগ্রবা নুমিৎকা চানরে।

অমুক হন্না ১৫ এপ্রিল ২০০৭ করি নুমিৎ ওইখিবগে য়েংসি।

| | | |
|---|---|---|
| Century ২০০০ গী Key digit | = | ১ |
| Odd year ৭ কী Key digit | = | ১ |
| Ordinary year এপ্রিল থাগী Key digit | = | ৫ |
| অপীবা তারখি | = | ১৫ |
| | = | ২২ |

২২ বু ৭ না য়েল্লবদি ১ লেম্বনা নোংমাইজিংদগী থিরবদি নোংমাইজিং অদুম ওইরে। নুমিৎ অসি নোংমাইজিং ওইখিবা ঐখোয়না খঙখ্রে। খঙজিনগদবা অমনা টেবল অসিগী মতুংইন্না নুমিৎ মশীং থিবা নোংমাইজিংদগী হৌগনি।

## তিথিগী মরমদা নৈনবা

ঐখোয়না তোয়না উদুনা লাক্লে মদুদি থাগী পাক-চাউবা অসি অসুম অসুম হেনগৎলক্তুনা মপূং ফারকপা অদুদগী অমুক অ-সুম অসুম পীকথরক্তুনা মশক উরক্তবা। থানা চাউবা হেনগৎলপগী মতমবু হিন্দুশিংনা শুক্ল পক্ষ অদুগা পীকথরকপগী মতমবুনা কৃষ্ণ পক্ষ হায়না খঙনৈ। শুক্ল পক্ষদা তিথি ১৫ অদুগা কৃষ্ণ পক্ষদা তিথি ১৫ লৈ। তিথিবু ঐখোয়না থবান হায়না খঙনৈ। তিথি ৩০ গী মমিং মখাদা পীরি।

(১) প্রতিপদ, (২) দ্বিতীয়, (৩) তৃতীয়, (৪) চতুর্থী, (৫) পঞ্চমী, (৬) ষষ্ঠী, (৭) সপ্তমী, (৮) অষ্টমী, (৯) নবমী, (১০) দশমী, (১১) একাদশী, (১২) দ্বাদশী, (১৩) ত্রয়োদশী (১৪) চতুর্দ্দশী, (১৫) পূর্ণিমা। তিথি ১৫ অসিনা শুক্ল পক্ষ হায়বদি পানখৎলকপগী ওই। শিথরকপগী অসুম্না মমিং মান্নে। কৃষ্ণ পক্ষগী তিথি ১৫ অদুদি (১৬) প্রতিপদ, (১৭) দ্বিতীয়, (১৮) তৃতীয়, (১৯) চতুর্থী, (২০) পঞ্চমী, (২১) ষষ্ঠী, (২২) সপ্তমী, (২৩) অষ্টমী, (২৪) নবমী, (২৫) দশমী, (২৬) একাদশী, (২৭) দ্বাদশী, (২৮) ত্রয়োদশী, (২৯) চতুর্দ্দশী, (৩০) অমাবস্যা নি।

তিথি হায়বসি চন্দ্রনা রবিদগী লাপথোক্লিবা শরুক অদুনি। চন্দ্রগা রবিগা পূন্না লৈমিন্নবা মতমবু ঐখোয়না অমাবস্যা (থাশি) হায়না খঙনৈ। চন্দ্রনা

রবিদগী হেন্না য়াংনা চৎপনা চন্দ্রনা রবিদগী অসুম অসুম লাপথোরকই। চন্দ্রনা রবিদগী ১২° হেক লাপথোকপদা প্রতিপদ (নোংমা পানবা) তিথি লোইগনি। ১২° দগী হেন্না লাপথোক্লগা দ্বিতীয় অদুগা ২৪° দগী হেন্না লাপথোক্লগা তৃতীয় ওইগনি। মখাদা তিথি তাক্লবা টেবল অমা পীরি।

## টেবল নম্বর—৯
## (তিথি পুথোক্লবা)

| চন্দ্র-রবি S. D. | তি থি | চন্দ্র-রবি S. D. | তিথি |
|---|---|---|---|
| ০।১২ | শুক্ল ১ | ৬।১২ | কৃষ্ণ ১ |
| ০।২৪ | শুক্ল ২ | ৬।২৪ | কৃষ্ণ ২ |
| ১।০৬ | শুক্ল ৩ | ৭।০৬ | কৃষ্ণ ৩ |
| ১।১৮ | শুক্ল ৪ | ৭।১৮ | কৃষ্ণ ৪ |
| ২।০০ | শুক্ল ৫ | ৮।০০ | কৃষ্ণ ৫ |
| ২।১২ | শুক্ল ৬ | ৮।১২ | কৃষ্ণ ৬ |
| ২।২৪ | শুক্ল ৭ | ৮।২৪ | কৃষ্ণ ৭ |
| ৩।০৬ | শুক্ল ৮ | ৯।০৬ | কৃষ্ণ ৮ |
| ৩।১৮ | শুক্ল ৯ | ৯।১৮ | কৃষ্ণ ৯ |
| ৪।০০ | শুক্ল ১০ | ১০।০০ | কৃষ্ণ ১০ |
| ৪।১২ | শুক্ল ১১ | ১০।১২ | কৃষ্ণ ১১ |
| ৪।২৪ | শুক্ল ১২ | ১০।২৪ | কৃষ্ণ ১২ |
| ৫।০৬ | শুক্ল ১৩ | ১১।০৬ | কৃষ্ণ ১৩ |
| ৫।১৮ | শুক্ল ১৪ | ১১।১৮ | কৃষ্ণ ১৪ |
| ৬।০০ | পূর্ণিমা | ১২।০০ | অমাবস্যা |

মথক্কী টেবলদগী ঐখোয়না খওলে মদুদি চন্দ্রগী স্ফুটতগী রবিগী স্ফুট খাইদোকপগী ফলনা ডিগ্রী ১২ গী মখাদা লৈরবদি শুক্ল প্রতিপদ ওইগনি হায়বা। মতৌ অসুম্না রাশি ৮ ডিগ্রী ১২ অমদি রাশি ৮ ডিগ্রী ২৪ গী মরক্তা লৈরগনা কৃষ্ণপক্ষগী সপ্তমী ওইগনি। মথক্কী টেবলদা পীরিবা তিথি হায়বসি হিন্দুগী ওইবনা চন্দ্র অমদি রবিগী স্ফুটসু হিন্দুগী নিরয়ণ স্ফুটনি, সায়ন নত্তে।

হৌজিক তিথি হায়বসি করিনো খণ্ডুনা ইশা ইশাগী লোল ওইহল্লবা মতুংদা অপীবা নুমিৎ অমগী নুমিৎ থোকপা মতমদা করি তিথি ওইগদগে অমদি তিথি অদু করম্বা মতমদা লোইগদগে হায়বা পুথোক্লুবা মখাগী খুদম অনী অসিগী মতেং লৌসি।

**অহানবা খুদম ঃ-** মণ্ডাশুবা তাঙ্কক্কী ১বা খুদমদা পীখিবা ১৫ এপ্রিল ২০০৭ গী নুমিৎ থোকপা মতমদা গুৱাহাটিদা করি তিথি ওইখিবগে অমদি তিথি অদু করম্বা মতমদা লোইখিবগে ?

**পাউখুম ঃ-** লহড়ী ইফেমিরিস ২০০৭ কী লামায় ২২ দগী

১৫ এপ্রিল ২০০৭ তা ওইবা চন্দ্রগী স্ফুট ১০।২৫।৩৭

১৫ এপ্রিল ২০০৭ তা ওইবা রবিগী স্ফুট ০।০০।৪২

---

চন্দ্র-রবি ১০।২৪।৫৫

(×) ৩০

৩০০

(+) ২৪

৩২৪

(×) ৬০

১৯৪৪০

(+) ৫৫

১৯৪৯৫'

চন্দ্র অমদি রবিগী লাপ্পবা অসি মিনিটতা ওন্থোক্লুনা ১৯৪৯৫' ফংলে। তিথি অমগী অপাকপা ১২° নি হায়বা মথক্তা পনখ্রে। মসিবু ৬০ না পুরিদুনা ৭২০' ফংলে। চন্দ্র-রবি গী ফলদা তিথি ১ গী অপাকপা ৭২০' না য়েন্দুনা তিথি কয়া হৌখ্রবগে য়েংসি।

```
৭২০ | ১ ৯ ৪ ৯ ৫ | ২ ৭
    | ১ ৪ ৪ ০   |
        ৫ ০ ৯ ৫
        ৫ ০ ৪ ০
        -------
            ৫ ৫
```

২৭ শুবা তিথি লোইখিদুনা ২৮ শুবা তিথিদা ৫৫' চংশিনবা হৌবনা নুমিৎ অসি তিথি ২৮ হায়বদি পূর্ণিমা মতুং (২৮-১৫=১৩) কৃষ্ণা ত্রয়োদশী ওইরে। অরেম্বা ৫৫ না তিথি অমগী অপাকপা ৭২০ দগী খাইদোক্লগা ফংলিবা ৬৬৫' অসি লোইবদা তিথি ২৮ সু লোইগদৌরিবনি।

| তাং | চন্দ্রগী স্ফুট | রবিগী স্ফুট |
|---|---|---|
| ১৬।৪।২০০৭ | ১১।১০।৩৪ | ০।০১।৪০ |
| ১৫।৪।২০০৭ | ১০।২৫।৩৭ | ০।০০।৪২ |
| নোংমগী খোঙচৎ = ১৪।৫৭ | | ০°৫৮ |

চন্দ্রগী নোংমগী খোঙচৎ = ১৪°৫৭'

(-) রবিগী নোংমগী খোঙচৎ = ০°৫৮'

তিথি অমগী নোংমগী খোঙচৎ = ১৩°৫৯'

(×) ৬০

৭৮০

(+) ৫৯

৮৩৯'

৮৩৯' অসি নোংমা হায়বদি পুং ২৪ দা লোইগনি

১' ................................. $\frac{২৪}{৮৩৯}$

৬৬৫' ............................ $\frac{২৪ \times ৬৬৫}{৮৩৯}$ = পুং ১৯ মিঃ ০১

গ্রহশিংগী স্ফুট পীবগী মতম পুং ৫.৩০ তিনশিন্দুনা পুং ২৪ মিঃ ৩১ ফংলে। মরম অদুনা ২৮ নি পানবা নৎত্রগা কৃষ্ণা ত্রয়োদশী অসি তাং ১৫ গী নোংয়াই মতুং মিনিট ৩১দা লোইগনি। নুমিৎ অসি গুৱাহাটিদা পুং ৫।০৪ দা নুমিৎ থোকনি হায়না ঐখোয়না মঙাশুবা তাঙ্কক্কী খুদম নম্বর ১ দা পীখরে। হৌজিক পুং ২৪ মিঃ ৩১ দগী পুং ৫ মিঃ ৪ লৌথোক্লবদি পুং ১৯ মিঃ ২৭ ফংলে। মরম অদুনা গুৱাহাটিগী নুমিৎ থোকপা মতুং পুং ১৯ মিঃ ২৭ তা তিথি অসি লোইগনি। অদুবু পঞ্চাঙ্গদা তিথিগী অরোইবা অসি দণ্ড অমদি পলদা পীবা চংনবনা ঐখোয়সু মখাগী অসুম্না দণ্ড, পলদা ওন্থোক্লগা থমসি।

পুং ১৯।২৭
(x) ৫
২| ৯৭।১৫
৪৮।৩৭।৩০

কৃষ্ণা ত্রয়োদশী (২৮ নি পানবা) অসি গুৱাহাটিদা নুমিৎ থোক্লবা মতুং দং ৪৮।৩৭।৩০ বিপলদা লোইগনি।

হৌজিক অমুক মণ্ডাশুবা তাক্কী খুদম নম্বর ২গী তাং ১৮ ওক্টোবর ২০০৭ কী নুমিৎ থোকপা মতমগী তিথি অমদি তিথি অদুগী অরোয়বা মতম পুথোকসি।

পাউখুম ঃ শকাব্দ ১৯২৯ গী বিশুদ্ধ সিদ্ধান্ত পঞ্জিকাগী লামায় ১৬৭ অমদি লামায় ১৭৬ তগী

তাং ১৮ গী চন্দ্র ৮।১৪।৪০
(-) রবি ৬।০০।১৬
চন্দ্র-রবি = ২।১৪।২৪

তাং ১৯ গী চন্দ্র ০৮।২৭।৭
(-) রবি ৬।০১।১৫
চন্দ্র-রবি = ২।২৫।৫২

তাং ১৯ গী চন্দ্র-রবি = ২।২৫।৫২
তাং ১৮ গী চন্দ্র-রবি = ২।১৪।২৪
তিথি অমগী পুং ২৪ গী (নোংমগী) খোঙচৎ= ১১°২৮′
৬০
(x)৬৬০
(+) ২৮
৬৮৮′

তাং ১৮ চন্দ্র-রবি = ২।১৪।২৪
(x) ৩০
৬০
(+) ১৪
৭৪
(x) ৬০
৪৪৪০
(+) ২৪
৭২০) ৪৪৬৪ (৬
৪৩২০
১৪৪

৬ থুংলগা ১৪৪ লেম্বনা তিথি ৬ লোইদুনা ৭ শুবা তিথি হায়বদি শুক্ল সপ্তমী ওইরে। হৌজিক অরেম্বা ১৪৪ না তিথি অমগী অপাকপা ৭২০ লোইগদবা কয়াম ব্রাৎলিবগে য়েংসি।

৭২০′
(-) ১৪৪′
৫৭৬′ সপ্তমী লোইগদবা ব্রাৎলিবা শরুক

৬৮৮′ লোইবদা পুং ২৪ চংই

১′ ................................ $\frac{২৪}{৬৮৮}$

৫৭৬′ ............................ $\frac{২৪\times৫৭৬}{৬৮৮}$ = পুং ২০ মিঃ ০৬

নুমিৎ অসিগী স্ফুট পীবা মতম পুং ৫ মিঃ ৩০ তিনশিন্দুনা পুং ২৫ মিঃ ৩৬ দা সপ্তমী লোইবগী মতম ফংলে। নুমিৎ অসিগী ইম্ফালদা নুমিৎ থোকপগী মতম পুং ৫ মিঃ ১৭ খাইদোক্নুনা পুং ২০ মিঃ ১৯ (নুমিৎ থোকপা মতুং) দা ইম্ফালদা শুক্ল সপ্তমী লোইগনি। মসিবু দণ্ড, পল অমদি বিপলদা মখাগী অসুম্না পীরে।

পুং ২০।১৯
৫
২ | ১০১।৩৫
৫০।৪৭।৩০

ইম্ফালদা নুমিৎ থোক্লবা মতুং দণ্ড ৫০ পল ৪৭ বিপল ৩০ দা শুক্ল সপ্তমী লোইগনি।

হৌজিক ঐখোয়না পুথোক্লিবা তিথি অমদি মসিগী অরোইবা মতম অসি চুমবরা হায়বা Proportional logarithm গী মতেংনা য়েংসি। ঐখোয়না তাং ১৮ গী চন্দ্র-রবি = ২।১৪।২৪ অদুগা তিথিগী নোংমগী খোঙচৎনা ১১°২৮′ হায়বা মথক্তা পুথোকখ্রে। মথক্কী টেবল নম্বর ৯ দগী চন্দ্র-রবি= ২।১৪।২৪ অসি ২।১২ দগী হেল্লে অদুগা ২।২৪ দি য়ৌদ্রি। মরম অদুনা শুক্ল সপ্তমী ওইগনি।

| | | |
|---|---|---|
| সপ্তমী লোইগদবা | = | ২।২৪°।০০′ |
| (-) চন্দ্র-রবি | = | ২।১৪°।২৪′ |
| সপ্তমীগী ব্রাৎলিবা শরুক | = | ৯°।৩৬′ |

ব্রাৎলিবা শরুক ৯°৩৬′ গী log = .৩৯৭৯
(-) নোংমগী খোঙচৎ ১১°২৮′ গী log = .৩২০৮

.০৭৭১

log .০৭৭১ গী চুন্নবা antilog = পুং ২০ মিঃ ৬

পুং ২০ মিঃ ০৬ গী মতুংদা সপ্তমী লোয়গনি। মসিদা স্ফুট পীবগী মতম পুং ৫.৩০ তিনশিল্লগা ইম্ফালদা নুমিৎ থোকপগী মতম খাইদোকপগী ফল অদু দণ্ড, পল, বিপলদা থমদুনা সপ্তমীগী অরোইবা মতম পঞ্চাঙ্গদা হাপ্পবা থম্বা য়ারে। মতৌ অসুম্না খুদম নম্বর অহানবগী কৃষ্ণা ত্রয়োদশী লোইবগী মতম Proportional logarithm না পুথোক্নুনা চানবর য়েংবা ফৈ।

মীয়াম্না য়াম্না তোয়না ঙাংনরিবা ব্রাফমদি হিন্দুগী কেলেণ্ডর মওং তাদে। নোংমা লৈতরে, কদাইদা চৎখ্রে? ঙরাংসু মরিনি পাল্লি, ঙসিসু মরিনি পাল্লি করি হায়রিবনো ? অমরোমদা ইংলিসকী কেলেণ্ডর মওং তাই। থা অমদা অনীরক পানবা তারিখ নৎত্রগা লৈতবা তারিখ য়াওদে। হিন্দুগী তিথি হায়বসি থা অমদি নুমিৎকী লাপ্পবগী মখা পোনবনি হায়বা ঐখোয়না খঙলে। চন্দ্রগী খোঙচৎ চাং নাইদে। করিগুম্বা মতমদা রবিদগী ১২° লাপথোক্লবা হোৎনবদা পুং ২৪ হেন্না চংবা য়াওই অদুগা করিগুম্বা মতমদনা পুং ২৪ গী মনুংদা ২৪° হেন্না লাপথোক্লা চাংপসু য়াওই। হিন্দুশিংনা নুমিৎ থোকপা মতমদা ওইবা তিথি অদুবু নুমিৎ অদুগী তিথিনি হায়না লৌবা চৎনৈ। খুদম ওইনা শুক্লগী তৃতীয় অসি ইম্ফালদা নুমিৎ থোকপা মতমদা ওইবা তিথিনি হায়না লৌরসি অদু ওইরবদি নুমিৎ অদুগী তিথি তৃতীয় ওইরগনি। অদুবু চন্দ্রনা য়াংনা চৎপা মরম্না তিথি অসি নুমিৎ থোকপা মতুং পুং ২ দা লোইরে হায়না লৌরসি। মথংদা চতুর্থী লাক্লগনি। করিগুম্বা চতুর্থী অসিনা মথংগী নুমিৎ থোকপা মতুং ফাওবা লৈরবদি মথং নুমিৎকী তিথি চতুর্থী ওইবনা কায়দরে। নত্তদুনা চতুর্থীনা নোংঙান্দ্রিবৈদা লোইখিদুনা মথংগী নুমিৎ থোকপা মতমদা পঞ্চমী তিথি ওইবা তারবদি মথং নুমিৎকী তিথিনা পঞ্চমী ওইগনি। নুমিৎ থোকপা অনীমক য়াওদবা চতুর্থী হায়বা তিথি অসি থা অদুগী ওইনা লৈত্তে হায়না লৌগনি। করিগুম্বা নুমিৎ অমগী নুমিৎ থোকপা মতমদা ওইবা তিথি অদু রবিনা য়াংনা চৎপা অদুগা চন্দ্রনা তপ্না চৎপা মতমদা থোকলুদুনা তিথি অদুগী ১২° চৎনবা হোৎনবদা মথংগী নুমিৎ থোকপা ফাওবদা লোইদ্রবদি মথংগী নুমিৎকী তিথিসু

হান্নগী তিথিদু অদুম ওইবনা তিথি অদুমক্তা নুমিৎ নিনি পানবা ওইরিবনি। মসি হিন্দুশিংনা হেক্তা শেমজিনবা নত্তে। নুমিৎ-থাগী খোঙচৎনা পীরকপা ফল অদু হিন্দুশিংনা লৌদুনা শীজিন্নবনি। অমরোমদা হিন্দুশিংগী কেলেণ্ডরনা হেন্না বৈজ্ঞানিক ওই হায়না লৌফম থোকই।

হৌজিক অমুক তোয়না হংনরিবা ৱাফম মলমাস (শেংদবা থা) হাপচিন্দুনা চহী অমদা থা ১৩ না শাবা চহী ওইহল্লিবা করিগীনো ? ইঙা অনী পাল্লে—করি হায়রিবনো ? ঙসিগী মীয়াম্না তত্তনা হংনরিবা অমদি ঙাংনরিবা ৱাফমনি। ঐখোয়না মনুং হঞ্জিন্না থিজিনবা তারবদি হিন্দুগী কেলেণ্ডর অসি য়াম্না সিষ্টেমেটিক অমদি সাইন্তিফিক ওইনা শেম্বনি হায়বা খঙবা ঙমগনি।

রবি অমদি চন্দ্রগী লোঙ্গিচ্যুড অনীনা পূন্না ডিগ্রী অমতদা লৈমিন্নবা মতমদা রবিগী মশেক মঙালনা কুপশিনখিদুনা ঐখোয়না চন্দ্রবু উবা ফংদে। মসিবু অমাবস্যা (থাশি) হায়না খঙনৈ। চন্দ্রনা রবিদগী য়াংবা হেনবনা নুংতিগী চন্দ্রনা রবিদগী লাপথোকপা হৌরকই। চন্দ্রনা রবিদগী লাপথোকপা হেনগৎলকপগী মতুংইন্না ঐখোয়না চন্দ্রবু চাউবা হেন্না হেন্না উরকই। মমৈদা রবিনা চন্দ্রদগী ১৮০° লাপ্পা লৈবা মতমদা ঐখোয়না চন্দ্রবু মপুং ফানা উবা ফংই। মসিবু পূর্ণিমা হায়রগা খঙনৈ। মথংদা চন্দ্রনা রবিরোমদা অসুম অসুম নকশিল্লক্নুনা ডিগ্রী অমতদা পূন্না লৈরবা মতমদা অমুক থাশি ওইগনি। থাশি অমদগী মথংগী থাশি অমা ফাওবদা নুমিৎ ২৯.৫৩০৫৮৯ লৈ। মসিবু লুনর মন্থ (চান্দ্রমাস) অমা কৌই। চান্দ্রমাস ১২ না চান্দ্রবর্ষ (লুনর ইয়ার) অমা ওই। লুনর ইয়ার অমদা নুমিৎ ৩৫৪.৩৬৭০৬৮ য়াওই। অমরোমদা রবিনা রাশি অমা হায়বদি ডিগ্রী ৩০ চৎপদা চাংচৎতা নুমিৎ ৩০.৪৩৮০৩ চংই। মসিবু সৌরমাস (সোলর মন্থ) অমা হায়রগা খঙনৈ। অসিগুম্বা সৌরমাস ১২ না সৌরবর্ষ (সোলর ইয়ার) অমা শাই। সৌরবর্ষ অমদা নুমিৎ ৩৬৫.২৫৬৩৬ য়াওই। মরম অদুনা সৌরবর্ষ অমনা চান্দ্রবর্ষ অমদগী নুমিৎ (৩৬৫.২৫৬৩৬ - ৩৫৪.৩৬৭০৬৮)=১০.৮৮৯২৮ হেন্না য়াওই। চহী ৩ গী মতুংদা চান্দ্রবর্ষনা সৌরবর্ষদগী থা অমা ঙনখৎকনি। মসি ঐখোয়না লুনর মন্থগী অশেংবা কেলেণ্ডর শীজিন্নরিবা মুস্লিমশিংগী কেলেণ্ডরদগী খঙবা ঙমই। কুমসি, ওইখিবা মুস্লিমগী রমজান থা অদু চহী অহুমগী মতুংদা থা অমা ঙনখৎনা ওইগনি। মরম অসিদগীনি রমজান থানা কালেন থাদা ওইরম্বদগী নিংথমদা, নাকেন থাদা, নোংজু থাদা হোং হোংদুনা তারিবা। অমরোমদা হিন্দুগী জ্যৈষ্ঠ নৎত্রগা মৈতৈগী কালেন থানা কৈদৌঙৈদসু নিংথম থাদা ওইবা তৌরোই। মসিগী মরম নৈনদুনা য়েংসি।

রবি গ্রহনা তোঙান তোঙানবা রাশিদা চংবগী মতমবু হিন্দুশিংনা সংক্রান্তি হায়রগা খঙনৈ। মেষ সংক্রান্তি হায়রগা রবিনা মেষ রাশিদা চংবা মতম অদুগা বৃষ সংক্রান্তি হায়রগা রবিনা বৃষ রাশিদা চংবগী মতমবু খঙনগনি। সৌরবর্ষ অমদা লৈরিবা সৌর মাস ১২ গী মমিং অসি রবিনা তোঙান তোঙানবা রাশিশিংদা চংবগী মতুংইন্না থোল্লি। রবিনা মেষ রাশিদা চংবা হৌবা নুমিত্তগী হিন্দুগী সৌরমাস বৈশাখ হায়বদু হৌই। মথংদা বৃষ রাশিদা রবিনা চংবা হৌবা নুমিৎতগী সৌরমাস জ্যৈষ্ঠ হৌই। মসি মখাগী অসিদগী য়েংসি।

## টেবল নম্বর—৯ (A)

## (সৌরমাস ১২ গী মিং অমদি হৌবগী মতম তাকুবা)

| সংক্রান্তি | সৌরমাস হৌবা | সংক্রান্তি | সৌরমাস হৌবা |
|---|---|---|---|
| মেষ | বৈশাখ | তুলা | কার্তিক |
| বৃষ | জ্যৈষ্ঠ | বৃশ্চিক | অগ্রহায়ণ |
| মিথুন | আষাঢ় | ধনু | পৌষ |
| কর্কট | শ্রাবণ | মকর | মাঘ |
| সিংহ | ভাদ্র | কুম্ভ | ফাল্গুন |
| কন্যা | আশ্বিন | মীন | চৈত্র |

চান্দ্র মাস ১২ গী মমিংসু সৌরমাস ১২ গী মমিংগা মান্নে অদুবু হৌফমদি খেন্নৈ। থাশি তারুবা মতমদা ওইরম্বা সৌরমাস অদুগী মমিং লৌদুনা চান্দ্রমাস অদুগী অহৌবা ওইগনি। খুদম ওইনা সৌর মাসকী ভাদ্র থাদা তাবা থাশিগী মতুং নোংমা কোনবদগী চান্দ্র মাসকী ভাদ্রগী নোংমা পানবা হৌগনি। মসি ময়েক শেংনা খঙননবা মখাগী খুয়েক অসি য়েংসি।



মথক্কী খুয়েক্তা সৌরমাস বৈশাখ থাদা তাবা থাশি ১ গী নোংমা কোনবদগী চান্দ্রমাসকী বৈশাখ থা হৌবনা সৌরমাসকী জ্যৈষ্ঠ থাদা লৈবা থাসি ২ ফাওবা লৈগনি। মথংদা সৌরমাসকী জ্যৈষ্ঠ থাদা ওইবা থাশি ২ গী নোংমা কোনবদগী চান্দ্রমাসকী জ্যৈষ্ঠ থা হৌরগা সৌরমাসকী আষাঢ় থাদা ওইবা থাশি ৩ ফাওবা লৈগনি। অসুম্না চান্দ্রমাসকী থা খুদিংনা সৌরমাসকী থা অনী/অনী শোক্না লৈ। অমরোমদা হায়রগা সৌরমাসকী সংক্রান্তি অমা চান্দ্রমাসকী থাশি অনীগী মরক্তা লৈ। হিন্দুগী চান্দ্রমাস বৈশাখ হায়বা থা অসি মৈতৈগী কালেন থা ওইগনি।

হিন্দুশিংগী ধর্ম্মগী অমদি সমাজকী ওইবা হরাও-কুম্মৈ অয়াম্বা চান্দ্রমাসকী মতুংইন্না পাংথোকই। খুদম ওইনা রথযাত্র, দুর্গাপূজা, দ্বীপানিতা, সরস্বতী পুজা অমদি মণিপুরগী নিংঙোল চাকৌবনাচিংবা অসি লুনর কেলেন্দর (থবানগী) মতুংইন্না পাঙথোকই। অদুগা অমরোমদা মকর সংক্রান্তি, চার্তুমাসব্রতারম্ভ, বেঙ্গলগী চড়ক পূজা, অসামগী বহাগ অমদি মাঘ বিহু, তমিল নাইডু অমদি কেরেলাগী পোঙ্গালনাচিংবা অসিনা সোলর কেলেন্দরগী (রবি সংক্রান্তিগী) মতুংইন্না পাঙথোকই। মণিপুরদসু লুনর মন্থ অমদি সোলর মন্থকী মতুংইন্না পাঙথোকপা চৈরাওবা মখল অনীমক চংনবা থেংনৈ। মরম অসিনা হিন্দুশিংনা সোলর অমদি লুনর কেলেন্দর অনীমক শীজিন্নৈ হায়বা খংবা ঙমই।

থায়নগী হিন্দুগী মুনি-ঋষিশিংনা সৌরবর্ষ অমদি চান্দ্রবর্ষ অনী অসি পুনশিনবা য়ানবা প্রকৃতীগী খোঙচৎপু শেন্নদুনা কুপ্না য়েংশিল্লম্মী। মখোয়না নুমিৎ অমদি থাগী খোঙচৎপু মতম চংনা থিজিনবদগী ফংলকখি মদুদি থা ৩৩/৩৩ রোমগী মতুংদা চান্দ্রমাসকী থাশি অনীগী মরক্তা রবিগী সংক্রান্তি লৈতবা থা অমা হেক হেক য়াওরকখি। অসিগুম্বা চহী অসিদা থা ১৩ লৈদুনা হান্না চান্দ্রবর্ষনা সৌরবর্ষদগী হন্থনা লৈবা নুমিৎ মশীং অদু মেনশিনবা য়াহল্লি। অসিগুম্বা নিয়ম ইন্দবা থা অসিবু মখোয়না মলমাস (শেংদবা থা) নৎত্রগা অধিকমাস (অহেনবা

সৌর মাস

চান্দ্র মাস

থা) হায়না কৌরম্মী। মখাদা মলমাস তাকপা খুয়েক অমা পীরি।

মথক্কী খুয়েক্তা থাশি ৩ অমদি ৪ গী মরক্তা রবি সংক্রান্তি লৈতে। সৌরমাস বৈশাখ থাদা ওইখিবা থাশি ১ গী মতুংদগী চান্দ্রমাসকী বৈশাখ হৌরে। মথংদা সৌরমাসকী জ্যৈষ্ঠ থাদা ওইখিবা থাশি ২ গী মতুংদগী চান্দ্রমাসকী জ্যৈষ্ঠ হৌরে। সৌরমাস আষাঢ়দা ওইবা থাশি ৩ গী মথংদা সৌরমাস আষাঢ় মশাদা ওইবা থাশি ৪ লাকই। অসুম্না নিয়ম থুগাইবা চান্দ্রমাস অসিবুনি মমাংঙৈগী জ্ঞান লৈরবা মুণি-ঋষিশিংনা অহেনবা থানি হায়দুনা অধিকমাস কৌরম্লিবা। থাশি ৩ না সৌর আষাঢ়দা ওইবনা অহেনবা থা অসিসু চান্দ্রমাস আষাঢ় ওইগনি। মৈতৈগী থাদা ইঙেল থা ওইগনি। সৌরমাস আষাঢ় অমদি সৌরমাস শ্রাবণগী মরক্তা থাশি ৪ অমদি থাশি ৫ গী মরক্কীথানা চান্দ্রমাসকী অশেংবা আষাঢ় ওইগনি। রবিগী সংক্রান্তি অমা মরক্তা লৈতবা চান্দ্রমাসপু হিন্দুশিংনা মলমাস (শেংদবা থা) নি হায়না লৌদুনা ধর্ম্মগা মরি লৈনবা উৎসব-মেলা অমতা থা অসিদা পাঙথোক্লদে। মালমাস য়াওবা চহী অমদা নুমিৎ ৩৮৩ নৎত্রগা ৩৮৪ য়াওদুনা সোলর অমদি লুনর কেলেন্দর অনীগী খেন্নবা শেমদোকই। অসুম্না হিন্দুগী অহেনবা থা হায়বসি গ্রিগোরিয়ান কেলেন্দরগী মতৌগুম লিপ-ইয়ার লৈবা চহীদা অকক্লবা ফেব্রুরারি থাদা খুৎতা পুরকপা নোংমা হাপচিনবা নত্তে, মহৌশা লাইরেম্বীনা নিয়মগী মতুংইন্না পীরকপা অদু হিন্দুশিংনা খণ্ডজিন্দুনা শীজিন্নবনি। অসুম্না য়াম্না বৈজ্ঞানিক ওইবা মওংদা থিজিন্দুনা লুনর মহ্থ অমদি সোলর মহ্থ অনী চুংশিন্নহন্দুনা অশাবা মতমগী ইঙা থানা মুস্লিমগী রমজান থাগুম কোইচেন চেন্দুনা অইংবা নিংথম থাদা ওইহল্লমদ্রিবা মুণি-ঋষিশিংগী মফমদা ঐখোয়না কোক নোনফম থোক্তবরা ?

## তরাশুবা তাঙ্কক

# পঞ্চাঙ্গ—নক্ষত্র, যোগ অমদি করণ

নক্ষত্র ২৭ কী মমিং অমদি নক্ষত্রশিংনা জোডিএক্তা শন্দোক্তুনা লৈবা ডিগ্রীনচিংবগী মতাংদা অহানবা তাঙ্কক্ত থেংনখ্রে। হিন্দুশিংগী জোডিএক অসি নক্ষত্রগা মরি লৈনবা লেংদবা ওইবনা ঐখোয়না নক্ষত্রগী মরমদা হেন্না কুপথনা থিজিনবা তারকই। থায়নগী হিন্দুগী হিরম অসিদা থোইদোক্লা জ্ঞান লৈরবা মীওইশিংনা নক্ষত্র অমবু শরুক মরি থোক্লা খায়দোক্তুনা ফংলিবা শরুক অমবু পাদ (মখোঙ) অমনি হায়না লৌরম্মী। নক্ষত্র অমগী অপাকপা ১৩°২০′ বু শরুক মরি থোক্লবদি শরুক অমনা ৩°২০′ (১৩°২০ + ৪=৩°২০′) ওইরে। মরম অদুনা পাদ অমনা জোডিএক্কী ৩°২০′ পাক্লা শন্দোকই, নক্ষত্র খুদিংগী পাদ ৪/৪ লৈবনা নক্ষত্র ২৭ গী পাদ (২৭×৪=১০৮) ১০৮ লৈগনি। অসিগুম্বা নক্ষত্র ২৭ গী পাদ ১০৮ না রাশি ১২ গী শরুক পুম্বদা শিনথুংনা শন্দোক্তুনা লৈবনা রাশি খুদিংদা পাদ ৯ (১০৮ + ১২=৯) য়াওফম থোকই। অমরোমদা রাশি খুদিংগা নক্ষত্রগী পাদ ৯ গা মান্নে হায়না লৌবা য়াই। করম করম্বা রাশিদা করম করম্বা নক্ষত্রগী মখোঙ য়াওবগে হায়বা তাকপা খুয়েক অমা মথংগী লামায় ৭৫ দা পীরি।

পীরিবা খুৎয়েক্তা ১, ২, ৩ নচিংবা অসিনা নক্ষত্রগী মশীংনি। মেষ রাশিদা ১ অশ্বিনীগী মখোঙ ৪, ২ ভরণীগী মখোঙ ৪ অমদি ৩ কৃত্তিকাগী মখোঙ ১ য়াওই হায়বা তাকই। মতৌ অসুম্না কন্যা রাশিদা ১২ উত্তরফল্গুনীগী মখোঙ ৩, ১৩ হস্তাগী মখোঙ ৪ অদুগা ১৪ চিত্রাগী মখোঙ ২ য়াওই হায়বা ত কই।

| বৃষ | মেষ | মীন |
|---|---|---|
| | ১ ২ ৩ | |
| | | |
| | ১৪ ১৫ ১৬ | |
| কন্যা | তুলা | বৃশ্চিক |

মীওই অমা পোকপা মতমদা চন্দ্রনা লৈখিবা নক্ষত্র অদুবু মীওই অদুগী নক্ষত্র হায়না খঙনৈ। মীওই অমদা নঙগী নক্ষত্র করিনো হায়না হংবগা নঙ পোকপা মতমদা চন্দ্রনা করি নক্ষত্রদা লৈখিবগে হায়না হংবগা চপ মান্নে। অদুনদি হৌজিক ঐখোয়না নক্ষত্র হায়রগা খঙনগদৌরিবসি চন্দ্রনা লৈখিবা নক্ষত্র অদুবু খঙনগনি অতৈ গ্রহ বুধ, শুক্র নৎত্রগা শনিনা লৈববু খঙনরোই। অতম্মনা শুক্রনা করি নক্ষত্রদা লৈবগে হায়বনা অমনি, নত্তদুনা চুম্না নক্ষত্রদমক হায়রবদি চন্দ্রগী নক্ষত্র ওইগনি।

অপীবা নুমিৎ অমগী নুমিৎ থোকপা মতমদা করি নক্ষত্র ওইগদগে অমদি নক্ষত্র অদু করম্না মতমদা লোইগদগে হায়বা পুথোক্লবা মখাদা পীরিবা খুদম অসিগী মতুংইন্না য়েংসি।

তাং ১৮ ওক্টোবর ২০০৭ কী ইম্ফালদা নুমিৎ থোকপা মতমগী নক্ষত্র করি ওইখিবগে অমসুং নক্ষত্র অদুগী অরোইবা মতম পুথোকসি।

নুমিৎ অসিগী চন্দ্রগী স্ফুট ৮।১৪।৪০ নি হায়বা তাঙ্কক ৯ গী তিথি পুথোকপগী মতাংদা খঙখ্রে। মসিবু মিনিট (') তা মখাগী অসুম্না থম্লে। অদুগা নক্ষত্র অমগী অপাকপা ১৩°২০' (১৩×৬০+২০)' =৮০০' না য়েনসি।

```
রাশি   ৮।১৪।৪০'
   (×)  ৩০
       ২৪০
   (+)  ১৪
       ২৫৪
   (×)  ৬০
     ১৫২৪০
   (+)  ৪০
৮০০) ১৫২৮০ (১৯
      ৮০০
      ৭২৮০
      ৭২০০
        ৮০
```

১৯ থুংলগা ৮০ লেম্বনা নক্ষত্র ১৯ হৌখিদুনা নক্ষত্র ২০ হায়বদি পূর্ব্বাষাঢ়া নক্ষত্রদা ৮০' চংলে।

নক্ষত্র অমগী অপাকপা ৮০০' দগী ৮০' হৌখ্রবদি পূর্ব্বাষাঢ়া লোয়গদবা ৭২০' য়াংলি।

| | |
|---|---|
| তাং ১৯ গী চন্দ্র | ৮।২৭।০৭ |
| তাং ১৮ গী চন্দ্র | ৮।১৪।৪০ |
| চন্দ্রগী নোংমা (পুং ২৪) গী খোঙচৎ = | ০।১২।২৭ |
| (×) | ৬০ |
| | ৭২০ |
| (+) | ২৭ |
| | ৭৪৭ |

৭৪৭' অসি চন্দ্রনা পুং ২৪ দা চৎলি

১' অসি চন্দ্রনা পুং $\frac{২৪}{৭৪৭}$

৭২০' অসি চন্দ্রনা পুং $\frac{২৪ \times ৭২০}{৭৪৭}$ = পুং ২৩।০৮

নুমিৎ অসিগী নক্ষত্র ২০ পূর্ব্বাষাঢ়ানা চন্দ্রগী স্ফুট পীরিবা মতম পুং ৫.৩০ গী মতুং পুং ২৩ মিনিট ৮ দা লোইগনি হায়বদি পুং ২৮ মিঃ ৩৮ দা লোইগনি। নুমিৎ অসিগী ইম্ফালদা নুমিৎ থোকপা পুং ৫ মিঃ ১৭ থাইদোক্তুনা নুমিৎ থোকপা মতুং পুং ২৩ মিঃ ২১ দা লোইগনি। মসিবু দণ্ড, পল অমদি বিপলদা মখাগী অসুম্না ফংলে।

| | |
|---|---|
| পুং | ২৩।২১ |
| (×) | ৫ |
| ২ | ১১৬।৪৫ |
| দং | ৫৮।২২।৩০ বিপল |

২০ পূর্ব্বাষাঢ়া নক্ষত্র অসি নুমিৎ থোকপা মতুং দং ৫৮।২২।৩০ বিপলদা লোইগনি।

মথক্কী অসি Proportional logarithm গী মতেংনা পুথোক্তুনা চানব্রা য়েংসি।

অহানবা তাক্কী টেবল নম্বর ২ গী মতুং ইন্না ঐখোয়না ফংলিবা তাং ১৮ গী চন্দ্রগী স্ফুট ৮।১৪।৪০ অসি ৮।২৬।৪০ দা লোইগদবা ২০ পূর্ব্বাষাঢ়া নক্ষত্র ওইগনি।

| | |
|---|---|
| পূর্ব্বাষাঢ়াগী অরোইবা মতম | ৮।২৬।৪০ |
| তাং ১৮ গী চন্দ্রগী স্ফুট | ৮।১৪।৪০ |
| পূর্ব্বাষাঢ়া নক্ষত্রগী ল্বাংলিবা শরুক | ০।১২°।০′ |

১২°০′ গী log = .৩০১০

(-) চন্দ্রগী নোংমগী খোঙচৎ ১২°২৭′ কী log = .২৮৫০

log অনীগী খেন্নবা = .০১৬০

.০১৬০ = anti log পুং ২৩ মিঃ ০৮

মরক্কী মতম পুং ২৩ মিঃ ০৮ অসি মথক্তা পুথোকখিবগা চানরে।

## যোগগী মরমদা নৈনবা

যোগ হায়বা সংস্কৃত ল্বাহে অসিগী অর্থদি পূনশিনবা, হাপচিনবা নৎত্রগা তিনশিনবা হায়বনি। মফম অসিদা হায়বদি পঞ্চাঙ্গদা য়াওরিবা যোগ অসি রবি অমদি চন্দ্রগী স্ফুট তিনশিন্নবদা ফংবা ১৩°২০′ পাক্পা শন্দোক্তুনা লৈরিবা জোডিএক্কী শরুক অমবু খঙনৈ। ৩৬০+১৩°২০′ = ২৭ ওইবনা যোগ ২৭ কী মরমদা হিন্দুগী জ্যোতিষ শাস্ত্রদা নৈনদুনা লাক্লি। যোগ ২৭ অদুগী মমিং মথংগী লামায় ৭৮ দা পীরি।

যোগ পুথোক্নে হায়রবদি নুমিৎ অদুগী রবি অমদি চন্দ্রগী স্ফুট তিনশিন্নবগী ফল অদু মিনিট (′) তা থমগনি। অসুম্না ফংলিবা তিশিন্নবগীফলদা যোগ অমগী অপাকপা ১৩°২০′ হায়বদি ৮০০′ না য়েনবদা ফংবা অথুংবনা হৌখ্রবা যোগ মশীং অদুগা অরেম্বনা ওইরিবা যোগগী হৌখ্রবা শরুক ওইগনি। অরেম্বা অদুনা ৮০০′ দগী খাইদোক্তুনা ওইরিবা যোগ অদুগী ল্বাংলিবা শরুক পুথোক্কনি। ল্বাংলিবা শরুক অদুগা পুং ২৪ গা পুরিনবগী ফলদা রবি+চন্দ্রগী নোংমগী খোঙচৎনা য়েন্দুনা যোগ অদুগী লোয়গদবা মতম পুথোক্কনি। করিগুম্বা রবি+চন্দ্রনা রাশি ১২ দগী হেল্লবদি রবি+চন্দ্রদগী রাশি ১২ খাইদোকপগী ফলদগী যোগ খিগনি।

**টেবল নম্বর — ১০ (যোগ পুথোক্লবা)**

| রবি+চন্দ্র S D M | যোগগী মশীং অমসুং মমিং | রবি+চন্দ্র S D M | যোগগী মশীং অমসুং মমিং |
|---|---|---|---|
| ০।১৩।২০ | ১ বিষ্কুম্ভ | ৬।২০।০০ | ১৫ বজ্র |
| ০।২৬।৪০ | ২ প্রীতি | ৭।০৩।২০ | ১৬ অসৃক |
| ১।১০।০০ | ৩ আয়ুষ্মান | ৭।১৬।৪০ | ১৭ ব্যতীপাত |
| ১।২৩।২০ | ৪ সৌভাগ্য | ৮।০০।০০ | ১৮ বরীয়ান |
| ২।০৬।৪০ | ৫ শোভন | ৮।১৩।২০ | ১৯ পরিঘ |
| ২।২০।০০ | ৬ অতিগণ্ড | ৮।২৬।৪০ | ২০ শিব |
| ৩।০৩।২০ | ৭ সুকর্ম্মা | ৯।১০।০০ | ২১ শিদ্ধ |
| ৩।১৬।৪০ | ৮ ধৃতি | ৯।২৩।২০ | ২২ সাধ্য |
| ৪।০০।০০ | ৯ শূল | ১০।০৬।৪০ | ২৩ শুভ |
| ৪।১৩।২০ | ১০ গণ্ড | ১০।২০।০০ | ২৪ শুক্র |
| ৪।২৬।৪০ | ১১ বৃদ্ধি | ১১।০৩।২০ | ২৫ ব্রহ্ম |
| ৫।১০।০০ | ১২ ধ্রুব | ১১।১৬।৪০ | ২৬ ইন্দ্র |
| ৫।২৩।২০ | ১৩ ব্যাঘাত | ১২।০০।০০ | ২৭ বৈধৃতি |
| ৬।০৬।৪০ | ১৪ হর্ষণ | | |

মথক্কী নক্ষত্র পুথোখিবা নুমিৎ তাং ১৮ ওক্টোবর ২০০৭ কী যোগ পুথোকসি অদুগা যোগ অদুগী অরোইবা মতমসু পুথোকসি।

মাপলশুবা তাঙ্কক্কী তিথি পুথোকপগী অনীশুবা খুদমদগী

তাং ১৮ গী চন্দ্র ৮।১৪।৪০ তাং ১৯ গী চন্দ্র ৮।২৭।০৭

রবি ৬।০০।১৬ রবি ৬।০১।১৫

চন্দ্র+রবি ১৪।১৪।৫৬ চন্দ্র+রবি ১৪।২৮।২২

১২দগী হেনবনা(-) ১২।০০।০০ (-) ১২।০০।০০

২।১৪।৫৬ ২।২৮।২২

(-) ২।১৪।৫৬

রবি+চন্দ্রগী নোংমগী খোঙচৎ ০।১৩।২৬

(×) ৬০

৭৮০

(+) ২৬

৮০৬

তাং ১৮ গী রবি+চন্দ্র = ২।১৪।৫৬

(×) ৩০

৬০

(+) ১৪

৭৪

(×) ৬০

৪৪৪০

(+) ৫৬

৮০০)৪৪৯৬(৫

৪০০০

৪৯৬

৫ থুংলগা ৪৯৬ লেম্বনা যোগ ৫ হৌখিদুনা ৬ শুবা যোগ হায়বদি অতিগণ্ড যোগদা ৪৯৬' চংশিল্লে।

অতিগণ্ড যোগগী হৌব্রবা শরুক ৪৯৬' না ৮০০' দগী খাইদোক্তুনা

য়াংলিবা শরুক পুথোক্কনি।

৮০০'

(-) ৪৯৬

৩০৪ অতিগণ্ড যোগগী য়াংলিবা শরুক

মরক্কী মতম $= \frac{৩০৪ \times ২৪}{৮০৬}$ = পুং ৯।০৩

পুং ৯।০৩ দা স্ফুট পীবগী মতম পুং ৫.৩০ তিনশিল্লবা মতুংদা নুমিৎ অসিগী ইম্ফালদা নুমিৎ থোকপা পুং ৫ মিঃ ১৭ খাইদোক্তুনা যোগ অসি লোইবগী মতম মখাগী অসুম্না পুথোক্লে।

পুং ৯।০৩

(+) ৫।৩০

১৪।৩৩

(-) ৫।১৭

পুং ৯।১৬

(×) ৫

২ | ৪৬।২০

দং ২৩।১০ পল

তাং ১৮ ওক্টোবর ২০০৭ তা ইম্ফালদা নুমিৎ থোকপা মতমদা অতিগণ্ড যোগ ওইগনি অমসুং যোগ অসি নুমিৎ থোকপা মতুং দণ্ড ২৩ পল ১০ দা লোইগনি। মথক্কী যোগ অমদি মরক্কী মতম অসি টেবল নম্বর ১০ অমদি Proportional logarithm শীজিন্নদুনা পুথোকপগা চুনরব্রা য়েংসি।

টেবল নম্বর ১০ দগী রবি+চন্দ্রগী স্ফুট ২।১৪।৫৬ অসি যোগ ৬ হায়বদি অতিগণ্ড যোগনি হায়বা খণ্ডলে অদুগা অতিগণ্ড যোগগী অরোইবনা ২।২০।০০ নি হায়বসু টেবলদগী খণ্ডলে।

অতিগণ্ড যোগগী অরোইবা ২।২০।০০

অতিগণ্ড যোগগী হৌখ্রবা শরুক ২।১৪।৫৬

অতিগণ্ড যোগগী ল্লাংলিবা শরুক ০।০৫।০৪

৫°৪' গী log =.৬৭৫৫

(-) রবি+চন্দ্রগী নোংমগী খোঙচৎ ১৩°২৬' গী log =.২৫২০

log অনীগী খেন্নবা =.৪২৩৫

.৪২৩৫ গী anti log = পুং ৯.০৩ মিঃ

মথক্তা ফংখ্রিবা মরক্কী মতমগা চানবনা চুম্মে।

N.B. ঐখোয়গী মথক্তা পুথোকখ্রিবা তিথি, নক্ষত্র অমদি যোগগী অরোইবা মতম অসি শীজিন্নদুনা পঞ্চাঙ্গ শাগৎপা অমদি কুঠি ইবদা অকায়বা লৈরোই। অদুবু ঐখোয়না পুথোক্লিবা অসিগা পঞ্জিকা নৎত্রগা ইফেমিরিসতা পীবগা মিনিট খরা চেনবা য়াওরকপা য়াই। মসিগীদমক্তা থোইদোক্না চিংননিংঙাই ওইদে মরমদি পঞ্জিকা নৎত্রগা ইফেমিরিসতদি মরি লৈনবা গ্রহশিংগী স্ফুট অসি নুমিৎ মরিনিগী য়েংলগা ফংবা অহোংবগী মতুংইন্না অরোইবদা অমুক শেমদোক শেমজিন তৌরবনি। হীরম অসিদা মনুং হঞ্জিন্না থিজিনবা পাম্বা কাঙবুনা থিজিনবদা অকাইবা লৈতে অদুবু কুঠি ইবগীদমক্তদি মথক্কী অসুম্না পুথোক্লগা ফংবা ফল শীজিন্নদুনা কুঠি ইবদা থোইদোকপা অকায়বা লৈরোই।

## করণগী মরমদা নৈনবা

তিথি অমগী তঙ্খায়বু করণ হায়না খঙনে। করণ অসি মখল অনী থোক্লম খায়দোকই মদুদি ঃ- চর (Movable) করণ অমদি ধ্রুব নৎত্রগা স্থির

(Immovable) করণ। ধ্রুব করণ মরিনি মদুদি কিন্তুঘ্ন, শকুনি, চতুষ্পাদ অমদি নাগনি। মখোয় অসি মশীংনা খগুনদে। মখোয়বু শম্না "কিং," "শ", "চ" অমদি "ন" হায়না ইবা চৎনৈ। কিন্তুঘ্ন (কিং) না শুক্ল প্রতিপদ তিথিগী অহানবা তঙ্খায়, শকুনি (শ) না ২৯ নি পানবগী অনীশুবা তঙ্খায় অদুগা চতুষ্পাদ অমদি নাগনা মথংশিংনা ৩০ নি পানবগী অহানবা অমদি অনীশুবা তঙ্খায়নি। চর করণ তরেৎনি মদুদি ১ বব, ২ বালব, ৩ কৌলব, ৪ তৈতিল, ৫ গর, ৬ বণিজ, ৭ বিষ্টি। করণ ৭ অসি মশীংদা ইবা চৎনৈ। পিঃ এমঃ বাক্‌চিগী ডাইরেক্টরী পঞ্জিকাদা বিষ্টি করণ অসি "০" ইরগা খগুনৈ। অদুবু বিশুদ্ধ সিদ্ধান্ত পঞ্জিকাদদি "৭" ইবা চৎনৈ। নোংমা পানবগী অনীশুবা তঙ্খায়দগী হৌরগা ২৯ নি পানবগী অহানবা তঙ্খায় ফাওবদা চর করণ ৭ অসিনা মথং-মনাও নাইনা হঞ্জিন-হঞ্জিন ৮ লক লৈ। চর করণ ৭ অমদি স্থির করণ ৪ না তিথি ৩০ গী করম করম্না তঙ্খায় ওইবগে হায়বদু মথংগী লামায় ৮২ গী টেবলদা তাক্লি।

ঐখোয়না তিথি পুথোকপগী মতাংদা মাপলশুবা তাঙ্কক্তা ২০০৭ কী ওক্টোবর তাং ১৮ গী চন্দ্র-রবি = ২।১৪।২৪ নি হায়বা পুথোকখ্রে।

হৌজিক মখাগী টেবলদগী য়েংবদা ২।১৪।২৪ অসি ৭ নি পানবা অহানবা তঙ্খায়দা লৈবনা গর করণ ওইরে।

টেবল শীজিন্নদনা করণ পুথেক্লে হায়রবদি অহানবদা ঐখোয়না চন্দ্র-রবি পুথোক্কনি। চন্দ্র-রবিগা ৬° তগী শীক্লবদি কিন্তুঘ্ন (কিঃ) ওইগনি। খাইদোক্লবগী ফল অদু ডিগ্রীদা থম্লগা ৬ না য়েনবদা ৫৭, ৫৮, ৫৯, ৬০ থুংলবদি মথংশিংনা শকুনি (শ), চতুষ্পদ (চ), নাগ (না) অমদি কিন্তুঘ্ন ওইগনি। অথুংবনা ১ দগী ৭ ফাওবা ওইরবদি থুংলিবা মশীং মশামক করণ ওইগনি। অথুংবনা ৫৭, ৫৮, ৫৯ অমদি ৬০ নত্তবা ৭ তগী চাউবা মশীং ওইরবদি অথুংবা অদুগা খ্বাইদগী নক্লবা ৭ কী মলটিপ অমা খাইদোক্লুনা ফংবা ফলনা করণ ওইগনি।

মথক্কী চন্দ্র-রবি = ২।১৪।২৪
(×) ৩০
———
৬০
(+) ১৪।২৪
৬) ৭৪°।২৪′ (১২
৬
———
১৪
১২
———
২°।২৪′

## টেবল নম্বর—১১ (করণ পুথোক্লবা)

| M-S S/D | তিথিগী তখ্খায় | করণ | M-S S/D | তিথিগী তখ্খায় | করন |
|---|---|---|---|---|---|
| ০।৬ | ১বা ১বা তখ্খায় | কিস্তুঘ্ন (কিঃ) | ৬।০৬ | ১৬-১বা | ২ বালব |
| ০।১২ | ১বা ২বা তখ্খায় | ১ বব | ৬।১২ | ১৬-২বা | ৩ কৌলব |
| ০।১৮ | ২বা ১বা তখ্খায় | ২ বালব | ৬।১৮ | ১৭-১বা | ৪ তৈতিল |
| ০।২৪ | ২বা ২ বা তখ্খায় | ৩ কৌলব | ৬।২৪ | ১৭-২বা | ৫ গর |
| ১।০০ | ৩বা ১বা তখ্খায় | ৪ তৈতিল | ৭।০০ | ১৮-১বা | ৬ বণিজ |
| ১।০৬ | ৩বা ২বা তখ্খায় | ৫ গর | ৭।০৬ | ১৮-২বা | ৭ বিষ্টি |
| ১।১২ | ৪বা ১বা তখ্খায় | ৬ বণিজ | ৭।১২ | ১৯-১বা | ১ বব |
| ১।১৮ | ৪ বা ২বা তখ্খায় | ৭ বিষ্টি | ৭।১৮ | ১৯-২বা | ২ বালব |
| ১।২৪ | ৫বা ১বা তখ্খায় | ১বব | ৭।২৪ | ২০-১বা | ৩ কৌলব |
| ২।০০ | ৫বা ২বা তখ্খায় | ২ বালব | ৮।০০ | ২০-২বা | ৪ তৈতিল |
| ২।০৬ | ৬বা ১বা তখ্খায় | ৩ কৌলব | ৮।০৬ | ২১-১বা | ৫ গর |
| ২।১২ | ৬বা ২বা তখ্খায় | ৪ তৈতিল | ৮।১২ | ২১-২বা | ৬ বণিজ |
| ২।১৮ | ৭বা ১বা তখ্খায় | ৫ গর | ৮।১৮ | ২২-১বা | ৭ বিষ্টি |
| ২।২৪ | ৭বা ২বা তখ্খায় | ৬ বণিজ | ৮।২৪ | ২২-২বা | ১ বব |
| ৩।০০ | ৮বা ১বা তখ্খায় | ৭ বিষ্টি | ৯।০০ | ২৩-১বা | ২ বালব |
| ৩।০৬ | ৮বা ২বা তখ্খায় | ১ বব | ৯।০৬ | ২৩-২বা | ৩ কৌলব |
| ৩।১২ | ৯বা ১বা তখ্খায় | ২ বালব | ৯।১২ | ২৪-১বা | ৪ তৈতিল |
| ৩।১৮ | ৯বা ২বা তখ্খায় | ৩ কৌলব | ৯।১৮ | ২৪-২বা | ৫ গর |
| ৩।২৪ | ১০বা ১বা তখ্খায় | ৪ তৈতিল | ৯।২৪ | ২৫-১বা | ৬ বণিজ |
| ৪।০০ | ১০বা ২বা তখ্খায় | ৫ গর | ১০।০০ | ২৫-২বা | ৭ বিষ্টি |
| ৪।০৬ | ১১বা ১বা তখ্খায় | ৬ বণিজ | ১০।০৬ | ২৬-১বা | ১ বব |
| ৪।১২ | ১১বা ২বা তখ্খায় | ৭ বিষ্টি | ১০।১২ | ২৬-২বা | ২ বালব |
| ৪।১৮ | ১২বা ১বা তখ্খায় | ১ বব | ১০।১৮ | ২৭-১বা | ৩ কৌলব |
| ৪।২৪ | ১২বা ২বা তখ্খায় | ২ বালব | ১০।২৪ | ২৭-২বা | ৪ তৈতিল |
| ৫।০০ | ১৩বা ১বা তখ্খায় | ৩ কৌলব | ১১।০০ | ২৮-১বা | ৫গর |
| ৫।০৬ | ১৩বা ২বা তখ্খায় | ৪ তৈতিল | ১১।০৬ | ২৮-২বা | ৬ বণিজ |
| ৫।১২ | ১৪বা ১বা তখ্খায় | ৫ গর | ১১।১২ | ২৯-১বা | ৭ বিষ্টি |
| ৫।১৮ | ১৪বা ২বা তখ্খায় | ৬ বণিজ | ১১।১৮ | ২৯-২বা | শকুনি (শ) |
| ৫।২৪ | ১৫বা ১বা তখ্খায় | ৭ বিষ্টি | ১১।২৪ | ৩০-১বা | চতুষ্পাদ (চ) |
| ৬।০০ | ১৫বা ২বা তখ্খায় | ১ বব | ১২।০০ | ৩০-২বা | নাগ (না) |

হৌজিক ফংলিবা অথুংবা অসি ৭ তগী হেনবনা ১২ গা নক্লবা ১২ দগী পীকপা ৭ কী মলটিপলদি ৭ ওইগনি। ১২ দগী ৭ খাইদোক্লবদি ৫ লেম্বনা গর করণ ওইরে। করণ পুথোকপগী মতাংদা খুদম অনীদংগা লৌখৎতুনা য়েংসি।

তাং ১৬ মে ২০০৭ গী রবি ১।০।৪৯ নি অদুগা চন্দ্রনা ০।১৯।২২ নি। করণ পুথোকসি রবিগী স্ফুটনা চন্দ্রগী স্ফুটতগী চাউবা হেনবনা চন্দ্রগী স্ফুটতা রাশি ১২ তিনশিন্দুনা থল্লগা রবিগী স্ফুট খাইদোকসি।

| | | |
|---|---|---|
| চন্দ্র | = | ১২।১৯।২২ |
| (−) রবি | = | ১।০০।৪৯ |
| চন্দ্র-রবি | = | ১১।১৮।৩৩ |
| | | (x) ৩০ |
| | | ৩৩০ |
| | | (+) ১৮°৩৩′ |
| | | ৬) ৩৪৮°৩৩′ (৫৮ |
| | | ৩০ |
| | | ৪৮°৩৩′ |
| | | ৪৮° |
| | | ০°৩৩′ |

৫৮ থুংবনা চতুষ্পাদ করণ ওইগনি।

তাং ৬ জুলাই ২০০৭ কী চন্দ্র অমদি রবিগী স্ফুট মখাদা পীরি। করণ পুথোকসি।

| | | |
|---|---|---|
| চন্দ্র | = | ১০।২৭।২১ |
| (−) রবি | = | ২।১৯।৩৭ |
| চন্দ্র-রবি | = | ৮।০৭।৪৪ |
| | | (x) ৩০ |
| | | ২৪০ |
| | | (+) ৭°৪৪′ |
| | | ৬)২৪৭°৪৪′ (৪১ |
| | | ২৪ |
| | | ৭°৪৪′ |
| | | ৬ |
| | | ১°৪৪′ |

অথুংবা ৪১.দা ৭ না য়েন্দুনা ৫ থুংলগা ৬ লেম্বনা বণিজ করণ ওইরে।

---

### তরামাথোইশুবা তাঙ্কক

# দশাগী মরমদা নৈনবা

কুঠি য়েংবগী মরুওইবা পান্দমদি মীওই অমগী পুন্সিদা করম্বা মতমদা করম করম্বা থৌদোক থোক্কদগে হায়বা খঙনবা হোৎনবনি। মীওই অমগী পুন্সিদা থেংনগদৌরিবা থৌদোক-ৱাথোক খুদিংমক মীওই অদুগী কর্ম্মগী ফলনি হায়না হিন্দুশিংনা লৌই। অসিগুম্বা কর্ম্মগী ফল অসি থিনবগীদমক্তা হিন্দুশিংনা দশা মখল কয়ামুক পুথোক্লম্মী। মহর্ষি পরাশরগী হোরা শাস্ত্রদা দশা মখল কয়ামুক্কী মরমদা নৈনবা থেংনৈ। মখোয়গী মনুংদগী অহুমখক লৌখৎলগা মণিপুরদা হৌজিক হৌজিক হীরম অসিদা খোঙদারিবা ওঝাশিংনা কুঠি ইবা অমদি য়েংবদা শীজিন্নবা থেংনৈ। মখোয় অদুদি অষ্টোত্তরী, বিংশোত্তরী অমদি যোগিনী দশানি।

## অষ্টোত্তরী দশা

মীওইবগী পুন্সি অসি চহী ১০৮ নি হায়না লৌদুনা শেম্লিবা দশাগী মওংবু অষ্টোত্তরী দশা কৌই। মীওই খরগী মতুংইন্না অৱাং নোংপোক্তা লৈবা লমশিং মরুওইনা বেঙ্গল, অসাম, মণিপুরনচিংবা লমদা দশা অসি শীজিন্নবদা অচুম্বা ফল পীবা হেল্লি হায়না মত্ পী। ঋষি পরাশরগী মতুংইন্না লগ্নগী মপু গ্রহনা লৈবা মফমদগী কেন্দ্র অমদি ত্রিকোন্দা রাহু গ্রহ লৈরবদি অষ্টোত্তরী দশা য়েংবনা চানবা হেল্লি হায়না লৌই।

চহী ১০৮ বু কেতু য়াওদনা লেমহৌরিবা গ্রহ নিপালদা মপোক নক্ষত্রগী মতুংইন্না য়েন্থোকই। দশা অসিদা তোঙান তোঙানবা গ্রহশিংনা তোঙান তোঙানবা নক্ষত্রশিংনা ফংগদবা দশাগী মতম, মখাগী টেবল নম্বর ১২ দা পীরি।

## টেবল নম্বর—১২ (অষ্টোত্তরী দশা তাক্লবা)

| দশা মপুগী মতম | নক্ষত্রশিংগী মতম | দশা মপুগী মতম | নক্ষত্রশিংগী মতম |
|---|---|---|---|
| রবি গ্রহগী চহী ৬ | ৩ কৃত্তিকাদা চহী-২<br>৪ রোহিণীদা চহী-২<br>৫ মৃগশিরাদা চহী-২ | শনি গ্রহগী চহী ১০ | ১৭ অনুরাধা চহী ৩ থা ৪<br>১৮ জ্যেষ্ঠা চহী ৩ থা ৪<br>১৯ মূলা চহী ৩ থা ৪ |
| চন্দ্র গ্রহগী চহী ১৫ | ৬ আর্দ্রা চহী ৩ থা ৯<br>৭ পুনর্ব্বসূ চহী ৩ থা ৯<br>৮ পুষ্যা চহী ৩ থা ৯<br>৯ অশ্লেষা চহী ৩ থা ৯ | বৃহস্পতি গ্রহগী চহী ১৯ | ২০ পূর্ব্বাষাঢ়া চহী ৬ থা ৪<br>২১ উত্তরাষাঢ়া চহী ৬ থা ৪<br>২২ শ্রবণা চহী ৬ থা ৪ |
| মঙ্গল গ্রহগী চহী ৮ | ১০ মঘা চহী ২ থা ৮<br>১১ পু: ফল্গুণী চহী ২ থা ৮<br>১২ উঃ ফল্গুণী চহী ২ থা ৮ | রাহু গ্রহগী চহী ১২ | ২৩ ধনিষ্ঠা চহী ৪<br>২৪ শতভিষা চহী ৪<br>২৫ পুঃ ভাদ্রপদ চহী ৪ |
| বুধ গ্রহগী চহী ১৭ | ১৩ হস্তা চহী ৪ থা ৩<br>১৪ চিত্রা চহী ৪ থা ৩<br>১৫ স্বাতি চহী ৪ থা ৩<br>১৬ বিশাখা চহী ৪ থা ৩ | শুক্র গ্রহগী চহী ২১ | ২৬ উঃ ভাদ্রপদ চহী ৫ থা ৩<br>২৭ রেবতী চহী ৫ থা ৩<br>১ অশ্বিনী চহী ৫ থা ৩<br>২ ভরণী চহী ৫ থা ৩ |

বৃহস্পতিগী দশা চহী ১৯ অসি মীওই খরগী মতুংইন্না পূর্ব্বাষাঢ়া, উত্তরাষাঢ়া, অভিজিৎ অমদি শ্রবণা নক্ষত্রদা য়েন্থোকপদা নক্ষত্র অমমমদা চহী ৪ থা ৯ থুংই। থুংলিবা অভিজিৎকী শরুক চহী ৪ থা ৯ অসি অমুক উত্তরাষাঢ়া অমদি শ্রবণাদা য়েন্থোক্লবদি নক্ষত্র অমমমদা চহী ২ থা ৪ নুমিৎ ১৫ থুংই। মরম অদুনা উত্তরাষাঢ়া অমদি শ্রবণাগী হান্নগী ফংলিবা মতমদগী চহী ২ থা ৪ নুমিৎ ১৫ হেনগৎনা মখাগী অসুম্না ফংগনি।

| | | | |
|---|---|---|---|
| পূর্ব্বাষাঢ়া | চহী ৪ থা ৯ | | |
| উত্তরাষাঢ়া | চহী ৭ থা ১ | নুমিৎ ১৫ | |
| শ্রবণা | চহী ৭ থা ১ | নুমিৎ ১৫ | |
| অপুনবা | চহী ১৯ থা ০ | নুমিৎ ০ | |

অভিজিৎ নক্ষত্রনা শন্দোক্লিবা অসি রাশি ৯ অংশ ০৬ কলা ৪০ দগী রাশি ৯ অংশ ১০ কলা ৫৩ বিকলা ২০ ফাওবনি মসিগী (অভিজিৎকী) শন্দোক্লিবা অপাকপনা ৪°১৩'২০" নি। মসিনা উত্তরাষাঢ়াগী শরুক্তা ৩°২০' অদুগা শ্রবণাগী শরুক্তা ৫৩'২০" লোনশিন্দুনা লৈবনা জোডিত্রক্তা অভিজিৎকী ওইবা অহাংবা মশাগী ওইবা জাগা ফংদে। নক্ষত্র

অমগী অপাকপা ১৩°২০' নি হায়না ঐখোয়না অহানবা তাক্কী টেবল নম্বর ২ দগী খঙপ্রে। ঐখোয়না অমুকসু তরাশুবা তাক্কা নক্ষত্রগী পাদ ১০৮ না জোডিএক্কী মফম শিন-থুংনা শন্দোক্তুনা লৈ হায়বা থেংনপ্রে। অভিজিৎ নক্ষত্র য়াওনা জোডিএক্কী মরমদা নৈনবা তারবদি জ্যোতিষ শাস্ত্রগী হান্নগী য়ুমফম পূন্নমক থুগাইদুনা নৌনা শেমগৎপা তারকপনা মথক্কী মান্নদবা দশাগী মওং অসি চুমগদবা মানদে। অমরোমদা মীওই অমগী মপোক নক্ষত্র অভিজিৎ ওইবা মীশক থেংনদে। বিংশোত্তরী দশাদা অভিজিৎ নক্ষত্রগী মপু ওইবা গ্রহ পীদে। মীওই খরনা হংলকপা য়াই মদুদি মথক্কী টেবল নম্বর ১২ দা হিন্দুশিংনা শুভ (অফবা) গ্রহশিংনি হায়না লৌরিবা চন্দ্র, বুধ, শুক্রনচিংবগী দশা অসি নক্ষত্র মরি/মরিদা চপ মান্ননা য়েন্থোকই অদুগা ফত্তবা গ্রহশিং রবি, মঙ্গল, শনিনচিংবগী দশা অসিনা নক্ষত্র অহুম/অহুমদা চপ মান্ননা য়েন্থোকই। বৃহস্পতি শুভ গ্রহ ওইবনা মাগীসু নক্ষত্র মরি লৈফম থোক্তব্রা ? চুমই শুভ গ্রহ খুদিংগী নক্ষত্র ৪/৪ লৈফম থোকই হায়না লৌবা তারবদি চহী ১৯ বু ৪ থোক্লা য়েল্লগা নক্ষত্র অমমমগী দশাগী মতম চহী ৪ থা ৯ ওইগদবনি। অদুবু মদুসু তৌরমদে অভিজিৎকী শরুক অদু তঙ্খায় তানা খায়দুনা তঙ্খায় অমনা উত্তরাষাঢ়াদা অদুগা তঙ্খায় অমনা শ্রবণাদা হাপই। ৩°২০' গী শরুক চংলিবা উত্তরাষাঢ়াগা শুপ্নতগী ৫৩'২০" চংলিবা শ্রবণাগা শরুক মান্ননা থুংফম থোকপ্রা ? অসুম্না মওং কয়ামুক্তগী য়েংবদা মথক্কী নক্ষত্র অহুমদা মান্নদনা য়েনবা মওং অসি চুমলোয়। মসি অইবনা অহৈ-অপা শাদুনা হায়বা নত্তে। এনঃ সিঃ লহড়ীগী ইফেমিরিসতা পীরিবা কৃত্তিকা নক্ষত্রদগী হৌবা অষ্টোওরী দশাদা বৃহস্পতিগী দশা অসি নক্ষত্র অমমমদা চহী ৬ থা ৪ পীবা থেংনবিগনি। মান্নবা মওংদা বিশুদ্ধ সিদ্ধান্ত পঞ্জিকাগী কৃত্তিকাদি অষ্টোত্তরী দশাদসু বৃহস্পতি গ্রহগী দশা নক্ষত্র অহুমদা মান্ননা য়েনবা উবা ফংই। অরোইবদা থমজনিংবা ব্রাফমদি ঐখোয়না নক্ষত্র (Constellation) হায়রিবা অসি থব্রানমিচাক অমখক্তা নত্তে। থব্রানমিচাক মপৈ নৎত্রগা চবুন অমবুনি। অদুগুম্না থব্রানমিচাক ময়াম অদুগী মরক্তগী খরা হেন্না মশেক-মঙাল লৈবা থব্রানমিচাক অমগী মমিং হায়রগা থব্রানমিচাক চবুন অদুবু খঙনবা নক্ষত্র ওইগদৌরিবনি। খুদম ওইনা কৃত্তিকা নক্ষত্রদা থব্রানমিচাক চবুন অমা য়াওই। মখোয়গী মরক্তগী কৃত্তিকানা মশেক-মঙাল হেনবনা চবুন অদুগী মমিং কৃত্তিকা হায়রগা খঙনখিবনি।

মতৌ অসুম্ম অভিজিৎ নক্ষত্রগী শরুক অয়াম্বা উত্তরাষাঢ়াদা চংশ্রে মরম অদুনা উত্তরাষাঢ়া নক্ষত্র ওইনা লৌবা য়ারে। লেমহৌরিবা শরুক খন্নবা শ্রবণাদা চংশ্রে, শ্রবণা ওইনা লৌশ্রে হায়বদা অকায়বা লৈরোই।

(ভরতবর্ষদা অষ্টোওরি দশা মখল অনী চৎনবা থেংনৈ। অব্বাং নোংপোক ভরত, বঙ্গাল, উরিষ্য, বিহারনা চিংবদা কৃত্তিকা নক্ষত্রদগী হৌবা কৃত্তিকাদি দশা অদুগা গুজরাট, মহারাষ্ট্র, তামিল নাইড়ুনাচিংবা মফমশিংদনা আর্দ্রা নক্ষত্রদগী হৌবা আর্দ্রাদি দশা চৎনৈ। মণিপুরসু অব্বাং নোংপোক ভারত ওইবনা কৃত্তিকাদি অষ্টোত্তরী দশা চৎনবনা মথক্কী টেবল অসি কৃত্তিকাদি দশাগী ওইনা পীবনি।)

## বিংশোত্তরী দশা

বিংশোত্তরী হায়বা সংস্কৃত ব্রাহৈ অসিগী অর্থদি ১২০ হায়বনি। মীওইবগী পুন্সি অসি চহী ১২০ নি হায়না লৌদুনা শেম্লিবা দশাগী মওংবু জ্যোতিষ শাস্ত্রদা বিংশোত্তরী হায়না খঙনৈ। গ্রহ মাপলদা (কেতু য়াওনা) নক্ষত্র ২৭ পু য়েন্দুনা গ্রহ অমমম্মা নক্ষত্র অহুম/অহুমগী মপু ওইহন্দুনা শেম্বা দশা মখলনি। দশা মখল অসিনা অচুম্বা অশেংবা ফল পী হায়দুনা হিন্দুশিংনা মসিবু ঋাইদগী ব্রাংনা লৌই। ভারতর্বষ্যগী কাচিন-কোয়া শিনবা থুংনা দশা মখল অসি হৌজিক হৌজিক শীজিন্নবা থেংনৈ। দশা অসি জয়মণি অমদি যোগিনী দশাগা মরি লৈনহন্দুনা য়েংবা মতমদা হেন্না অশেংবা অচুম্বা ফল পী হায়বা মতমসিগী অষ্ট্রোলোজর অয়াম্বনা খঙনরক্লি। বিংশোত্তরী দশাদা করম করম্না গ্রহনা করম করম্বা নক্ষত্রশিংগী মপু ওইদুনা চহী ১২০ বু মতৌ করম্মা য়েনবগে হায়বদু মখাগী টেবল নম্বর ১৩ দা য়েংসি।

**টেবল নম্বর—১৩**

**(বিংশোত্তরী দশা তাক্লবা)**

| মপোক নক্ষত্র | ৩<br>১২<br>২১ | ৪<br>১৩<br>২২ | ৫<br>১৪<br>২৩ | ৬<br>১৫<br>২৪ | ৭<br>১৬<br>২৫ | ৮<br>১৭<br>২৬ | ৯<br>১৮<br>২৭ | ১০<br>১৯<br>১ | ১১<br>২০<br>২ |
|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|
| মপু গ্রহ | রবি | চন্দ্র | মঙ্গল | রাহু | বৃহস্পতি | শনি | বুধ | কেতু | শুক্র |
| দশাগী চহী | ৬ | ১০ | ৭ | ১৮ | ১৬ | ১৯ | ১৭ | ৭ | ২০ |

## যোগিনী দশা

যোগিনী ৮ না নক্ষত্রশিংগী মপু ওইহন্দুনা শেম্বা দশাগী মওংনি। যোগিনী ৮ অদুদি মঙ্গলা, পিঙ্গলা, ধন্যা, ভ্রামরী, ভদ্রিকা, উল্কা, সিদ্ধা অমদি সঙ্কটানি। উল্কা, সিদ্ধা, সঙ্কটা, মঙ্গলা, পিঙ্গলা, ধন্যা, ভ্রামরী, ভদ্রিকা হায়বা যোগিণীশিংনা মথংশিংনা নক্ষত্র ১, ২, ৩, ৪ .......... ৮ গী মপু ওইগনি। মথংদা ৯ শুবা নক্ষত্রগী মপু অমুকহন্না উল্কানা ওইগনি। অসুম্না নক্ষত্র ৮ হেক শুবগা উল্কাদা অমুক হন্নক নি। *জন্ম নক্ষত্র দা ৫ তিনশিন্দুনা ফংবা ফলনা যোগিনীগী দশা মপুগী চহী ওইগনি। ৫ তিনশিনবগী ফলনা ৮ দগী হেল্লবদি ৮ না য়েল্লগা অরেম্বা লৌগনি। মখাগী টেবলদা যোগিনী দশা তাক্লি।

**টেবল নম্বর—১৪**

**(যোগিনী দশা তাক্লবা)**

| | | | | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|---|---|---|
| মপোক নক্ষত্র | ১<br>৯<br>১৭<br>২৫ | ২<br>১০<br>১৮<br>২৬ | ৩<br>১১<br>১৯<br>২৭ | ৪<br>১২<br>২০ | ৫<br>১৩<br>২১ | ৬<br>১৪<br>২২ | ৭<br>১৫<br>২৩ | ৮<br>১৬<br>২৪ |
| যোগিনী | উল্কা | সিদ্ধা | সঙ্কটা | মঙ্গলা | পিঙ্গলা | ধন্যা | ভ্রামরী | ভদ্রিকা |
| দশাগী চহী | ৬ | ৭ | ৮ | ১ | ২ | ৩ | ৪ | ৫ |

হৌজিক অৱাং নোংপোক ভারত্তা মরুওইনা মণিপুরদা চৎনরিবা দশা মখল অহুম অসিগী করম করম্বা শরুক মীওই অমা পোকপা মতমদা লৈগদগে হায়বা পুথোক্লবা মখাগী খোঙচৎশিং অসি য়েংসি।

**১বা খোঙচৎ ঃ-** নক্ষত্র খুদিংনা শন্দোক্লিবা ১৩°২০′ অসি ৮০০′ হায়বগা মান্নে। মসিবু ঐখোয়না A নি হায়না লৌসি।

**২বা খোঙচৎ ঃ-** অঙাং পোকপা মতমদা ওইবা নক্ষত্রগী হৌখ্রবা শরুক পুথোক্লনি অমসুং মিনিট (′) তা থমগনি। মসিবু B নি হায়না লৌসি।

**৩বা খোঙচৎ ঃ-** নক্ষত্র অদুগী মপু গ্রহগী (অষ্টোত্তরী অমদি বিংশোত্তরী দশাগী) নৎত্রগা মপু যোগিনীগী (যোগিনী দশাগী) অপীবা চহী বু C নি হায়না লৌসি।

***N.B.:*** *মথক্কী ৫ তিনশিনবগী মহুৎতা ৩ তিনশিন্দুনা ফংবা ফলনা যোগিনী দশা মপুগী চহী ওইবা অসিনা হেনন্দুম ভারতকী মফম অয়াম্বদা চৎনৈ।

**৪বা খোঙচৎ ঃ-** মীওই অদু পোকপা মতমদা হৌখ্রবা দশাগী শরুক $\frac{BC}{A}$ না পীগনি।

মথক্কী খোঙচৎশিং অসি শীজিন্নদুনা দশাগী হৌখ্রবা শরুক পুথোক্লবগী খুদম অনীখক লৌখৎলগা য়েংসি।

**১বা খুদম ঃ-** নিপালশুবা তাঙ্কক্তা দিল্লীদা পোকপা অঙাং অমগী পোকপা মতমগী চন্দ্রগী স্ফুট রাশি ৯।০০।৩৫ নি হায়না পুথোকপ্রে।

অহানবা তাঙ্কক্কী টেবল নম্বর ২ দগী ঐখোয়না খঙলে মদুদি ৯।০০।৩৫ অসি ২১ উত্তরাষাঢ়া ওইগনি। ৯।০০।৩৫ দগী ২০ পূর্ব্বাষাঢ়াগী অরোইবা ৮।২৬।৪০ লৌথোক্তুনা উত্তরাষাঢ়া নক্ষত্রগী হৌখ্রবা শরুক মখাগী অসুম্না পুথোক্লে।

| | |
|---|---|
| অঙাং পোকপা মতমগী চন্দ্রগী স্ফুট | ৯।০০।৩৫ |
| পূর্ব্বাষাঢ়া নক্ষত্রগী অরোইবা | ৮।২৬।৪০ |
| উত্তরাষাঢ়া নক্ষত্রগী হৌখ্রবা শরুক | ০।৩।৫৫ |

উত্তরাষাঢ়া নক্ষত্রগী হৌখ্রবা শরুক ৩°৫৫′= (৩×৬০+৫৫)=২৩৫′ ওইরে। B নি হায়না লৌরে।

হৌজিক অমুক টেবল নম্বর ১২ দগী ঐখোয়না খঙলে মদুদি ২১ উত্তরষাঢ়া নক্ষত্রদা বৃহস্পতিগী দশা চহী ১৯ গী মনুংদা চহী ৬ থা ৪ ওইগনি হায়বা। মসিবু ঐখোয়না থা (৬×১২+৪)৭৬ ওইনা থম্লে। মসিনা C ওইনা লৌরে।

অঙাং পোকপা মতমগী অষ্টোত্তরী দশাগী হৌখ্রবা শরুক

$\frac{BC}{A}=\frac{২৩৫\times৭৬}{৮০০}$ = থা ২২ নুমিৎ ৯ দণ্ড ৪৫

= চহী ১।১০।০৯।৪৫ দণ্ড

ফংলিবা দশাগী হৌখ্রবা শরুক অসিদা পূর্ব্বাষাঢ়া নক্ষত্রগী হৌখ্রবা শরুক চহী ৬ থা ৪ হাপচিন্দুনা

| | |
|---|---|
| পূর্ব্বাষাঢ়াগী হৌখ্রবা দশা চহী | ৬।৪।০০।০০ |
| উত্তরাষাঢ়াগী হৌখ্রবা দশা চহী | ১।১০।০৯।৪৫ |
| অঙাং পোকপা মতমদা বৃহস্পতি গ্রহগী হৌখ্রবা চহী | ৮।০২।০৯।৪৫ দং |
| অঙাং পোকপা মতমদা বৃহস্পতি গ্রহগী ল্লাংলিবা | ১০।০৯।২০।১৫ দং |
| অপূনবা বৃহস্পতি গ্রহগী দশা চহী | ১৯।০০।০০।০০ |

মরম অদুনা অঙাং অসি পোকপা মতমদা অষ্টোত্তরীদা বৃহস্পতিগী দশা ওইগনি।

| | |
|---|---|
| হৌখ্রবা দশানা চহী | ৮।০২।০৯।৪৫ দং |
| ল্লাংলিবা দশানা চহী | ১০।০৯।২০।১৫ দং |

(হৌখ্রবা দশাগী শরুক খণ্ডলবদি হ্রাংলিবা দশাগী শরুক থিবা অসি বৃহস্পতিগী চহী ১৯ তাহন্নবা শেম্বনি।)

হৌজিক অমুক টেবল নম্বর ১৩ দগী বিংশোত্তরী দশাদা ২১ উত্তরাষাঢ়া নক্ষত্রদা রবি গ্রহ্গী চহী ৬ নি হায়বা খণ্ডলে।

রবি গ্রহ্গী হৌখ্রবা দশা = $\frac{BC}{A}$ = $\frac{২৩৫ \times ৬}{৮০০}$

= চহী ১।০৯।০৪।৩০ দং

অণ্ডাং অসি পোকপা মতমদা বিংশোওরীদা রবি গ্রহ্গী দশা লৈগনি।

| | |
|---|---|
| রবি গ্রহ্গী হৌখ্রবা দশা চহী | ১।০৯।০৪।৩০ দং |
| রবি গ্রহ্গী হ্রাংলিবা দশা চহী | ৪।০২।২৫।৩০ দং |
| অপূনবা রবি গ্রহ্গী চহী | ৬।০০।০০।০০ |

যোগিনী দশা অসি নক্ষত্র ২১ উত্তরাষাঢ়াদা পিঙ্গলাগী চহী ২ নি হায়বা টেবল নম্বর ১৪ দগী খণ্ডলে।

হৌখ্রবা দশা = $\frac{BC}{A}$ = $\frac{২৩৫ \times ২}{৮০০}$ = চহী ০।০৭।০১।৩০ দং

মরম অদুনা অণ্ডাং অসি পোকপা মতমদা যোগিনী পিঙ্গলাগী দশা লৈখি।

| | |
|---|---|
| পিঙ্গলাগী হৌখ্রবা দশা চহী | ০।০৭।০১।৩০ দং |
| পিঙ্গলাগী হ্রাংলিবা দশা চহী | ১।০৪।২৮।৩০ দং |
| অপূনবা পিঙ্গলাগী দশা চহী | ২।০০।০০।০০ |

মখাদা দশা মখল অহুমগী হৌখ্রবা দশা পুথোক্লবা তোঙান তোঙানবা চার্টশিং পীরি। চার্টশিং অসিগী মতেংনা পুথোকপগা, ঐখোয়না মথক্তা পুথোকখিবা অসিগা মান্নবরা য়েংসি।

অণ্ডাং পোকপা মতমদা ২১ উত্তরাষাঢ়া নক্ষত্রগী ২৩৫' হৌখ্রে হায়বা খণ্ডলে। মিনিট (') পু সংস্কৃত্তা কলাগা মান্নে হায়বসু মথক্তা থেংনখ্রে। মরম অদুনা উত্তরাষাঢ়া নক্ষত্রগী কলা ৮০০ গী মনুংদা কলা ২৩৫ হৌখ্রে হায়না লৌরে।

অষ্টোত্তরী বৃহস্পতিগী দশাগী চার্টকী মতুংইন্না (লামায় ৯৮)

| | |
|---|---|
| কলা ২০০ হৌখিবগী হৌখিবা দশা চহী | ১।০৭।০০।০০ |
| কলা ৩০ হৌখিবগী হৌখিবা দশা চহী | ০।০২।২৫।৩০ |
| কলা ৫ হৌখিবগী হৌখিবা দশা চহী | ০।০০।১৪।১৫ |
| কলা ২৩৫ হৌখিবগী হৌখিবা দশা চহী | ১।১০।০৯।৪৫ |

মথক্তা পুথোকখিবগা মান্নরে।

বিংশোত্তরী রবিগী দশাগী চার্ট য়েংদুনা (লামায় ১০১)

| | |
|---|---|
| কলা ২০০ হৌখিবগী হৌম্রবা দশা চহী | ১।০৬।০০।০০ |
| কলা ৩০ হৌখিবগী হৌখিবা দশা চহী | ০।০২।২১।০০ |
| কলা ৫ হৌখিবগী হৌখিবা দশা চহী | ০।০০।১৩।৩০ |
| কলা ২৩৫ হৌখিবগী হৌম্রবা দশা চহী | ১।০৯।০৪।৩০ |

যোগিনী পিঙ্গলাগী চার্ট য়েংদুনা (লামায় ৯৩)

| | |
|---|---|
| কলা ২০০ গী হৌম্রবা দশা চহী | ০।০৬।০০।০০ |
| কলা ৩০ গী হৌম্রবা দশা চহী | ০।০০।২৭।০০ |
| কলা ৫ গী হৌম্রবা দশা চহী | ০।০০।০৪।৩০ |
| কলা ২৩৫ গী হৌম্রবা দশা চহী | ০।০৭।০১।৩০ |

মথক্কীগা মান্নরে।

**অনীশুবা খুদম ঃ-** নিপানশুবা তাক্কী অনীশুবা খুদমদা গুৱাহাটিদা পোকপা অঙাং অমগী পোকপা মতমগী চন্দ্রগী স্ফুট ১০।২৮।০৭ নি হায়না পুথোকপ্রে। চন্দ্র স্ফুট অসিমক্কী দশা মখল অহুমগী হৌম্রবা মতম পুথোক্লগা রাৎলিবা মতমসু পুথোকসি।

টেবল নম্বর ২ দগী ঐখোয়না খঙলে, চন্দ্র স্ফুট ১০।২৮।০৭ অসি ২৫ পূর্ব্বভাদ্রপদ ওইগনি। চন্দ্র স্ফুট অসিদগী ২৪ শতভিষাগী অরোইবা খাইদোক্লুনা পূর্ব্বভাদ্রপদগী হৌম্রবা আর্ক পুথোক্লে।

| | |
|---|---|
| অঙাং পোকপা মতমগী চন্দ্র | ১০।২৮।০৭ |
| নক্ষত্র ২৪ শতভিষাগী অরোইবা | ১০।২০।০০ |
| পূর্ব্বভাদ্রপদ নক্ষত্রগী হৌম্রবা আর্ক | ০।০৮।০৭ |
| | (×) ৬০ |
| | ৪৮০ |
| | (+) ৭ |
| | ৪৮৭ .B |

A = ৮০০'

টেবল নম্বর ১২ দগী নক্ষত্র ২৫ পূর্ব্বভাদ্রপদদা রাহুগী দশা চহী ১২ গী মনুংদা চহী ৪ নি হায়বা খঙলে। চহী ৪ বু C নি হায়না লৌরে।

নক্ষত্র ২৫ দা রাহুগী হৌম্রবা দশা $= \frac{BC}{A} = \frac{৪ \times ৪৮৭}{৮০০}$

= চহী ২।০৫।০৬।৩৬ দং

নক্ষত্র ২৩ অমদি ২৪ গী অপূনবা রাহুগী দশা চহী ৮ হাপচিন্দুনা চহী ১০।০৫।০৬।৩৬ দং হৌম্রে হায়না লৌরগনি।

মরম অদুনা অঙাং পোকপা মতমদা অষ্টোত্তরী দশা রাহু গ্রহগী অপূনবা চহী ১২ গী মনুংদা

| | |
|---|---|
| রাহু গ্রহগী হৌখ্রবা দশা চহী | ১০।০৫।০৬।৩৬ দং |
| রাহু গ্রহগী ল্লাংলিবা দশা চহী | ১।০৬।২৩।২৪ দং |
| রাহু গ্রহগী অপুনবা দশা চহী | ১২।০০।০০।০০ |

হৌজিক অমুক টেবল নম্বর ১৩ দগী নক্ষত্র ২৫ দা বিংশোত্তরী বৃহস্পতি চহী ১৬ নি হায়বা খঙলে। মরম অদুনা C = চহী ১৬ লৌরে।

বিংশোত্তরী দশাদা বৃহস্পতিগী হৌখ্রবা = $\frac{BC}{A}$ = $\frac{৪৮৭ \times ১৬}{৮০০}$

= চহী ৯।০৮।২৬।২৪ দং

মরম অদুনা বিংশোত্তরীদা অঙাং পোকপা মতমদা বৃহস্পতিগী দশা ওইগনি।

| | |
|---|---|
| হৌখ্রবা বৃহস্পতিগী দশা চহী | ৯।০৮।২৬।২৪ দং |
| ল্লাংলিবা বৃহস্পতিগী দশা চহী | ৬।০৩।০৩।৩৬ দং |
| অপূনবা বৃহস্পতিগী দশা চহী | ১৬।০০।০০।০০ দং |

টেবল নম্বর ১৪ দগী অমুক নক্ষত্র ২৫ দা যোগিনী উল্কাগী চহী ৬ অসি C ওইনা লৌরে।

উল্কাগী হৌখ্রবা দশা = $\frac{BC}{A}$ = $\frac{৪৮৭ \times ৬}{৮০০}$

= চহী ৩।০৭।২৪।৫৪ দং

| | |
|---|---|
| যোগিনী উল্কাগী হৌখ্রবা দশা চহী | ৩।০৭।২৪।৫৪ দং |
| যোগিনী উল্কাগী ল্লাংলিবা দশা চহী | ২।০৪।০৫।০৬ দং |
| উল্কাগী অপুনবা দশা চহী | ৬।০০।০০।০০ দং |

হৌজিক অমুক মথক্তা ঐখোয়না পুথোক্লিবা দশা মখল অহুমগী হৌখ্রবা শরুকশিং অসি চার্টতা পীরিবগা চানবরা য়েংসি।

নক্ষত্র ২৫ গী হৌখ্রবা কলা ৪৮৭ ওইগনি। অষ্টোত্তরী রাহুগী চার্টতগী

| | |
|---|---|
| কলা ৪০০ গী রাহুগী দশা চহী | ২।০০।০০।০০ |
| কলা ৮০ গী রাহুগী দশা চহী | ০।০৪।২৪।০০ |
| কলা ৭ গী রাহুগী দশা চহী | ০।০০।১২।৩৬ |
| কলা ৪৮৭ গী রাহুগী হৌখ্রবা দশা চহী | ২।০৫।০৬।৩৬ |

মথক্কীগা মান্নরে।

মথংদা অমুক বিংশোত্তরী বৃহস্পতিগী চার্ট য়েংদুনা

| | |
|---|---|
| কলা ৪০০ গী হৌখ্রবা দশা চহী | ৮।০০।০০।০০ দং |
| কলা ৮০ গী হৌখ্রবা দশা চহী | ১।০৭।০৬।০০ দং |
| কলা ৭ গী হৌখ্রবা দশা চহী | ০।০১।২০।২৪ দং |
| কলা ৪৮৭ গী হৌখ্রবা দশা চহী | ৯।০৮।২৬।২৪ দং |

তরামন্নিশুবা তাঙ্কক

# ষণ্নাড়ী চক্র, যামার্দ্ধ, বর্ণ, গণ, ত্রিপাপ অমদি নবতারা চক্রনচিংবগী মরমদা নৈনবা

ষণ্নাড়ী হায়বগী অর্থদি (ষড়্+নাড়ী) নাড়ী তরুক হায়বনি। মীওই অমগী জন্ম নক্ষত্রদগী থীবদা তাবা ১০ শুবা নক্ষত্রবু কর্ম্ম নাড়ী নৎত্রগা অনুজন্ম হায়বদি মথংগী মপোক্কী নক্ষত্র কৌই। কর্ম্ম নক্ষত্রদা লৈবা গ্রহনা অফবা ফল পী। জন্ম নক্ষত্রদগী থীবদা ১৬ শুবা নক্ষত্রবু সংঘাতিক নাড়ী কৌই। সংঘাতিক হায়বগী অর্থদি য়ৈথবা নৎত্রগা তুং হষ্টহনবা খঙনৈ। নক্ষত্র অসিদা লৈবা গ্রহনা অফবা ফল পীদে। জন্ম নাড়ীদগী থিবদা তাবা ১৮ শুবা নক্ষত্রবু সমুদায় নাড়ী কৌই। সমুদায় হায়বদি পূনশিনবা নৎত্রগা কাঙলুপ হায়বনি। মসিদা লৈবা গ্রহনা অফবা ফল পী। জন্ম নাড়ীদগী ২৩ শুবা নক্ষত্রবু বিনাশ (অমাংবা পীবা) নাড়ী কৌই। মসিদা লৈবা গ্রহনা অমাঙবা অমদি অপনবা ফল পী। জন্ম নাড়ীদগী ২৫ শুবা নাড়ীবু (নক্ষত্রবু) মানস হায়বদি পুক্লিংগী ওইবা নাড়ী কৌই। মসিদা লৈবা গ্রহনা অফবা ফল পীদে। গোচরগী মতমদা ষণ্নাড়ী নক্ষত্রদা লাকপা পাপ গ্রহশিংনা ফত্তবা ফল পী।

জন্ম নাড়ীদা ৯ তিনশিল্লগা কর্ম্ম নাড়ী, কর্ম্ম নাড়ীদা ৬ তিনশিন্দুনা সংঘাতিক, সংঘাতিক্তা ২ তিনশিন্দুনা সমুদায়, সমুদায়দা ৫ তিনশিন্দুনা বিনাশ অমদি বিনাশ নাড়ীদা ২ তিনশিন্দুনা মানস নাড়ী পুথোক্কনি।



**যামার্দ্ধ থীবা ঃ** দিবা অমদি রাত্রিবু মান্নবা শরুক মরি/মরি থোক্লা খাইদোক্লুনা ফংবা শরুক অমবু যাম অমা কৌই। যাম অমগী তঙ্খায়বু (যাম+অর্দ্ধ) যামার্দ্ধ কৌই। মরম অদুনা দিবাগী যামার্দ্ধ নিপাল অদুগা রাত্রিগী যামার্দ্ধ নিপাল লৈ। যামার্দ্ধশিংগী মপুদি গ্রহশিংনা ওই।

**দিবা (অয়ুক-নুংথিল) গী যামার্দ্ধপতি (যামার্দ্ধগী মপু) পুথোকপা ঃ-** দিবাগী অহানবা যামার্দ্ধগী মপু নুমিৎ (বার) অদুগী মপুনা ওই। অনীশুবা যামার্দ্ধগী মপুনা অহানবা যামার্দ্ধগী মপুদগী থীবদা তাবা তরুকশুবা গ্রহনা ওইগনি। মতৌ অসুম্না ৬/৬ থীবদা তাবা গ্রহশিং থীদুনা দিবাগী যামার্দ্ধগী মপু পুথোক্কনি। খুদম ওইনা রবিবারগী অহানবা যামার্দ্ধগী মপু রবি গ্রহনা ওইগনি। রবিদগী থীবদা তরুকশুবা গ্রহ শুক্রনা অনীশুবা যামার্দ্ধগী মপু অদুগা শুক্রদগী থীবদা তরুকশুবা গ্রহ বুধনা অহুমশুবা যামার্দ্ধগী মপু ওইগনি। অসুম্না মথং মথং যামার্দ্ধ নিপালমক্কী মপু পুথোক্কনি।

**রাত্রি (অহিং) গী যামার্দ্ধপতি পুথোকপা ঃ-** অহিংগী অহানবা যামার্দ্ধগী মপু নুমিৎ অদুগী মপু গ্রহনা ওইগনি। মথং অনীশুবা যামার্দ্ধগী মপুনা অহানবা যামার্দ্ধগী মপুদগী ৫ শুবা গ্রহনা ওইগনি। মতৌ অসুম্না ৫/৫ শুবা গ্রহশিংনা মথং যামার্দ্ধশিংগী মপু ওইগনি। মখাগী টেবল নম্বর ১৬ তগী য়েংলগা দিবা অমদি রাত্রিগী যামার্দ্ধপতি পুথোকপা য়াই।

## টেবল নম্বর—১৬ (যামার্দ্ধ পুথোক্লবা)

| | দিবা যামার্দ্ধ | | | | | | | | | রাত্রি যামার্দ্ধ | | | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|
| যামার্দ্ধ মশীং→ বার ↓ | ১ | ২ | ৩ | ৪ | ৫ | ৬ | ৭ | ৮ | | ১ | ২ | ৩ | ৪ | ৫ | ৬ | ৭ | ৮ |
| রবিবার | র | শু | বু | চ | শ | বৃ | ম | র | | র | বৃ | চ | শু | ম | শ | বু | র |
| সোমবার | চ | শ | বৃ | ম | র | শু | বু | চ | | চ | শু | ম | শ | বু | র | বৃ | চ |
| মঙ্গলবার | ম | র | শু | বু | চ | শ | বৃ | ম | | ম | শ | বু | র | বৃ | চ | শু | ম |
| বুধবার | বু | চ | শ | বৃ | ম | র | শু | বু | | বু | র | বৃ | চ | শু | ম | শ | বু |
| গুরুবার | বৃ | ম | র | শু | বু | চ | শ | বৃ | | বৃ | চ | শু | ম | শ | বু | র | বৃ |
| শুক্রবার | শু | বু | চ | শ | বৃ | ম | র | শু | | শু | ম | শ | বু | র | বৃ | চ | শু |
| শনিবার | শ | বৃ | ম | র | শু | বু | চ | শ | | শ | বু | র | বৃ | চ | শু | ম | শ |

**দণ্ড নৎত্রগা ক্ষণ ঃ-** যামার্দ্ধ অমবু শরুক মরি থোক্লা খাইদোক্লগা ফংলিবা শরুক অমমমবু দণ্ড নৎত্রগা ক্ষণ কৌই। মখাদা দণ্ড তাক্লবা টেবল পীরি।

**টেবল নম্বর—১৭ (দণ্ড পুথোক্লবা)**

| দণ্ড মশীং → যামার্দ্ধ ↓ | অহানবা দণ্ড | অনীশুবা দণ্ড | অহুমশুবা দণ্ড | মরিশুবা দণ্ড |
|---|---|---|---|---|
| রবি যামার্দ্ধ | বায়ু | বরুণ | যম | মাহেন্দ্র |
| চন্দ্র য়ামার্দ্ধ | মাহেন্দ্র | বায়ু | বরুণ | যম |
| মঙ্গল যামার্দ্ধ | যম | মাহেন্দ্র | বায়ু | বরুণ |
| বুধ যামার্দ্ধ | বরুণ | যম | মাহেন্দ্র | বায়ু |
| বৃহস্পতি যামার্দ্ধ | বায়ু | বরুণ | যম | মাহেন্দ্র |
| শুক্র যামার্দ্ধ | মাহেন্দ্র | বায়ু | বরুণ | যম |
| শনি যামার্দ্ধ | যম | মাহেন্দ্র | বায়ু | বরুণ |

দণ্ড নৎত্রগা ক্ষণশিংগী মপু গ্রহশিংনা ওই।

**অয়ুক-নুংথিলগী দণ্ডগী মপু পুথোকপা ঃ-** ঐখোয়না অহুমশুবা তাক্কী টেবল নম্বর ৩ দা পীখিবা গ্রহশিংগী মশীং অদু নিংশিংসি। গ্রহ নিপাল হায়বদি রবিদগী রাহু ফাওবনা অয়ুক-নুংথিল (দিবা) গী দণ্ডগী মপু ওইগনি। নুমিৎ অদুগী যামার্দ্ধগী মপুনা অহানবা দণ্ডগী মপু ওইগনি। গ্রহশিংগী মশীংদা ২ না য়েনবদা ফংলিবা অথুংবা (অরেম্বা লৌদনা) মশীং অদুগী গ্রহনা মথং দণ্ডগী মপু ওইগনি। অদুবু রবি গ্রহগী মশীং ১ দা ২ না য়েনবা য়াদবনা রবিগী মথংগী দণ্ড মপু রাহু গ্রহ ওইগনি। খুদম ওইনা রবি যামার্দ্ধগী অহানবা দণ্ডগী মপু রবি ওইগনি। মথং দণ্ডগী মপু রাহু ওইগনি। রাহুগী মশীং ৮ বু ২ না য়েনবদা ৪ থুংবনা মথংগী দণ্ডগী মপু বুধ ওইগনি। বুধগী মশীং ৪ বু ২ না য়েনবদা ২ থুংবনা মরিশুবা দণ্ডগী মপু চন্দ্র ওইগনি।

**রাত্রি (অহিং) গী দণ্ড মপু পুথোকপা ঃ-** যামার্দ্ধ অদুগী মপুনা অহানবা দণ্ডগী মপু ওইগনি। অহানবা দণ্ডগী মপুদগী থীবদা তাবা তরুকশুবা গ্রহ অদুনা অনীশুবা দণ্ডগী মপু ওইগনি। মতৌ অসুম্না ৬/৬

শুবা গ্রহ্ থিদুনা দণ্ডশিংগী মপু পুথোক্কনি। খুদম ওইনা রবি যামার্দ্ধগী অহানবা দণ্ডগী মপু রবি গ্রহ্ ওইগনি। অনীশুবা দণ্ডগী মপুনা রবিদগী তরুকশুবা গ্রহ্ হায়বদি শুক্র গ্রহ্না ওইগনি। শুক্রদগী তরুকশুবা গ্রহ্ হায়বদি বুধ গ্রহ্না অহুমশুবা দণ্ডগী মপু অদুগা বুধদগী তরুকশুবা গ্রহ্ হায়বদি চন্দ্র গ্রহ্না মরিশুবা দণ্ডগী মপু ওইগনি। মতাং অসিদা খণ্ডজিনগদবা অমনা অহিংগী দণ্ডগী মপু (দণ্ডপতি) পুথোকপদা গ্রহ্ ৭ তমক লৌগনি রাহু অমদি কেতুদি লৌরোই। মখাদা দিবা অমদি রাত্রিগী দণ্ডপতি তাক্লবা টেবল নম্বর ১৮ দা পীরি।)

## টেবল নম্বর—১৮
## (দিবা অমদি রাত্রিগী দণ্ডগী মপু তাক্লবা)

| দণ্ড মশীং → / যামার্দ্ধ ↓ | দিবা ১বা | ২বা | ৩বা | ৪বা | | রাত্রি ১বা | ২বা | ৩বা | ৪বা |
|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|
| রবি যামার্দ্ধ | র | রা | বু | চ | | র | শু | বু | চ |
| চন্দ্র যামার্দ্ধ | চ | র | রা | বৃ | | চ | শ | বৃ | ম |
| মঙ্গল যামার্দ্ধ | ম | র | রা | বু | | ম | র | শু | বু |
| বুধ যামার্দ্ধ | বু | চ | র | রা | | বু | চ | শ | বৃ |
| বৃহস্পতি যামার্দ্ধ | বৃ | চ | র | রা | | বৃ | ম | র | শু |
| শুক্র যামার্দ্ধ | শু | ম | র | রা | | শু | বু | চ | শ |
| শনি যামার্দ্ধ | শ | ম | র | রা | | শ | বৃ | ম | র |

চর রাশিদা (মেষ, কর্কট, তুলা অমদি মকর)দা পোকপা মীওইগী দণ্ডপতিনা অহানবা, তরুকশুবা, মাপলশুবা অমদি তরানিথোইশুবা যুমদা লৈরবা, স্থির রাশি (বৃষ, সিংহ্, বৃশ্চিক, কুম্ভ) দা পোকপা মীওইগী দণ্ডপতিনা অহানবা, মরিশুবা, তরেৎশুবা অমদি তরাশুবা যুমদা লৈরবা অমদি দ্ব্যাত্মক রাশি (মিথুন, কন্যা, ধনু, মীন) দা পোকপা মীওইগী দণ্ডপতিনা অহানবা, অনীশুবা, মঙাশুবা অমদি নিপানশুবা যুমদা লৈরবদি পতাকী বেধ তাবা ওই। পতাকী বেধ তাবা মীওই খুদিংমক খোইরেন য়ৌনা পুক্নিদে। অদুবু মীওই অদুগী লগ্ন অমদি নিপানশুবা যুমগী মপুনা মশাগী যুমদা নংত্রগা কেন্দ্র অমদি কোন্দা লৈদুনা পাঙ্গল লৈবা গ্রহশিং ওইরবদি পতাকী বেধ তাবগী দোষ কোকই।

রাশি ১২ বু ব্রাহ্মণ (বিপ্র), ক্ষত্রিয়, বৈশ্য অমদি শুদ্র হায়দুনা বর্ণ ৪ থোক্লা খায়দোকই। মখাগী টেবলদা য়েংসি।

## টেবল নম্বর—১৯ (বর্ণ পুথোক্লবা)

| বিপ্র বর্ণ | ক্ষত্রিয় বর্ণ | বৈশ্য বর্ণ | শুদ্র বর্ণ |
|---|---|---|---|
| কর্কট | সিংহ | মেষ | বৃষ |
| বৃশ্চিক | তুলা | মিথুন | কন্যা |
| মীন | ধনু | কুম্ভ | মকর |

নুপা-নুপী বর্ণ মান্নবা নৎত্রগা নুপানা নুপীদগী বর্ণ ৱাংবা ফৈ।

নক্ষত্র ২৭ অসিবু নক্ষত্র ৯/৯ না শাবা গণ অহুম থোক্লা খায়দোকই। মখাদা গণ পুথোক্লবা টেবল অমা পীরি।

## টেবল নম্বর—২০ (গণ পুথোক্লবা)

| গণ | নক্ষত্র | | | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|---|---|---|
| দেবগণ | ১ | ৫ | ৭ | ৮ | ১৩ | ১৫ | ১৭ | ২২ | ২৭ |
| নরগণ | ২ | ৪ | ৬ | ১১ | ১২ | ২০ | ২১ | ২৫ | ২৬ |
| দেবারিগণ | ৩ | ৯ | ১০ | ১৪ | ১৬ | ১৮ | ১৯ | ২৩ | ২৪ |

দেবারিগণবু রাক্ষস গণ হায়রগসু খঙনৈ। নুপা-নুপী গণ অমতা ওইবা য়াম্না ফৈ। দেবগণ অমদি রাক্ষস গণ য়ুম পানমিন্নবা য়াম্না পাংদে।

মীওই অমগী মিংগী অহৌবাময়েক টেবল নম্বর ২১গী মতুংইন্না ওইবা তারবদি মীওই অদুগী মপোক রাশি, মপোক নক্ষত্র খঙবতা নত্তনা নক্ষত্রগী পাদ ফাওবা খঙবা ওম্বনা য়াম্না কান্নবা ওইগনি। মীওই অমা পোকপা মতমদা চন্দ্রনা লৈখিবা নক্ষত্র অদুবু মীওই অদুগী জন্মতারা কৌই। মথং নক্ষত্র অদুবুনা সম্পদ (লন পীবা) তারা, ৩ শুবা নক্ষত্রবু বিপদ (খুদোংথীবা পীবা) তারা, ৪ শুবা নক্ষত্রবু ক্ষেম (নুংঙাইবা পীবা) তারা, ৫ শুবা নক্ষত্রবু প্রত্যারি (অপনবা পীবা) তারা, ৬ শুবা নক্ষত্রবু সাধক (অনীংবা পাঙথোকপা পীবা) তারা, ৭ শুবা নক্ষত্রবু বধ (অশিবা পীবা) তারা, ৮ শুবা নক্ষত্রবু মিত্র (মরুপ ওইবা পীবা) তারা অমদি ৯ শুবা নক্ষত্রবু অতিমিত্র (হেন্না চান্নবা মরুপ ওইবা পীবা) তারা হায়না খঙনৈ। ১০ শুবা নক্ষত্রনা অমুক জন্ম তারা, ১১ শুবা সম্পদ অসুম্না মথং মথং খঙনগনি। মরম অদুনা নক্ষত্র ২৭ পু ৯/৯ না শাবা কাঙলুপ ৩ থোক্লা খায়দোক্লুনা শেম্বা টেবলগী মওংবু নবতারা চক্র হায়না খঙনৈ।

## টেবল নম্বর—২১
## (নক্ষত্রগী পাদগী মতুংইন্না পক্লাদবা মিংগী অহৌবা ময়েক পুথোক্লবা)

| নক্ষত্র | প্রথম পাদ | | দ্বিতীয় পাদ | | তৃতীয় পাদ | | চতুর্থ পাদ | |
|---|---|---|---|---|---|---|---|---|
| ১ অশ্বিনী | চু | মেষ | চে | মেষ | চো | মেষ | ল | মেষ |
| ২ ভরনী | লি | মেষ | লু | মেষ | লে | মেষ | লো | মেষ |
| ৩ কৃত্তিকা | অ | মেষ | ই | বৃষ | উ | বৃষ | এ | বৃষ |
| ৪ রোহিণী | ও | বৃষ | ব | বৃষ | বি | বৃষ | বু | বৃষ |
| ৫ মৃগশিরা | বে | বৃষ | বো | বৃষ | ক | মিথুন | কি | মিথুন |
| ৬ আর্দ্রা | কু | মিথুন | ঘ | মিথুন | ঙ | মিথুন | ছ | মিথুন |
| ৭ পুনর্বসু | কে | মিথুন | কো | মিথুন | হ | মিথুন | হি | কর্কট |
| ৮ পুষ্য | হু | কর্কট | হে | কর্কট | হো | কর্কট | ড | কর্কট |
| ৯ অশ্লেষা | ডি | কর্কট | ডু | কর্কট | ডে | কর্কট | ডো | কর্কট |
| ১০ মঘা | ম | সিংহ | মি | সিংহ | মু | সিংহ | মে | সিংহ |
| ১১ পুঃফল্গুণী | মো | সিংহ | ট | সিংহ | টি | সিংহ | টু | সিংহ |
| ১২ উঃফল্গুণী | টে | সিংহ | টো | কন্যা | প | কন্যা | পি | কন্যা |
| ১৩ হস্তা | পু | কন্যা | ষ | কন্যা | ণ | কন্যা | ঠ | কন্যা |
| ১৪ চিত্রা | পে | কন্যা | পো | কন্যা | র | তুলা | রি | তুলা |
| ১৫ স্বাতী | রু | তুলা | রে | তুলা | রো | তুলা | ত | তুলা |
| ১৬ বিশাখা | তি | তুলা | তু | তুলা | তে | তুলা | তো | বৃশ্চিক |
| ১৭ অনুরাধা | ন | বৃশ্চিক | নি | বৃশ্চিক | নু | বৃশ্চিক | নে | বৃশ্চিক |
| ১৮ জ্যেষ্ঠা | নো | বৃশ্চিক | য | বৃশ্চিক | যি | বৃশ্চিক | যু | বৃশ্চিক |
| ১৯ মূলা | যে | ধনু | যো | ধনু | ভ | ধনু | ভি | ধনু |
| ২০ পুর্বাষাঢ়া | ভু | ধনু | ধ | ধনু | ফ | ধনু | ঢ | ধনু |
| ২১ উত্তরাষাঢ়া | ভে | ধনু | ভো | মকর | জ | মকর | জি | মকর |
| ২২ শ্রবণা | খি | মকর | খু | মকর | খে | মকর | খো | মকর |
| ২৩ ধনিষ্ঠা | গ | মকর | গি | মকর | গু | কুম্ভ | গে | কুম্ভ |
| ২৪ শতভিষা | গো | কুম্ভ | শ | কুম্ভ | শি | কুম্ভ | শু | কুম্ভ |
| ২৫ পুঃভাদ্রপদ | শে | কুম্ভ | শো | কুম্ভ | দ | কুম্ভ | দি | মীন |
| ২৬ উঃভাদ্রপদ | দু | মীন | থ | মীন | ঝ | মীন | ঞ | মীন |
| ২৭ রেবতী | দে | মীন | দো | মীন | চ | মীন | চি | মীন |

জন্মতারা নক্ষত্র তাবা নুমিৎতা অফবা থবক থৌরম পাঙথোকপা ফত্তে অদুবু লুহোংবা, পিণ্ডদান পীবা, শ্রাদ্ধ শোনবা, হীদাক চাবা হৌবা, শম ককপা, লংফৈ চৎপা নত্তনা অতৈ থবক খুদিংমক পাঙথোকপা কায়দে। সম্পদ, ক্ষেম, সাধক, মিত্র অমদি অতিমিত্র নক্ষত্রদা অফবা থবক থৌরম পাঙথোকপা ফৈ অমসুং নক্ষত্রশিং অসিদা লৈবা গ্রহশিংনা অফবা ফল পী।

রবি, মঙ্গল, শনি, রাহু অমদি কেতুবু পাপ গ্রহশিংনি হায়না লৌই। অসিগুম্বা পাপ গ্রহশিং অসিদা তাবা চহী অদু অফবা চহী ওইদে। মীওই অমগী জন্ম নক্ষত্রগী মতুংইন্না য়েংবদা পাপ গ্রহ অহুম্মা পূন্না লৈবা চহীবু ঐখোয়না ত্রিপাপ তাবা চহী কৌই। মতাং অদুদা শিবা য়ানা নাগল্লি নৎত্রগা শেন-থুম য়াম্না চৎলি। অসিগুম্বা ত্রিপাপ ওইবা চহী পুথোক্লবগীদমক্তা ঐখোয়না কেতু পতাকী, কেতু কুণ্ডলী অমদি গুরু কুণ্ডলী হায়বা চক্র অহুমখক য়েংবা তাই। অসিগুম্বা চক্র অহুম অসি পূনশিন্দুনা অমুক ত্রিপাপ চক্র শেমগনি। মখাদা কেতু পতাকী, কেতু কুণ্ডলী অমদি গুরু কুণ্ডলীগী টেবল অহুমখক পীরি। টেবলশিং অসি য়েংলগা শেম্বগী মওংসু খঙবা ঙমগনি।

## টেবল নম্বর—২২ (কেতু পতাকী চক্র)

| গ্রহ | র | চ | ম | বু | শ | বৃ | রা | কে | শু |
|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|
| নক্ষত্র | ৩ | ৪ | ৫ | ৬ | ৭ | ৮ | ৯ | ১০ | ১১ |
| | ১২ | ১৩ | ১৪ | ১৫ | ১৬ | ১৭ | ১৮ | ১৯ | ২০ |
| | ২১ | ২২ | ২৩ | ২৪ | ২৫ | ২৬ | ২৭ | ১ | ২ |

## টেবল নম্বর—২৩ (কেতু কুণ্ডলী চক্র)

| গ্রহ | র | কে | বু | ম | কে | বৃ | চ | কে | শু | রা | কে | শ |
|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|
| নক্ষত্র | ২৬ | | ৩ | ৬ | | ১০ | ১৩ | | ১৭ | ২০ | | ২৩ |
| | ২৭ | ২ | ৪ | ৭ | ৯ | ১১ | ১৪ | ১৬ | ১৮ | ২১ | ২২ | ২৪ |
| | ১ | | ৫ | ৮ | | ১২ | ১৫ | | ১৯ | ০ | | ২৫ |

## টেবল নম্বর—২৪ (গুরু কুণ্ডলী চক্র)

| গ্রহ | র | ম | কে | চ | বু | বৃ | শু | শ | রা |
|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|
| নক্ষত্র | ৮ | ৯ | ১০ | ১১ | ১২ | ১৩ | ১৪ | ১৫ | ১৬ |
| | ১৭ | ১৮ | ১৯ | ২০ | ২১ | ২২ | ২৩ | ২৪ | ২৫ |
| | ২৬ | ২৭ | ১ | ২ | ৩ | ৪ | ৫ | ৬ | ৭ |

মথক্তা নৈনরিবা হীরমশিং অসি খুদমগী মতেংনা অমুক্কা হেন্না ভাব তানবা হোৎনসি।

**খুদম ঃ-** তাং ২৫ এপ্রিল ২০০৭ তা গুবাহাটিদা অয়ুক পুং ৯.৩০ A.M. দা পোকপা অঙাংগী ষণ্নাড়ী চক্র, যামার্দ্ধ, দণ্ড, দণ্ডপতিনচিংবা পুথোকসি।

মঙাশুবা তাঙ্কক্তগী গুবাহাটিদা নুমিৎ থোকপা পুং ৫।০৪।০৪ সেঃ, দিবা দং ৩১।৩৪।৪০ নি হায়বা ঐখোয়না খঙলে। অদুগা তরামাথোইশুবা তাঙ্কক্তগী অঙাং অসিগী জন্ম নক্ষত্র ২৫ পূর্ব্বভাদ্রপদ নি হায়বসু খঙলে।

**ষণ্নাড়ী চক্র শেম্বা ঃ-** জন্ম নক্ষত্র ২৫ দা ৯ তিনশিন্দুনা ৩৪ ফংলে। নক্ষত্র মশীং ২৭ তমক লৈবনা ২৭ খাইদোক্লুনা ৭ ফংলে। মরম অদুনা কর্ম্ম নাড়ী ৭ ওইগনি। ৭+৬=১৩ ওইবনা নক্ষত্র ১৩ না সংঘাতিক নাড়ী ওইরে। ১৩+২=১৫ ওইবনা নক্ষত্র ১৫ না সমুদায়, (১৫+৫=২০) নক্ষত্র ২০ না বিনাশ নাড়ী অদুগা ২০+২=২২ ওইবনা নক্ষত্র ২২ না মানস নাড়ী ওইগনি। অসুম্না অঙাং অসিগী নাড়ী চক্র শেমগনি।

**যামার্দ্ধ থীবা ঃ-** অঙাং পোকপা মতমনা নুমিদাং ওইদবনা ঐখোয়না দিবাগী শরুকপু মখাগী অসুম্না থুগাইদুনা য়েংগনি।

২ | দং ৩১।৩৪।৪০ যামার্দ্ধ ৮
২ | ১৫।৪৭।২০ যামার্দ্ধ ৪
২ | ৭।৫৩।৪০ যামার্দ্ধ ২
২ | ৩।৫৬।৫০ যামার্দ্ধ ১
২ | ১।৫৮।২৫ দণ্ড ২
০।৫৯।১২ দণ্ড ১

অঙাং পোকপগী জন্মদণ্ড ১১।০৫ নি হায়বা তরাহুমদোইশুবা তাঙ্কক্তগী খণ্ডলে। যামার্দ্ধ ২ দা দং ৭।৫৩।৪০ নি হায়বা খণ্ডলে।

| | | |
|---|---|---|
| দং | ৭।৫৩।৪০ | যামার্দ্ধ ২ |
| (+) দং | ৩।৫৬।৫০ | যামার্দ্ধ ১ |
| দং | ১১।৫০।৩০ | |
| (–) | ০।৫৯।১২ | দণ্ড ১ |
| দং | ১০।৫১।১৮ | |

দং ১১।৫০।৩০ দা অয়ুক-নুংথিলগী যামার্দ্ধ ৩ শুবা লোইগনি। মসিদগী ঐখোয়না দণ্ড ১ গী শরুক দং ০।৫৯।১২ লৌথোক্লবদি দং ১০।৫১।১৮ ফংই। ফংলিবা অসি অঙাং পোকপগী জন্মদণ্ড ১১।০৫ দগী পীকপনা অঙাং পোকপগী মতম য়ৌদরে অদুগা দং ১১।৫০।৩০ দি অঙাং পোকপগী জন্মদণ্ড য়ৌরবা মরম্না অঙাং পোকপা নোংমাইজিং নুমিৎ (মাপলশুবা তাঙ্কক্তা পুথোকপ্রে।) কী অহুমশুবা যামার্দ্ধগী অরোইবা দণ্ড হায়বদি মরিশুবা দণ্ড ওইরে। রবিবারগী অহুমশুবা যামার্দ্ধগী মপুদি বুধ ওইবনা ঐখোয়না বুধ যামার্দ্ধ হায়না লৌরগনি। বুধগী মরিশুবা দণ্ডদি বায়ুদণ্ড ওইরে। অমুক টেবল নম্বর ১৮ দগী দিবাগী বুধ যামার্দ্ধগী মরিশুবা দণ্ডগী মপুদি রাহু ওইগনি হায়বা খণ্ডলে, মতৌ অসুম্না অঙাং অসিগী যামার্দ্ধ বুধ, দণ্ডনা বায়ু অমদি দণ্ডগী মপুনা রাহু ওইরে হায়না পুথোক্কনি।

**বর্ণ অমদি গণ খিবা ঃ-** অঙাং পোকপা মতমদা চন্দ্রনা ১০ শুবা রাশি হায়বদি কুম্ভদা লৈবনা অঙাং অসিগী রাশি কুম্ভ ওইগনি। টেবল নম্বর ১৯ দগী কুম্ভ রাশিদি বৈশ্যবর্ণ ওইরে। অমুক টেবল নম্বর ২০ দগী অঙাং অসিগী মপোক নক্ষত্র ২৫ অসি নর গণ ওইরে হায়বা খণ্ডলে।

**নক্ষত্র পাদগী মতুংইন্না মিংগী অহৌবা ময়েকথিবা ঃ-** অঙাং পোকপা মতমদা নক্ষত্র ২৫ গী কলা ৪৮৭ হৌপ্রে হায়বা তাঙ্কক তরাহুমদোইদা পুথোক্তুনা উৎপ্রে। মরম অদুনা ৩ শুবা পাদ লৈরে। টেবল নম্বর ২১ দা নক্ষত্র ২৫ গী অহুমশুবা পাদগী মিংগী অহৌবা ময়েক "দ" ওইগনি হায়না পীরি।

| | | | |
|---|---|---|---|
| (খণ্ডজিনগদবা | কলা ০ | — ২০০ | অহানবা পাদ |
| | কলা ২০০ | — ৪০০ | অনীশুবা পাদ |
| | কলা ৪০০ | — ৬০০ | অহুমশুবা পাদ |
| | কলা ৬০০ | — ৮০০ | মরিশুবা পাদ) |

**নবতারা চক্র শেম্বা ঃ-** অঙাং অসিগী নক্ষত্র ২৫ না জন্ম তরা ওইহন্দুনা মখাগী অসুম্না নবতারা চক্র শেমগনি।

| জন্ম | সম্পদ | বিপদ | ক্ষেম | প্রত্যরি | সাধক | বধ | মিত্র | অতিমিত্র |
|---|---|---|---|---|---|---|---|---|
| ২৫ | ২৬ | ২৭ | ১ | ২ | ৩ | ৪ | ৫ | ৬ |
| ৭ | ৮ | ৯ | ১০ | ১১ | ১২ | ১৩ | ১৪ | ১৫ |
| ১৬ | ১৭ | ১৮ | ১৯ | ২০ | ২১ | ২২ | ২৩ | ২৪ |

**ত্রিপাপ চক্র শেম্বা ঃ-** টেবল নম্বর ১২ কেতুপতাকী চক্রদা জন্ম নক্ষত্র ২৫ গী মপু শনি গ্রহ হায়বদি গ্রহ নম্বর ৭ ওইবনা ৭ না অহৌবা ওইগনি। মথংদা বৃ (৫) ইগনি অসুম্না মথং মথং হঞ্জিন হঞ্জিন ৩৬ শুদ্রিবা ফাওবা ইগনি। মসিনা ত্রিপাপ চক্রগী অহানবা পরেং ওইগনি। মথংগী পরেংদা টেবল নম্বর ২৩ কেতুকুণ্ডলী চক্রদা জন্ম নক্ষত্র ২৫ গী মপু শনি (৭) না অহৌবা ওইরগা মথংদা রবি (১), কেতু (৯) মথং মথং হঞ্জিন হঞ্জিন চহী ৩৬ ফাওবা ইগনি। অহুমশুবা পরেংদা টেবল নম্বর ২৪ দগী নক্ষত্র ২৫ গী মপু রাহু (৮) না অহৌবা ওইরগা মথংদা রবি (১), মঙ্গল (৩) মথং মথং হঞ্জিন হঞ্জিন চহী ৩৬ ফাওবা ইগনি। মখাদা শেল্লিবা ত্রিপাপ চক্র অসি য়েংসি।

**ত্রিপাপ চক্র**

| চহী | ১ | ২ | ৩ | ৪ | ৫ | ৬ | ৭ | ৮ | ৯ | ১০ | ১১ | ১২ | ১৩ | ১৪ | ১৫ | ১৬ | ১৭ | ১৮ |
|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|
| চহী | ৭ | ৫ | ৮ | ৯ | ৬ | ১ | ২ | ৩ | ৪ | ৭ | ৫ | ৮ | ৯ | ৬ | ১ | ২ | ৩ | ৪ |
| পুবা | ৭ | ১ | ৯ | ৪ | ৩ | ৯ | ৫ | ২ | ৯ | ৬ | ৮ | ৯ | ৭ | ১ | ৯ | ৪ | ৩ | ৯ |
| গ্রহশিং | ৮ | ১ | ৩ | ৯ | ২ | ৪ | ৫ | ৬ | ৭ | ৮ | ১ | ৩ | ৯ | ২ | ৪ | ৫ | ৬ | ৭ |
| চহী | ৩৭ | ৩৮ | ৩৯ | ৪০ | ৪১ | ৪২ | ৪৩ | ৪৪ | ৪৫ | ৪৬ | ৪৭ | ৪৮ | ৪৯ | ৫০ | ৫১ | ৫২ | ৫৩ | ৫৪ |

| চহী | ১৯ | ২০ | ২১ | ২২ | ২৩ | ২৪ | ২৫ | ২৬ | ২৭ | ২৮ | ২৯ | ৩০ | ৩১ | ৩২ | ৩৩ | ৩৪ | ৩৫ | ৩৬ |
|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|
| চহী | ৭ | ৫ | ৮ | ৯ | ৬ | ১ | ২ | ৩ | ৪ | ৭ | ৫ | ৮ | ৯ | ৬ | ১ | ২ | ৩ | ৪ |
| পুবা | ৫ | ২ | ৯ | ৬ | ৮ | ৯ | ৭ | ১ | ৯ | ৪ | ৩ | ৯ | ৫ | ২ | ৯ | ৬ | ৮ | ৯ |
| গ্রহশিং | ৮ | ১ | ৩ | ৯ | ২ | ৪ | ৫ | ৬ | ৭ | ৮ | ১ | ৩ | ৯ | ২ | ৪ | ৫ | ৬ | ৭ |
| চহী | ৫৫ | ৫৬ | ৫৭ | ৫৮ | ৫৯ | ৬০ | ৬১ | ৬২ | ৬৩ | ৬৪ | ৬৫ | ৬৬ | ৬৭ | ৬৮ | ৬৯ | ৭০ | ৭১ | ৭২ |

মথক্কী মীওই অসিগী ত্রিপাপ চক্রদা অহানবা চহীদা ৭।৭।৮ হায়বদি শনি/শনি/রাহু লৈবনা ত্রিপাপ দশা ওইরে। মতৌ অসুম্না অহুমশুবা চহীদা রাহু/কেতু/মঙ্গল হায়বা পাপ গ্রহ অহুম পুনবনা অহুমশুবা চহীসু ত্রিপাপ দশা তাবা চহী ওইরে। অসুম্না ঐখোয়না চক্র অসি য়েংদুনা ত্রিপাপ দশা তাবা চহীশিং পুথোকপা য়ারে।

(মথক্কী গ্রহশিংগী মশীংনা ইরিবা অসি অহৌবা ময়েক র, চ, ম, বু, বৃ, শু, রা, কে হায়না ইবসু চৎনৈ।)

ষন্নাড়ী চক্র, বর্ণ, গণ, নবতারা চক্র অমদি ত্রিপাপ দশা চক্রগী মতাংদা মথক্কী খুদমদগী লায়না খঙবা ঙম্লগনি হায়না লৌবনা মখা তানা অমুক নৈনদবা য়ারে। অদুবু যামার্দ্ধ পুথোকপগী মতাংদদি দিবাগী যামার্দ্ধ পুথোকপতমক নৈনখিবা মরম্না মপূং ফাবা ব্রাংলি। রাত্রিগী যামার্দ্ধ করম্না পুথোক্কদগে হায়বদু মখাগী খুদম অসিদগী খঙবা ঙম্মবা হোৎনসি।

**খুদম** ঃ- ২০০৩ দিসেম্বরগী তাং ৫ গী নোংয়াই মতুং পুং ৩ মিনিট ২০ দা ইম্ফালদা পোকপা অঙাং অমগী যামার্দ্ধ, দণ্ড অমদি দণ্ডপতি পুথোকসি।

অইবগী মণিপুরদা নুমিৎ থোকপা অমদি তাবগী মতম পুথোকপা হায়বা লাইরিক্কী লামায় ৩৭ তা নুমিৎ অসিগী দিবা ২৬।২১।৩০, রাত্রি দং ৩৩।৩৮।৩০ অদুগা নুমিৎ থোকপনা পুং ৫।৪৮।০৩ নি হায়না পীরি।

তরাহুমদোইশুবা তাঙ্কক্কী জন্মদণ্ড পুথোকপগী অহুমশুবা খুদমগী মতুংইন্না অঙাং পোকপা মতম জন্মদণ্ড ৫৩।৫০ নি হায়না পুথোকপ্রে। হায়রিবা জন্মদণ্ড অসি দিবাগী শরুক লোইদুনা রাত্রিদা কয়াম চংশিল্লবগে হায়বদু মখাগী অসুম্না য়েংলে।

| | | |
|---|---|---|
| | জন্ম দণ্ড | ৫৩।৫০।০০ |
| (-) | দিবা দণ্ড | ২৬।২১।৩০ |
| | দং | ২৭।২৮।৩০ |

অঙাং পোকপা মতম অসি রাত্রিদা দণ্ড ২৭।২৮।৩০ চংশিল্লে।

হৌজিক রাত্রি দং ৩৩।৩৮।৩০ অসি মখাগী অসুম্না থুগাইদুনা থমসি।

রাত্রি ২ | দং ৩৩।৩৮।৩০ যামার্দ্ধ ৮
২ | ১৬।৪৯।১৫ যামার্দ্ধ ৪
২ | ৮।২৪।৩৮ যামার্দ্ধ ২
২ | ৪।১২।১৯ যামার্দ্ধ ১
২ | ২।০৬।০৯ দণ্ড ২
১।০৩।০৫ দং ১

| | |
|---|---|
| যামার্দ্ধ ৪ গী অরোইবা দং | ১৬।৪৯।১৫ |
| (+) যামার্দ্ধ ২ গী অরোইবা দং | ৮।২৪।৩৮ |
| যামার্দ্ধ ৬ গী অরোইবা দং | ২৫।১৩।৫৩ |
| (+) দণ্ড ২ গী অরোইবা দং | ২।০৬।০৯ |
| দং | ২৭।২০।০২ |

যামার্দ্ধ ৬ লোইরবা মতুংদা ৭ শুবা যামার্দ্ধগী দণ্ড ২ চংলবা ফাওবা অণ্ডাং পোকপগী মতম্না রাত্রিদা চংশিল্লকপা দং ২৭।২৮।৩০ য়ৌগদবা ৱাংলি। দণ্ড অমগী শরুক হায়বদি দং ১।০৩।০৫ হাপ্লবদি অণ্ডাং পোকপগী মতম্না রাত্রিদা চংশিল্লকপগী শরুক য়ৌরগনি। মরম অদুনা অণ্ডাং পোকপা মতমদা রাত্রিগী যামার্দ্ধ ৭ কী দণ্ড অহম চংলগনি।

মপলশুবা তাঙ্কক্কী টেবল নম্বর ৮ দগী

| | | |
|---|---|---|
| ২০০০ গী Key degit | = | ১ |
| অহেনবা চহী ৩ গী Key degit | = | ৩ |
| দিসেম্বর থাগী Key degit | = | ৪ |
| অপীবা তারিখ | = | ৫ |
| | | ১৩ |

১৩ বু ৭ না য়েনবদা ৬ লেম্বনা নোংমাইজিংদগী থীবদা তরুকশুবা নুমিত্তি ইরাই তারে।

টেবল নম্বর ১৬ তগী শুক্রবারগী রাত্রিগী ৭ শুবা যামার্দ্ধ চন্দ্র ওইরে।

টেবল নম্বর ১৭ তগী চন্দ্রগী অহমশুবা দণ্ডদি বরুণ ওইরে।

টেবল নম্বর ১৮ দগী রাত্রিগী চন্দ্রগী অহমশুবা দণ্ডগী মপুদি বৃহস্পতি ওইরে।

### তরামঙাশুবা তাঙ্কক

## সপ্তবর্গগী মরমদা নৈনবা

কুঠি অমদা গ্রহশিংনা মখোয় মখোয়না রাশি অমগী অকক্লবা মফম অমদা লৈবগী মতুংইন্না মখোয় মখোয়না পীফম থোকপা অফবা নৎত্রগা ফত্তবগী ফল অদু হেনগৎহল্লি নৎত্রগা হন্থহল্লি। মখোয়না মশাগী ময়ুমগী শরুক্তা, উচ্চ ওইবা শরুক্তা, চানবা মরূপকী শরুক্তা লৈরবদি মখোয়গী পাঙ্গল হেনগৎলি। অদুগা নীচ্চ ওইবা শরুক্তা, য়েক্লবগী শরুক্তা লৈরগনা মপাঙ্গল শোৎহে। অসিগুম্বা শরুকশিং থিনবগীদমক্তা জোডিএকপু শরুক কয়ামুক থোক্লা। খায়দোক্কুনা গ্রহশিংগী লৈফম পুথোকই। অসিগুম্বা শরুকশিং অসিবু ঐখোয়না বর্গশিং হায়না খঙনৈ। বৃহত্পরাশর হোরা শাস্ত্রদা বর্গ ১৬ কী মরমদা নৈনবা থেংনৈ। অদুবু বর্গগী মশীং অসি শীজিন্নরিবা মীওই মীওইগী মখা পোল্লি। মীওই খরনা বর্গ তরুক (ষড়বর্গ) শীজিন্নদুনা অদুগা মীওই খরনা বর্গ তরা (দশবর্গ) শীজিন্নদুনা কুঠি য়েংবা চৎনৈ । গ্রহশিংগী পাঙ্গল (গ্রহ বল) পুথোক্লবগীদমক্তা সপ্তবর্গ (বর্গ তরেৎ) শীজিন্নে।

ষড়বর্গ হায়রগা (১) রাশি (২) হোরা (৩) দ্রেক্কাণ (৪) সপ্তাংশ (৫) নবাংশ (৬) ত্রিংশাংশ হায়বা বর্গ তরুকপু খঙনৈ।

সপ্তবর্গ হায়রগা ঐখোয়না (১) রাশি (২) হোরা (৩) দ্রেক্কাণ (৪) সপ্তাংশ (৫) নবাংশ (৬) দ্বাদশাংশ অমদি (৭) ত্রিংশাংশবু খঙনৈ। দশবর্গ হায়রগা (১) রাশি (২) হোরা (৩) দ্রেক্কাণ (৪) সপ্তাংশ (৫) নবাংশ (৬) দশাংশ (৭) দ্বাদশাংশ (৮) ষোড়শাংশ (৯) ত্রিংশাংশ (১০) ষষ্ঠ্যাংশবু খঙনৈ।

ষোড়শবর্গ হায়রগা (১) রাশি (২) হোরা (৩) দ্রেক্কাণ (৪) চতুর্থাংশ (তুর্যাংশ) (৫) সপ্তাংশ (৬) নবাংশ (৭) দশাংশ (৮) দ্বাদশাংশ (৯) ষোড়শাংশ (১০) বিংশাংশ (১১) চতুর্বিংশাংশ (১২) সপ্তবিংশাংশ (১৩) ত্রিংশাংশ (১৪) খবেদাংশ (১৫) অক্ষবেদাংশ (১৬) ষষ্ঠ্যাংশবু খঙনৈ।

কুঠি য়েংবা মতমদা গ্রহশিংগী মপাঙ্গল (বল) পুথোক্তুনা য়েংবা হায়বসি য়াম্নমক তঙাইফদবা ওইবনা সপ্তবর্গগী মরমদা তাক্কক অসিদা নৈনগনি।

**১ রাশি বর্গ (D–I) ঃ-** জোডিএকপু শরুক ১২ থোক্লা খায়দোক্লগা ফংলিবা ৩০° পাকপা শরুক অমবু রাশি অমা কৌই। রাশি ১২ গী মমিং অমদি রাশি চক্রনচিংবগী মরমদা মথক্কী তাক্কশিংদা নৈনখ্রে। বর্গ পূম্নমক্তগী রাশি বর্গনা খ্বাইদগী মপুং ফাবা হেল্লি। মসিবু ঐখোয়না Divisional Chart-I শম্না D-I হায়না খঙনৈ। রাশি চক্রদগী মীওই অদুগী ফিভম-মূর্ত্তি-মশা মউ ফবা-ফত্তবনচিংবা খঙবা ঙমই। গ্রহশিংগী মশাগী মযুম ওইবা রাশি (স্বক্ষেত্র), লৈবদা খ্বাইদগী হেন্না মতিক ময়াই ফোঙদোকপা রাশি (উচ্চ স্থান), লৈবদা পেনজবা মফম (মুলত্রিকোণ স্থান), মতিক-মঙাল মাংবা মফম (নীচ্চ স্থান) নচিংবশিং লৈ। মসি মখাগী টেবলদা উৎলি।

**টেবল নম্বর—২৫**

**(স্বক্ষেত্র, উচ্চ স্থান, নীচ্চ স্থাননচিংবা তাক্লবা)**

| গ্রহ | স্বক্ষেত্র | উচ্চ স্থান | মূলত্রিকোণ | নীচ্চ স্থান |
|---|---|---|---|---|
| ১ রবি | সিংহ | মেষ | সিংহ | তুলা |
| ২ চন্দ্র | কর্কট | বৃষ | বৃষ | বৃশ্চিক |
| ৩ মঙ্গল | মেষ, বৃশ্চিক | মকর | মেষ | কর্কট |
| ৪ বুধ | মিথুন, কন্যা | কন্যা | কন্যা | মীন |
| ৫ বৃহস্পতি | ধনু, মীন | কর্কট | ধনু | মকর |
| ৬ শুক্র | বৃষ, তুলা | মীন | তুলা | কন্যা |
| ৭ শনি | মকর, কুম্ভ | তুলা | কুম্ভ | মেষ |

রবি অমদি চন্দ্র নত্তনা লেমহৌরিবা গ্রহ ৫ গী ময়ুম অনী/অনী লৈ। খুদম ওইনা মঙ্গল গ্রহ অসি মেষ অমদি বৃশ্চিক হায়বা তোঙানবা রাশি অনীগী মপু ওই। মেষনা তুমাশুদবা রাশিনি অদুগা বৃশ্চিক্কা তুমাশুবা রাশিনি। মতৌ অসুম্না বুধ, বৃহস্পতি, শুক্র অমদি শনি হায়বা গ্রহশিং অসিগীসু তুমাশুদবা অমদি তুমাশুবা ময়ুম অনী/অনী লৈ হায়বা মথক্কী টেবলদগী খঙবা ঙম্মগনি।

ঐখোয় মীওইবগী মরূপ, য়েক্কবা অমদি মরূপসু নত্তবা য়েক্কবসু ওইদবা চুম্না শক্তমক খঙনবা মীওইশিং লৈবগুম্ম গ্রহশিং অসিগীসু মরুপ ওইবা, য়েক্ক বা ওইবা অমদি শক্তমক খঙনবা (Neutral) গ্রহশিং লৈ। গ্রহশিংনা মরূপকী য়ুমদা লৈরবদি হরাওজে-নুংঙাইজে অদুগা য়েক্কবগী য়ুমদা লৈরগনা খোইরাং-খোইশাওনৈ অমদি অফবা ফল পীদে। মহৌশাগী ওইবা গ্রহশিংগী লৈনবা মরীগী টেবল অমা মখাদা পীরি।

**টেবল নম্বর—২৬**

**(গ্রহশিংগী মহৌশাগী ওইবা মরী তাক্লবা)**

| গ্রহ | মরূপ | য়েক্কবা | শক্তমক খঙনবা |
|---|---|---|---|
| রবি | চন্দ্র, মঙ্গল বৃহস্পতি | শুক্র, শনি | বুধ |
| চন্দ্র | রবি, বুধ | লৈতে | মঙ্গল, বৃহস্পতি, শুক্র, শনি |
| মঙ্গল | রবি, চন্দ্র বৃহস্পতি | বুধ | শুক্র, শনি |
| বুধ | রবি, শুক্র | চন্দ্র | মঙ্গল, বৃহস্পতি শনি |
| বৃহস্পতি | রবি, চন্দ্র মঙ্গল | বুধ, শুক্র | শনি |
| শুক্র | বুধ, শনি | রবি, চন্দ্র | মঙ্গল, বৃহস্পতি |
| শনি | বুধ, শুক্র | রবি, চন্দ্র মঙ্গল | বৃহস্পতি |
| রাহু | শুক্র, শনি | রবি, চন্দ্র, মঙ্গল | বুধ, বৃহস্পতি |
| কেতু | রবি, চন্দ্র মঙ্গল | শুক্র, শনি | বুধ, বৃহস্পতি |

সপ্তবর্গী বর্গ খুদিংমক করম্না পুখোক্কদগে হায়বদু খুদমগা লোয়ননা নৈনগনি। নৌখৎলিবা খুদম্না তরেৎশুবা অমদি নিপানশুবা তাক্কো য়াওরিবা তাং ১৫ এপ্রিল ২০০৭ কী অয়ুক পুং ৯.৩০ দা শুবাহাতিদা পোকখিবা অঙাংগী লগ্ন অমদি গ্রহশিংগী স্ফুটশিং অদুনি। নৌহৌনা অমুক নিংশিংনবগী দমক্তা মখাদা লগ্ন অমদি গ্রহশিংগী স্ফুট পীরি।

লগ্ন ২।১২°।১৭′ রবি ০।০০°।৫২′ চন্দ্র ১০।২৮°।০৭′
মঙ্গল১০।১২°।৪৮′ বুধ ১১।১৩°।০৫′ বৃহস্পতি ৭।২৫°।৪২R
শুক্র ১।০৯°৩৮′ শনি৩।২৪°।১৩R রাহু ১০।২০°।১২′
কেতু ৪।২০°।১২′

হৌজিক অঙাং অসিগী লগ্ন অমদি গ্রহশিং রাশি চক্রদা থমসি।

লগ্নগী রাশি নম্বর ২ হায়বদি মিথুন ওইবনা মিথুন রাশিদা লং (লগ্ন) ইরে। রবিনা রাশি ০ দা লৈবনা মেষ রাশিদা ১ (রবি) থম্লে। চন্দ্র, মঙ্গল অমদি রাহুনা রাশি ১০ দা লৈবনা কুম্ভ রাশিদা ২ (চন্দ্র), ৩ (মঙ্গল) অমদি ৮ (রাহু) থম্লে। বুধনা রাশি ১১ দা লৈবনা মীন রাশিদা ৪ (বুধ) ইরে। বৃহস্পতিনা রাশি ৭ দা লৈবনা বৃশ্চিক রাশিদা ৫ (বৃহস্পতি) থম্লে। শুক্রনা রাশি ১ ওইবনা বৃষ রাশিদা ৬ (শুক্র) থম্লে। শনিনা রাশি ৩ ওইবনা কর্কট

| | বৃষ | মেষ | মীন | |
|---|---|---|---|---|
| মিথুন | ৬ লং | ১ | ৪ ২৩ ৮ | কুম্ভ |
| কর্কট | ৭ | | | মকর |
| সিংহ | ৯ | | ৫ | ধনু |
| | কন্যা | তুলা | বৃশ্চিক | |

রাশি চক্র

রাশিদা ৭ (শনি) লৈরগনি। কেতুনা রাশি ৪ ওইবনা সিংহ রাশিদা ৯ (কেতু) লৈরগনি। অসুম্না গ্রহ অমদি লগ্ন মফম চানা থমদুনা রাশি চক্র য়েক্কনি। মতাং অসিদা ঐখোয়না অহানবা তাক্কী টেবল নম্বর ১ অমদি ৩ দা পীখিবা রাশি অমদি গ্রহশিংগী মশীং নিংশিংগদবনি।

২ হোরা (D–2) ঃ- জোডিএকপু শরুক ২৪ খোক্লা খাইদোক্লগা ফংলিবা শরুক অমবু হোরা কৌই। রাশি খুদিংদা হোরা অনী/অনী লৈ। রাশি অমগী অহানবা তঙ্খায় হায়বদি ০°–১৫° বু অহানবা হোরা অদুগা অনীশুবা তঙ্খায় হায়বদি ১৫°–৩০° বু অনীশুবা হোরা কৌই। তুমাশুদবা রাশিশিং (odd sign) হায়বদি মেষ, মিথুন, সিংহ, তুলা, ধনু অমদি কুম্ভগী অহানবা হোরাগী মপুনা রবি গ্রহনা ওইগনি অদুগা অনীশুবা হোরাগী মপুনা চন্দ্র গ্রহনা ওইগনি। তুমাশুবা রাশিশিং (Even sign) হায়বদি বৃষ, কর্কট, কন্যা, বৃশ্চিক, মকর অমদি মীনগী অহানবা হোরাগী মপুনা চন্দ্র গ্রহনা ওই অদুগা অনীশুবা হেরাগী মপুনা রবি গ্রহনা ওই। রবিগী হোরা হায়রগা রবিগী ময়ুম (স্বক্ষেত্র) সিংহ রাশি খঙনগনি অদুগা চন্দ্রগী হোরা হায়রগা চন্দ্রনা মপু ওইবা রাশি কর্কট খঙনগনি। হোরা বর্গবু ঐখোয়না D-2 হায়না খঙনৈ। বর্গ অসিদগী ঐখোয়না মীওই অমগী মচাক মরল অমদি নুংঙাই য়াইফবনচিংবা য়েংগনি। D-2 পুথোক্লবা টেবল অমা মখাদা পীরি।

### টেবল নম্বর–২৭
### (হোরা (D–2) পুথোক্লবা )

| ডিগ্রী | রাশি<br>মেষ, মিথুন, সিংহ<br>তুলা, ধনু, কুম্ভ | রাশি<br>বৃষ, কর্কট, কন্যা<br>বৃশ্চিক, মকর, মীন |
|---|---|---|
| ০°–১৫° | সিংহ | কর্কট |
| ১৫°–৩০° | কর্কট | সিংহ |

মথক্কী অঙাংগী হোরা চক্র য়েকসি।

লগ্ন তুমাশুদবা রাশি মিথুনগী ১২°১৭′ ওইবনা রবিগী হোরা সিংহ রাশিদা থম্লে। রবি মেষগী অহানবা হোরা ওইবনা সিংহ রাশিদা থম্লে। চন্দ্র

তুমাশুদবা রাশি কুম্ভ রাশিগী অনীশুবা হোরা ওইবনা কর্কট রাশিদা থল্লে। মঙ্গল কুম্ভগী অহানবা হোরা ওইবনা সিংহ রাশিদা থল্লে। অসুম্না গ্রহ খুদিংগী হোরা বর্গ পুথোক্তুনা মখাদা হোরা চক্র য়েক্লে।

বৃষ মেষ মীন
মিথুন কুম্ভ
কর্কট ৬ ২৪ ৯ ৮ মকর
সিংহ লং ১৩৫৭ ধনু
কন্যা তুলা বৃশ্চিক

হোরা চক্র

৩ দ্রেক্কাণ (D–3) ঃ- জোডিএকপু শরুক ৩৬ থোক্না খায়দোক্লগা ফংলিবা শরুক অমবু দ্রেক্কাণ কৌই। রাশি খুদিংগী দ্রেক্কাণ অহুম/অহুম লৈ। দ্রেক্কাণ অমগী অপাকপা ১০° ওই। বর্গ অসিদগী ঐখোয়না মীওই অদুগী মচিন-মনাওশিংগী পোকপা-শিবা অমদি মীওই অদুগা মচিন-মনাওশিংগা

**টেবল নম্বর—২৮**

**(দ্রেক্কান (D–3) পুথোক্লবা )**

| রাশি → / ডিগ্রী ↓ | মেষ | বৃষ | মিথুন | কর্কট | সিংহ | কন্যা | তুলা | বৃশ্চিক | ধনু | মকর | কুম্ভ | মীন |
|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|
| ০°—১০° | মেষ | বৃষ | মিথুন | কর্কট | সিংহ | কন্যা | তুলা | বৃশ্চিক | ধনু | মকর | কুম্ভ | মীন |
| ১০°—২০° | সিংহ | কন্যা | তুলা | বৃশ্চিক | ধনু | মকর | কুম্ভ | মীন | মেষ | বৃষ | মিথুন | কর্কট |
| ২০°—৩০° | ধনু | মকর | কুম্ভ | মীন | মেষ | বৃষ | মিথুন | কর্কট | সিংহ | কন্যা | তুলা | বৃশ্চিক |

নৈনবা অকবা নংত্রগা কত্তবা মরিনচিংবগী মরমদা য়েংগনি। ২২ শুবা দ্রেক্কাণগী মীওই অদুগী শিবগী মরম্নচিংবসু য়েংনৈ। অহানবা দ্রেক্কাণ নৈবা লগ্ন নংত্রগা গ্রহ অদু রাশি মশামক অদুদা নৈগনি। অনীশুবা দ্রেক্কাণ নৈবা লগ্ন নংত্রগা গ্রহনা রাশি অদুদগী থীবদা ৫ শুবা রাশিদা নৈগনি। রাশি অমগী অহুমশুবা দ্রেক্কাণ নৈবা লগ্ন নংত্রগা গ্রহনা রাশি অদুদগী ৯ শুবা রাশিদা নৈগনি। দ্রেক্কাণ পুথোক্লবা টেবল লমায় ১৫৬ তা পীখ্রে।

মথক্কী অঙাংগী দ্রেক্কাণ চক্র য়েকসি।

লগ্ন মিথুনগী অনীশুবা দ্রেক্কাণ ওইবনা মিথুনদগী ৫ শুবা রাশি তুলাদা নৈরে। রবি মেষগী অহানবা দ্রেক্কাণ ওইবনা মেষ মশাদা নৈরে। চন্দ্র কুম্ভগী অহুমশুবা দ্রেক্কাণ ওইবনা কুম্ভদগী মাপলশুবা রাশি তুলাদা নৈরে। অসুম্না গ্রহ খুদিংগী দ্রেক্কাণ পুথোক্লুনা দ্রেক্কাণ চক্র য়েক্লে।

| | বৃষ | মেষ | মীন | |
|---|---|---|---|---|
| মিথুন | ৬<br>৩ | ১<br>৯ | ৭ | কুম্ভ |
| কর্কট | ৪৫ | | | মকর |
| সিংহ | | লং<br>২<br>৮ | | ধনু |
| | কন্যা | তুলা | বৃশ্চিক | |

দ্রেক্কাণ চক্র

৪ সপ্তাংশ (D–7) ঃ- জোডিএকপু শরুক ৮৪ থোক্লা খায়দোক্লগা হায়বদি রাশি অমবু শরুক ৭ থোক্লা খায়দোক্লগা ফংলিবা ৪°১৭.১৫′ পাক্লা শন্দোক্লুনা নৈরিবা জোডিএক্কী শরুক অমবু সপ্তাংশ কৌই। বর্গ অসিদগী মীওই অমগী মচা মশুগী মরমদা য়েংগনি। নুপীগী সপ্তাংশ বর্গ য়েংলগা মপুরোইবগী মচাক মরল অমদি মরাইবক ফবা অমদি ফত্তবনচিংবা খঙবা ঙমই হায়না মত পীবা এষ্ট্রোলোজরশিংসু লৈ। তুমাশুদবা রাশিশিংগী ওইনদি

লগ্ন নৎক্ৰেগা গ্ৰহ মশানা লৈরিবা রাশি অদুদগী হৌবা হৌগনি অদুগা তুমাশুবা রাশিশিংগী ওইনদি গ্ৰহ নৎক্ৰেগা লগ্ননা লৈরিবা রাশিদগী হৌবদা তাবা ৭ শুবা রাশিদগী হৌবা হৌগনি। মখাগী সপ্তাংশ পুথোক্লবগী টেবলসি য়েংসি।

## টেবল নম্বর—২৯

### (সপ্তাংশ পুথোক্লবা )

| রাশি / ডিগ্ৰী | মেষ | বৃষ | মিথুন | কৰ্কট | সিংহ | কন্যা | তুলা | বৃশ্চিক | ধনু | মকর | কুম্ভ | মীন |
|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|
| ৪°১৭.১' ফাওবা | মেষ | বৃশ্চিক | মিথুন | মকর | সিংহ | মীন | তুলা | বৃষ | ধনু | কৰ্কট | কুম্ভ | কন্যা |
| ৮°৩৪.৩' ফাওবা | বৃষ | ধনু | কৰ্কট | কুম্ভ | কন্যা | মেষ | বৃশ্চিক | মিথুন | মকর | সিংহ | মীন | তুলা |
| ১২°৫১.৪' ফাওবা | মিথুন | মকর | সিংহ | মীন | তুলা | বৃষ | ধনু | কৰ্কট | কুম্ভ | কন্যা | মেষ | বৃশ্চিক |
| ১৭°৮.৬' ফাওবা | কৰ্কট | কুম্ভ | কন্যা | মেষ | বৃশ্চিক | মিথুন | মকর | সিংহ | মীন | তুলা | বৃষ | ধনু |
| ২১°২৫.৭' ফাওবা | সিংহ | মীন | তুলা | বৃষ | ধনু | কৰ্কট | কুম্ভ | কন্যা | মেষ | বৃশ্চিক | মিথুন | মকর |
| ২৫°৪২.৯' ফাওবা | কন্যা | মেষ | বৃশ্চিক | মিথুন | মকর | সিংহ | মীন | তুলা | বৃষ | ধনু | কৰ্কট | কুম্ভ |
| ৩০°০০' ফাওবা | তুলা | বৃষ | ধনু | কৰ্কট | কুম্ভ | কন্যা | মেষ | বৃশ্চিক | মিথুন | মকর | সিংহ | মীন |

হৌজিক অমুক মথক্কী অজাং অসিগী সপ্তাংশ পুথোক্লুনা সপ্তাংশ চক্র য়েকসি।

লগ্ন অসি মিথুন রাশি (তুমাশুদবা রাশি) গী ১২°১৭' হায়বদি অহুমশুবা সপ্তাংশ ওইবনা মিথুন মশাদগী থিবদা অহুমশুবা রাশি সিংহদা লৈগনি। রবি তুমাশুদবা রাশি মেষগী অহানবা সপ্তাংশ ওইবনা মেষ মশাদা লৈগনি। চন্দ্ৰ তুমাশুদবা রাশি কুম্ভগী ২৮°০৭' হায়বদি ৭ শুবা সপ্তাংশ

ওইবনা কুম্ভদগী থীবদা ৭ শুবা রাশি সিংহদা লৈরে। মতৌ অসুম্না মঙ্গল কুম্ভদগী থীবদা ৩ শুবা রাশি মেষদা লৈরে। বুধ তুমাশুবা রাশি মীনগী মরিশুবা সপ্তাংশ ওইবনা মিনদগী ৭ শুবা রাশি কন্যাদগী থীবা হৌগনি। কন্যাদগী ৪ শুবা রাশি ধনুদা বুধ লৈরগনি। অসুম্না লেমহৌরিবা গ্রহশিংগীসু সপ্তাংশ থীদুনা ঐখোয়না মখাদা সপ্তাংশ চক্র য়েক্লে।

| | | | | |
|---|---|---|---|---|
| | বৃষ | মেষ | মীন | |
| মিথুন | ৭ ৮ | ১ ৩ | | কুম্ভ |
| কর্কট | | | ৬ | মকর |
| সিংহ | লং ২ | ৫ | ৪ ৯ | ধনু |
| | কন্যা | তুলা | বৃশ্চিক | |

সপ্তাংশ চক্র

**৫ নবাংশ (D–9) :-** জোডিএকপু শরুক ১০৮ খোক্লা খায়দোক্লগা হায়বদি রাশি অমবু শরুক ৯ খোক্লা খায়দোক্লগা ফংলিবা শরুক অমবু নবাংশ কৌই। নবাংশ অমগী অপাকপা ৩°২০′ ওই। ঐখোয়না তরাশুবা তাঙ্কক্কী অহৌবা শরুক্তা জোডিএক্তা নক্ষত্রগী পাদ ১০৮ না শন্দোক্নুনা লৈ হায়বা খঙল্রে। নক্ষত্রগী পাদ ১০৮ গা নবাংশ ১০৮ গা মান্নবা মরম্না বর্গ অসিবু হিন্দুশিংনা য়াম্না মরুওইবা বর্গনি হায়না লৌই। রাশি চক্রগী হেক মথংদা মপুংফাবা চক্রদি নবাংশনি হায়না লৌদুনা কুঠি য়েংবা মতমদা শীজিন্নে। নুপাগী নবাংশ চক্রদগী নুপীগী মরম য়েংগনি অদুগা নুপীগী নবাংশ চক্রদগী মাগী মপুরোইবগী মরম য়েংগনি।

নবাংশ পুথোক্লবগী নিয়ম কয়ামুক লৈ। মখোয়গী মরক্তগী অচম্বা অরায়বা নিয়ম অমখক লৌখৎলগা মখাদা নৈনরি।

গ্রহ নৎত্রগা লগ্ন অদুনা চর রাশিদা লৈরবদি রাশি মশামক অদুদগী নবাংশ মশীং থীবা হৌগনি। স্থির রাশিদা লৈরগনা ৯ শুবা রাশিদগী থীবা

হৌগনি অদুগা দ্ব্যাত্মক রাশিদা লৈবা লগ্ন নৎত্রগা গ্রহগীনা ৫ শুবা রাশিদগী থীবা হৌগনি। চর, স্থির অমদি দ্ব্যাত্মক রাশিগী মরমদা তরুকশুবা তাক্কত্তা নৈনগ্রে।

## টেবল নম্বর—৩০
## (নবাংশ পুথোক্লবা )

| নবাংশ | ডিগ্রী | মেষ<br>সিংহ<br>ধনু | বৃষ<br>কন্যা<br>মকর | মিথুন<br>তুলা<br>কুম্ভ | কর্কট<br>বৃশ্চিক<br>মীন |
|---|---|---|---|---|---|
| অহানবা | ০°০′ – ৩°২০′ | মেষ | মকর | তুলা | কর্কট |
| অনীশুবা | ৩°২০′ – ৬°৪০′ | বৃষ | কুম্ভ | বৃশ্চিক | সিংহ |
| অহুমশুবা | ৬°৪০′ –১০°০০′ | মিথুন | মীন | ধনু | কন্যা |
| মরিশুবা | ১০°০০′– ১৩°২০′ | কর্কট | মেষ | মকর | তুলা |
| মঙাশুবা | ১৩°২০′– ১৬°৪০′ | সিংহ | বৃষ | কুম্ভ | বৃশ্চিক |
| তরুকশুবা | ১৬°৪০′–২০°০০′ | কন্যা | মিথুন | মীন | ধনু |
| তরেৎশুবা | ২০°০০′–২৩°২০′ | তুলা | কর্কট | মেষ | মকর |
| নিপানশুবা | ২৩°২০′– ২৬°৪০′ | বৃশ্চিক | সিংহ | বৃষ | কুম্ভ |
| মাপলশুবা | ২৬°৪০′–৩০°০০′ | ধনু | কন্যা | মিথুন | মীন |

মথক্কী অঙাংগী নবাংশ পুথোক্লুনা নবাংশ চক্র য়েক্লবা হোৎনসি।

লগ্ন মিথুন (দ্ব্যাত্মক) রাশিগী মরিশুবা নবাংশ ওইবনা মিথুন রাশিদগী ৫ শুবা রাশি তুলাদগী থিবদা মরিশুবা রাশি মকরদা লৈগনি। রবি চর রাশি মেষগী অহানবা নবাংশ ওইবনা মেষ মশাদা অদু লৈরে। চন্দ্র স্থির রাশিদা লৈবনা চন্দ্রনা লৈরিবা রাশি কুম্ভদগী ৯ শুবা রাশি তুলাদগী থীবা হৌগনি। চন্দ্রনা ২৮°০৭′ হায়বদি মাপলশুবা নবাংশ ওইবনা তুলাদগী ৯ শুবা রাশি মিথুনদা চন্দ্র লৈগনি। শনি চর রাশি কর্কট তা লৈবনা কর্কট মশাদগী থীবা হৌগনি। কর্কট ৩ দগী থীবদা ৮ শুবা রাশি কুম্ভদা শনি লৈরে। অসুম্না লেমহৌরিবা গ্রহ খুদিংগী নবাংশ থীদুনা পুথোক্লবা মতুংদা মখাগী অসুম্না নবাংশ চক্র য়েক্লনি।

| | বৃষ | মেষ | মীন | |
|---|---|---|---|---|
| মিথুন | ২ | ১<br>৮ | ৬<br>৫৭ | কুম্ভ |
| কর্কট | | | লং<br>৩ | মকর |
| সিংহ | | ৪<br>৯ | | ধনু |
| | কন্যা | তুলা | বৃশ্চিক | |

নবাংশ চক্র

করিগুম্বা গ্রহ নৎত্রগা লগ্ননা রাশি চক্র অমদি নবাংশ চক্র অনীমক্তা রাশি মশা অমতদা লৈরবদি বর্গোত্তম ওইবা কৌই। অসিগুম্বা লগ্ন নৎত্রগা গ্রহ অদু মপাঙ্গল লৈ হায়না লৌনৈ। খুদম ওইনা মথক্কী অঙাং অসিগী ওইনা রবি গ্রহ অসি রাশি চক্রদসু নবাংশ চক্রদসু মেষ রাশিদা লৈবনা বর্গোত্তম ওইরে। উচ্চ ওইবা রাশি মেষতা লৈবনসু অমুক্তা হেন্না অফবা মপাঙ্গল লৈবা গ্রহ ওইগনি। চর রাশিগী অহানবা নবাংশ হায়বদি ০°—৩°২০′ দা লৈবা গ্রহ নৎত্রগা লগ্ন বর্গোত্তম ওইগনি। স্থির রাশিগী ৫ শুবা নবাংশ (১৩°২০°--১৬°৪০′) দা অদুগা দ্ব্যাত্মক রাশিগী অরোইবা নবাংশ (২৬°৪০′--৩০°০০′) দা লৈবা গ্রহ নৎত্রগা লগ্ন বর্গোত্তম ওইগনি।

**৬ দ্বাদশাংশ (D–12) ঃ-** জোডিএকপু শরুক ১৪৪ নৎত্রগা রাশি অমবু শরুক ১২ থোক্লা খাইদোক্লগা ফংলিবা শরুক অমবু দ্বাদশাংশ কৌই। বর্গ অসিদগী মীওই অমগী মপা-মমাগী মরমদা য়েংগনি। লগ্ন নৎত্রগা গ্রহ অদুনা লৈরিবা রাশিদগী থীবা হৌগনি। দ্বাদশাংশ অমগী অপাকপা ২°৩০′ নি।

মথক্কী অঙাংগী দ্বাদশাংশ পুথোক্কুনা মসিগী চক্র য়েকসি।

লগ্ন অসি মিথুন রাশিগী ৫ শুবা দ্বাদশাংশ ওইবনা মিথুনদগী ৫ শুবা রাশি তুলাদা লৈরে। রবি মেষকী অহানবা দ্বাদশাংশ ওইবনা মেষ মশাদা লৈরে। চন্দ্র কুম্ভগী ১২ শুবা দ্বাদশাংশ ওইবনা কুম্ভদগী ১২ শুবা রাশি মরকদা লৈরে। মঙ্গল কুম্ভদগী তরুকশুবা রাশি কর্কটদা লৈরে। বুধ মীনদগী ৬ শুবা

রাশি সিংহনা লৈরে। অসুম্না লেমহৌরিবা গ্রহ খুদিংগী দ্বাদশাংশ পুখোক্লুনা মখাগী দ্বাদশাংশ চক্র শেম্মে।

মখাদা দ্বাদশাংশ পুখোক্লবগী টেবল পীরি।



দ্বাদশাংশ চক্র

### টেবল নম্বর—৩১ (দ্বাদশাংশ পুখোক্লবা)

| নবাংশ | ডিগ্রী | মেষ | বৃষ | মিথুন | কর্কট | সিংহ | কন্যা | তুলা | বৃশ্চিক | ধনু | মকর | কুম্ভ | মীন |
|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|
| ১বা | ০°০' – ২°৩০' | ০ | ১ | ২ | ৩ | ৪ | ৫ | ৬ | ৭ | ৮ | ৯ | ১০ | ১১ |
| ২বা | ২°৩০' – ৫°০০' | ১ | ২ | ৩ | ৪ | ৫ | ৬ | ৭ | ৮ | ৯ | ১০ | ১১ | ০ |
| ৩বা | ৫°০০' – ৭°৩০' | ২ | ৩ | ৪ | ৫ | ৬ | ৭ | ৮ | ৯ | ১০ | ১১ | ০ | ১ |
| ৪বা | ৭°৩০' –১০°০০' | ৩ | ৪ | ৫ | ৬ | ৭ | ৮ | ৯ | ১০ | ১১ | ০ | ১ | ২ |
| ৫বা | ১০°০০' –১২°৩০' | ৪ | ৫ | ৬ | ৭ | ৮ | ৯ | ১০ | ১১ | ০ | ১ | ২ | ৩ |
| ৬বা | ১২°৩০' –১৫°০০' | ৫ | ৬ | ৭ | ৮ | ৯ | ১০ | ১১ | ০ | ১ | ২ | ৩ | ৪ |
| ৭বা | ১৫°০০' –১৭°৩০' | ৬ | ৭ | ৮ | ৯ | ১০ | ১১ | ০ | ১ | ২ | ৩ | ৪ | ৫ |
| ৮বা | ১৭°৩০' –২০°০০' | ৭ | ৮ | ৯ | ১০ | ১১ | ০ | ১ | ২ | ৩ | ৪ | ৫ | ৬ |
| ৯বা | ২০°০০' –২২°৩০' | ৮ | ৯ | ১০ | ১১ | ০ | ১ | ২ | ৩ | ৪ | ৫ | ৬ | ৭ |
| ১০বা | ২২°৩০' –২৫°০০' | ৯ | ১০ | ১১ | ০ | ১ | ২ | ৩ | ৪ | ৫ | ৬ | ৭ | ৮ |
| ১১বা | ২৫°০০' –২৭°৩০' | ১০ | ১১ | ০ | ১ | ২ | ৩ | ৪ | ৫ | ৬ | ৭ | ৮ | ৯ |
| ১২বা | ২৭°৩০' –৩০°৩০' | ১১ | ০ | ১ | ২ | ৩ | ৪ | ৫ | ৬ | ৭ | ৮ | ৯ | ১০ |

খণ্ডজিনখ্রবা ঃ- মথক্কী টেবলদা ০ না মেষ, ১ না বৃষ, ২ না মিথুন অসুম্না রাশি মথং মথং খণ্ডনগনি।

৭ ত্রিংশাংশ (D-30) ঃ- জোডিএক অসিবু শরুক ৩৬০ থোক্না নংত্রগা রাশি অমবু শরুক ৩০ থোক্না খায়দোক্লুনা কংলিবা ১° শাকশা জোডিএক্কী শরুকশু ত্রিংশাংশ কৌই। ত্রিংশাংশ চক্রদগী ঐখোয়না মীওই অমগী পুন্সিদা থেংনগদৌরিবা অবা-অনাগী ময়ময়বা নৈনগনি। তুমাওদবা রাশিশিংদা মথং মথং ৫°, ৫°, ৮°, ৭°,৫° গী মপুশিং মথংশিংনা মঙ্গল, শনি, বৃহস্পতি, বুধ, শুক্রনা ওইগনি। অদুগা তুমাওবা রাশিশিংগীনা ৫°, ৭°, ৮°, ৫° ৫° গী মপু মথংশিংনা শুক্র, বুধ, বৃহস্পতি, শনি, মঙ্গলনা ওই। খণ্ডজিনগদবা অমনা রাশি বর্গদা তুমাওদবা রাশিদা লৈবা লগ্ন নংত্রগা গ্রহ অদু ত্রিংশাংশ বর্গসু তুমাওদবা রাশিদা লৈগনি। রাশি বর্গদা তুমাওবা রাশিদা লৈবা লগ্ন নংত্রগা গ্রহ অদু ত্রিংশাংশ বর্গদসু তুমাওবা রাশিদা লৈগনি। ত্রিংশাংশ বর্গগী মপু অসি রবি অমদি চন্দ্র য়াওদবনা স্বক্ষেত্র অনী/অনী লৈবা লেমহৌরিবা গ্রহ মঙানা ত্রিংশাংশগী মপু ওই। লেমহৌরিবা গ্রহ ৫ হায়বদি মঙ্গল, বুধ, বৃহস্পতি, শুক্র অমদি শনিগী তুমাওদবা অমদি তুমাওবা মযুম অনী/অনী লৈ হায়বা মথক্কী টেবল নম্বর-২৫ দা য়াওর্রে।

টেবল নম্বর—৩২

(ত্রিংশাংশ পুথোক্নবা )

| ডিগ্রী | মেষ<br>মিথুন<br>সিংহ<br>তুলা<br>ধনু<br>কুম্ভ | বৃষ<br>কর্কট<br>কন্যা<br>বৃশ্চিক<br>মকর<br>মীন | ডিগ্রী |
|---|---|---|---|
| ০° — ৫° | মেষ | বৃষ | ০° — ৫° |
| ৫° —১০° | কুম্ভ | কন্যা | ৫° — ১২° |
| ১০°—১৮° | ধনু | মীন | ১২° — ২০° |
| ১৮°—২৫° | মিথুন | মকর | ২০° — ২৫° |
| ২৫°—৩০° | তুলা | বৃশ্চিক | ২৫° — ৩০° |

মথক্কী অঙাং অসিগী ত্রিংশাংশ পুথোক্লগা ত্রিংশাংশ চক্র য়েকসি।

লগ্ন মিথুনগী ১২°১৭′ ওইবনা তুমাশুদবা রাশিগী ৫°,৫° হৌখ্রবা মতুংদা লাকপা ৮° গী মনুংদা লৈবনা বৃহস্পতি গ্রহগী ত্রিংশাংশ ওইগনি। বৃহস্পতি গ্রহনা ধনু অমদি মীনগী মপু ওই। লগ্ননা রাশি বর্গদা তুমাশুদবা রাশিদা লৈখিবনা ত্রিংশাংশ বর্গদা বৃহস্পতিগী তুমাশুদবা রাশি ধনুদা লৈগনি। রবি তুমাশুদবা রাশি মেষগী অহানবা ৫° গী মনুংদা লৈবনা মঙ্গল গ্রহগী ত্রিংশাংশ ওইগনি। মঙ্গলগী তুমাশুদবা ময়ুম মেষ রাশিদা রবি গ্রহ লৈগনি। চন্দ্র তুমাশুদবা রাশি কুম্ভগী ৫°, ৫°, ৮°, ৭° হৌখ্রগা অকোনবগী ৫° দা লৈবনা শুক্র ত্রিংশাংশ ওইরে। শুক্রগী তুমাশুদবা রাশি তুলাদা চন্দ্র লৈগনি। বুধ তুমাশুবা রাশি মীনগী ৫°, ৭°, হৌখ্রগা ৮° দা লৈবনা বৃহস্পতি ত্রিংশাংশ ওইগনি। বৃহস্পতিগী তুমাশুবা ময়ুম মীন রাশিদা বুধ লৈগনি। অসুম্না লেমহৌরিবা গ্রহ খুদিংগী ত্রিংশাংশ পুথোক্কনি অমসুং ত্রিংশাংশ চক্র মখাগী অসুম্না য়েক্কনি। মসি মথক্কী টেবলদগী য়েংলগা পুথোকপনা হেন্না খুৎলোয়গনি।

বৃষ মেষ মীন
মিথুন ৮ ৯ | ১ | ৪ কুম্ভ
কর্কট | | ৭ মকর
সিংহ ৬ | ২ | ৩ লং ৫ ধনু
কন্যা তুলা বৃশ্চিক

ত্রিংশাংশ চক্র

### তরাতরুকগুবা তাঙ্কক

# কুঠি ইবগী মতাংদা খুদম অনীখক লৌখৎলগা য়েংবা

তাং ১৪।৮।২০০৭ ইং, শকাব্দ ১৯২৯ শ্রাবণ ২৮ বঙ্গাব্দ ১৪১৪ থবান থাগী নিনি পানবা লৈবাকপোকপা নুমিংকী নুংথিল পুং ১ মিঃ১০ দা ইম্ফালদা পোকপা অঙাং অমগী কুঠি ইসি।

অহানবদা অঙাং পোকপা মতমগী লগ্ন পুথোক্লবগীদমক্তা এনঃ সিঃ লহড়ীগী টেবলস ওফ অসেন্দেন্টকী লামায় ২ দগী

| | | |
|---|---|---|
| তাং ১৪ অগষ্ট ১৯০০ গী নুমিৎয়ুংবগী সাইডরেল টাইম | পুং | ৯।২৮।৫৪ |
| লামায় ৪ দগী ২০০৭ কী চুমথোক্কদবা | (+) | ০।০০।২১ |
| লামায় ১০৩ দগী ইম্ফালগী চুমথোক্কদবা | (−) | ০।০০।০৭ |
| তাং ১৪ অগষ্ট ২০০৭ কী ইম্ফালদা নুমিৎয়ুংবগী S/T | পুং | ৯।২৯।০৮ |
| | | — (A) |

| | | |
|---|---|---|
| I.S.T. দা অঙাং পোকপগী মতম | পুং | ১।১০।০০ |
| ইম্ফালগী L.M.T. গী চুমথোক্কদবা | (+) | ০।৪৫।৪৮ |
| ইম্ফালগী L.M.T. দা অঙাং পোকপগী মতম | পুং | ১।৫৫।৪৮ |
| লামায় ৫ গী মতুংইন্না পুং ১গী হেনগৎকদবা মতম | পুং | ০।০০।১০ |
| মিঃ ৫৫ সেকেণ্ড ৪৮ গী হেনগৎকদবা মতম | পুং | ০।০০।০৯ |
| অঙাং পোকপগী শেমদোক্লবা ইম্ফালগী L.M.T. | পুং | ১।৫৬।০৭ |
| | | — (B) |

অঙাং পোকপা মতম্না নুমিৎয়ুংবা মতুংদা ওইবনা অঙাং পোকপা মতমগী সাইডরেল টাইম = A + B = পুং ৯।২৯।০৮+পুং ১।৫৬।০৭ = পুং ১১।২৫।১৫

লামায় ৪১ দগী

| | |
|---|---|
| সাইডরেল টাইম পুং ১১ মিঃ ২৮ গী লগ্ন | ৭।১৯।২৭ |
| (–)সাইডরেল টাইম পুং ১১ মিঃ ২৪ গী লগ্ন | ৭।১৮।৩৪ |

সাইডরেল টাইমদা মিনিট ৪ খেন্নবগী লগ্নদা হোংগদবা=৫৩'

∴ ,, ,, ১ ,, ,, $=\frac{৫৩}{৪}$

∴ ,, ,, $\frac{৫}{৪}$ ,, ,, $=\frac{৫৩}{৪}\times\frac{৫}{৪}=১৭'$

(N.B. মিনিট ১ সেঃ ১৫ = $১\frac{১৫}{৬০}=১\frac{১}{৪}=\frac{৫}{৪}$ ওইবনা)

| | |
|---|---|
| সাইডরেল টাইম পুং ১১ মিঃ ২৪ গী লগ্ন | ৭।১৮।৩৪ |
| মি ১ সেকেণ্ড ১৫ গী লগ্ন | ০।০০।১৭ |
| পুং ১১ মিঃ ২৫ সেঃ ১৫ গী লগ্ন = রাশি | ৭।১৮।৫১ |
| লামায় ৬ দগী ২০০৭ গী অয়নাংশদা শেমদোক্নদবা (-) | ০।০০।৫৮ |
| অঙাং পোকপা মতমগী লগ্নগী স্ফুট = রাশি | ৭।১৭।৫৩ |

ঐখোয়না পুখোক্লিবা লগ্ন অসি চুম্নব্রা হায়বা য়েংনবগীদমক্তা চহী অসিগী বিশুদ্ধ সিদ্ধান্ত পাঞ্জিকাগী লামায় ৮৪ দগী কলিকতাদা বৃশ্চিক অমদি ধনু রাশি থোরকপা হৌবগী মতমশিং পীরি।

| তারিখ | বৃশ্চিক | ধনু |
|---|---|---|
| ১৪।৮।২০০৭ | পুং ১২।০৬ | পুং ২।২২ |
| ইম্ফালগী শেমদোক্নদবা | (–) ০।১৮ | (–) ০।১৬ |
| ইম্ফালদা রাশি থোরকপা হৌবা | পুং ১১।৪৮ | পুং ২।০৬ |

| | |
|---|---|
| ইম্ফালদা ধনু রাশি হৌবা মতম পুং | ২।০৬ |
| (–) ইম্ফালদা বৃশ্চিক রাশি হৌবা মতম পুং | ১১।৪৮ |
| ইম্ফালদা বৃশ্চিক রাশিনা নোংপোকথংবা হোরাইজন্দা থোক্নুনা লৈগদবা মতম পুং | ২।১৮ |

হোয়াইজন্দা খোক্লুনা লৈগদবা মতম পুং ২।১৮

| | |
|---|---|
| | ৬০ |
| | ১২০ |
| (+) | ১৮ |
| | ১৩৮ মিনিট |

অণ্ডাং পোকপগী মতম পুং ১।১০

বৃশ্চিক রাশি খোরকপা হৌবা পুং ১১।৪৮

অণ্ডাং পোকপা মতমদা বৃশ্চিক রাশিগী হৌখ্রবা মতম পুং ১।২২

| | |
|---|---|
| (×) | ৬০ |
| | ৬০ |
| (+) | ২২ |
| | ৮২ |

মিনিট ১৩৮ দা বৃশ্চিক রাশিগী ৩০° ইস্ফালগী লগ্ন ওইবা লোইগনি

∴ ,, ১ ,, $\frac{৩০}{১৩৮}$ ,, ,,

∴ ,, ৮২ ,, $\frac{৩০ \times ৮২}{১৩৮}$ ,, ,,

$= ১৭°৫০'$

অণ্ডাং পোকপা মতমদা লগ্ন বৃশ্চিক ১৭°৫০' ওইরে। মসি মথক্কী লগ্নগী স্ফুট ৭।১৭।৫৩' গা ৩' তমক খেন্নবনা চুপ্নে হায়না লৌরগনি।

হৌজিক অমুক তরাশুবা ভাবকী স্ফুট পুখোক্লবা অণ্ডাং পোকপগী সাইডরেল টাইমগী মতুংইন্না টেবলস অফ অসেন্দেন্টকী লামায় ৮০ দগী য়েংগনি।

সাইডরেল টাইম পুং ১১ মিঃ ২৮ গী ১০ শুবা ভাবকী স্ফুট ৪।২৮।১৭

,, ,, পুং ১১ মিঃ ২৪ গী ১০ শুবা ভাবকী স্ফুট ৪।২৭।১২

মিনিট ৪ খেন্নবগী ১০ শুবা ভাবকী স্ফুটতা খেন্নবা ০। ১। ৫

মিনিট ৪ খেন্নবগী ১০ শুবা ভাবকী স্ফুটতা খেন্নবা ৬৫'

মিনিট ১ খেন্নবগী ,, ,, ,, $\frac{৬৫}{৪}$

মিনিট ১ সেঃ ১৫ ,, ,, $\frac{৬৫}{৪} \times \frac{৫}{৪} = ২০'$

(হিন্দুগী নিয়ম মতুংইন্না লগ্নগী স্ফুট পুখোক্লুনা চুন্নব্রা য়েংবা ফৈ।)

| | |
|---|---|
| পুং ১১ মিনিট ২৪ গী ১০ শুবা ভাবকী স্ফুট | ৪।২৭।১২ |
| মিনিট ১ সেঃ ১৫ গী ,, ,, | ০।০০।২০ |
| পুং ১১ মিনিট ২৫ সেঃ ১৫ গী ১০ শুবা ভাব | ৪।২৭।৩২ |
| ২০০৭ কী অয়নাংশকী চুমথোক্কদবা (−) | ০।০০।৫৮ |
| অঙাং পোকপা মতমগী ১০ শুবা ভাব | ৪।২৬।৩৪ |

মথক্তা ফংখ্রিবা লগ্ন ৭।১৭।৫৩ দা রাশি ৬ তিনশিন্দুনা অদুগা ১০ শুবা ভাব (মধ্য লগ্ন) দা রাশি ৬ তিনশিন্দুনা মথংশিংনা অস্ত লগ্ন অমদি পাতাল লগ্ন পুথোক্কনি।

| | |
|---|---|
| লগ্ন | ৭।১৭।৫৩ |
| (+) রাশি | ৬।০০।০০ |
| অস্ত লগ্ন | ১৩।১৭।৫৩ = ১।১৭।৫৩ |

(রাশি ১৩ হায়বা লৈতবনা রাশি ১ ওইনা লৌগনি)

| | |
|---|---|
| মধ্য লগ্ন | ৪।২৬।৩৪ |
| (+) রাশি | ৬।০০।০০ |
| পাতাল লগ্ন | ১০।২৬।৩৪ |

| | |
|---|---|
| পাতাল লগ্ন | ১০।২৬।৩৪ |
| (−) লগ্ন | ৭।১৭।৫৩ |
| খেন্নবা | ৩।০৮।৪১ |

খেন্নবা ৩।০৮।৪১ বু ৩ না য়েন্দুনা ১।০২।৫৩।৪০ ফংলে।

| | |
|---|---|
| অহানবা ভাব (লগ্ন) | ৭।১৭।৫৩।০০ |
| (+) | ১।০২।৫৩।৪০ |
| অনীশুবা ভাবকী ময়ায় | ৮।২০।৪৬।৪০ |
| (+) | ১।০২।৫৩।৪০ |
| অহুমশুবা ভাবকী ময়ায় | ৯।২৩।৪০।২০ |

| | |
|---|---|
| অস্ত লগ্ন | ১।১৭।৫৩ |
| (−) পাতাল লগ্ন | ১০।২৬।৩৪ |
| খেন্নবা | ২।২১।১৯ |

(N.B. রাশি ১ দগী রাশি ১০ না হেল্লা চাউবনা রাশি ১ অসি রাশি ১৩ নি হায়না লৌগনি।)

খেন্নবা ২।২১।১৯ বু ৩ না য়েন্দুনা ০।২৭।০৬।২০

| | |
|---|---|
| পাতাল লগ্ন | ১০।২৬।৩৪।০০ |
| (+) | ০।২৭।০৬।২০ |
| ৫ শুবা ভাবকী ময়ায় | ১১।২৩।৪০।২০ |
| (+) | ০।২৭।০৬।২০ |
| ৬ শুবা ভাবকী ময়ায় | ০।২০।৪৬।৪০ |

(রাশি ১২ হায়বদি রাশি ০ হায়না লৌগনি।)

অনীশুবা ভাবকী ময়ায়দা, অহুমশুবা ভাবকী ময়ায়দা, ৫ শুবা ভাবকী ময়ায়দা ৬ শুবা ভাবকী ময়ায়দা মথৎশিৎনা রাশি ৬/৬ তিনশিন্দুনা ৮ শুবা ভাবকী ময়ায়, ৯ শুবা ভাবকী ময়ায়, ১১ শুবা ভাবকী ময়ায় অমদি ১২ শুবা ভাবকী ময়ায় পুথোক্কনি।

| | | |
|---|---|---|
| অহানবা ভাবকী ময়ায় (লগ্ন) | রাশি | ৭।১৭।৫৩।০০ |
| অনীশুবা ভাবকী ময়ায় | রাশি | ৮।২০।৪৬।৪০ |
| অহুমশুবা ভাবকী ময়ায় | রাশি | ৯।২৩।৪০।২০ |
| মরিশুবা ভাবকী ময়ায় (পতাল লগ্ন) | রাশি | ১০।২৬।৩৪।০০ |
| মঙাশুবা ভাবকী ময়ায় | রাশি | ১১।২৩।৪০।২০ |
| তরুকশুবা ভাবকী ময়ায় | রাশি | ০।২০।৪৬।৪০ |
| তরেৎশুবা ভাবকী ময়ায় (অস্ত লগ্ন) | রাশি | ১।১৭।৫৩।০০ |
| নিপানশুবা ভাবকী ময়ায় | রাশি | ২।২০।৪৬।৪০ |
| মাপনশুবা ভাবকী ময়ায় | রাশি | ৩।২৩।৪০।২০ |
| তরাশুবা ভাবকী ময়ায়(মধ্য লগ্ন) | রাশি | ৪।২৬।৩৪।০০ |
| তরামথোইশুবা ভাবকী ময়ায় | রাশি | ৫।২৩।৪০।২০ |
| তরানিথোইশুবা ভাবকী ময়ায় | রাশি | ৬।২০।৪৬।৪০ |

ঐখোয়না মথক্তা পুথোক্লিবা ভাবকী ময়ায়শিং অসি মখাগী অসুম্না পুথোক্নুনা অরানবা য়াওব্রা য়েংবা য়াই।

(হিন্দুগী নিয়রম মতুংইন্না দশম ভাবকী স্ফুট পুথোক্নুনা চুনব্রা য়েংবা ফৈ।)

| | | |
|---|---|---|
| অহানবা ভাবকী ময়ায় | রাশি | ৭।১৭।৫৩।০০ |
| | (+) | ১।০২।৫৩।৪০ |
| অনীশুবা ভাবকী ময়ায় | রাশি | ৮।২০।৪৬।৪০ |
| | (+) | ১।০২।৫৩।৪০ |
| অহুমশুবা ভাবকী ময়ায় | রাশি | ৯।২৩।৪০।২০ |
| | (+) | ১।০২।৫৩।৪০ |
| ৪শুবা ভাবকী ময়ায় | রাশি | ১০।২৬।৩৪।০০ |
| | (+) | ০।২৭।০৬।২০ |
| ৫শুবা ভাবকী ময়ায় | রাশি | ১১।২৩।৪০।২০ |
| | (+) | ০।২৭।০৬।২০ |
| ৬শুবা ভাবকী ময়ায় | রাশি | ০।২০।৪৬।৪০ |
| | (+) | ০।২৭।০৬।২০ |
| ৭শুবা ভাবকী ময়ায় | রাশি | ১।১৭।৫৩।০০ |
| | (+) | ১।০২।৫৩।৪০ |
| ৮শুবা ভাবকী ময়ায় | রাশি | ২।২০।৪৬।৪০ |
| | (+) | ১।০২।৫৩।৪০ |
| ৯শুবা ভাবকী ময়ায় | রাশি | ৩।২৩।৪০।২০ |
| | (+) | ১।০২।৫৩।৪০ |
| ১০শুবা ভাবকী ময়ায় | রাশি | ৪।২৬।৩৪।০০ |
| | (+) | ০।২৭।০৬।২০ |
| ১১শুবা ভাবকী ময়ায় | রাশি | ৫।২৩।৪০।২০ |
| | (+) | ০।২৭।০৬।২০ |
| ১২শুবা ভাবকী ময়ায় | রাশি | ৬।২০।৪৬।৪০ |

হৌজিক ঐখোয়না ফংলিবা ৪ শুবা, ৭শুবা, অমদি ১০ শুবা ভাবকী ময়ায়শিং অসি মথংশিংনা ঐখোয়না মথক্তা পুথোকখিবা পাতাল লগ্ন, অস্ত লগ্ন অমদি মধ্য লগ্নগী স্ফুটশিংগা মান্নবা মরম্না ভাব ১২ মকী স্ফুটশিং চুম্না পুথোক্নে হায়না লৌরগনি।

মথংদা ঐখোয়না অঙাং পোকপা নুমিৎ তাং ১৪।৮।২০০৭ কী নুংথিল পুং ১ মিঃ ১০ হায়বদি নুমিৎয়ুংবা পুং ১২ তিনশিন্দুনা ফংবা পুং ১৩ মিঃ ১০ দা ওইবা গ্রহশিংগী স্ফুট পুথোকসি।

বিশুদ্ধ সিদ্ধান্ত পাঞ্জিকাদা গ্রহশিংগী স্ফুট পীবগী মতম্না অয়ুক পুং ৫.৩০ নি।

| | | | |
|---|---|---|---|
| অঙাং পোকপগী মতম | পুং | ১৩।১০ | মিনিট |
| (–) স্ফুট পীবগী মতম | পুং | ৫।৩০ | মিনিট |
| খেন্নবা | পুং | ৭।৪০ | মিনিট |

পুং ৭ মিনিট ৪০=(৭×৬০+৪০) = ৪৬০ মিঃ

শকাব্দ ১৯২৯ গী বিশুদ্ধ সিদ্ধান্ত পঞ্জিকাগী লামায় ১০৪ অমদি ১০৫ গী মতুংইন্না তাং ১৫।৮।২০০৭ অমদি তাং ১৪।৮।২০০৭ কী গ্রহশিংগী স্ফুট মখাগী অসুম্না ইথোক্লে।

| গ্রহ | তাং ১৫।৮।২০০৭ | তাং ১৪।৮।২০০৭ | নোংময়গী খোঙচৎ |
|---|---|---|---|
| রবি | ৩।২৭।৫১।০৪ | ৩।২৬।৫৩।২৬ | ৫৭'৩৮"≅৫৮' |
| চন্দ্র | ৪।২১।৪১।৩৩ | ৪।০৯।১০।৪১ | ১২°৩০'৫২"≅৭৫১' |
| মঙ্গল | ১।১১।০০।৩৪ | ১।১০।২২।৩৩ | ৩৮'০১"≅৩৮' |
| বুধ | ৩।২৬।৫৭।৫৩ | ৩।২৪।৫৫।২৮ | ২°০২'২৫"=১২২' |
| বৃহস্পতি | ৭।১৬।০৩।৩৯ | ৭।১৬।০২।১৭ | ১'২২"=১' |
| শুক্র | ৪।০২।৪৯।০১ | ৪।০৩।২৪।৩২ | (-)৩৫'৩১"≅(-)৩৬' |
| শনি | ৪।০৩।৪০।৩৩ | ৪।০৩।৩২।৫৬ | ৭'৩৭"≅৮' |
| রাহু | ১০।১৩।৪৪।১৪ | ১০।১৩।৪৭।২৫ | (-)৩'১১≅(-)৩' |
| কেতু | ৪।১৩।৪৪।১৪ | ৪।১৩।৪৭।২৫ | (-)৩'১১"≅(-)৩' |

অঙাং পোকপা নুমিৎ তাং ১৪।৮।২০০৭ কী অয়ুক পুং ৫।৩০ দগী অঙাং পোকপা মতম নুংথিল পুং ১।১০ ফাওবদা গ্রহশিংগী স্ফুটকী হেনগৎকদবা হন্থগদবা শরুকশিং মখাগী অসুম্না পুথোক্লে।

রবিগী $\frac{৫৮ \times ৪৬০}{১৪৪০}$ = ১৯' হেনগৎকদবা

চন্দ্রগী $\frac{৭৫১ \times ৪৬০}{১৪৪০}$ = ২৪০' = ৪°০০' হেনগৎকদবা

মঙ্গলগী $\frac{৩৮ \times ৪৬০}{১৪৪০}$ = ১২' হেনগৎকদবা

বুধগী $\frac{১২২ \times ৪৬০}{১৪৪০}$ = ৩৯' হেনগৎকদবা

বৃহস্পতিগী $\frac{১×৪৬০}{১৪৪০}$ = ০'.৩" ওইবনা হেনগৎলরোই

শুক্রগী (–) $\frac{৩৬×৪৬০}{১৪৪০}$ = ১২' হন্থগদবা

শনিগী $\frac{৮×৪৬০}{১৪৪০}$ = ৩' হেনগৎকদবা

রাহুগী (–) $\frac{৩×৪৬০}{১৪৪০}$ = ১' হন্থগদবা

কেতুগী (–) $\frac{৩×৪৬০}{১৪৪০}$ = ১' হন্থগদবা

মথক্তা পুথোক্লিবা গ্রহশিংগী স্ফুটতা হেনগৎকদবা নৎত্রগা হন্থগদবা শরুক অসি Proportional logarithm table শীজিন্নদুনা চুন্না য়েংসি।

| | | |
|---|---|---|
| অঙাং পোকপগী মতম | পুং | ১৩।১০ মিঃ |
| স্ফুট পীবগী মতম | পুং | ৫।৩০ মিঃ |
| খেন্নবা | পুং | ৭।৪০ মিঃ |

Proportional logarithm table দগী য়েংদুনা পুং ৭ মিঃ ৪০ গী log = .৪৯৫৬ ফংলে।

ফংলিবা পুং ৭ মিঃ ৪০ গী log কা তিনশিন্নদুনা ফংবা log কী ভেল্যুনা গ্রহশিংগী স্ফুটকী হেনগৎকদবা/হন্থগদবা শরুকশিং ওইগনি।

| গ্রহ | পুং ৭ মিঃ ৪০ গী log | গ্রহশিংগী নোংমগী খোঙ-চৎকী log | log অনীগী অপূনবা | অপূনবা log কী ভেল্যু |
|---|---|---|---|---|
| রবি | .৪৯৫৬ | ১.৩৯৪৯ | ১.৮৯০৫ | ১৯' |
| চন্দ্র | .৪৯৫৬ | .২৮২৭ | .৭৭৮৩ | ৪°০০' |
| মঙ্গল | ..৪৯৫৬ | ১.৫৭৮৬ | ২.০৭৩২ | ১২' |
| বুধ | .৪৯৫৬ | ১.০৭২০ | ১.৫৬৭৬ | ৩৯' |
| বৃহস্পতি | .৪৯৫৬ | ৩.১৫৮৪ | ৩.৬৬৫৪০ | ০' |
| শুক্র | .৪৯৫৬ | ১.৬০২১ | ২.০৯৭৭ | (–)১২' |
| শনি | .৪৯৫৬ | ২.২৫৫৩ | ২.৭৫০৯ | ৩' |
| রাহু | .৪৯৫৬ | ২.৬৮১২ | ৩.১৭৬৮ | (–)১' |
| কেতু | .৪৯৫৬ | ২.৬৮১২ | ৩.১৭৬৮ | (–)১' |

হৌজিক ঐখোয়না Proportional logarithm table দগী য়েংদুনা পুথোক্লিবা হেনগৎকদবা/হন্থগদবা শরুকশিংগা হন্না পুথোকখিবা শরুকশিংগা মান্নবা মরম্না চুন্নে হায়না লৌরগনি। মথংদা তাং ১৪।৮।২০০৭ কী অয়ুক পুং ৫.৩০ গী গ্রহশিংগী স্ফুটতা হেনগৎকদবা/হন্থগদবা শরুকশিং হাপ্তোক হাপচিন তৌদুনা অঙাং পোকপা মতম নুংথিল পুং ১ মিনিট ১০ গী গ্রহশিংগী স্ফুট মখাগী অসুম্না পুথোক্লে।

| গ্রহ | তাং ১৪।৮।২০০৭ কী অয়ুক পুং ৫.৩০ গী | হেনগৎকদবা/হন্থগদবা শরুক | তাং ১৪।৮।২০০৭ কী নুংথিল পুং ১.১০ গী |
|---|---|---|---|
| রবি | ৩।২৬।৫৩ | ১৯′ | ৩।২৭।১২ |
| চন্দ্র | ৪।০৯।১১ | ৪°০০′ | ৪।১৩।১১ |
| মঙ্গল | ১।১০।২৩ | ১২′ | ১।১০।৩৫ |
| বুধ | ৩।২৪।৫৫ | ৩৯′ | ৩।২৫।৩৪ |
| বৃহস্পতি | ৭।১৬।০২ | ০′ | ৭।১৬।০২ |
| শুক্র | ৪।০৩।২৫ | (–)১২′ | ৪।০৩।১৩ R |
| শনি | ৪।০৩।৩৩ | ৩′ | ৪।০৩।৩৬ |
| রাহু | ১০।১৩।৪৭ | (–)১′ | ১০।১৩।৪৬ |
| কেতু | ৪।১৩।৪৭ | (–)১′ | ৪।১৩।৪৬ |

N.B. রাহু অমদি কেতুদি মতম পুম্বদা তুং হন্না চৎপনা R থাদ্রবসু য়াই।

অঙাং পোকপা মতমগী লগ্ন অমদি গ্রহশিংগী স্ফুটকী মতুংইন্না অহানবা তাঙ্ককী টেবল নম্বর ২ দগী য়েংলগা নক্ষত্র পুথোকসি।

| গ্রহ/লগ্ন মশীং | গ্রহ/লগ্ন মমিং | স্ফুট রাশি/অংশ/কলা | নক্ষত্র মশীং | নক্ষত্র মমিং |
|---|---|---|---|---|
| ১ | রবি (র) | ৩।২৭।১২ | ৯ | অশ্লেষা |
| ২ | চন্দ্র (চ) | ৪।১৩।১১ | ১০ | মঘা |
| ৩ | মঙ্গল (ম) | ১।১০।৩৫ | ৪ | রোহিণী |
| ৪ | বুধ (বু) | ৩।২৫।৩৪ | ৯ | অশ্লেষা |
| ৫ | বৃহস্পতি (বৃ) | ৭।১৬।০২ | ১৭ | অনুরাধা |
| ৬ | শুক্র (শু) | ৪।০৩।১৩ R | ১০ | মঘা |
| ৭ | শনি (শ) | ৪।০৩।৩৬ | ১০ | মঘা |
| ৮ | রাহু (রা) | ১০।১৩।৪৬ | ২৪ | শতভিষা |
| ৯ | কেতু (কে) | ৪।১৩।৪৬ | ১১ | পূর্ব্বফল্গুনী |
| | লগ্ন (লং) | ৭।১৭।৫৩ | ১৮ | জ্যেষ্ঠা |

